# নীংতম্লবা ভারতকী
# নীংতমজদ্রিবা প্রজাশিং



অইবা :
সোমোরেন্দ্রো থোকচোম

**Ningtamlaba Bharatkee Ningtamjadriba Prajashing**
by Somorendro Thokchom, Thiyam (Nambol).


অহানবা ফোঙবা : অগষ্ট, ২০০৩

কোপি মশিং : ১০০০



কোপিরাইট : সোমোরেন্দ্রো থোকচোম

অফোঙবা : অমুরৈ এণ্ড সন্স পব্লিকেসন
থিয়াম অরাং (নম্বোল)

টাইপ সেট্টিং : ঐজ্ঞা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর,
উরিপোক-নাওরেমথোং, ইম্ফাল।

নম্ফম : বিলসন প্রিন্টর্গী
মৈনোলৈরক মচীন, ইম্ফাল।

মখুম : সুরেশ

মমল : লু: ১১০/-

লাইরিক ফংফম : ১। অইবগী য়ূম,
থিয়াম অরাং (নম্বোল)
২। ঐজ্ঞা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর,
নাওরেমথোং বজার, ইম্ফাল।
৩। ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং






৺খোকচোম অমুরৈশং দেবী
(১৯৩৬ - ২০০৩)

খম্নুং শরার অশিংলম,
মকুহৈ চীংজিন লাংখবী
শারর কাংলনগী নুংশা,
ঈংল নিংথম উৎলেন,
চীংজিনগী কুংলবা লোংজু
পুম্নমকসু থাডদুনা
নচা ঐখোয়বু য়োক্লম্বী— "ইমা!"
নহাক্কী নখুয়া থাদা
কাংলেরী নচাগী খুদোল
"নীংতম্লবা ভারতকী
নীংতমজাদ্রিবা মজার্শিং"।।

# ব্রাহৈ খরদং

সমরেন্দ্রনা ইবা ''নীংতম্লবা ভারতকী নীংতমজদ্রিবা প্রজাশিং' হায়বা ব্রারেং লাইরিক অসি খূৎই ওইরিঙৈদা পাবা ফংজরে। সমরেন্দ্র, ঐহাক্কা শক্কা শক্ক খঙনবদি কুইদ্রি হায়বা তাই। অদুবু অনী অহুম্লক ফম্মিম্নদুনা ব্রারী শানবদগী মহাক্কী ঈং-তপ্পা, চীংলেম্বা, চমজবা অদুম্নদি ওইরগা থবক্কী মী ওইবা মতৌ অদু খঙবা ঙমখি। মহাক্কী ফোঙগদৌরিবা লাইরিক অসিগী বনাম্নচিংবা খরদং য়েংবিবগা লোয়ননা অশোই-অঙাম খর হায়বীয়ু হায়না লাইরিক অসি শাগৎপা হৌরকপা মতমদা ঐগী য়ূমদা লাকপিখি। লাইরিকসিগী মরমদা মহাক্লা শম্লপ্পা লীবা ব্রারী অমদি লাইরিকসিগী মমিং অসিনা ঐঙোন্দা মসিবু য়েংনিংবগী ব্রাখল অমা ফাওহনখি। ব্রাখল মাম্লবা ন ৎত্রগা ঐঙোন্দগী হেঞ্জিম্না ইরমদম অসিগী চৈথেং খাঙবা ব্রারবা মীওইশিং কয়াগা ব্রারী শানজরগা নুংঙাইজবা ফাওই, পূক্লিং ফাওদোক্লদুনা ঐখোয় করি তৌবা তাবগে হায়বসি খন্ননিংই। ব্রাখল অসিনা লমজিং ওইদুনা ইশাগী মতিক চাবা চাদবা থিদনা করিগুম্বা মতেং খরদংদি পাংলগে খঞ্জখি। মদুগীদমক মহাক্কী লাইরিক অসি লীশাং শীৎনা পাখি। লাইরিকসি পারবা তুংদা ঐনা খল্লুবা সমরেন্দ্র অদুদগী খরা হেন্না মপূং ফারবা মরৈবাক মরমদম্বু নুংশিজবা, মান্নবা খুন্নাই অমা লিংবা পাম্বা সমরেন্দ অমসু খঙবা ঙম্লকখি। লাইরিক অসিদা মরুওইনা তাইবংপানবগা মীওইবগা লৈনবা মরী অমসুং মীওইবা সমাজদা থোকখিবা শক্তিং পায়বশিংনা অশোনবশিংবু নমথবগী কাঙলূপকী লান কয়া খুদম পীবগা লোয়ননা মদুনা মীওইবদা পীখিবা চৈথেংশিং উৎপদগী হৌরগা ভারতনা বৃটিশকী মখাদা লৈরকখিবা লোয়ননা বৃটিশকী মখূৎতগী ভারতপু অমুক কল্লবা মতুংদা ভারত মনুংদা মরুওইনা মণিপুরদা ওইরিবা লৈঙাক শাসনগী মতাংদা লৈরক্লিবা পেন্দবা কয়া মরীক চূম্না ফোঙদোকই। ইরিবা অসি মশাগী ব্রাখল্লোন খক্তনা ভাবনা পঙশা শাবা মওংগী খূৎই নত্তে। অকৃপ্পা দাতা কয়া, মরুওইবা দোকুমেন্ট কয়াদা য়ূম্ফম ওইরগা ইবনি। মহাক্লা চুম্মী হায়না খনবা ব্রাফম ফোঙদোকপদা অকিবা ফাওদে, থৌনা

লৈনা ফোঙদোকই। খুদম ওইনা ভারত সরকার অমদি মণিপুর প্রজাগী লৈনরিবা মরী, চীংমীগা তম্মীগা লৈনরিবা মরীদা, লালহৌবগা মীচমগা লৈনরিবা মরীদা নাকন খূদিংমক্কী অশোয়বা অরানববু থম্মোয় শেংনা হায়ননবা হোৎনৈ। অইবগী পান্দমদি ঐখোয় খূদিংমক অমগা অমগা মতৌ করম্না নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নবা ঙমগদগে হায়বগী লম্বী থিবদুনি। অইবনা থিরিবা লম্বী অসি ঐখোয়না কূপ্না য়েংবা চঙই। থম্মোয় শেংনা ফোঙদোক্লিবা অইবগী ব্রাখল পরীং অসি ঐখোয় পূম্নমকসু থম্মোয় তিংনা য়েংবা তাই অমদি মদু থম্মোয় শেংনা থবক ওইনা পাঙথোকপা মথৌ তাই। অইবগী ওইবা মশাগী মরম্নাই ওইবা ব্রাফম ফোঙদোকপা মতমদা মতাং অমদা হায়খিবা ব্রাফমদু অতোপ্পা মতাং অমদা হেক- হেক হঞ্জিল্লকপা খরদি থেংনৈ। কোতেসম্নচিংবা পীবা মতমদা য়াম্না শাংনা পীমনবসু খরদি য়াওই। অদুম্মক ওইদুনসু ব্রারেং লাইরিক অসিনা ভারতকী প্রজা, মরু ওইনা মণিপুরদা খুন দামিন্নরিবা জাতিশিংগী মরক্তা অমগা অমগা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবগী পোমিৎ অমদি উবা ঙমগদ্রা হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

তাং ২১/৮/২০০৩ ইং ডা. খেলচন্দ্র অথোকপম

# ৱাহৌদোক

"নীং-তম্নবা ভারতকী নীংতমজদ্রিবা প্রজাশিং" কৌবা লাইরিক মচা অসিগী অহানবা তাঙ্কক্তগী ৪শুবা তাঙ্কক ফাওবসি মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবা সমাজগী মনুংদা লৈরম্লিবা খেন্নবা ময়াম হায়বদি তোঙান-তোঙানবা ফৃরুপ কাঙলুপ লোন, ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী কয়া অসি ঈশ্বরনা নৎত্রগা প্রকৃতিনা লৈহলম্লিবসি অমগা অমগা মতেং পীনদুনা অমগী অৱাৎপদা অমনা মেনখৎনবা হীংমিন্নবগী লীচিংদা পুরক্কবা অমগা অমগা মখা পোন্নহন্দুনা লৈননবনি। খুদম ওইনা নুপা-নুপীগী বাইওলোজিকেল ডিফরেন্সগী খেন্নবা অদুনা ফেমিলি অমা শাগৎপদা অমদি মখোয়গী ধারা থনম্নবগী লম্বীদা অমনা অমগী মখা পোন্নগুম্বনি।" লৈরম্লিবা খেন্নবশিং অসি মীশকশিংগী মরক্তা ফৃরুপকী মরক্তা অমদি কাঙলুপকী মরক্তা খ্বাইদগী ৱাংবা কো-ওপরেসন, কো-ওর্ডিনেসন অমদি কন্ট্রিব্যুসন পীনহন্দুনা মপৃং ফাবা পৃথিবীগী অপুনবা মীওইবগী সমাজ অদু লৈহনবদা নত্তনা মখোয়গী (মীওইবগী) অকোইবদা লৈরীবা পোৎশকশিংবুসু য়োকখৎপিদুনা ইউনিভসে্ল সোসাইটি অমা থম্নবা লৈহল্লম্বনি হায়বসি অইবগী নেম্নবা ৱাখলনা ফোঙদোকচনবা হোৎনজবনি। অইবগী ৱাখলদদি, খেন্নবা ময়াম অসি অমগা অমগা নুংশিনদনবা হাৎনা শুনহন্নবা ঈশ্বরনা শেম্নম্বা নত্তে। মসিদি মপৃং ফাবা মীওইবগী সমাজ অমা অমদি ইউনিভরসেল সোসাইটি অমা লৈননবনি।

লাইরিক মচা অসিগী পেরা মঙাশুবা তাঙ্কক্তগীদি সংসার অসিদা লৈরিবা লেঙলি পাম্লিবা খুদিংমক্তগী খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্তা লৈরিবা মীওইবনা মশাগী ওইজ ওইথক থিবদা ময়াই কাখিদুনা ঈশ্বরনা থম্বীরম্লিবা খেন্নবা ময়াম অসিবু অরানবা ৱাহম্ল্লোক্তা লীচিংখিদুনা খেন্নবশিং অসিনা মরম ওইহল্লগা ঙসি মালেমগী মফম খুদিংদা ফৃরুপগী মরক্তা হাৎন-শুনবা, কাঙলুপকী মরক্তা য়েংথীনবা, জাতিশিংগী মরক্তা লান শোক্লদুনা অমসুং অকনবনা অশোনবু নৈহৎপিবা, ইনাক খুনবনা লাইরববু তুহৎপিবা অমদি অচৌবনা মচাবু ওৎপী নৈবীবদগী অকি তুজুং পোক্তুনা তুফক তুফাই চন্দুনা লৈতাফম খঙদনা মীওই কয়াগী পুম্সিনা ঙসি পৃথিবীগী ফম্পাকথকসিদা হিংলি। লৈরম্লিবা মীওইবগী মপৃং ওইনবা পুৱারিদসু মী মশেল অমগা অমগা হাৎন শুনবগী ৱারীনা মপৃং ওইনা লৈরম্লি। অদুগা ঙসি ঙসিমকসু মালেমগী মফম অতৈদা থোক্লিবা মী মশেল, কাঙলুপ মশেল, ফৃরুপ মশেল হাৎন-শুনবা কয়া থোক্লি।

মতম কুইনা বৃটিশগী লোইলম লৈঙাক শাসন্দা লৈরুবদগী গান্ধীগী লুচিং মখাদা অচৌবা আন্দোলন কয়া তৌরবা তুংদা ইং ১৯৪৭কী অগষ্ট ১৫দা ভারত নীংতম্লে। গনতন্ত্রদা য়ূম্ফম ওইবা প্রজাশিংদা হিংবগী খ্বাইদগী ৱাংবা হক পীবা লৈবাক অমা ওইরে। অদুবু নীংতম্লবা ভারত অসিগী মনুংদা লৈরিবা প্রজা কয়া অমদি লমদম অসিগী থাইনদগী চৎনদুনা লৈরম্লবা জাৎ-বিজাৎ খায়বা, অচৌ পীশক খায়বা, অনেম অৱাংগী অখূবা মীৎয়েংনা চাহৎশুবা ভারতকী সমাজ ওইবনা অকি তুজুং পোক্তুনা, নীংবা কায়রবা জাতি কয়া, ফুরূপ কয়াগী মীওই গ্রুপ গ্রুপ থোক্লক্তুনা সরকারগী মথক্তা নীংতম্বগী ইহৌ শাগৎতুনা মীওই লিশিং কয়াগী পুন্সি লোইরি। ভারতদি অচৌবা কাঙলুপ্লা মচাশিং য়োৎশিনবগী চৎনবী লৈরি। খ্বাইদগী তমথিরবশিংগী মনুংদা সরকারগী লান্মীনা নৎত্রগা টেরোরিষ্টশিংনা প্রজাশিংগী মথক্তা ওৎ-নৈবা, মীহাৎ-মীপুন চত্থরিবা অসিনি। গনতন্ত্র চৎপা ভারত অসি প্রজাশিংবু সরকারগী লান্মীনা ওৎ-নৈদুনা কিহন্দুনা চলাইবা সরকার অমা ওইরি। নীংশিংবা য়াই গান্ধীজিনা হায়বিরম্বা—"প্রজাশিংগী নীংতম্বদি সরকারনা প্রজাশিংবু মপুং ফানা ওৎ-নৈবা থাদোকপা মতম অদুদনি"। অদুনা ভারত নীংতমজরবসু প্রজাশিংদি মনীংতমজদ্রি, মসিগী মরূ ওইবা মরম অসি ভারতকী মনুংদা ষ্টেট অমা ওইনা লৈরিবা মণিপুর প্রজাশিংনা অকি-তুজুংনা লৈতাফম খঙদনা লেপ্লিবা পূন্সি মরেল অসিদা য়ূম্ফম ওইজদুনা অইবনা মীয়ামদা লাপ্থোকচবনি।

অরোইবদা, খ্বাই তরাগী মফমদা নোঙ্ঙরিবদি, লাইরিক অসিদা অশোইবা, অরানবা কয়া য়াওরম্লবসু কনাগুম্বা অখঙ-অহৈশিংনা তাকপীরক্তুনা লাইরিক অসিবু হেন্না মশক থোকহনবীগনি হায়না থাজবা থমজরি। লাইরিক অসি খ্বাই তরাগী মমাঙদা লাপ্থোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবীখিবা ঐগী নুংশিজরবা মরূপশিংবু থাগৎচরি। অদুগা লাইরিক অসিবু অশোই অঙাম লৈতনবা হোৎনবীখিবা নুংশিজরবা ওঝা, ডা. খোলচন্দ্রগী মফমদা চাউরবা লমন অমা তোশিনজরে অমসুং অইবনা ওঝাবু হন্না হন্না থাগৎচরি। অদুগা লাইরিক অসিবু মশক মচু থোক্লবা অশোয় অঙাম য়াওদনবা মতম লৈবা খিবিক্তা হোৎনবিখিবা, লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা 'ঐজ্রা কম্প্যুটর'গী শ্রী কে. নিলচন্দ্র শর্ম্মা, নাওরেমথোংবু থাগৎচরি। লোয়ননা ব্রিলসন প্রিন্টরগী ইচিন-ইনাও পূম্নমকপুসু থাগৎচরি।

নোক্লকচরিবা:

সোমোরেন্দ্রো থোকচোম

# য়াওরিবশিং

# লৈরিবা জগৎ অমসুং মীওইবা সমাজ

সংসার অসিদা লৈরিবা লেঙলি পাল্লিবা ময়াম অসিগী মনুংদা ঐখোয় মীওইবা অসি সমাজ নাইনা হিংবা জীব অমনি। কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা মহাক্কী সমাজদগী তোখাইনা হিংবা ঙমদে। অমগা অমগা মতেং পীনদুনা হিংবা, অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া মায়য়োক্নমিন্নদুনা হিংমিন্নবা হায়বসি প্রকৃতিনা মীওইবদা পীরম্লবা থাদোকপা য়াদ্রবা মীওইবগী দাইত্বনি। অসিগুম্বা প্রকৃতিনা নৎত্রগা ঈশ্বরনা মীওইবদা পীরম্বা হিংমিন্নবগী অচেৎপা লীপুন অসি মীওইবনা থাদোক্কুনা চৎপসু ওইদে, অদুগা করিগুম্বা মসিগী ৱাংমদা মীওইবনা হেক লৈরুবদা মখোয় মশা মরোমদোম পোথাফম খণ্ডনা, হিংবদা ৱাননবা অমসুং শান্তি ফংদনবা খোঙথাং অদু লৌজে। অদুনা হিংমিন্নবা অমদি অমগা অমগা মতেং পীনদুনা অৱা-অনা খুদোংথীবা কয়া ঙাকথোকমিন্নদুনা মীওইবগী নীংথিরবা সমাজ অমা লিংদুনা হিংবা হায়বসি মীওইবগী তঙাই ফদনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি।" সমাজ নাইনা হিংবা হায়বসি মীওই খরা পুনশিন্নরগা মখোয়গী অনীংবা অমদি অপাম্বা থুংনবা পুনশিন্নবা অদু নত্তে, মসিদি জগত্তা লৈরিবা খুদিংমক্কী ওইবা সমাজ অদুগী মরী অদুনি। মসিগী অকক্নবা লৈতে" *Socialogist*, **Mac Iver** গী মতুং ইন্না— *"Society is the web of social relationship"* ।

খজিক্কং পীকশিন্না য়েংলবদি ঐখোয়না সমাজ হায়বসি মখল কয়া থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি — ১। মীওইবগী সমাজ (Human society); ২। শা-উচেক্কী সমাজ (Animal society) ; ৩। উ-ৱাগী সমাজ (Plant society) অসিনচিংবা। অদুবু ময়াম অসিগী অপূনবা সমাজ (Universal society) অমগী মনুংদা অমগা অমগা মখা পোলহন্দুনা, অমগা অমগা মতেং পীনদুনা থাদোক্লবা য়াদবা লীপুন অমনা চেৎনা পুন্দুনা পূম্নমক হিংমিন্নরিবনি।অদুনা অপূনবা সমাজ (universal society) অমা ফহনবা হায়বসি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা সমাজ অসি মপূং ফারবা মতম অদুদা ওইথোকই। মরমদি পৃথিবীদা লৈরিবা জীবশিং অসিগী সমাজ অসি মীওইবগী সমাজগা য়াম্না খেৎনৈ। খূদম ওইনা হায়রবদা শা-উচেক্কী সমাজ হায়বসিদা, চাওখৎপা সংস্কৃতি অমসুং পান্দম য়াওদে। অদুনা সোসিওলোজিষ্টশিংনা হায় — The animal society is a society of beings who lack intelligence, reason, culture and who stay

same level despite the advance of thousands of years It is society of a different kind than that of human society.

**সমাজ নাইবগী মওং (জীবশিংগী) :**

সমাজ নাইনা হিংবা হায়বসিগী অর্থদি ময়াম পূনশিল্লগা হিংমিন্নবা হায়বনি। মসিনা তাকপদি, সংসার অসিদা লৈরিবা জীব খরদি মথন্তা হিংবা হৈনদবা, পূন্না হিংমিন্নবনা মখোয়গী চৎনবী ওইবা, কাঙলুপ নাইনা হিংবা অদুবু সমাজ নাইনা হিংবা কৌই। খুদম ওইনা হায়রবদা কক্‌চেং অমদি হয়িংখোইনা সমাজ নাইনা হিংবগী চৎনবী অদু লৈ। হয়িংখোইশিংনা পূন্না শু-নোম্মীন্নদুনা লৈহি পুরক্কুনা মখোয়গী মচা-মশূশিং থাকমিন্নৈ। অমদি মখোয়না মখোয়গী খুদোংথীবা হায়বদি মখোয়দা চঙলকপা মখোয়গী য়েক্লবশিংদা পূন্না ঙাকথোকমিন্নৈ। অদুবু মসি মীওইবগী সমাজগদি য়াম্না খেৎনৈ। মরমদি প্রকৃতিগী অতোপ্পা জীবশিংগী সমাজ নাইনা হিংবগী মওং অসিনা mutual phenomenon নি মতম চূপ্পদা অহোংবা লৈতে। অদুগা মীওইবা সমাজদি mutual understanding নি। মীওইবগী সমাজ সিভিলাইজেসন, কলচর অমদি লোজিক য়াওবনা অহোংবা য়াম্না লৈ।

**মীওইবা অমসুং সমাজ :**

সমাজ নাইনা হিংবা অসি মীওইবগী প্রকৃতিদা য়াওজদুনা লৈরন্নবা মশক অমনি, লোয়ননা মীওইবনা মহাক্কী মহৌশাগী মরমচৎ ফগৎহনবা হায়বসি মহাক্কী সমাজ অদুগী মখা পোল্লি।

মীওইবনা মশাগী দরকার ওইবা খূদিংমক ফংবা হায়বসি মহাক্ক মহাক্কী সমাজ অদুদা তিল্লবা মতম অদুদা ওইথোকই। মরমদি মীওইবা হায়বসি মরোমদোম হিংবা ঙমদে। Biological interdependence of man & woman, sharing interdependence man to man at every fields, and sponsorship of rearing his child না থৈদুনা চৎপা য়াদ্রবা প্রকৃতিগী খূৎশেম্নী।

মীওইবনা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা জ্ঞান অমদি বুদ্ধি ফগৎহনবদসু মীশক অদুনা মহাক্কী সমাজ অদুগা খূৎশম্নদুনা লৈরবা মতম অদুদা ওইথোকপা ঙম্মী।

মীওইবগী সমাজ হায়বসিদা চঙদবা য়াদবা মচাক মরি লৈ :

১। মশক মান্নবা : সমাজ অমা হায়বসিদা মশক মান্নবা হায়বসি খ্বাইদগী মরু ওইবা অমনি। মতম অমদদি মীওইবনা মশক মান্নবা হায়রগা,

পারি-পুরীগী মান্নবা মশক (ঈগী মরী) অদুতমক উই। অদুবু নাকন অমদা মসি অপীকপা মীৎয়েং ওই, হায়বদি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলুপ্পু য়েংলগদি। ঐখোয়না শা-গী সমাজ হায়রগা শাগী কাঙলুপ পূম্নমকপু খঙনৈ, অদুগুম্না মীওইবা সমাজ হায়রগদি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলুপ খূদিংবু খঙনগনি।

২। খেৎনবা : মসি মীৎয়েংদা মশক মান্নবগী ওন্ন তৈনবনি, মশক মান্নদবা অসিসু হিংহন্নবা মচাক অমনি। প্রকৃতিনা মশানা মরোমদোম, সমাজ অমা লিংনবা খেৎনবা অসি লৈহল্লমলে। মরমদি মান্নবা ঙাক্তনা সমাজ অমা শাবা হায়বদি মপূং ফাদে, মরমদি প্রকৃতিনা মীওইবদা কয়াৎকী খেৎনবা (biological difference) অদু সমাজ অমা শেম্বা মপূং ফানবা লৈহল্লমলি। মসিদা নত্তনা মীওইবগী মনুংদা খেৎনবা কয়া সমাজ অমা শাগৎনবগীদমক পী (তোঙান-তোঙানবা, শক-চু, লোন, ধর্ম্ম, চৎনবী)।

৩। অমনা অমগী মখা পোন্নবা (inter dependence) : অমনা অমগী মখা পোন্নবা হায়বসিসু সমাজ অমদা মরু ওইবা মচাক অমা ওই। খুদম ওইনা, ইমুং অমা হায়বসিনা মীওইবগী অহানবা সমাজ অমনি। অদুনা ইমুং অমা হায়বসি নুপা অমদি নুপী অনী অসিনি। মখোয় অনিগী মরক্তা নুপী অমদি নুপাগী য়ুম্বানবগী নুঙাইবা ফংনবা অমদি মচা ফংনবগীদমক অমনা অমগী মখা পোন্নে। মসিতা নত্তনা মায়কৈ খূদিংদা মীওইবনা অমনা অমগী মখা য়াম্না পোন্নে। মসি ঙসিগী পৃথিবীদা উদুনা লৈরবা ব্রাফমনি। MacIver গী মতুং ইন্না "The history of man" has observed, "is in one aspect the history of growth of an organisation which diversifies the work of each making each more dependent on others, in order that by the surrender of self sufficiency he may receive back a thousands fold in fullness life"। ঙসিগী মীওইবনসু মসিগী তঙাইফদবা অসি খঙলকপদগী মসিগী ব্রাখল্লোন অসি পাক শন্দোক্লবা হোৎনৈ।

৪। মতেং পীনবা (co-operation) : সমাজ অমা লিংবদা অমনা অমগী মতেং পীনবা হায়বসিসু খ্বাইদগী তঙাই ফদনা চঙদবা য়াদবা মচাক অমা ওই। মীওইবনা অমনা অমদা মতেং পীনদ্রবদি নুংঙাইবা পুন্সি

অমা ফংবা ঙমদে অমসুং সমাজ অমনা অমদা মতেং পীনবা ব্রাৎলবদি সমাজ অদু লৈখা তাগনি, মপূং ফাবা সমাজ ওইবা ঙমলোই।

অদুনা সমাজ অমা হায়বসি মীওই কাঙলুপ অদু নত্তে; মসিদি মখোয়গী পূক্নিং, ব্রাখল পূনশিন্নদুনা থবক তৌমিন্নবা অমদি মখোয়গী মরক্তা লৈরিবা অমগা অমগগী নুংশিনবা মরী অদুনি। অমরোমদা, মসি মীওইবা অমদি অহিংবা জীবখক্কগী নত্তে মসিদি সংসার অসিদা লৈরিবা খূদিংমক্কীনি। অসিগুম্বা, পূম্নমক্কী ওইবা সমাজ অসিগীদমক মপূং ফাবা হিংমিন্নবগী অমদি লৈমিন্নবগী, ব্রাখল্লোন্দা য়ূম্ফম ওইবা মীওইবা সমাজ অদু দরকার লৈ।

**মীওইবা সমাজ অমদি শাগী সমাজ :**

পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা সমাজ অমদি শাগী সমাজ অসিগা হৌরকফম থোইদোকপা খেন্নবা লৈতে। পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা সমাজগী হৌরকফম অসিসু অহানবদদি, পৃথিবীদা লৈরিবা অতৈ কাঙলুপ নাইনা হিংবা জীবশিংগুম্না, মখোয় মশা ঙাকথোকচনবা, অমদি নুপী নুপা পাদোংনবগী নিয়ম অদুদা মীওইবনা মহাক্কী কাঙলুপ শেমদুনা হিংবা হৌরকখি। খুদম ওইনা য়াম্না মান্নবা মওং অমা হায়রবদি, হেক-পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমা হায়বসি হেক পোকপদা ঙায়রিবা 'শন্নাও/কৈ মচাগা করিসু খেন্নবা লৈতে হায়বা য়াই । অদুবু চাউরক্লবা মতমদা খেন্নবা অদু তপ্ন -তপ্না উরকই। দারবীনগী থিওরী মতুং ইন্না অসুম্না খেন্নবদু হায়— "The different between human being and animal that is the difference in mind between man and the higher animal's great as it is, certainly is one of degree and not of kind" অদুবু R.A. Wilson না Darwin অমদি মহাক্কী ফোলোব্নর চাংয়েং অদু য়ানিংদবা ফোঙদোক্লদুনা হায়— The differences of degree becomes in times differences of kind. e.g. The speechless child cannot be distinguish from unconscious child of animal but whereas the animal child can become at last owner of dim intelligence, the child may develope into a Newton or a Napoleon. As R.A. Wilson also says that these authors forget in their study what is more important i.e. the total or central unifying mental faculty of man", which is definitely superior to the central

unifying mental faculity of individuals". The animals never develop "anything approximating to true language". Such germs of language as the animal possess remain but rudimentary, man alone has developed them into the wonderful outgrowth of speech. অসুম্না মীওইবনা ৱা ঙাংলিবা অসিগুম্না কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বা শা মখল অমত্তনা ৱা ঙাংবা হৈতে, অদুগা মসি মখোয়দা মশানা য়াওজরক্কবা প্রকৃতিগী অৱাৎপা অদু নৎলমদ্রবদি, মখোয়সু মীওইবদৌনা তৌরম্বা য়াই, খেন্নবা অদুসু খঙদবা য়াই।

পৃথিবীদা লৈরিবা শা-উচেক কাঙলুপ নাইনা হিংবা চৎনবী অমদি মচা য়োক্তুনা হিংবগী মতৌ অসিদা সোসিওলোজিষ্টশিংনা অসুম্না হায়—

A. Society is not peculiar to man only, it is happened among animal as well because Animals are lead to form society for the same need for which men are led.

B. Human society differs from animals society in many :

   a) The human society of civilised and cultured beings, the animals society of beasts far removed from civilisation and culture.

   b) Human society possess language, hence adaptation in human society is social. Adaptation in animal society is biological.

   c) In human society there is great adjustment; in animal society adjustment is specific.

   d) In human society the pattern of life differs from man to man, but in animal society the pattern is identical.

মীওইবা অমসুং শা-উচেক্কী কাঙলুপ নাইনা হিংবগী মওং অসি হৌরকফমগী মতুং ইন্না মান্নজরবসু সিভিলাইজেসন, কলচর অমসুং লোজিক য়াওনা হিংবা মীওইবনা মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা কয়া পুরকই, হায়বদি লেপ্পা লৈতনা মীওইবগী চাওখৎলকপা থাক অদু হেনগৎলকই, অদুগা কাঙলুপ নাইনা হিংবগী মওং অসিসু অসুম চাউখোরকপগা লোয়নবা

চাওখৎলকই। অদুগা শা-উচেক্কীনা মখোয়গী হান্নগী প্রকৃতিনা পীরম্বা য়েন্থৌনৈংগী চৎনবী অদুদগী করিসু অহোংবা লৈতে। অদুবু মীওইবনা মহাক্কী কাঙলুপ নাইনা হিংবগী মওং অসিদা সিভিলাইজেসন, কলচর, লোজিক অমদি ইন্টিলিজেন্স লৈনা চাওখৎলকপা, চাউথোরকপা (increasing size of group of people) মখোয়গী হান্নগী অমগা অমগা মখা পোন্নবা অমদি হিংমিন্নবগী মতেং পীনবা কাঙলুপ কী পথাপ পরীং অদুনসু তোপ-তোপ্পা মওং অমদা ফগৎলকই।

অসুম্না মীওইবনা কাঙলুপ নাইনা হিংলম্বদগী ফুরুপ (community) জাতি, নেসন অমদি অন্টরজাতিগী থাক্তা অচৌবা কাঙলুপ সিভিলাইজেসন, কলচর অমদি লোজিক্কা ঈরোয়ননা চাউথোরকই অমদি চাওখৎলকই। অদুবু খ্বাইদগী খুদোং থীনিংঙাইগী ওইরিবা মওং অমদি জগৎ অসিদা লেংলি পাল্লিবা জীব খুদিংমক্তগী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক্তা হিংলিবা জীব পুম্নমকপু মখোয়গী হিংমিন্নবগী লীচিংনা পুদুনা চৎকদবা মীওইবনা, ফুরুপ অমগা অতোপ্পা ফুরুপ অমগা কাঙলুপ অমগা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগা জাতি অমগা অতোপ্পা জাতি অমগা য়েংথীনরকপা অসিনা মীওইবা সমাজগী মনুংদা অসুক চাওখৎলবা প্রকৃতি ফাওবা খুদুম চনশিল্লক্লিবা মীওইবনা তংদ্রু লৈতানা শান্তি ওইনা হিংবা ঙমদে।

ঐখোয় মীওইবনা য়াম্না কুপ্পা খন্থরবদি, ঐখোয় মীওইবনা অমগা অমগা মখা পোন্ননা হিংবা অমদি অমগা অমগা মতেং পীনদুনা হিংবা হায়বসি প্রকৃতিনা শেম্নন্নবা খুৎশেম্নি, মবম অদুনা মীওইবগী কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমগী মখা পোন্নবা, কাঙলুপ অমগা অতোপ্পা অমগা মতেং পীনবা অমদি জাতি অমগা অতোপ্পা জাতি অমগা লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগা নুংশি চান্নবা হিংবগী ব্রাখল্লোন অদু লৈগদবনি নৎত্রবদি মীওইবা সমাজ অসি পৃথিবীদা মতম অমদা লৈরম্বা ডানোস্যোর জীবগুম অমগা অমগা হাৎতোক্লদুনা মুৎখিবগুম্না, মাঙখিবা য়াবগী খুদোংথিবা অদু লৈ।

---

# মীওইবা অমসুং ঈশ্বর

মীওইবনা মহাক্কী বুদ্ধিগী মৈধামদা খঙবা ঙমদনা অমসুং মহাক্কী হকচাংগী শক্তিনা তৌবা ঙমদবা লোয়নবা মতাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা মহাক্কা খাঙ্গা। পোৎশকশিংনসু পাঙথোকপা ঙমদবা অঙকপা থৌদোক কয়া পাঙথোকপা খেংনরি। খুদম ওইনা--- অহাঙবা জগৎ অসিদা তাউদুনা লৈরম্লিবা নুমিৎথা থরানমীচাক, গ্রহশিং করম্না লৈরম্লিবা কদাইদগী লাকখিবা হৌরকফমনা কদাইদগীনো. মীওইবগী বুদ্ধিনা লাম্বদা অঙকপা ওইনি। অসম্না য়াম্না কুইরবা মতমদগী মীওইবনা মশানা মশাবু মশক খঙজদ্রিবৈ হায়বদি হৌজিক লৈরিবা অসম্না তং-তাবা, মখলিং কৈরিংদুনা লেবগা মান লৈত্রিঙৈ অতে জীবশিংগুম্না কোয়চং-চত্নবা লৈলিঙৈ মশাগী হৌরককম মশক খঙজদ্রিঙৈ নীংশিংবা থোক্লিঙৈ মমাঙ (prehistory) দগী হৌনা জগৎ অসিদা লৈরিবা লেঙলি পাম্লিবা খুদিংমক্তা খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈবা শকউদবা অচৎ-চত্তা লেংলী পাম্লীবা পৃম্নমকপু শেম্বীরীবা লোইবা নাইদবা ‘অহিংবা শক্তি’না মহাক্কী ওইবা তেংবানবা মপু (ঈশ্বর) অমা লৈ হায়বসি মীওইবগী নুংগী পূক্নিংগী থাজবা অমসুং জ্ঞান (inner faith and knowledge) গা ইরোয়নবা থোরকই।

ঈশ্বরগী অর্থদি লোইবা নাইদনা লৈখ্রে, মরমদি ঈশ্বরনা মীওইবগী নুংগী থাজবা অমসুং জ্ঞান (inner faith and knowledge) গা য়াম্না নক্লনা প্রকৃতিগী অমদি জগত্তা লৈরীবা পোৎশকশিংগী মথক্তা মীওইবনা খুরুম্নরিবা অমসুং লাৎনরিবা (having be prayer and worship) ‘অহিংবা মশক’ নৎত্রগা ‘শক্তি’ অদু ওই।

নাকন অমদা ঈশ্বর হায়বসি মীওইবনা মহাক্কী বুদ্ধিগী মৈধ্যমদা ফংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং রাংলবা নুংগী ওইবা পূক্নিংগী থাজবা অমসুং জ্ঞান্না (through spritual consciousness and knowledge)না ঈশ্বরবু ফোঙদোকপা মখৈদি ঙম্মী। সিদ্ধ পুরুষ কয়ানা মতম কয়া চাদ-থক্তনা অচীকপা মফমদা পূক্নিং চঙনা থাজবগা লোয়ননা তপস্যা তৌদুনা ঈশ্বরবু ফংনবা হোৎনৈ। মদুদগী ফংলকপা লৌশিং জ্ঞানশিং অদুনা গুপ্ততগী ঈশ্বরগী

গুণশিং অমদি, মহাক্কী (ঈশ্বরগী) লোইবা নাইদবা শক্তিশিংবু মীয়ামদা উৎথোকই। অদুগা মরক মরক্তা মীওইপোক্কী মনুংদা তোপ-তোপ্পা জ্ঞান, শক্তি লৈবা, ঈশ্বরবু থাজবা তুংদা থোক্কদবা থৌদোকশিং খঙবা ঙম্বা মীওইশিং পোক্লকপনা (persons having devine power) মখোয়না অহিংবা ঈশ্বর অমা পূম্নমক্কী মথক্তা লৈ হায়না ফোঙদোকই , অসিগুম্বা সিদ্ধ পুরুষশিং অসিগী মতুং ইন্না ঈশ্বর হায়বসি জগৎ অসিগী মপুনি, লৈরিবা লেঙলি-পাল্লিবা খুদিংমক ঈশ্বর মহাক্কী খুৎশেম্মী হায়না ফোঙদোকই।

তেংবানবা মপু (ঈশ্বর) অমা লৈ অমদি জগত্তা লৈরিবা অচৎ-চত্তা লেংলি-পাল্লিবা খুদিংমক মহাক্কী খুৎশেম্নি হায়বসি ধর্ম্ম নৈতীক (ধর্ম্ম হৌদোকপা নৎত্রগা ধর্ম্ম শন্দোকপা মী) শিংনা ব্রাংলবা মখোয়গী ধর্ম্ম বিজ্ঞান epestimatic logic ( the logic of knowledge and believe) অমসুং decontice logic ( the logic which deals with imperatives, practical reasoning and expressions of obligation) দা য়ুম্ফম ওইদুনা তোঙান-তোঙানবা সিদ্ধ পুরুষশিং তোপ-তোপ্পা অঙকপা শক্তি (devine powers) শিং অদুনা ঈশ্বর হায়বা খ্বাইদগী পুমহেন হেনবা অহিংবা শক্তি (Suprime being) লৈ হায়বসি য়াম্না মরিক চূম্না প্রমাণ কয়া পীদুনা ধর্ম্ম নৈতীকশিংনা খঙহল্লি।

পৃথিবীদা লৈরিবা অয়াম্বা ধর্ম্মশিংগী তোঙান-তোঙানবা শাস্ত্রশিংদা ঈশ্বরনা মালেম লৈশেম্নকপগী অমদি মীওইবা অমদি অহিংবা জীবশিং লোয়ননা লেংলি-পাল্লিবা খুদিংমক শেম্নকপগী লৈশেম্লোন য়াম্না নীংথিনা শুগাইনা ইরি। ঙসিগী material science অমসুং biological scienceনা ফংবা ঙমদবা অঙকপশিং, জগত্তা লৈরিবা নুমিৎ, থা, থবানমিচাক, ঈশিং, নুংশিৎ, গ্রহশিংনা ওইরকখিবা থব্রায় পাম্বা জীবশিংনা ওইরকখিবা মরম অদু শাস্ত্রাশিংদা মরীক চূম্না তাক্লম্মী।

তোঙান-তোঙানবা সিদ্ধ পুরুষ কয়া লৈবনা ঈশ্বরগী মমিংসু তোঙান-তোঙানবা কয়া লৈহল্লি অদুম ওইনমক সিদ্ধ পুরুষশিং অসিগী অমদি ধর্ম্ম খুদিংমক্কী শাস্ত্র নুংগী ওইবা ঈচেলদি চপ মান্নে, জগৎপু শেম্বীবা ঈশ্বর অমা মহাক্কী লোইবা নাইদবা শক্তিংগা লোয়ননা লৈ হায়বসি, তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপ, জাতি কয়াগী মরক্তা পোকখিবা সিদ্ধ

পুরুষশিংগী পাউতাক্কী। অদুনা কাঙলুপ অমদি জাতি খুদিংমক্কী ঈশ্বরনা মালেম লৈশেন্নকপগী লৈশেন্নোন ব্রারীশিং লৈ।

মীওইবনা হোৎনবদগী বিজ্ঞানগী চাওখৎপগী থাক অসি অসুক্কী মতীক ঙসিদি ব্রাংলে ( the advantage of material science and biological science) । বিজ্ঞান্না ঐখোয় লৈরিবা পৃথিবী অমদি অতোপ্পা গ্রহ-উপগ্রহশিং অমদি জগৎ সংসার অসিদা লেঙলি পাল্লিবা জীব খুদিংমকশিং করম্না ওইরকখিবনো হায়বদুগী খ্বাইদগী ওইথোকপা য়াবা মরমশিং প্রমাণগা লোয়নননা পীরি। ঈশ্বরনা সংসার অসি শেম্মী অদুগা ঈশ্বর হায়বা লোইবা নাইদ্রবা অহিংবা মশক অমা লৈ হায়বসি মীওইবগী লান্না থাজবা ব্রাখলনি হায়না বিজ্ঞান্না ফোঙদোকই। মতম অমদা মীওইবনা লান্না থাজরম্বা, লাইনি হায়না থাজনরম্বা, নুমিৎ, থা, থবানমিচাক অতৈ গ্রহশিং অমদি অতোপ্পা অঙকপা পোৎশক কয়া, পোৎশক ওইনা পুথোক্কুনা লাই ওইদবগী খুদম কয়া ঙসিদি ঐখোয়না উবা ফংলে। অদুদসু নত্তুনা মালেমদা লৈরিবা লেঙলি-পাল্লিবা অচৎ-চত্তা থব্রায় পানবা অমসুং পান্দবা মতৌ করম্না লৈরকখিবনো হায়বদুগী য়াম্না ওইথোকপা য়াবা প্রমাণ পীদুনা হান্না ঈশ্বরনা মালেম শেম্বনি সংসার অসি, ঈশ্বরনা শেম্বনি হায়বদুগী ওন্ন-তৈনবা বিজ্ঞানগী মায়কৈদগী ওইথোকপা য়াবা থিওরি শক্লাইরবা বৈজ্ঞানিক কয়ানা পৃথিবী ওইরকপগী মওং অমদি ঙসিগী সৌর জগৎ (solar system) ওইরিবা মওং মতৌ থিওরি অদু য়াম্না নীংথিনা পীরি।

বৈজ্ঞানিকশিংগী মতুং ইন্না ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা মালেম (পৃথিবী) অসি ঐখোয়গী থক্তা ঙাল্লিবা নুমিৎ অসিগী অপীকপা শরুক অমদগী কায়থরক্লগা, মসিগী হোট গ্যাস শরুক অসি অসুম অসুম ইংথরক্কুনা অহানবদা মহী ওল্লগা মথংদা মপং ওইরক্কুনা ওইরকখিবগী নিয়মশিংদা য়ূম্ফম ওইদুনা ফোঙদোকই।

তোঙান-তোঙানবা বৈজ্ঞানিকশিংনা তোঙান-তোঙানবা থিওরি কয়া পীরম্মী। Kant গী Gaseous Hypothesis অমসুং Laplace কী Nebular Hypothesis মতুং ইন্না "Earth as having formed through the solidification of a ring thrown away by coolling and rotating

nebula (Sun) This ring was one of the new such rings which formed various planets

Jean অমসুং Jeffereys গী Binary Star Theory গী মতুং ইন্না:

"A large nebula wondering in the space came very close to smaller nebula (Sun) and its gravitational pull caused a huge tidal surge of matter on the surface of the smaller over the matter rising as a tidal wave from the surface of the smaller nebula was pulled towards it and was drawn to a distance from which it could not come back to the parent & body however, it could not follow the larger nebula moved away this matter was detached from the smaller nebula On cooling the matter condensed to form the planets including the earth and they started revolving around the sun"

Jean অমসুং Jeffereys গী Hypothesis অসিনা খ্বাইদগী ওইথোকপা য়াবা পৃথিবীনা ওইরকখিবগী থিওরি অদু ওইরি।

অদুগা মসিগী মথক্তা মীওইবনা মতম কয়াগী মমাংদগী থাদ... লাক্লবা পৃথিবীদা লৈরিবা লেঙলী পাল্লিবা জীব খুদিংমক ঈশ্বরগী খুৎশে... ওইখিবনি হায়বসি বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগা ঈরোইননা বৈজ্ঞানিকশিংনস্ মীওইনা লান্না থাজবা, রাখলমা শাগৎপনি হায়না প্রমাণ পী, মসিদসু নত্তনা বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা থরায় পানবা জীবশিংগী হৌরকফম (Origin of life) মরমদা তোঙান-তোঙানবা থিওরি কয়া প্রমাণগা লোননা পীবি।

Father of Biological Science হায়রগা খঙনবা Greece thinker, Aristotle গী মতুং ইন্না থরায় পানবা অহিংবা জীবশিং অসি, থরায় পান্দবা পোৎশকশিংদগী মরোমদোম ওইজরকপনি হায়, মহাক্না হল (magots) শিংনা শদুমশিংদগী থোবকপগী মওং অদুনা খুদম পীদুনা হায়রম্মী। মহাক্কী থিওরি অসিবু Theory of Spontaneous generation হায়না খঙনরম্মী, (living organism at least lower forms, arose spontaneously from non- living matter).

membrane গী structure শিং ফংখি। অসিগুম্বা cell membrane শিং অসিদগী primitive cell শিং ওইবদুনা হৌজিক মতম prokaryotes শিং পোকখিবনি থাজে। মসিবু chemosynthetic origin of life হায়না খঙনৈ (Life thus originated as a result of a series of complex chemical reaction) অসুম্না থবাগ পানবা জীবশিংনা পৃথিবীদা কমদৌনা লৈবকখিবনো হায়বদগা নিংনগী মীংয়েংদগী তাকই। মসিগী মথংদা জীবশিংনা মথং মথং ওইবকখিবা অমসুং মখোয় মখোয়গী generation শিং শন্দোনকপগী মওং মতৌ অদস উৎলি, খুদম ওইনা :—

1 Theory of inheritance of acquired character— (a) Jean Lamarek, (b) August Weiseman

2 Theory of Natural Selection (Charles Darwin )

3 Mutation Theory of Evolution (Hugo de Vries)

মথক্কী থিওরিশিং অসিনা বিজ্ঞানগী পান্বনা অহিংবা জীবশিংনা কদম্না ওইবকখিবনো হায়বদু তাকই।

অসুম্না material science biological science অমসুং space science না পৃথিবী অমদি অতৈ গ্রহশিং, থাশিং লোয়নন্না ঐখোয়গী সৌরজগৎ (solar system) অমদি অহিংবা জীবশিংনা ওইবকপগী থিওরিশিং পীজরবসু, ধর্ম, বিজ্ঞান অমসু মীওইবদা যাওবকপা তোপ তোপ্পা অহিংবা শক্তি (থবায়) না ঈশ্বর অমা জগত্তা লৈরিবা পোৎশকশিংগী বাক্যদা মহাক্কী লোইবা নাইদবা গুণগা লোয়নন্না যোঙদোক্লম্বনা ঈশ্বর হায়বা অহিংবা খ্বাইদগী শক্তি লৈবা পুন্নমক্কী মথক্তা লৈ হায়র্বসিসু অদমক চুমদনা লৈবগদনা induction logic ওইনা লৈবগদবা য়াফন্নি, খুদম ওইনা হায়ববদা, material science কী বৈজ্ঞানিকশিংনা নুমিৎ (sun) হায়বদি গ্যাস চরুল অমা (a hot sphere of gas) 74% hydrogen 25% helium অমদি 1% অতোপ্পা elements যাওবা পোৎশক অমনি হায়না পুখোকলে। অদব গ্যাসশিংসি কদাইদগী লাকখিবনো হায়না হ বা বাহংদা অঙকপা অমা ওইনি। অসিগুম্না (নুমিৎকুম্না) মশাং থিংমদনা থবার্নামচাক কয়াসু অহাঙবা অতিয়াদা তাউদনা লৈরি, অদুগা বিজ্ঞানাশিংনা হায়নির্বসি ঐখোয়গা পৃথিবী অমদি অতৈ

গ্রহশিং অসি নুমিৎকী অপীকপা শকক অমা কাযথবকপদগী ওইখি অদুগা জীবশিং ওইবকখিবগী মওং অদু হাযবতনি। অদুনা ধর্ম্ম বিজ্ঞান্না অহিংবা শক্তি spiritual existance and relationship to the supreme being অমদা নৈনবা হাযবসি মীওইবগী নুং চনখ্রবা অব্রাৎপা অমবু মপুঙ ফাহনবনি হাযবদা থোইদোক্না লান্নিংঙাই ওইদে।

ঈশ্বর হাযবসি জগত্তা লৈবিবা পোৎশকশিং অমদি মীওইবা অমদি মহাক্কী অকোযবদা লৈবিবা অহিংবা জীবশিংগুম্বা নত্তে, মহাক্তি পূম্নমক্কী মথক্তনি। ঈশ্বরনা, মহাক্কী লোইনাইদ্রবা 'অহিংবা শক্তি' পীকখ্রবা শকক খবদগী অহিংবা জীবশিং পুথোকই, অদুগা মহাক্না মহাক্কী অহিংবা শক্তিশিং ফোঙদোক্লবা মীওইবদা খ্বাইদগী বাংলবা পূক্নিং অমসুং জ্ঞান পী। তৌবদবু যাম্না অকক্লবা ফীভমদা মীওইবগী 'অহিংবা শক্তি' (limited spiritual existance) অদু লৈহল্লি। ঐখোয মীওইবা অমদি অতৈ অহিংবা জীবশিং (living beings) অসিদা থবায (soul) হাযবা 'অহিংবা শক্তি' অমনা লেং-ওৎপা, চৎপা, ঙাংবা, খনবা অমদি ফীভম হোংবা (physical change) অঙকপা, থবক থৌবম কযা তৌই। অদুবু মীওইবগী অমদি জীবশিংগী থবায (soul) অসি হকচাংগী শকক (part of the body) নত্তে নৎত্রগা নং হক্তিন্না লৈবা পূক্নিং নৎত্রগা জ্ঞানসু ওইদে, থবায হাযবসি মীওইবগী হকচাংবু মহাক্কী বিষয (ইন্দ্রিয বিষয)শিংবু, জ্ঞানবু, মথৌ তৌহনবা শুপ্নতগী 'অহিংবা শক্তি' অমনি। থবায যাওদ্রবা হকচাং অদুদি অমুক হন্না লেং-ওৎতুনা মহাক্কী বিষযশিং মথৌ তৌববোই। অদুনা মীওইবনা অহিংবা জীবশিং অসিবু অহিংবা মশক ওইহল্লিবা পীকখ্রবা অহিংবা শক্তি (থবায) ফাওবা মীওইবগী "বুদ্ধিগী মধ্যম"দা পুথোকপদা ফংবা ঙমদ্রি। মবম অদুনা লোইবা নাইদবা অহিংবা শক্তি মশক ওইবিবা ঈশ্বরদি কনম্না মীওইবগী বুদ্ধিনা ফংবা ঙমগনি।

তশেংবগীদি লৈনিবা জগৎ (Universe) অসি ঈশ্বরগী হকচাংগী শক্তি, নৎত্রগা মহাক্কী হকচাং অপীকপা শকক অমনি, অদুগা মহাক্কী অহিংবা শক্তিনা পূম্নমক লেঙ ওৎতুনা অমদি লেঙদনা লৈবিবনি হাযববসু থোইদোক্না চুমগনি। মবম অদুনা জ্ঞানীশিংনা পূম্নমক ঈশ্বরগী খুৎশেমনি হাযনা লাউবিবা অসিসু কনিগী লানগদৌনিবনো।

# মীওইবা অমসুং ধর্ম্ম

মালেম অসিদা লৈরিবা অহিংবা জীবশিংগী মনুংদা মীওইবা খক্তমক ধর্ম্মগা শাগোম্নদুনা সমাজ নাইনা হিংবা জীবনি (Man is the only religious being) ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবা সমাজগী শাইদোক্লবা মাদ্রবা ওল্লিঙৈ মতমদগী মীওইবা সমাজগা ঈরোইনদুনা লাক্লবনি। অশেংবগীদি, ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবগী নুংগী গুণ ওইরিবা নুংশিবনু মপুং ফাহন্দুনা ঐখোয় মীওইবগী হিংমিয়নবগী অমদি অমত্তা ওইনা পুনশিনবগী পাম্বৈ মনি। অদুগা 'ধর্ম্ম' পুম্নমক মীওইবগী নুংগী ওইবা পুক্নিংগী নুংশিনা অমসুং জ্ঞান (inner love and knowledge) গা শিনোইনদুনা থোরকই। অদুগা অমরোমদা ধর্ম্মগা তৌইংবা কৌবা শক্তি (পরায়) অদুদগী থোক্লকপনা ধর্ম্ম অয়াম্বা অসি নুংগী থাজবা অমসুং জ্ঞান ওইহনবা "লোইবা নাইদবা অহিংবা শক্তি" তেংবাননা মপু (ঈশ্বর) দা মরুপ ওইদনা ধর্ম্ম বিজ্ঞানবু মপুং ফাহনবগুম ঔই। মরম অদনা ঈশ্বর হায়নসি ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্ম পীবা মীশক অদুগা অমত্তা ওইনা য়েংশিনখি। অদুগা তোঙান তোঙানবা সিদ্ধ পুরুষ কয়া লৈবনা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংগী মমিংস লৈখি। খুদম ওইনা, খৃষ্টানিটী, বুদ্ধিজম, ইসলাম, হিন্দুইজম, জেনিজম, ক্লাসিকেল গ্রীক ধর্ম্ম, রোমান ধর্ম্ম কোনফুইজম অমসুং প্রীমিটিভ ধর্ম্মশিং তোঙান-তোঙানবা মীশকশিং লৈবদগী থোক্লকখি।

মালেম অসিদা লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা মীওই কাঙলুপ / কুরুপশিংগী মনুংদা মরক মরক্তা থোইদোক-হেন্দোক্লা ধর্ম্ম বিজ্ঞানদা চঙখোল্লবা দর্শন শাস্ত্রদা চঙখোল্লবা, তোপ-তোপ্পা শক্তি (having devine power) লৈবা ঈশ্বরগী ওইনা লোইবা নাইদবা অহিংবা শক্তি অসি খ্বাইগী ওইবা য়াবা মওংদা শেংদোকপা ওয়া মীওইশিং পোকলক্লনা মখোয়গী ধর্ম্ম জ্ঞান অমসুং ঈশ্বর থাজনগী মওং অদুদা অপীকপা ধর্ম্মগী কাঙলোন কয়া শগাখিনখি। মরম অদুনা খৃষ্টানিটী, বুদ্ধিজম, ইসলাম, হিন্দুইজমদা কাঙলুপ কয়াগী primitive religion শিং লোইনখি।

ধর্ম্ম খুদিংমক্তা নুংগী ঈরোলদি মমখৈনি :

পৃথিবীদা লৈরিবা অহিংবা ধর্ম্মশিং হাপনা মপানথোংগী শক্তম থেমজরবস নুংগী ওইবা শক্ত মদি চপ মাপ্পে। মসু খুদিংমক্তা নুংগী ওইবা ঈচেলদা অচুম্বা, নুংশিবা, লোনুকপা, কংহোল্লপা, তাশেংবা, থাজবনা,

অহিংসা, পুমসুপ শুপ্না হায়রবদা নুংশিববু চাওখৎহন্দুনা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপ জাতি খুদিংমক হিংমিন্নদুনা লৈননবনি। ধর্ম্মনা মীওইবগী হিংমিন্নবদা চঙদবা য়াদ্রবা লমচৎ-শাজৎ, লীচৎ (morality) গা য়াম্না নকশিন্না লৈরিবনি। নাকন অমদা য়েংলুবা তারগনা ধর্ম্ম হায়বসি, মীওইবগী লোইবা নাইবা মতম খরতগী ওইবা মপূং ফাদবা 'অহিংবা শক্তি' (থরায়) অদুনা শান্তি ওইনা লৈননবা অমসুং মপূং ফাবা লোইবা নাইদবা 'অহিংবা শক্তি' (ঈশ্বর) দা তিনর্শিন্নবা লম্বেলনি।

তোঙান-তোঙানবা সিদ্ধ পুরুষ কয়া লৈবনা তোঙান-তোঙানবা 'ধর্ম্ম' কয়ামরুম লৈরিবনি। ধর্ম্মশিং অসিগী পন্থুংদি অমত্তনি। গান্ধিজীনা অসুন্না হায়— "Religion are different roads converging to the same point" অদুনা ধর্ম্মশিং অসি শুপ্নতগী মপান্থোংগী ওইবা লাইনিং-লাইশোল, লীচত্তা, খেন্নজবনি ন্নুংগী ওইবা ঈচেলদি অমত্তনি।

পৃথিবীদা লৈরিবা অয়াম্বা ধর্ম্মগী শাস্ত্রশিংদা ঈশ্বর অমদা থাজবা থম্বদা য়ুম্ফম ওই। তোঙান-তোঙানবা মীওইশিং লৈবনা ঈশ্বরদা থাজবগী মওং অসিসু মপান্থোংগী মীৎয়েংদা অদুম খেন্নে। খৃষ্টানিতী, ইসলাম, জৈনিজমনা তেংবানবা মপু ঈশ্বর অমখক্তমক লৈবগী মওং মপান্থোংগী অমদি নুংগী ওইবা মওংদা ফোঙদোকই। অদুগা হিন্দুইজম, ক্লাসিকেল গ্রীক ধর্ম্ম, রোমান ধর্ম্ম অমসুং প্রিমিটিভ ধর্ম্মশিংদা ঈশ্বব ময়াম অমা লৈবগী মওংদা হায়। অদুবু হিন্দুইজম অমদি অতৈ ধর্ম্মশিংগী লাই ময়াম লৈবগী মওংদা মখোয়গী মপান্থোংগী চৎনরোলগী মতুংইন্না ফোঙদোকচরবসু নুংগী ওইবা, মীৎয়েংদা য়েংবা তারবদি হিন্দু শাস্ত্রগী মতুং ইন্না জগৎ মপুনা মহাক্কী লোইনাইদ্রবা শক্তিদগী ঈশ্বর ময়াম অমা লৈহল্লি অদুবু অরোইবদদি ঈশ্বরদি অমখক্তনি হায়বদু য়াম্না নীংথিনা উৎলি। ধর্ম্মশিংগী ঈশ্বরদা থাজবগী মওং অসিসু থোইনা খেন্নদে। অমরোমদা বুদ্ধিজমনা লাই লৈতবগী পাউতাক শন্দোক্লম্বা থেংনৈ। অদুম ওইনমক, মহাক্কী নুংগী পাউতাক অদুদি ঐখোয়না নৈনরুদে। অদুনা মহাকপু ঈশ্বরদা থাজবা থমদবা মীশক ওইনা উরুবতনি। শম্না হায়রবদা বুদ্ধ মশামক অসি চহি কয়া চাদা থক্তনা অচীকপা মফমদা ঈশ্বরদা চঙজদুনা মদুগী মহৈনা মহাক্কী ব্রাংলবা ধর্ম্ম বিজ্ঞানগী বাখল্লোন মপূং ফাবা ঙমজখি। মরম অসিনা বুদ্ধনা ঈশ্বর হায়বা (অহিংবা শক্তি) অমা লৈতবগী পাউতাক পীরম্বা অসিগী মরুওইবা মরম অদুগী মরমদা গান্ধীজীনা অসুম্না হায় — ঐগী তোল্লবা মত্তদি বুদ্ধদেবনা অসুম্না হায়বসি মহাক্কী (বুদ্ধ) পাউতাক্কী মরুওইবা পোৎচঙগী ওন্নতৈনবনি।

অসিগুম্বা ককুঙাওনবসি মহাক্কী মীরোন অদুদা ঈশ্বরগী মমিংদা অনেক থবক তৌরম্বা পূম্ববু মহাক্না (বুদ্ধ) ককথৎলম্বা অমসুং হেক্তা ককথৎপদগী থোকপনি। মহাক্না চিংনবা লৈদুনা ঈশ্বরগী হায়বা অহিংবা মশক অমা অরানবা ব্রাখলগা লোয়ননা শাগৎলমলে। অদুগা মহাক্না মাগী থবকশিংগীদমক নীংঙমদবা ঙমগনি হায়বা অসিগুম্বা ভাব অসিবু চিংনবা লৈতনা ককথৎলম্মী। মহাক্কী অস্তানা য়াম্না শাউনা হৌরকখিবসি ঈশ্বর কৌবা অহিংবা মশক অমনা মহাক্কী পেন্নবগীদমক অমসুং নুংঙাইনবগীদমক শাগী অহিংবা ঈ দরকার লৈ, অদুগুম্বা শাশিং অদুদি মহাক্কী খূৎশেম্মী। অসিগুম্বা থাজবা অসিগী মাযয়োক্তনি। মবম অসিনা মহাক্না ঈশ্বরবু অচুম্বা মরমদা অমুক থন্নমই। মতম খরদংগী অঙৌবা সিংহাসন্দা ফমদুনা লৈবগুম্না তৌবা অরানবা মীশকশিং অদুবু সিংহাসন্দগী কুমথহল্লম্মী। মহাক্না কনশিন্না হায়,— জগৎ অসিগী সরকার অমা লৈ হায়বসি লাউথোকই। মহাক্না (বুদ্ধ) চিংনবা লৈতনা হায়বম্মী ধর্ম্ম হায়বসি ঈশ্বর মশামক অদুবুনি। অসুম্না বুদ্ধগী পাউতাক্কী মতুংইন্না ঈশ্বরদা থাজবা থমদবা অসি মতম অমদি মীভমগী নতুং ইন্না হায়বনি নুংগী অশেংবা বুদ্ধগী পাউতাক্না মচং ওইবশিংদি ঈশ্বর লৈ হায়বগী পাউতাক অদুম লৈ।

পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্ম খুদিংমক্কী নুংগী ঈচেল তাক্লিবা শাস্ত্রশিং (scriptures)গা পুকচেল (spirit) হায়বসি, অশেংবা, অচুম্বা ঙাকপিবা, মীবু পুকচেল চাউহনবা, মবান লৈতবা, নোঙ্লুকপা ইচম-চম্বা, মীবু থৌনা হাপ্পা লাইগী ওইবা মতৌ অদুনি, কনিসু খেন্নবা লৈতে। শম্না হায়রবদা পৃথিবীদা লৈরিবা নুপীশিংগী কনাত্তা খেন্নবা লৈতে। সুপ্নতগী মপান্তোংগী ওইনা শক্তমদা খেন্নজবনি। অদুনা অসুক য়াম্না ধর্ম্মশিং অসি লৈজববসু নুংগী ওইবা ধর্ম্মগী ঈচেলদি অমখক্তনি। মপান্তোংগী ওইবা লীচংনা মযাম অসি খেন্নহনবনি। ধর্ম্ম হায়বসি "ধর্ম্ম খুদিংমকপু বাংমা লানবা কনাগুম্বা মীশক অমগী স্বভাবপুসু হোংহনবা ঙম্বা নুংগী অচুম্বগা থায়দোকপা যাদবা, মীওইবগী অহিংবা শক্তি (থবায়) শান্তি ফংহন্দুনা লোইবা নাইদবা অহিংবা শক্তি অদুদা পুনশিনহনবা ঙম্বা, মতম চূপ্পদা শেংহনবা ঙম্বা, ধর্ম্ম পূম্বগী নুংদা চেল্লীবা ঈচেল অদুনি"।

মীওইবগী 'অহিংবা শক্তি' অসি পনখে লৈবনা মাগী মাগী পক্লিং অমদি বাখল অসি মহৌশানা খেন্নে, মীওইবনা মাগী মাগী নুপীনা

মাওংমা ৩। ' ঃ .

খ্বাইদগী ফজবী নংশিবী নুপী ওইবগুম্না, মীপুম খুদিংক্রসু মাগী মাগী ধর্ম্মবু খ্বাইদগী অশেংবা, অচম্বা, অফবা ওইনা লৌনৈ। অদুবু খ্বাইগী নুং চনখ্রবা মনাং চপ-মায়বা অমত্তা ওইবা অর্থ লৈবা, মথল মথা য়াম্লবা মওং নাইবা মখম পানবা মতম্গী অবোইবা ফাওবা লৈরগদবা অহিংবা ধম্মশিংগী নুংগী ঈচেল অদুদি গুপ্ততগী শক্তিনা, মুনি ঋষি খক্তনা উবা ঙম্মী। মনম অদুনা ভগবা লৈবিবা ধম্ম পৃথসি অমগা অমগা নুংশিনজনবনি। অদুনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমনা অমব যোকখৎপা হায়বসি ধম্মশিংগী নুংগী ওইবা ঈচেলনি। ঃদগা করিগুম্বদা মপৃং ফাদবা মীওইবগী বাখলনা মহাক্কী ধর্ম্মব হেন্না নুংশিবদগী নত্রগা হেয়া মশক থোকহল্লীংবদগী অতোপ্পগী ধর্ম্মবু হম্থনা য়েংদুনা মাঙহন্নবা হোৎনরবদি মদ মহাক্কী ধর্ম্ম অদুগী মায়য়োক্তনি।

# মীওইবা অমসুং কাঙলুপকী সংস্কৃতি

ঙসিগী মালেমগী ফম্পাকথক্তা, মীওইবা সমাজগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা, শক-চু খেন্নবা, লোন মান্নদবা, লাইনিং লাইশোন, চৎনবী শাজৎ মান্নদবা কাঙলুপ কয়া লৈ। মবম অসিনা অসিগুম্বা তোঙান-তোঙানবা মীওই ফুরুপশিং অসিগী তোঙান-তোঙানবা মখোয় মশাগী তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিশিং লৈ। অসিগুম্বা মীওইবগী মরক্তা লৈরম্লিবা খেন্নবা অসি বশ্ম জ্ঞানগী মাযকৈরোমদগী যেংলগা তেংবানবা মপুনা তোঙান-তোঙান লৈরবা ওইরবসু নৎত্রগনা জ্ঞান-বিজ্ঞানগী মাযকৈরোমদগী যেংলগা প্রকৃতিগী ভূগোলীক্কী ফীভম্না অইং-অশা খেন্নবদগী ওইহল্লম্বনিনু হায়রবস, খেন্নবশিং অসি অমগা অমগা যেংথীননবা, নুংশিনহন্দনবা নৎত্রগা কাঙলুপ মখোয় লান তৌনদুনা হাৎন-শুনহন্নবা নত্তে। খেন্নবশিং অসি লৈহল্লম্লিবসি মীওইবগী মরক্তা অমগা অমগা লৈননিবা মবী অসি হেন্না চেৎশিলহন্নবনি। খুদম্দি, যুম অমা শাগৎপদা, নুপা অমদি নুপীগী হকচাংগী কয়াৎ (biological difference) খেন্নবনা নুপা-নুপী অনীগা মনা হেন্না চেৎশিনহল্লি। অসুম্না কাঙলুপ অমগী মনুংদসু মী অমগা অমগা মওং মতৌ শাখল থনক মওং খেন্নবদগী মী অমগা অমগা নকশিন্না তিন্নবা ঙম্মি, অদুগা অসিগু খেন্নবশিং লৈরমদনদি মী অমগা অতোপ্পা অমগা তৌনবিবা কনানা ফংলক্লগনি হায়বসু মীওইবগী মরক্তা তৌনরিবা মনা নাপিদু চঙ্ঙি নত্তে লেপ্পিগনি। অসুম্না তোঙান তোঙানবা মাওই কাঙলুপশিংগী তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতিশিং লৈবগী মরম্দা কাঙলুপ অমগা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগগী মরক্তা কন্ফ্লিক্ত অমসুং সোসিয়েল বিলেসনসিপ অসি ফগৎহন্নবগীদমক্তা শেম্শিনবা নৎত্রগা শারৌনা খেন্নবশিং লৌহল্লম্বনি।

কাঙলুপ অমগা সংস্কৃতি হায়বসি চাউনাম্না। তপচিনবা মীওই যেংলগদি কাঙলুপ অমগী চিংবনা লোয়নবিবা মখোয়গী হিংবগী দক ওইবা মচাকশিং নৎত্রগা মওং অদুনি। শম্না হায়ববদা, কাঙলুপ অদুগী চেৎ খোঙথাং, হিংবগী মহিং, নুমলৈ- কৈবৈ, লোন, লাইনিং-লাইশোন অমসুং চৎন-লোনচৎ অদুবুনি। কাঙলুপ অমগা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগা তিন্নরুবদগী কাঙলুপশিংগী সংস্কৃতিদসু অহোংবা কয়া লাক্লি। অদুনা কাঙলুপ অমগী সংস্কৃতি হায়বসি অহোংবা নাই। তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপ অমগা সংস্কৃতি মযাম পূর্নাশন্নবদগী তোঙানবা অপূনবা সংস্কৃতি অমা শেম্মি। শম্না

## মীওইবা অমসুং কাঙলুপকী সংস্কিতি

হায়রবদা ভারত্তা কাঙলুপ ১৬০০কী মথক্তা লৈ, হায়রিবা কাঙলুপশিং অসিনা অপূনবা ভারত জাতি অমা শেমলে, অদুগা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপশিং অসিগী তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতি অসিনা ভারতকী ওইবা তোঙানবা অপূনবা সংস্কৃতি অমসু শেম্মী।

মীওইবা সমাজগী মরমদা নৈনবা মীওইশিংনা সংস্কৃতিগী তোঙান তোঙানবা অর্থশিং নৎত্রগা ব্রাহম্মোকশিং পীনৈ।

According to Taylor— Culture is that complex whole which include knowledge, belief art, morals, laws, custom and any other capabilities acquired by means as a member of society.

Malinonski define culture as the handiwork of man and as the medium through which the achieves his ends.

C.D. North defines culture as consisting in the instruments constituted by man to assist him satisfying his wants.

Spencer conceived of culture as the super organic environment as distinguished from the inorganic or physical and from the organic the world of plants and animals.

According to Joseph Piper — Culture is the quintessence of all natural goods of the world, and those gifts and qualities which, lie while belonging to man, lie beyond the immediate spheres of his needs and wants.

Some sociologist divided culture into two parts— material and non material. By material is meant concrete objects like dwelling, radios, articles of clothing, utensils, tools, books and paintings. By non materials is meant the abstracts creation of man. Such as language, knowledge, literature, science, art law, custom and religion.

মীওইবা সমাজগী মরমদা খঙহৈরবা মীওইশিং অসিনা পীরিবা সংস্কৃতিগী মচং ওইবা অর্থ অয়াম্বনা মাম্নবগী মওং লৈ। কাঙলুপকী সংস্কৃতি হায়বসি কাঙলুপ অদুগী চাওখৎপগী ফীভম হিংলিবগী মওং য়ূমদৈ কৈরৈ, খূৎ-শা হৈবা, লাইনিং-লাইশোন, চৎনা-লোনচৎ, লোন, চৎনবী কাঙলুপকী মওং মতৌ অদুদা য়ূম্ফম ওইরগা মদুগী মনুংদা মাগী মাগী খ্বাইদগী ওইথোকপা য়াবা অনীংবা অমদি চুনবা মওংদা সংস্কৃতিগী ব্রাহম্মোক পীনজবতনি। কাঙলুপ কয়াশিং পূনশিল্লগা জাতি অমা নৎত্রগা লৈবাক (nation) অমা শেম্মী। হায়রিবা জাতি অসিগীসু কাঙলুপময়ামদগী শেয়ার

তৌনদুনা ওইরকপা তোপ-তোপ্পা মপূং ওইবা সংস্কৃতি অমা শাগৎলি। জাতি কয়ানা পূনশিল্লগা অচৌবা জাতি অমমুক শেম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা কাঙলুপ ২৯ পুনশিল্লগা কাঙলুপ অমগী সংস্কৃতি অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী সংস্কৃতিগা পূনশিন্নদুনা মণিপুরী জাতি অমা শেম্মী। মণিপুরগুম্বা জাতি ময়াম পূনশিন্নদুনা অচৌবা ভারত জাতি অমা অমুক শেম্মী। সমাজ অমগী নৎত্রগা অচৌবা কাঙলুপকী সংস্কৃতিদা জাতি কয়াগী সংস্কৃতি অমা শাগৎপদা, চঙবা চাওখৎ খোঙথাংদা মাঙজিল থাবা কাঙলুপ নৎত্রগা অপীকপা জাতি অমগী সংস্কৃতিদি হায়নবা তৌদনা মরোমদোম লূপশিনখিবা য়াওই। খুদম ওইনা ভারতকী সংস্কৃতি অসি তোঙান-তোঙানবা জাতি কয়াগী সংস্কৃতি তিনশিন্নদুনা তোপ-তোপ্পা ভারতকী সংস্কৃতি অমা শেম্মী। অদুগা তোঙান-তোঙানবা অপীকপা জাতিশিংগী সংস্কৃতিসু অনৌবা অহোংবা অমা লাকই। ভারতকী তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংগী মশাগী লৈজবম্বা সংস্কৃতিশিং অসি অমনা অমদগী তম্নদুনা অমদি অমগা অমগা লৌথোক-লৌশিন তৌনদুনা অহোংবা কয়া লাকই। খুদম ওইনা হায়রবদা মণিপুরগী সাহিত্য, বিজ্ঞান, জগোয়, ঈশৈ, চৎন-লোনচৎ কয়াদা অহোংবা লাকপা অসিগুম্নদনা ভারতকী অতোপ্পা জাতিশিংদসু অহোংবা অদু অদুম লাকই। অদুনা জাতি অমগী সংস্কৃতি হায়বসি অহোংবা নাই। অদুগা তোঙান-তোঙানবা জাতিশিং অসিগী সংস্কৃতি হায়বসি অমগা অমগা য়োকখৎনদুনা অমগা অমগা কন্ট্রিব্যুসন পীনদুনা অমগী অবাৎপা অমনা মেনখৎনদুনা মপূং ফাবা অরাংবা থাক্কী সংস্কৃতি অমা জাতি খূদিংমক্কী লৈহন্দুনা মীওইবা সমাজগী তৎনা থানবা য়াদ্রবা মরী অদু লৈহনবনি।

জাতি অমগী সংস্কৃতিগী মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিং অসি অসুক্কী মতীক য়াম্বনা,জাতি অমদনা করিগুম্বা সংস্কৃতিগী মচাক অমা হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎলগা অতোপ্পা অমদনা মদুগা মান্নদবা সংস্কৃতি মচা অমা হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎখিবদগী হন্থনা য়েংনবা য়াওরকই। খুদম — নোংচুপলোমদা লৈবা (Europeans countries) খূৎশা হৈবা (science and technology) হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎলি অদুগা পৃথিবীগী নোংপোক থংবা (Asian countries) মায়কৈদা লৈবা জাতিশিংনা মীওইবগী পূক্নিংগী ওইবা গুণশিং, লমচত্তা অমদি ধর্ম্মগী ওইবা (spiritual civilisation) হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎখিবনা বেলেন্স চান্নদবা থোক্কুনা নোংচুপলোমদা লৈবা জাতিশিংনা নোংপোকলোমদা লৈবা জাতিশিংবু মখোয়গী sordid realities of sceintific and techonoligical গী লমদা য়াম্না থাক হন্থনা লৈবদু য়াম্না হন্থনা চাওখত্তবা মীৎয়েংনা য়েংই।

অমরোমদা, নোংপোক্কী জাতিশিংনা নোংচুপকী মোবেল প্রিনসিপলশিং অসি য়াম্না থাক হন্দুনা লৈখিবনা নোংচুপকী লীচৎ-শাজৎপু হন্থবা থাক্তা লৌরম্মী। মরম অদুনা অনীগী খেন্নবনা পুরক্কদবা সোসিএল রিলেসনসিপ অসি মপুং মরে ফারবা নুপা অমগা মপুং মরে ফাদ্রিবা পৌক্লিবা নুপা মচা অমগগী মরক্তা নৎত্রগা মপুং মরে ফারবী নুপী অমগা পৌক্লিবা নুপী মচা অমগগী মরক্তা থোরকপগুম্না সোসিএল রিলেসনসিপ শাগৎপদা য়াম্না থীস্থহল্লি। লোয়ননা সোসিএল প্রোব্লেম কয়া, হাৎন-শুনবা য়েংগীনবা কয়া থোকই। অদুবু তপ্না তপ্না নাকল অনীমক্কী খেন্নবশিংদু তিন্নরুবদগী নৎত্রগা পূল্লুবদগী অমগা অমগা ভোৎনা-তিন্নরকপদগী মান্নরক্লবা মতমদা অমুক ইউনিটি ওফ ডাইভরসিটিগী শক্তম অদু ওইলক্ই।

তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপকী তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিশিং অসি অমগা অমগগী অন্নাৎপশিং মপুং ফাহন্দুনা পৈশি নহল্লগা সোসিএল রিলেসনসিপ মপুং ফাহন্নবা লৈবম্বনি। হায়র্বদি, মীওইবা হায়বসি মপুং ফাদবা জীবনি অদুনা তোঙান-তোঙানবা খেন্নবশিং তিনশিন্দুনা মতেং পাংনদুনা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎপনি। শম্না হায়ববদা লোন অমগী অবাৎপা খোম্থোক্তা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী লোন অমনা মতেং পাংশিনবগুম্বনি। খুদম ওইনা ইংলিস লোনগী অবাৎপদা গ্রীক, রোমান, ইটালি লোননা অবাৎপশিং মেনশিনবদা থোইনা হেন্না মপুং ফাবা লোন অমা ওইহল্লি। নোংচুপলোমগী ঈশৈগী শুরদা নোংপোকলোমগী ঈশৈগা শুর হাপচিন্দুনা তোঙানবা মখলগী শুর অমা শেম্বগুম্বনি। তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপ কয়াগী চৎনবী লাইনিং-থাইশোন্দা য়েংলগা অমগা অমগগী অন্নাৎপশিং মেনখৎনরি। অসুম্না প্রকৃতিনা নৎত্রগা ঈশ্বরনা লৈহল্লম্রিবা খেন্নবশিং অসি অমগা অমগগী মরক্তা থাদোক্লবা য়াদবা সোসিএল রিলেসনসিপ অদু পুরক্লবনি। অদুবু ঙসিদি, মীওইবগী ব্রাখল অমদি, মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশকশিংগী কান্নবদুদা হেন্না লূপশির্নাখদুনা জাৎ বিজাৎ চৎনবী খেন্নবদা য়ুম্ফম ওইদুনা কাঙলুপকী মরক্তা লান, ধর্ম্মগী মরক্তা লান, লোনগী মরক্তা লান থোক্তুনা অচৌবা কাঙলুপনা অপীকপা কাঙলুপশিংবু নৈনৎপা ওৎপা নৈবা তৌরি। অপীকপা জাতি কয়া অচৌবা জাতিশিংনা য়োৎশিনবীদুনা তুফক- তুফাই চল্লবা জাতি কয়াগী মীওই কয়াগী মীকপ মীরাওখোল, অরা-অনা কয়ানা, মালেম অসি পীক থনখ্রে। চাওখৎপগী লমজেন্দা মীওইবনা মশানা মশাবু হাৎতোকচনবা খুৎলাইদা থোইনা হেন্না মীৎয়েং অমদি পূক্নিং চিংশিন্নরি।

---

# তাইওন্নরবা মীওইবগী চাওখৎ লমজেল

ঙসিগী মালেম ফম্পাকথক অসিদা মীওইবগী সমাজনা অসুম চাওখৎলকপগী ইতিহাস অসি মীওইবগী ব্যক্তিত্ব ঙাক্নবা খঙনা ওইরবসু খঙদনা ওইরবসু হোৎনরকপগী ইতিহাসনি। মীওইবনা মশাগী ব্যক্তিত্ব মপূং ফানবা হোৎনবদা ঙসিদি বিজ্ঞানা চাওখৎপসি অঙকপা ফংলে। অরাপ্পা হায়বদু মতমগী লৈবোনুংদা চঙখ্রে। ঐখোয়গা ইউরোপকা যুম লোয়রে; অমেরিকাগা যুমথংনরে। গ্রহ, উপগ্রহশিংগা পাউ চংনরে। মদুগী মতাক মীওইববু অমসুং মালেম অসিবু কয়ারক হয়া উৎ ওক্না মাঙহনবা ঙম্বা খৎলাই ময়ামসু পৈখৎলক্লি। অশুক য়াম্বা শক্তি অসি লাইতনা পায়রগা মতাক চাগদবনি; অদুবু মশাগী নংত্রগা কাঙলুপকী [illegible]তা থিবা মপূক্লিং খুদুম চনতবা ঙমদবা অপাম্বা, কল্পক্পা নাপলনা [illegible]পশিন্দুনা লৈরিবা মীওইবগী খুত্তা হৌতিক্তি লৈলে। মসি খুইদগী [illegible] ঙাই ওইবা মশক্তি। [illegible]নিকশিংনা খল্লে. ইউনিভর্স অসিদা লৈবিদা [illegible] সিস্টেম অসিগী [illegible]রেল বোডিশিং, নুমিৎকী অকোয়বদা [illegible] লম্বীদা (orbit) গ্রহশিং অসিগী খোঙচৎ কায়রক্নুনা, [illegible] গ্রহশিংগী উপগ্রহ (satellites)শিং অসিনা [illegible] [illegible] কায়দুনা [illegible] [illegible] নংত্রগা [illegible] [illegible] থেংজিন্দুনা নংত্রগা পৃথিবীগী [illegible] করিগুম্বা হ [illegible] ময়াম [illegible] নংত্রগা নমিংকী [illegible] অসুম অসুম [illegible] পৃথিবী অসি [illegible] [illegible] যাই। বৈজ্ঞানিকশিংনা খল্লিনা [illegible] ওইথোকপা [illegible] [illegible] অদম ওইনমক পূর্ণমক [illegible] অরাপ্পা চহী লিশিং [illegible] ওইথোকপা যাবা ঙাক্লনি। হৌজিক হৌজিক মীওইবনা হকথেংননা [illegible] কিনিং ঙাই ওইবা ফীভম অমদি লম্লাইগী অমদি কাঙলুপকী ওইবা থীবনা মীৎ [illegible] মীওইবগী খুত্তা অসুক য়াম্লবা, মালেম অসি [illegible] উৎ ওক্লহনবা ঙম্বা খুৎলাই পৈদুনা থম্বা অসিনি। মীওইবগী অরানবা লাখল, নংত্রগা [illegible] খুনাম্তোক অমদগী পৃথিবী পূম্নমক চামরক হন্না উম্ফুল ওনবা য়াবগী ফীভম অদুদা লেপ্পুনা লৈরে। হৌজিক মায়কৈ অমরোমদা লিমিটেদ নিয়ুক্লিয়ার বার হায়বদি লম মচী খরতদা তৌবা পান্নবসু শক্তিগী লান তৌগনি হায়না নাকল অমনা হেক্তা শেম শাবগী মওং অদুদা শেম শারি। মায়কৈ অমরোমদনা অসিগুম্বা লানদি লম মচী অমত্তদা তৌবা য়ারোই লোইনা

তুমগনি। কেমিকেল অমসুং বাইওলোজিকেল ব্রাবফিযারগী শাথীববা খুৎলাই কয়াসু পৈখৎনবকই। মমাংঙৈদা, ইতিহাসকী মমাঙগী যুগতা চাউব-চাউববা মপাঙ্গল কল্লবা জীব মখল কয়া মতমগী মতুং ইন্না ওল্লক্লিবা মহৌশাগী মওংগা চাননা ওনবা ঙমহৌদদুনা মাঙখিবা শক্ত ঙাক্তা ঙাইহৌরে হাযবসি ঙসিগী মীওইবনা খঙনববা বাফমনি।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা নোংথক অমসুং কংফালদা লম্বা পাদুনা তাকনবা লান থেংনবিবা জাপানবু এলাইদ ফোর্সনা মায়থিবা পীবগে খন্দুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৪ অগষ্ট ৬তা জাপানগী মী যাম্না কৃংনা তাবা হিরোসিমাদা 'লি ল বোয' মিংথোনবা ফুৎ ১০ শাংবা কিলোগ্রাম ৪০৮২ লূম্বা বোম থাদ ্যা জপানগী ফুবা দলান কযা উৎ ওলহনখিবগা লোয়ননা মীওই লাক্ষ কয়া মপৃন্সি মাঙ হনখি। মদু উবদা জপানগী সুপ্রিম ব্রাব কাউন্সিল্লা লান লেপবা ব্রাবেপ লৌশিবা লৌগনুশিরা খন্নবদা লৈখাই তাদ্রিঙৈ মবিশুবা নুমিৎ অগষ্ট ৯গী অয়ুক্কী পুং ১১:০১ তাবদা জপানগী অনীশুবা সহব নাগাশাকীদা 'ফেট মেন' মিংথোনবা ফুৎ ১০ ইঞ্চি ৮ শাংবা কিলোগ্রাম ৪৫৩৫ লূম্বা এতোম বোম অমুকসু থাদরক্লুনা সহব অসিগী ফুবা দলান কযা মাঙ তাকহনবদা নত্তনা মীওই লাক্ষ কয মা পুন্সি লোইশিনখি, লাক্ষ কযা অমা নশোক তাপন য়াওখি। ত সুনা মীৎনা কৃপ্পদা জাপানগী অচৌবা সহব অনী মাস উফুল ওনখি। সহব অনী অসিগী মীশি-মীনা অমাঙ-অতা মযামদু উনদা নীং বা কাযববা জাপানিজ সুপ্রিম বাব কাউন্সিল্লা লান লেপলে হাযনা অগষ্ট ১৫ দা লাউথোকপগা লোযননা জাপান্না এলাইদ ফোর্সতা লান্দাবদু লেপখিবগা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওসু লোইশিনখি। অসিগুম্নবা তমথিববা খুৎলাই অসিনা পৃথিবীদা লৈবা মথ্বায পানবা জীব পূম্নমকপু মীকুপ্তা উৎকী মপৈ ওইহনবা ঙম্বা অকিবা শক্তিশিংদগী নাম্থোক্লবা অমদি তুংদা পৃথিবী অসিদা অমুক হন্না শীজিন্নদনবা মালেমগী মীপুম খুদিংনা নিংশিংনবা চহী খুদিংগী অগষ্ট ৬পু 'হিবোসিমা নুমিৎ' অদুগা অগষ্ট ৯বুনা 'নাগাসাকী নুমিৎ' হাযনা পালন তৌনবি।

অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওনা মবম ওইদুনা, পৃথিবীদা শান্তি পুবক্লবগীদমক অমেবিকাগী প্রসিডেন্ট রুড্রো রিলসননা হৌদোক্লুনা The league of Nation শেমখি। অদুবু লীগ অসিগী পান্দমদি মায পাকপা ঙমখিদে। মসিগী মরু ওইবা মরমশিংদি, মতম অদুগী শক্তি পাযবা লৈবাকশিংগী মরী ফৎলমদে, মসিদি লৈবাক খুদিংমক্কী হাযবদি লীগকী মেম্বরসিপ ওইবা খুদিংমক ইউনিভরসেল ওইগদবনি। অদুবু লীগ অসিবু

হৌদোক্লিবা অমেরিকাগী প্রসিডেন্ট ৱিলসন ফাওবা, ইউ.এস. কী সেনেটশিংনা Treaty of versailler এপ্রুভ তৌ হায়বা য়াদ্রবদা য়াম্না নীংহন্নখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, থোক্লিবা ইউরোপকী ৱাথোক অদুদা, ইউরোপকী শক্তি লৈরবা লৈবাকশিংনা কলেক্টিভ সেক্যুরিটি অমা শেম্বদা য়াওদবদুনি। অসুম্না লীগ ওফ নেসনগী আইডিয়াশিং অসি থুপচিনখি, পুম্নমক অসি মীওইবনা কল্লকপা, মিহৌবা, অপান্বা কয়া অদুনা অচৌবা মরম অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

পৃথিবীদা শান্তি লৈনবগীদমক, নেসন (লৈবাক) কয়ানা পুনশিন্দুনা প্রসিডেন্ট রুজভেল্টনা ইউনাইটেট নেসন ওর্গনাইজেসন লিংখৎপা তারবসু কল্লকপা, মিহৌবা, লম্নাইগী কাঙলুপকী অমদি মজাতিগী ওইজবা থিবনা মীৎ তাঙহল্লবা মীওইবনি। ইউ. এন. ও. লিংখৎলবা মতুংদা ওর্গনাইজেসন অসি শাগৎপদা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা পৃথিবীগী জাতি খুদিংমক্লা Five super power হায়রগা খঙনরীবা অমেরিকা (ইউ. এস. এ.), সোভিয়েট ইউনিয়ন, ইউনাইটেট কিংদম, ফ্রান্স অমসুং চিনা পৃথিবীগী শান্তি থুগাইবদসু মাঙজিল থাই হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মপান্দনা শান্তিগী ৱারী, মনুংদনা মখোয় ৫ খুৎলাইগী লমজেল তান্নবা লেপ্লা লৈতে। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা জপানগী হিরোসিমা অমদি নাগাসাকিদা থাদখিবা এটোম বোমদগী মশীং নাইদনা শক্তি হেল্লবা মীকুপ্তা পৃথিবী অসি উফুল ওনহনবা নিউক্লিয়ার খুৎলাই শাবগী লমজেল তান্নরকপা লেপ্লা লৈতে। কুনশুবা শতাব্দতিগী ময়ায় খর হেঙ্গৎলকপা অদুৱাইদা লৈবাক মঙা অসিগী মনুংদা সোভিয়েট ইউনিয়ন (ইউ.এস.এস.আর.) অমদি ইউনাইটেট স্টেট অনী অসি সাইন্স অমদি টেক্নোলোজিদা হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎলকখি। হায়রিবা সুপর পাৱর পায়রিবা সোভিয়েট ইউনিয়ন অমদি ইউনাইটেট স্টেট অনী অসিনা মনীং তম্না লৈজবা লৈবাক কয়া মখোয় মখোয়গী মীৎয়েং মখাদা লৈহন্নবা হোৎনবদা সুপর পাৱর অনী অসিগী মনুংদা কোল্ড বার পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা চৎথরকখি। মসিনা অপীকপা লৈবাক কয়াগী মীচম প্রজা কয়াগী পুন্সি লোইশিনখি। সোভিয়েট ইউনিয়ননা খঙহৌদনা খৃ: ১৯৯১গী ডিসেম্বরদা মনীং তম্বা স্টেট ১৫ থোক্লা কায়খিবদগী কোল্ড ৱার লোইশিনখি। ইউনাইটেট স্টেটখক্তা পৃথিবী মনুংদা খ্বাইদগী শক্তি লৈবা লৈবাক অদু ওইহৌরি। মতম অসিদা ইউনাইটেট স্টেট পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাক খুদিংমক অমেরিকাগী মীৎয়েং মখাদা লৈহন্নবগীদমক টেরোরিজমগী ঈহৌ শাগত্তুনা অপীকপা লৈবাক কয়া কাংখোৎ চাইদুনা মীশি-মীনা থোকপনা পৃথিবী শান্তি ফংবা লৈতে। নাকল অমদা ইউনাইটেট

কিংদম, ফ্রান্স অমদি চিনাসু তপ্পা-তপ্পা ইন্নবক্তনা মশাং লাকঙমদনা পৃথিবীব খুদপ্পা উং ওেোক্ষনবা ঙম্বা নিউক্লিয়াব খুংগাইধ ধা পেশখৎল্লে। মাকন্দ অমদা লৈবাক মুন্নগী ঈশৌদা ইন্দিয়া, পাকিস্টান, ইজরেলসু খুংলাইগী মমজেল অসিদা যাওশিলক্তনা নিউক্লিয়াব বোম কয়া লয়া পেশিল্লদুনা থন্নি।

খৃ: ১৯৬৪দা ইউ.কে., সোভিয়েট ইউনিয়ন অমদি ইউ.এস.এ.না নিউক্লিয়ার নন পোলিফেরেসন ট্রিটি (Nuclear Non-Poliferation Treaty) গী এগ্রীমেন্ট সহি তৌনবে মসিগী মকওইবা মবমদি, অতোপ্পা লৈবাকশিংদা nuclear weapon শিং শাবদা টেক্নোলোজি মতেং পাংদনা। খৃ: ১৯৯৫দা হায়বিবা এগ্রীমেন্ট অদু চহি ২৫ শাংদোকপগা লোযননা অসিগুম্বা nuclear weapopn শাবা শুপ্পগী ফাইভ সুপব পাবব হাযবদি U.K., Russia, USA, France অমদি China খক্তনা আইনগী মতৌ শাঙনবা অসম্বা নালেপ লৌনম্মী। ইউনাইটেড নেসনগী পার্টি মনুংদা N.P.T গা এগ্রীমেন্ট অদু যানিংদবা ফোঙদোক্তনা সহি তৌ যাদবা লৈবাকশিংদি Angola, Comoros, Cook Islands, Cuba, Djibouti, Eriteria, India, Isreal, Micronesia, Monacco, Oman, Paleistain, Takistan, Tajikistan, United Arab Emirates and Vanuatu হায়বিবা লৈবাকশিং অসি যাখিদে। হায়বিবা লৈবাকশিং অসিগী মনুংদা India, Pakistan অমদি Isreal হৌজিক nuclear weapons শাবা ওমদুনা পেশিন্দনা থমখ্রে। মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী অচৌবা লৈবাকশিং অসিনা, পন্নাশম্নদুনা United Nation Organisation লিংখত্তুনা International constitution শেম্মা, International Supreme Court শেম্মী, অপীকপা মনীং মখা তম্না লৈজবা লৈবাক কযাসু মশাবু ঙাকথোকচবা ঙম্মনগীদমক ওর্গনাইজেসন অসিগী মেম্বব ওইনা লৈ। অদুন কবিওম্না লৈবাক মচা অমনা কন্সটিট্যুসনগী মায়যোক্তা থবক তৌনক্রবদি U.N Force না অপীকপা লৈবাক অদুবু উফুল তানা নৈখাই। শক্তি লৈবা লৈবাক অমনা ইউ.এন. কন্সটিট্যুসনগী ব্রাংমদা চৎলকপা তাববসু, কন্সটিট্যুসনগা পাবা হক খোঙ্গাওনববসু, পৃথিবী উফুল ওলহনবা ঙম্বা মশাগী নিউক্লিয়াব পনাব লৈবনা মখোযগী মাযযোক্তা কবি তৌবা ঙমদে।

লানগী খুৎলাই যাম্না চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা নাকোইনবা লাম্লোংনা, অপীকপা লৈবাক কযাবু কিহন্দুনা মীওৎ মীনৈ সৎথদুনা human right খোঙ্গাওনদুনা মখোয়খক্তগী খ্বাইদগী ব্রাংবা হিংসাগী মহাও অদু ফংনবা হোৎনরি।

---

# বৃটিশকী লোইনগ লৈঙাক্কী মনুংদা ভারতনা মহাক্কী শক্তম শাগৎলকপা

Portuguese গী ললোনবা Vasco-de-Gama না ইং ১৪৯৮ তা ঈশিংগী লম্বীদা লাক্লুনা Calicut তা ভারত অমদি Potuguese অনীগী ললোন ইতিক্কীদমক থুংলখি। Century অমমুক যাম্না শেন্দোং লৈনা মনিং তম্না ললোন ইতিক তৌখি। Captain General Alfonso de Albuquerque না fort কয়া লিংখত্লুনা East Indies ... Arabian Sea অসি খুদম ... South India দগী Egypt অমসু Persian Gulf ... লেনা Spice trade চংখি। মমৈথংদা European power ... লক্লুনা ভারতকা ললোন ইতিক মরী থমকখি। ইং ১৫৪৫ দা Dutch শিং চঙলকখি। ১৬০০ English শিং থুংলখি। ইং ১৬৬৪ French ... Pondichery মখোয়গী trade তৌ... ওইখি। ভারতা বৃটিশ সাশন ... ইং ১৭৫৭ তগী হৌখি হায়না লৌবা যাই। চহিসিদা ... ইংলিস ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানি (English East India Company) গী লান্মীশিংনা বেঙ্গলগী নবাব সিরাজ উদ্দৌলাগী লান্মীশিং (পালাসি লান্মীশিংনা) লানফম (Battle of Plassey) মায়থিবা পীখিবা অদনা বৃটিশনা ভারতা খুদম চনবগী অহানবা খোঙথাং ওইখি। মুগল নিংথৌশিংনা ... মতমদা বৃটিশশিংনা ভারতা লাকখিবনি। অমবোমদা, বৃটিশশিং অসি ... অদুদা খ্বাইদগী থেঙনবা অমসুং পুমহোং হোংহনবা ঙম্নবা ... (revolutionary epoch) অমদা লৈবম্মী। মখোয়না ভারতা শাসন তৌরকখিবসি নোংচুপলোমগী (European) লৈবাকশিংগী খৎ-শা হৈবগী অওনবা (industrial revolution) অমসুং কেপিটেলিজমদা মপাল ফবিঙৈ মতমগা য়াম্না চন্নখি। মবম অদুনা Capitalist mode of production না বৃটিশ সমাজ মনুংদসু হান্নগী লৈজরম্বা কয়াৎ পুমহোং হোংখ্রবনি।

অহানবা হৌবকপদদি ব্রিটিশশিং অসি মপুং ওইনা ললোনবা ঙাক্তা ওইবম্মী। অদুবু ১৯শুবা শতাব্দী হৌবকপা অদুরাইদদি বৃটিশশিংনা মখোয়গী অহোংবা লাকখিবম্মী। মবমদি মতম অদুরাইদগী হৌনা বৃটিশ সমাজ মনুংদা কেপিটেলিষ্টশিং অসিনা অতৈ কাঙলুপশিংবু নমহত্লুনা খ্বাইদগী মপাঙ্গল ফবা কাঙলুপ ওইরম্মী। কেপিটেলিষ্টশিং অসিনা ললোন ইতিক তৌরগা

শেন্দোং ফংবগী মহুত্তা মখোয়গী মেছীন্না অতৎপা লৈতনা শারগা পুথোক্লিবা পোখোকশিংগী শোয়রোইদবা পোৎয়োনশঙ (capitive market) ফংনবা হোৎনরকপা অসিনি।

ভারতকী লৈমায়দা মায়পাক্লা অহানবা ওইনা ব্রিটিশ ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনিগী Rovert Clive না লূচিংবা অপীকপা লান্মী খরতনা 1757 A.D.গী Battle of Plassey দা মায়থীবা পীদুনা লৌশিনখিবা বেঙ্গলদা ভারতকী গভর্নর জেনেরেল অমা লৈদুনা ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাক মচাশিং মথং-মথং লৌশিন্দুনা মখোয়গী কেপটিপ মার্কেটগী মঙ পন্দোন লোম্বা ফংখি।

ব্রিটেন্দগী পুশিল্লকপা মেছিন্না শাবা অহোঙবা পোৎ-চৈ কয়ানা ভারত্তা ব্রাই চাইরকখি। খ্বাইদগী থাপ্নবা খুঙ্গংশিং অমসুং অপীকপা টাউনশিং ফাওবদা মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎ-চৈশিং অসি য়োনবা য়ানবগীদমক শাসনগী মশা মরেংশিং ভারতকী কাচিন কোয়া য়ৌনা শন্দোরকখি। পাক-চাউনা শন্দোক্লবা রেলগাড়ীগী লম্বীশিংনা ভারতকী হিথাংফমশি সহরশিং অমসুং পোৎয়োনফমশিংগী মরী শম্নহল্লকখি। অনৌবা লম্বী কয়াসু শেমখি; হাম্নগী লৈজবম্বা কয়ানা ফগৎহনখি। পোৎ-চৈ পুথোক পুশিন্দা খুদোং চানবা জহাজগী হিথাংফমশিং অচৌবা তুরেলশিংদা শেমগৎলম্মী। ডাকনা চিঠি পুথোক-পুশিন তৌনবগী অমসুং টেলিগ্রামনা ঈ-পাউ থাদোক-থাজীন তৌনবা থৌরাং কয়াসু লিংখত্তুনা কারবারদা খূমাঙ য়াম্না চাওখৎহল্লম্মী।

মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎ-চৈশিং অসিগী মমল অদু ভারতকী লৌউ-শিংউবগী পোৎথোকশিং অমসুং খূৎনা শাবা পোৎ-চৈশিং মপান্দা থাদোক্লগা শিংলম্মী। য়াম্না ফগৎহল্লবা লম্বী থোংশিং অমসুং ঈ-পাউ চৎনহন্নবগী পাম্বৈশিং মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎ-চৈশিং ভারত্তা য়োনবদসু য়াম্না খুদোং চাহল্লম্মী। লোয়ননা ভারতকী মপান্দা পোৎ-চৈ থাদেকপদসু খুদোং চাহল্লম্মী। ভারতকী হাম্নগী চৎন-পথাপশিং হোংদোক্লম্মী, লৈবাক শীনবা থুংনা চপ মান্নবা আইনগী অনৌবা পথাপশিং হৌদোক্লম্মী।

অসুম্না লৈঙাকপদগী অমসুং আইনগী মশা মরেং অসি শন্দোরকপা অসিনা শাসন অমদি কারবার তৌবগীসু লাইরিক ইবা পাবা ওম্বা থবক

পুনবা মীওই কয়া দবকাব লৈবম্মী। থবক লোইনমক ইংলিসমেন ঙাক্তনা থৌ পুহনবা ওইথোক্তে অমসুং কা হেন্না পৈশা চঙগদবা লৈবনা তঙাইফদনা ভাবত মচাশিং তম্বিবগা থবক পুবা ঙম্নবা মতমগা চুনববা লাইবিক তম্ফমশঙশিং লিংখৎলম্মী।

বৃটিশ লৈঙাকপশিংনা ভাবত্তা লম শীজিন্নবগী অমসুং লমদগী খাজনা খোমগৎপগী অনৌবা পথাপ কয়া হৌদোক্তুনা চৎনহনখি। জামিন্দারশিংহাপ্পগা লম পান্নহনবা অদুগা খাজনা খোমগৎপগী মওং অসি হৌদোকপগা লোযননা লনাই লৌমীদা লমগী মপু ওইহনবগী মওংসু চৎনহল্লম্মী। অদুবু লনাই লৌপুশিং অযাম্বদি তত্তুনা হেনগৎক্লিবা খাজনাশিং থীবা ঙম্নক্তদবগী শেঞ্জাও পাযবশিংদা নৎত্রগা ইনাক খুনবা লৌমীদা লৌ বান্ধব থম্রগা পৈশা পূবা তাবকখি অদুনা মমৈদা মমিংতা ওইনা মখোযনা লমগী মপুনি হাযনা লৈবকখি নৎত্রগা লম অদু ইনাক খুনবা মীওইশিংদা যোম্নোকপা নত্তনা উপাই লৈখিদে। অসুম্না লৌমিশিংগী পুঙ্গিনা শেঞ্জাও পাযবশিংগী অমসুং ইনাক খুনবা লৌচা শিংজা যাম্বা লৌপুশিংগী মিনুংশিদা মখোযগী যাকাগী মতুং ইন্না হিংবা হৌবর্কখি।

১৪শুবা শতাব্দীদা পৃথির্বীগী মনুংদা বৃটিশনা খুৎ-শা হৈবগী খ্বাইদগী মাঙজিন থাবা লৈবাক অমা ওইবকখি। মসিনা বৃটিশ কেপিটেলিষ্টশিংনা লোইলম শাসনগী হৌনর্বা মতুং ইন্না যদা শুম্বগুম ভাবতকী মবল-মথুম অসি শুন্নগা পুখিবদগী অবাবা কয়া তাবকখি। অসুম্না কেপিটেলিষ্টশিংগী মবল অদু ভাবত্তা পুবক্লগা অনৌবা ইন্দষ্ট্রী কয়া লিংখৎলম্মী। অসুম্না ভাবত অসি বৃটিশ কেপিটেলিষ্টশিংগী মরু ওইবা কাববাবগী শেল থাদফম লৈবাক অমা ওইবকখি। লোইলম লৈঙাক্কী হৌনবা ভাবত্তা লিংখৎলিবা ইন্দষ্ট্রিশিং অসিনা বৃটেন্দা লৈবিবা ইন্দষ্ট্রিশিং অদুদা অকাযবা পীদনবা অখন্নবা খুৎ-শা হৈবগী হীবম খবদতা শেন থাদবম্মী অমসুং মতম পৃম্নমক্তা ভাবতনা পৃথিবীগী ওইবা ললোন ইতিক্তা বৃটেনগী মখা পোন্না লৈনবা শীল্লম্মী।

যেল্লৌঙৈদগী হৌনা ভাবত্তা খুৎনা শাবা মখল কয়াগী পোত্থোকশিং নীংথিনা লৈজবম্মী। অদুবু বৃটেনগী মমল হোংবা মেছীন্না শাবা পোৎ-চৈ মযাম অমা পুশিল্লক্তুনা যোনবদগীদি খুৎনা শাবা পোত্থোকশিংদু পুমহাৎ হাৎতোকপিখি। মবম অদুনা খুৎনা শূবা হৈনজবা শিনফমদগী

মরু ফৃকততংপীবদগী শৃফম নোমফম খঙদনা ঙাওচংননা হিংলম্মী। অসুম্না শৃফম নোমফম খঙলক্কবা শিল্পী কয়ানা হিংনবগীদমক ভারত্তা নৌনা লিংখৎলক্লিবা অনৌবা ইন্দষ্ট্রিশিংদা মশাগী মমল থীদনা থবক শুরকখি।

ভারত অসি শেন্দোং লৈবা লোইলম অমা ওইহন্নবগীদমক লৈবাক অসিদগী খাজনা হেন্না খোমগৎপা য়ানবগীদমক বৃটিষ্টশিংনা তঙাই ফদনা চাওখৎ থৌরাং খরা পায়খৎপা তাখি। ভারতকী মরল মথুম অসি শুমদুনা লৌবা য়ানবগীদমক মতমগা চূনরবা থৌশিল খরা ফাওবদি পায়খৎপা তাখি। মসিগীদমক মতমগা চূনরবা ইন্দষ্ট্রি কয়া ব্রিটিশ কেপিটেলিষ্টশিংনা মপু ওইদুনা লিংখৎখি। ইন্দষ্ট্রিশিং অদুগী মচাক হুনবা, মখোয়না শারিবা পোৎখোকশিংদু য়োনবা অমসুং থবক শৃবিনবা শিল্পীশিংদি মনাকা নকপদা শিন্দোক-শিনজিন তৌরগা ওইথোক্লমদে। মরম অদুনা ভারত শীনবা থুংনা হূমদুনা থীরগা অপাম্বদু ফংলম্মী অমসুং য়োল্লম্মী। অমরোমদা হায়রগা, শেল-থুমগী অমসুং কারবারগী মরীশিংসি ভারতকী কাচিন-কোয়া শীনবা থুংনা শন্দোক্লম্মী। অসিগুম্বা ভারত পূম্বা লন-থুমগী মীৎয়েংলোমদা মপূম অমখক ওইনা লৌবা য়ারম্মী। মহৌশাদগী লৈরক্লবা ভারতকী খুঙ্গংশিংগী প্রজা মীয়ামগী বাখল মীৎয়েং অসি অপীক-অপীকপা, ব্রাফমশিংদগী ইহেন হেন্দোকক্তুনা,মখোয় মশেল অমগা অমগা ইশম-শম্মহন্দনা অমসুং লৈজরিবা শেৎন-চানবা পোৎখোকশিং অদুদা লৈরম্বা মওং অদু তপ্না তপ্না কায়থরক্লম্মী।

পৃম্নমক অসিগী মথক্তা বৃটিশশিং অসি য়াম্না চাউথোকপা মখোয়না মহেল্লে হায়না খঙ্গবা জাতি অমা ওইরম্মী। মখোয়না ভারত মচাশিং অসি মগুণ য়াওদবা জাতি অমনি, অদুনা চহী চঙনা বৃটিশনা মখোয়গী য়াইফনবগীদমক শাসন তৌবিবা দরকার ওই হায়দুনা পোঙনা লাউথোক্লম্মী। মসিনা মশানা মশাবু ইকায় খুম্নজনিংবা ভারত মচাশিংদদি বৃটিশপু তাম্মোকনিংবগী অমদি জাতিগী অপূনবা ব্রাখল শাগৎপা পোকহনখি।

ভারত মচাশিংগী মরক্তা অহানবা রাজনীতিগী ভাব তারকখিবশিং অয়াম্বা মতমগা চূনবা লাইব্রিক-লাইগু হৈরবা মীওইশিংনা ওইখি। মখোয় অসি অয়াম্বনা সহরদা লৈবা ময়ায় ওইনা ব্রাত্ত-পাদবা অমসুং নুংঙাই য়াইফবা ইমুং মনুংদা পোকপা, ইংলিস লোয়নননা লাইব্রিক তম্বীবা মহে লোয়শঙশিংদা লাইব্রিক-লাইগু তম্লকপা মীওইশিংনি। মখোয়দা ইউরোপকী ব্রাখলোন

কয়াগী মমি তারম্মী। খুদম ওইনা— প্রজাদা খ্বাইদগী ইঙম-ঙম্বা পাঙ্ক লৈগদবনি, প্রজাগী মতুংইন্না লৈবাক্কী শাসন তৌগদবনি। অচুম্বা রাখশিংদা। য়ুম্ফম ওইগদবনি অমসুং মীওইবগা মরী লৈনবা বাফম্না খ্বাইদগী মকওইবনি হায়বনচিংবা ব্রাখল্লোনশিং অসিনা মখোয়দা অকনবা ইথিল পীবম্মী। হায়রিবা মীওই কাঙলুপ অসি বৃটিশকী শাসননা পুথোকপা পোৎলম মখল অমনি।

অসুম্না লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওই কাঙলুপ অসিনা বৃটিশ শাসন লাকপদগী ভারতকী থায়নদগী চৎনরকপা ইতিহাস অসিদা থংহোং হোংবা অমা লাকখ্রে অমসুং অনৌবা ইতিহাসকী যুগ অমা হৌখ্রে হায়বসি ইহান হান্না খঙখি। তৌইগুমসুং মখোয়গা চেৎনা থাজরম্মী মদুদি ব্রিটেন্না মতমদুদা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওখৎপা লৈবাক ওইবা মরম্না ভারতা অনৌবা সাইন্সকী, খুৎ-শা হৈবগী অমসুং চাওখৎপগী থৌরাং কয়া পাযখৎলক্কনি। বৃটিশ শাসন লাকপদগী মচোই মচোই লৈবম্বা ভারতনা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নকপদু মখোয়গী মমাং থারক্লিবা থবক্কী খোঙচৎনিনা থাজবসু লৈরম্মী।

বৃটিশ শাসন অসি লোইহম শাসন্না খঙবদা মীওই কাঙলুপ অসিনা মতম কুইনা চঙখি। মবম অদুনা মখোয়না বৃটিশকী মথক্তা নীংতম ঈহৌ চঙশিনবা থেংথখি। মখোয়বু মমিৎ পাঙহনখিবসি ইং ১৮৫৭গী অচৌবা লালহৌ অদুগী মতুংদা বৃটিশ লোইহম লৈঙাকপশিংনা মশাগী অশেংবা মশক ফোঙদোরকপদগীনি। লালহৌ অদুগী মতুংদগীদি কনাগুম্না থব্রায য়াওজবা লম্নাই বৃটিশ মীওইশিংনা অমসুং ওফিসারশিংনা ভারতকীদমক ফত্তবা চৎনবী লৈবদু চুমথোক্লিংলবসু লৈঙাকপশিংনা অপনবা পীবা হৌবকখি। মদুদা নত্তনা ভারত মচাশিংনা অন্নাংবা থাক্কী মহে মশিং তম্নবা হোৎনবদা ফাওবা খুন্নৌ চেলহনবা হৌরকখি। লোইহম শাসনগী পোলিসি অমা ওইনা বৃটিশনা ভারত মচাশিংগী মরক্তা য়ারিবমখৈ শীংচেপ থাক্লিনবা- হৌরকখি। মরায় চায়থম্ববা নিংথৌশিংবু শৌগৎপা হৌরকপখি। সমাজদা হান্না থৃপ্তুনা লৈজরম্বা, শাগৈ জাৎ খেন্নবগী ধর্ম্ম খেন্নবগী অমসুং পোক্ল ফম তিমদবগী নুংশিনদবা বাখলশিং থওইনা প্রজাশিংগী মবক্তা পোকহন্নবা বৃটিশনা হোৎনরকখি।

## বৃটিশগী লোইলম লৈঙাক্কী মনুংদা

অঙ্গা অসিদা ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী বৃটিশ শাসন অদুগী শীংথানহৌগদবা, শাংলবা ভারতকী ইতিহাসতা ইহান হানবা ওইনা লৈবাক অসিগী মীয়াম্না রাজনীতিগী ওইবা ব্রাফমদা লিংজেল মান্নবা জাতি অমা ওইরকহন্নবা লৈরীবা বৃটিশ ভারতকী লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওই কয়ানা অসিগুম্বা বৃটিশকী অনৌবা লাল্লোং অদু মায পাক্কনবা জাতি বিজাতি খায়বা ধর্ম্ম খেন্নবা পূম্নমক অসি অবানবনি পূম্নমক পূন্না হিংমিন্নবগী বাখল কয়া অফাওবা ভারতকী লাইরিক হৈরবা মীওই কযানা চেফোং ফোঙদুনা অমদি খুঙ্গং কযাদা কোয়না চত্তুনা প্রজাশিংদা জ্ঞান তাহনবা হৌরকখি।

ইতিহাসকী মীৎয়েংদা বৃটিশ শাসন্না মতমদুগী শীংথানহৌগদবা ব্রাফমদি মসিনি— শাংলবা ভারতকী ইতহাসতা ইহান হানবা ওইনা লৈবাক অসিগী মীয়াম্না রাজনিতীগী ওইবা ব্রাফমদা লিংজেল মান্নরবা জাতি অমা ওইরকহন্নবগী খুদোংচাবা থাঙ্গেশেংবা ফীভমশিং অদু বৃটিশ শাসন মতম অসিদতা থোকখি। বৃটিশ শাসন অদুনা লৈবাক অসি শীনবা থুংনা লৈঙাক্লোন অমখক্কী মখাদা থমখি, চপ মান্নবা আইনগী অমসুং শাসনগী পথাপশিংনা লৈবাক অসি অমত্তা ওইনা পূনশিলহনখি। মতমগা চূনববা ঈ-পাউ চৎনবগী পাম্বৈশিং খুদম ওইনা রেলগাড়ী, টেলিগ্রাফ, ডাকঘর মোটোব গাডী অমসুং লম্বী থোং ময়াম অসিনসু লৈবাক অসি অমত্তা ওইনা পূশিন্নবগী অচৌবা মচাক অমসু ওইখি। কেপিটেলিজমগী নীতি মতুংইন্না সমাজ অসিদা অওনবা অমা খংলাক লাকপনিনা থায়নগী চৎনবী কয়া খবা মখৈদি হোংলকখি। অমাং-অশেংগী অমসুং চারৌ-মোবৌনবা অথিংবা কযা থাদোক্লরকখি। পৈশা পায়বগী মতুংইন্না মীগী থাক লেপ্লখি।

অসিগুম্বা হোংলক্লিবা অওনবা অসিনা ভারতকী মজাতিবু নুংশিবা লমযানবশিংনা অমত্তা ওইবা রাজনীতিগী ঈহৌ শাগৎপদা য়াম্না মতেং পাংখি। অমরোমদা ভারতকী কাচিন কোয়া থুংনা য়ৌখ্রবা ইংলিস লোন অসিমসু মীয়ামগী ওইবা অপুনবা রাজনীতিগী ওইবা শক্তম অমা শাগৎপদা অচৌবা মচাক অমা ওইখি। বৃটিশশিংনা ফনা কম্না হান্নগী শাগৈ জাৎ খেন্নবগী, ধর্ম্ম খেন্নবগী অমসুং পোক্লফম তিন্নদবগী নুংশিনদবা ব্রাখলশিং থওইনা প্রজাশিংগী মরক্তা শন্দোক্লবসু, ভারতকী লাইরিক-লাইশু হৈরবা মতমগা চূন্নরবা মীওই কয়া চোংথোরক্তুনা প্রজা মীয়ামদা মশাগী ফত্তবা জ্ঞান তাহন্দুনা লাইরিক কয়া ফোঙদুনা মিতিন কয়া পাঙথোক্তুনা প্রজাশিং

জ্ঞান তাহল্লি। মরম অদুনা ভারতকী মজাতিবু নুংশিজবা লময়ানবা কয়ানা লাইরিক-লাইশু হৈবা জাতি কয়াগী মচীন চৎপা শক্লাইবা কয়া ওইবনা ভারতকী অপূনবা নীংতম্বগী ঈহৌ অদুবু বৃটিশনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু থিংবা ঙমখিদে। অদুনা মজাতিবু নুংশিবা লময়ানবশিং অসিনা পায়খৎলম্বা শেন-থুমগী ব্রাফমদা য়ুম্ফম ওইনা আন্দোলনশিং অদুনা ভারত্তা বৃটিশ লৈবগী মরম অমসুং অচুম-অরানগী মীৎয়েংদগী মখোয়গী লৈরম্বা ঙাকলৌ অপুম্বা ময়াই চমহল্লম্মী। বৃটিশকী লৈঙাকপশিংনা লময়ানবশিং অসিবু প্রজাগী মরক্তা পীকখ্রবা মচেৎ অমগী মীশুৎনি হায়দুনা করেম্না লক্লরম্মী। ভারতনা নীংতম্নবা ঈহৌগী ইতিহাসতা, মতৌ অসুম্না আইনগী ব্রাংমদা চৎপা পামদবা আইন্না য়াবা আন্দোলনতমক পাম্বা মজাতিবু নুংশিজবা মীওইশিং অসিনা (moderator) হান্না নীংতম্বগী ঈহৌ শাগৎলকপা হৌরকখি।

মজাতিবু নুংশিবা লময়ানবশিং অসিনা রাজনীতিগী ওইবা খোঙথাংদা ঈনোৎ অমা লাকখিবসি তরামাপলশুবা শতাব্দী তংখায়দগীনি। মরুওইবা সহরশিং অমসুং টাউনশিংদা রাজনীতিগী ওইবা মরূপ কয়া লিংখত্তুনা মখোয়না প্রজাশিংদা ভাব তাহন্নবা হোৎনরম্মী। ভারত অপূনবগী ওইবা রাজনীতি ওইবা ব্রা তানফম অমা দরকার ওইরক্লবদা ইং ১৮৮৫ দা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেস (Indıan Natonal Congress) অসি বোম্বেদা লিংখৎখি। নীংতম্বগী লাম্হেংনবদা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা মাঙজিন থানা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌখি।

ভারতনা নীংতম্বগী ঈহৌদা ইং ১৯০৫ দা বেঙ্গলবু অনীথোক্না খায়দোকখিবা অদুনা থোইনা হেন্না অচৌবা অহোংবা পুরকখি। শাগৈ-জ্লাৎ, ধর্ম্ম অমসুং ইনাকখুনবা লাইরবগী খেন্নবা কাউথোক্তুনা, বেঙ্গলী পূম্নমক্না লিংজেল চপ মান্ননা মখোয়গী মরমদমবু খায়দোকপীবা অদুগী মায়য়োক্তা য়াম্না শাউনা হৌরকখি। বেঙ্গলী মীয়ামগী অশাউবা অমসুং থরায় নুংঙাইতবা অদুদা কবি গুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ঈশৈশিংদা ফোদোক্লম্মী মচেৎ খায়দোকখিবা ঈরাং অদু বেঙ্গলগী ব্রাংমদসু শন্দোকখি। নীংতম্নবা ঈহৌনা ইতিহাসতা এক্সট্রিমিষ্ট (extremists) হায়না খঙনবা নহা কয়া, বেঙ্গল খায়দোকপগী মায়য়োক্তা মোদরেটরশিংগুম্না সরকারদা নিজদবা কাঙবু কয়া থোরকখি। ভারতকী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা পাকশন্না

আন্দোলনশিং হৌরকখি। আন্দোলোনগী মওংদি অহানবদা মীবৈবাক্তগী পোৎ-চৈশিং বোইকোট তৌবা সরকারদা খাজনা থীদবা অসি ওইরম্মী। অদুগা কোম্না স্বদেশকী ঈহৌ শাগৎপগা ঈরোইননা ভারত্তা শাজবা পোৎ-চৈশিংতমক শীজিন্নবনা মরৈবাক মজাতীবু নুংশিজবা, লৈবাক্কী অৱাবা শরুক য়ারিবা রাজনীতিগী ফিরেপ্তকী ঈহৌ অমদা ওগ্খোকলম্মী। মসিনা নৌহৌননা ভারতকী শিথরুরবা পোথোকশিং নৌহৌনা হিঙ্গৎনবদা খুদোংচাবা অমা পী। স্বদেশকী ঈহৌ অদুনা মরৈবাক নীংবম্মী ৱাখল চুরবা, অশাউবনা থল্লবা অনৌবা মখলগী শৈৱেং, ৱারেং অমসুং পাউ-চে কয়াসু পোকহনখি।

ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী মনুংদা লৈবা মোদরেটরশিংনদি মীবৈবাক্তগী পুশিল্লকপা পোৎ-চৈশিং বোইকোট তৌবসি পাল্লমদে। মখোয়গী লুচিংবশিংগী মরক্তা বলাভাই নাওবোজী অমসুং গোপাল কৃষ্ণ গোখলে অনীসিনা অথোইবনি। অমরোমদা এক্সট্রিমিষ্টশিংগীনা বাল গঙ্গাধার তিল্লক, বিপীল চন্দ্রপাল, অরবিন্দা ঘোষ অমসুং লালা লাজপত রায় অসিনা স্বাদেশীগী ঈহৌ লুচিংবশিংনি।

মুক্লবা পাম্বা এক্সট্রিমিষ্টশিং অমসুং কিহনবা পাম্বা নহাবোলশিং অসিনা নীংতম লানথেংনবদা চাওথোকচনিঙাই ওইবা মথেল অমা হাপখি। মখোয়না লৈবাক্কী ৱায়েল পাথাপ্তা অওনবা পুরক্লবা হোৎনবদা মচা-মশুগী বাখল থমখিদে। মখোয়না লাউথোক্লম্মী মদুদি মখোয়গীদমক স্বরাজ হাযবদি মপুং ফানা মনীংতম্বা হায়বা অসিনা লেঙদ্রবা পান্দম ওইখি।

খ্বাইদগী লাইবক থীবদি মুক্লবা পাম্বা অমসুং কিহনবা পাম্বা মীওই কাঙলুপ অনীমক্তা মখোয়গী ৱাখলদা ভারত জাতি হায়বগা হিন্দু জাতি ওইনা লৌবসিনি। মখোয়না রাজনীতিগী অমদি অচুম-অরানগী ফিরেপ লৌবদা ভ্রানগী পৃক্কে ওইনা লিরবা ভাবতকী সংস্কৃতি অদৃতবু চেৎনা কোল্লম্মী, মসিনা অচৌবা অপনবা অমা থোক্লম্মী। বৃটিশকী লোইলম লৈঙাকপশিংনা য়াম্না হৈ-শিংনা অশোয়বা অসিগী খুদোংচাবা লৌরম্মী। ইং ১৮৫৭ দা অচৌবা লালহৌ অদুদা অচৌবা থৌদাং লৌমিন্নখিবা মুসলিমশিংগী ৱাখল ওন্নবা হোৎনবদা বৃটিশশিংনা অসুম অসুম তিন্নশন্দুনা মরুপ ওইৱকখি। মুসলিমশিংনা মখোযগী তোপ-তোপ্পা লৈজৈ হায়বা ফিরেপ অদুদা বৃটিশশিংনা কন্না শৌগৎলম্মী। অদুনা মখোয়গী অপাম্বা অদু ফংননবা

ইং ১৯০৬ তা ওল ইন্দিযা মুসলিম লীগ (All India Muslim League) লিংখৎলম্মী। মখোযনা মখোয়গী তোঙান-তোঙানবা দাবীশিং ভাক্নখ্মী।

মুসলিমশিংনা শেম্বা লীগ অসিনা বেঙ্গল অনী থোকপা ভুদুবুসু শৌগৎলম্মী। মখোযনা মখোয়গী তোঙান্না ভোট থাদনরগা ১৯০৯দা ভাবত্তা চৎনহনখিবা মোরলী মিন্টো বিফোর্মস্ (Morly Minto Reforms) অদুনা মখোয় মশেন তোঙান্না ভোট থাদনবগা মীবেপশিং থাগৎপগী খুদোংচাবা পাবদু খাবম্মী।

অদুবু ভাবত্তা লেবা মুসলিমশিংনা বৃটিশকী মায়োক্তা লৈবা, লোইলম শাসন শন্দোকপা নীতিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তাং অমা লাকখি। মদুদি ইং ১৯১৪-১৯১৮ দা শোক্লখিবা পৃথিবীগী অহানবা লাণ্ডাও মনাংদা ব্রিটেন অমসুং মহাক্কী মীচঙদা লৈবা লৈবাকশিংনা টর্কিদা লান তাশিনগে তৌরুবদগীনি। ভাবত্তা লৈবা মুসলিমশিংনা টর্কিগী সুলতান (নিংথৌ) অসি মখোযগী খালিফ হাযবদি ধর্ম্মগী মথৌ হাযনা লৌবম্মী। ই. ১৯১৮ দা বৃটিশকী অকনবা ফোর্সশিংনা জেরুসলেম, মেসোপোটামিযা, ডেনমার্ক লৌশিনখিবম্মী। ইং ১৯১৮ সেপ্টেম্বরগী ২৯দা বৃটিশশিংনা লৌশিনখিবা মতুং থা অমগী মতুংদা টর্কিশিংসু লান্দা সুলতানগী মবৈবাক মুনবা যাবা মুনবিবতা নত্তনা মশাগী লৈজবম্বা শক্তি অযাম্বসু লৌথোকপিবম্মী, থৌদোক অসিদগী ভাবত্তা লৈবা মসলিমশিংনা যাম্না নুংঙাইতবা অমদি অশাউবা খলিফটকী আন্দোলন ঈহৌ অদু হৌখি। মপুংদি খালিফটকী হান্না লৈজবম্বা শক্তি অমুক হন্‌জিলহনগদবনি। অসিগুম্বা তঞ্জা অসিদা ইং ১৯১৫ খা আফ্রিকাদগী ভাবত্তা হল্লকখ্রবা গান্ধীজীনা ইন্দিযান নেসনেল কংগ্রেশকী লুচিংবশিংদা কয়া তক্লদুনা খালিফটকী আন্দোলন অসিবু হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা মান্নবা লিংজেল পুবক্লবগীদমক্তা শৌগৎহল্লম্মী।

অহানবা পৃথিবীগী লাণ্ডাওদা জর্মন, ইটালি অমদি অস্ট্রেলি[illegible]না ত্রিপল এলাইন্স শেমদুনা ইউরোপ কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনরকপদা হা[illegible] সেন্ট্রেল পারব অসিবু থিংবা ঙম্নবা হাযদুনা বৃটেন, ফ্রান্স, রসিযা[illegible] অমা শেমদুনা লান থেংনবদুদা ৱাররুবদা বৃটেন অমসুং ম[illegible] অতৈ লৈবাকশিংগী মতেং নিখি। মখোয়না শোক্লবিবা লান অদু পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা ডিমোক্রেসি হিংহন্নবনি অমসুং লৈবাক খুদিংমক্তা জাতি

খুদিংমক্কা মশা মশাগী ব্রারেপ মতুং ইন্না অচুম্বা শাসন লাক্কবনি লাউথোকপদুদা গান্ধীজীনা য়াম্না থরায় য়াওনা খোমদুনা বৃটিশকীদমক ভারতকী মী অমসুং লন-থুম লানগীদমক মতেং পীরম্মী। ব্রিটিশনদি মদু থাজখিদবনি। অসুম্না বৃটেনগী গ্রুপ্না মায় পাক্লবদা বৃটেন্না ভারতকী ব্রাযেল পথাপ্তা অচৌবা অফবা অহোংবা অমা লাক্কনি হায়না গান্ধীজিনা থনজখি। অদুবু ব্রাখল অদুগী ওয়-তৈমবদা মোনটাগু চেলম্‌স ফোর্দ রিফোর্মস (Montague Chelms Ford Reform) ইং ১৯১৯ দা ভারত্তা চৎনহনখি। মদুগী মনুংগী ওইবা মওংদি ভারতকী প্রদেশশিংদা ড্যাইঅর্কি (Diarchy) হায়না খঙনবা অনী থোক্না খাযদোক্লগা শাসন তৌমিন্নবা সরকার মখল অমা চৎনহনবা অসি ওইরম্মী। বৃটিশশিংনা রোব্রাল্ট এক্টশিং (Rowalt acts) ভারত্তা সরকারগা মৃক্নবগী চাং হেনগৎলক্লিবা অসি হন্থহনবগী অমদি এক্ট অসিনা চিংনবগা খুদত্তা ফাজীনবা বিচার তৌরগা দণ্ড পীবা দণ্ডিদুগী মাযয়োক্তা অপিল যাহন্দবা অসিনচিংবা শক্তি কযা সবকাবদা পী।

রোব্রাল্ট এক্টশিং চৎনহল্লকপা অদুদগী গান্থীজীনা মহাক্কী ব্রাখলদা বৃটিশশিং অসি ভারত্তা শাসন তৌদুনা লৈথবগী মরম লৈত্রে হাযনা খনখি। গান্ধীজীনা নিংতম ঈহৌদা ইহান হানবাওইনা ইং ১৯১৯গী এপ্রিলগী তাং ৬তা খুঙ্গংগী অচম্বা প্রজাশিং য়াওনা লৈবাক শীনবা থুংনা নোংমগী থবক লেপ্পগী খোঙজং চঙশিনখি। গান্ধীজীনা কৌবা থবক লেপ্পগী খোঙজংদা শরুক যাখিবগীদমক লমন খুম্বা ওইনা পঞ্জাবকী প্রজাশিংদা পারা অমা তম্বীগে হায়দুনা বৃটিশনা অমিটসরগী জালিয়ানব্রালা বাঘ হাযবা মফম অদুদা এপ্রিল ১৩ লাম্মীশিংনাকোয়শিন্দুনা চেনফম লৈত্রবা মীয়ামদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা মীওই কয়া তমথীনা হাৎলম্মী। থৌদোক অদুনা ভারতকী রাজনীতিগী ফম্পাক্তা গান্ধীজীবু মমাঙ থানা পুথোক্লম্মী।

গান্ধীজীনা মহাক মশাগী মরমদা মীয়ামদা লোৎশিনবা অমত্তা লৈরমদে। কংগ্রেসকী মনুংদা লৈমিন্নবা মোদরেটর অমসুং এক্সট্রিমিষ্ট কাংবু অনীমক্না থবক মখা চৎথদনা কন্নিনা ফগদগে খন্নরিঙৈ ফুম্বংননা লৈরিঙৈদা গান্ধী থোরকখিবনি। গান্ধীজীনা খিলাফটকী মরমদা পেন্দবা ফোঙদোকপা ওইনা সরকারগী মায়য়োক্তা খুৎশম্নুনা চৎমীন্নদবী থৌরম পরেং (Non Co-operation) অমা হৌদোক্লম্মী। মরমদি হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা

লিংজেল মান্নহনবা হায়বসিনা অতৈ ৱাফম মরু ওইবদু গান্ধীজীনা চেৎনা থাজরম্মী। খালিফটকী ৱাফমদুগী মথক্তা পঞ্জাবতা ওৎ-নৈবা অদু কোকহন্নবা ৱাফম অমসুং নীংতম্বা পীনবগী ৱাফমসু য়াওহল্লম্মী। খৃৎশম্নদবগী থৌরাং পরেং অদুগী মথক্তা হেন্না কনশিনবা মওংদা প্রজানা হায়বা ইন্দবগী থৌরাং (Civil disobedience programme) অমসু পায়খৎলম্মী অসুম্না খৃৎশম্নবগী থৌরাং পরেং অদু খৃ: ১৯২০, অগষ্টতগী ১৯২২গী ফেব্রুয়ারী ফাওবা চৎথরম্মী। মসিনা ভাবতকী কাচীন কোয়া শীনবা থুংনা শন্দোকখিদুনা হান্না অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা মওংদা প্রজা মীয়ামগী থৱায় য়াওবা মতৌ অসি লৈবাক শীনবা থুংনা উরম্মী। ছাত্র-ছাত্রীশিংনা স্কুল কলেজ বোইকোট তৌখি। উকীলশিংনা কোর্টশিং চঙখিদে। ডান্দি মার্চকী ঈহৌ মতমদা তৌখিবগুম বৃটিশনা শাবা পোৎ-চৈ অমত্তা শীজিন্নখিদে য়ুম-য়ুমদা শাবা পোৎ-চৈ খাদিগী ফীরোলশিং অসি ইচম চম্বা শেৎনবা ফী ওইবদগী হেন্দোক্তুনা মী অমগী রাজনীতিগী বাখলসু ফোঙদোকপনি হাযনা লৌনবম্মী। লৈবাক্কী মফম খৃদিংমক্তা নুপী নুপা, হিন্দু, মুসলিম খাক্তনা থৌবম পবেং অদদা শরুক য়াখি। অসুম্না রাজনীতিগী পুমহোং হোংবা পাঙ্গস্ পামদবসু ভাবতকী প্রজা খৃদিংমক্না যাওখিবম্মী। অসুম্না গান্ধীজীগী লীচিং মখাদা হিন্দু, মুসলিম অনীনা অমত্তা ওইনা নীংতম ঈহৌ চঙশিনবা হৌখিবম্মী।

গান্ধীজীনা কংগ্রেসতা চঙলকপদগী মনুংগী ফীভমসু পুমহোং হোংখি। কংগ্রেস অসি লাইরিক-লাইশু হৈবা অমসুং ময়াই ওইনা নুংঙাই-য়াইফবা মীওইশিংনা মকোক ওইরম্নদু তোকখ্রে। প্রজা মীয়ামগী মীহুৎনি হাযনা য়ারবা নৌথোক্লবা অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা, জাৎ-বিজাৎকী ওইবা বাফমশিংগা শম্নহন্দ্রবা সংস্থান অমা ওইরম্মী। মীযাম্না দান তৌরকপনা পৈশাগী অৱাৎপা লৈখিদে।

মতম অদুগী ভারতকী নহাবোলশিংনা কংগ্রেসকী অহিংসাদা য়ুম্ফম ওইবা, ময়ায় ওইনা চৎপা রাজনীতি ফিরেপশিং অসিদা পেন্দ্রে হাযবসি খঙলম্মী। মরু ওইনা পঞ্জাব, উত্তর প্রদেশ, অমসুং বেঙ্গলদা য়াইমরপ ওইনা নুংঙাইজবা ইমুংদগী থোরকপা নহারোলশিংনা রিভোলুসন অমা পুবক্লবনি হায়দুনা কিহনবগী থবকশিং নৌহৌনা পাইখৎপা হৌরকখি।

রিভোল্যুসনগী কিহনবগী থবক পায়খৎপশিংগী মরক্তা পঞ্জাবতগী ভগত সিংহ অমসুং সচদেবা, ইউনাইটেট প্রোবিন্সতগী চন্দ্রসেখর অজাদ, কুন্দলাল অমসুং সিবা শর্ম্মা লোয়ননা বিহারদগী পি.এম. ঘোস মখোয়শিং অসি খ্বাইদগী মমিং চৎপনি। নহারোলশিং অসিনা লুচিংদুনা সরকারগী ওফিস অমদি লাম্পী কয়া নোংমৈনা অমদি বোম লংশিন্দুনা হাংখি। অসুম্না কিহনবা পান্না নহারোলশিং অসিনা লিংখৎখিবা মরুওইবা ওর্গনাইজেসনশিংদি H.S.R A (Hindustan Socialist Republican Army), December 1929), OYO (Open youth Organisation), N.J.B.S. (Non Jawan Bharat Shabha) অসিনচিংবনি। মখোয়শিং অসিনসু জাতি বিজাতী ধর্ম্মগী খেন্নবা খায়দনা ভারতকী নহারোলশিংগী অপূনবা লীচিং পুরকপা ওন্নবা, ভারতকী নীংখা তম্নবগীদমক মথ্বায কখোকখি। ভগতসিংনা মহাক ভারত্তা জাতি খুদিংমক্কীদমক হৌবা লালহৌনি খণ্ডনবগীদমক মহাক্না জেল মনুংদা অসুম্না ইরম্মী— "Why am I an Atheist " মসিগী নুংগী অর্থদি মহাক্না ধর্ম্ম খুদিংমকপু থাদোক্তুনা জাতি, বিজাতি খায়দনা ধর্ম্মগী খেন্নবনা হুন্বা ওয়োইদবা ভারতকী অপূনবা জাতি অদুগী শক্তম অদুবু মযেক শেংনা উৎনবা শীরমদাই মীকুপ ফাওবা হোৎনখি। অসুম্না তোঙান-তোঙানবা জাতি কয়ানা অপূনবা খোঙজং অমত্তদা চপ মান্নবা বাখল লাচিং অমদা ভারত নীংতম আন্দোলন চঙশিনখিনগা লোয়ননা ভারতকী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইখি।

---

# নীংতম্লবা ভারতকী শক্তম

ঙসিগী মালেমগী লৈবাক খুদিংমক্তা অওনবা অমদি অহোংবা কয়া সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি চাওখৎলকপগী অমদি সোসিয়েল সাইন্সনা চাওখৎলকপদগী ওইরক্লি। সমাজ অমনা কৈদৌনুংদা লেঙদনা লৈবা য়াওদে।অদুবু মালেমসিদা লৈরিবা সমাজশিংগী খেন্নরিবসি শুপ্নতগী সমাজ অমনা অমদগী হোংলকপগী নৎত্রগা ওল্লকপগী মওং অদুনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, লৌবুকশিংদা ত্রেক্টর মশীং হেন্না শীজিন্নরকপা নুপীশিংগী থবক মখল শুনা অমদি মশীং য়াম্না তৌনরকপা (Doctor, Engineer, Politics অমদি অতৈ হীরম খুদিংমক নুপীশিংসু শরুক য়ারকপা) চৎথোক-চৎশিন অমসুং ঈ-পাউ চৎনবগী পাম্বৈশিংদা হেন্না ফগৎলকপা রেডিও অমদি টেলিভিজন য়াম্না শীজিন্নরকপা অসি পনবা য়াই।

লম নৎত্রগা লৌ য়াম্না মপু ওইরগা সমাজদা থাক ব্রাংনা লৈবনি হায়না খন্নরম্বা অদুক্কী মতীক য়াম্না পায়শিল্লগা অদুক্কী মতীক থাক ব্রাংই খল্লম্বা মতম অদু হৌজিক্তি মুৎথরক্লে।ইন্দষ্ট্রিদা অসুম অসুম চাওখৎলকপগা লোয়ননা সমাজগী লন-থুম অসিসু ইন্দষ্ট্রিশিংগী মপুশিংনা অমসুং ললোনবশিংনা কা হেন্না পায়শিনখ্রে। চুম্নতগী লৌয়াম চাবদগীদি মখোয়না সমাজদা হেন্না মচীন চৎপা হায়বদু ওইরে। লন-থুমনা শাগে জাৎ অনেম-অব্রাংদগী হেন্না মরুওইনা সমাজদা থাক লেপ্নবগী পান্দম ওইনরে। ভারতকী সমাজ অসি হৌজিক্না হান্নগী ফীভমদগী অনৌবা অমদা হোংলকপগী অরি-অনৌ শিন্নবগী লুরবা তাঙ্কক অদুদা লৈরি। ইন্দষ্ট্রিদা, লল্লোন-ইতিক্তা ভারতনা শীংথানবা য়াবা মওংদা খুমাঙ চাওশিল্লক্লি।

অদুম ওইনমক, সমাজদা হোংলক্লিবা খুদিংমক মীপুম খুদিংমক্না পাম্না লৌবদি নত্তে। ভারত হায়বসি জাতি কয়ামুক্না পুনশিল্লগা শেম্বা লৈবাক্লি। অসিগুম্নবা অহোংবা অসিনা শোখহৌরবা ফ্রুপ খরদি পুংমুৎ মুৎথিবা য়ারকপগী অকিবা অদু লৈ। ঙসিগী মালেমদা হায়বা য়াই— লৈবাক খুদিংমক্তা মখোয় মখোয়না লৈরিবা খুনাইগী সোসিয়েল ওর্দরদা পেন্দবা খোয়শাওনরবা নহারোলগী মপৈ-মপৈ থোকপগুম ঙসি ভারতকী সমাজদসু খোয়শাওনরবা নহারোল কয়ানা হিংবগী অশেংবা শক্তম তাক্লি।

ভারতকী সমাজ মনুংদা লৈবা মচাকশিং খ্বাইদগী শীংথাবা য়াবা মওং মতৌদি ময়ায় ওইনা নুংঙাই-য়াইফবা মীওই কাঙলুপ অমা মীশিং কোটি কুনমুক য়াম্না থোরকপা অসিনি। হায়রিবা মীওই কাঙলুপ অসিদগী পাক-শন্নবা সরকারগী মশা মরেংশিং অসিদা, লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা, ইন্দষ্ট্রিদা, লম্লোন-ইতিক্তা ভারতনা শীংথানবা য়ানা খূমাঙ চাওশিল্লবা মীওইশিংসু হায়রি মীওই কাঙলুপ অসিদগী থোরকই।

অদুবু খ্বাইদগী খুদোংথীবা অমদি নীংথিনা শেম শারবা নোর্ম অমসুং মদুগী য়া তৈনবদা পাঙথোকপা থবক অদুনি। ভারতকী লৈঙাক পথাপ অদুকী মতী ফজে; অদুকী মতীকসু পাক্ চাউই, ডিমোক্রেসিগী নিংথীরবা ব্রাং ক্লা লৈবাক অসিগী লৈঙাক পথাপকী ফ্রেম ওইরিবনি। অদুবু মসি থবক ওইনা পাঙথোক্তবা, সংবিধান্না পীবা ডিমোক্রেসি অসি লমদম অসিগী পশিংনা নিয়ম ঙাক্লা চৎপা ঙমদবনা সরকারনা প্রজাশিংবু য়েংশিনবা ঙমলক্তবা অসিনি। সরকারগী ওফিসিয়েলশিংনা চৎকদবা রুলশিং অমসুং লোশিং মশাগী ওইজ-ওইথক থিবদা ময়াই কাখিদুনা শূপ্নতগী সরকারগী ওইদ-পাদা কয়াগী অরানবা নীতিনা পনক থৌরম কয়াবু অচুম্বা ওঙ্হোক্তুনা রেকোর্ড তৌফম কা ওইরি। সরকারনসু সংবিধানগী নোর্মশিং অসিগী ইমপ্লীমেন্টদা থোইনা পূক্নি ঙদ, মশাগী শাগে-মরীমতাগী কান্নবা হোৎনবা মন্ত্রী, ওফিসিয়েল ময়াম থবক্কী মহুত্তা থবক শূখিবগী রেকোর্ড তৌশিল্লগা য়েন্নবা। মসিগী মহৈনা প্রোহিবিসন লোশিংগী ওবজার্বেসন তৌবগী মহুত্তা থোইনা হেন্না লীগল ভাইওলেন্স চৎথরকপা অসিনি।

ভারত অসি পৃথিবীগী মনুংদা শেঙ্গা-থুমজা খ্বাইদগী তৌবা লৈবাক ৪৭কী মনুংদা অমানি। অদুগা ভারতকী ষ্টেট ২৭কী মনুংদনা মণিপুরনা খ্বাইদগী শেঙ্গা-থুমজা তৌবা সমাজ অমা ওইরি। মসিগী মরুওইবা মরমদি করপসন হায়বসি লৈবাক অদুগী পর-কেপিটা ইনকম অমসুং প্রোপর্টিগা য়াম্না নক্নবা মরী লৈনৈ। লৈবাক অমগী নৎত্রগা সমাজ অমগী পর-কেপিটা ইনকমনা হন্থরিবমথৈ লৈবাক অদুগী প্রোভর্টি অমসুং করপসন গী চাং ব্রাংখৎলকই। ভারতকী ষ্টেট ২৭কী মনুংদা মণিপুরনা খ্বাইদগী পর-কেপিটা ইনকম হন্থে মরম অদুনা মণিপুরদা খ্বাইগী লাইরবা মশিং অমদি করপসনগী চাং ব্রাংই।

মমিং লৈরবা সোসিয়েল সাইন্টিষ্ট অমদি ইকোনোমিষ্ট কয়ানা তোঙান-তোঙানবা করপসনগী ব্রাহম্হোক পীনরম্মী।

**Paul Kiltagards** না করপসনবু equation মওংদা পুথোক্লম্মী:
Corruption = Monopoly + Discretion + Accountability.

**H. Bayey :** করপসন হায়বসি সরকারনা পীবা শক্তিদু কান্নবা য়েংদুনা লান্না শীজিন্নবা।

**Jacob Van Klaucer :** Corruption হায়বদি civil servant শিংনা মখোয়না মখোয়গী মশাগী অথোরিতিবু একস্ত্রা ইনকম ফংনবগীদমক অরানবা মায়কৈদা লান্না পব্লিকতা শীজিন্নবা অদুনি।

**J.S. Nye :** Corruption হায়বসি পব্লিক ওফিসিয়েলশিংনা মখোয়গী থবক নিয়ম চুন্না তৌদবা অদুনি হায়বম্মী।

**Peter Degare :** Corruption হায়বদি মওং অমদা পৈশা তানবা, তৌবা ঙম্বা, তৌরিবা থবক্কুনা খুদিংমক্কী লমওঙ্গে ওইনরবা, মীগী থবক অসি মখোয়না ওইবিবদুবুদি মখোয়না পৈশিনবা চাংনা লেপ্পরবা, পৈশিনবনা মচং ওইরবা সমাজনা পূসিগী শকওং অমনি।

ঙসিগী ভাবতকী খুন্নাই অসি কবপসননা থাউ ওইদুনা কেপিটেলিজমগী খাংজাউদা ঊৌবী। মফম খুদিংমক্তা থবক থৌরম খুদিংমক্তা পৈশাবু লৈববদি ফংদবা, ঙমদবা লৈখিদ্রে; স্টোরদা, ওফিসতা, ব্রায়ার হাউসতা, ভোটতা, সবকাবগী লোয়শঙশিংদা পৈশাবু লৈরবদি অপাম্বা খুদিংমক ফংবা ঙমলে। মসিগী মথক্তা মীহাৎ মীপুন, অচুম-অরান, ইজ্জৎ, সন্মান, মী ফাওবা পৈশানা লৈবা ঙমলে। অদুগা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহাবোন কযানা পৈশা পীজনিংঙাই লৈভবদগী কেপিটেলিজম অমদি করপসন খাংজাউদা ঊৌদুনা নীংবা কাযনা অব্রা মৈশা লাংদুনা তোকই। পূম্নমক অসিনা মবম ওইদুনা খোইশাওনরবা নহারোল গ্রুপ-গ্রুপ শেমদুনা গনতন্ত্রগী হিংনিংবদু মাঙখিদুনা খুন্নাইগী যেক্রবা ওইরকই।

ভারত্তা কবপসনগী চাং নোংম-নোংমগী ব্রাংখৎলকপগী মরুওইবা মরমশিংদি

১। **Historical Causes** (ইতিহাসকী মরম) :

ঙসি মালেমগী চাওখৎলক্লিবা লৈবাক খুদিংমক করপসননা কোলোনিযেলগী শরুক অমগুম লৈরী। লৈবাক্কী হান্নগী লুচীংবশিং, অচৌবা

ফমথোল্ খুদিংমক মখোয়গী মখুত্তা লৈগদবনি খনবা অদুগা অপীকপা হুন্থবা থাক্কী থবকশিংনা লৈবাক মীয়ামগী ওইহনবগী চৎনবী ঙসিসু হিংলি। মসিনা মরম ওইদুনা, প্রজাশিংনা মখোয়গী মথকথোংবশিংগী মতৌঙম হেন্না নুংঙাইরা পুন্সি মরেল পান্নকপদগী মীওইবগী পুন্সিবু তেমশিংনবগী ব্রাথল পরীং ব্রাংখৎলকই। মতম কুইনা লোইলম লৈঙাক শাসন্দা লৈরুবনা লৈবাক্কী শেল-থুমগী ফীভম য়াম্না ফত্তে। থমলিবা পরমিট অমদি কোটাশিং অসিনসু ব্লেক মার্কেটগী অচৌবা থোং অমা ওইরি।

২। **Economic causes :**

ভারতকী তোঙান-তোঙানবা ষ্টেটশিংদা নোংমগী দরকার ওইবা পোৎশিংগী মমল চাং মান্নলা লেপ্পা ঙমদবা, অমদি য়ুমগী নোংমগী শীজিন্নগদবা পোৎকী মমল ব্রাংখৎলকপগা লোয়ননা শূরিবা থবক্কী খূৎশুমল মতীক চানা পীবা ঙমদবা অসিগী অচৌবা সমস্যা ঙসি লৈবাক অসিগী প্রজাশিংনা মায়য়োক্লরি। অদুগা ভারতকী লাইরবা ষ্টেটশিং অসিদা লৈরিবা মশীং থীঙমদনা হেনগৎলক্লিবা মীশিং অমদি লাইরবা মপা-মমানা মপুক লান্নবা মচাশিংগীদমক উপাই লৈত্রবদা করপসন হায়বসি মখোয়দদি খ্বাইদগী অফবা হিংনবা লম্বী অমগুম খল্লকপা অসিনি।

৩। **Environmental causes :**

খ্বাইদগী মরুওইবা মরম অমদি হৌজিক ভারতকী ষ্টেটশিংনা চাওখৎ খোঙথাংদা লমজেল তান্নরি হায়বা য়াই, অয়াম্বা ষ্টেটশিংদা অরবানাইজেসন অমসুং ইন্দষ্ট্রিলাইজেসনগা ঈরোইননা সিভিলাইজেসনগী অওনবা অদু ময়েক শেংনা উরি। অসিগুম্বা মপানগী অরবানাইজেসন অমসুং ইন্দষ্ট্রিলাইজেসন মচাক ময়াম হায়বদি পোথোকশিং অদু শোথরবা মণিপুরগুম্বা ষ্টেটশিংদা য়োনফম ওইরি। অদুনা মীওইবগী ফীভম অমসুং শেল-থুমগী শক্তি অসি সমাজদা উৎনবা হোৎনবদা শেনজা-থুমজা তৌনবা মরু অদু ওই।

৪। **Sociological Causes :**

জাতি অমগী মনুংদা লৈরিবা মীওইশিং অদুনা মশা-মশাগী শক্তম খঙনরক্তবা অমদি মীওইবা হায়বসিনা কাঙলুপ নাইনা হিংবগী অর্থ খঙলক্তবা অদুনসু sociological causes ওইরকই হায়বা য়াই।

## ৫। Procedural causes :

ভাবতকী লৈরিবা সেন্ট্রেল ভিজিলেন্স কম্মিসন মপূং ফানা মীৎয়েং চিংশিনবিদবা অমদি লৈরিবা ষ্টেটশিংদা অঙম-অথৌশিং হায়বদি লৈবাক্কী ফম্নাইবা করপসন হায়বসি মখোযগী থবক থৌবমশিংগী অমদি মখোয়গী পোজিসন শেম্বগী খ্বাইদগী শক্তি লৈরবা খুম্নাই ওইনা শীজিন্নরিবা মচাক অমা ওইবনা থোইনা হেন্না পূক্লিং চিংশিন্নদে। অদুনা মণিপুরদা কবপসন থিংনবা আইন অসি শুকলৈমক লৈত্রে হায়বা য়াই। গর্ভমেন্টগী লৈরিবা নিযম-নিতী মযাম অসিনা থোইনা করপসনগী ফববা লম্বী ওইনা সবকাবগী করমচারীশিং অসিনা শীজিন্নবক্লি। ডিপার্টমেন্ট খূদিংমক্তা ওফিসকী তৌফম থোকপা থবকশিং অদুনা পলহন্দুনা ওফিসিয়েলশিং পৈশা ঙাইবগী চৎনবী ফোংনা ফোংনা চৎনবী ওইনা লৈরে।

## ৬। Lack of Consciousness :

লাইববনা মশীং যাম্না লৈবা সমাজ অমা ওইবনা ভারতকী মীচম প্রজা অযাম্বা, অফ-ফত্তা অচুম-অবান খাযবা ঙম্লক্তে। খূদক্কী হিংনবগীদমক দবকাব ওইবা পোৎলমশিং ফংনবা হোৎনরকই। অসিগুম্না মীওই কয়া অসি লৈবনা, সরকাবগী থবক তৌবিবা মীওইশিংনা মখোয়গী তৌফম থোকপা থবক অদু পাঙথোকপদা শেঙ্গা থুমজাগী থবক চথরকই।

## ৭। Political causes :

ভাবতকী খ্বাইদগী লাইবক থীবিবদি পোলিটিকেল লীদরশিংনা তৌবিবা কবপসন অসিনি। পোলিটিকেল লীদবশিং অসিনা লৈবাক্কী থবক তৌবদা নিয়ম চুম্না তৌদবা মহাক্কী ইলেক্সনগী য়েংলগা মহাক্কী মী অদুদা খুদোং চাবা পীবা অচুম-অরান থিদনা, মহাক্কী মীশিংদুদি সমাজগী মীহাৎ-মীপুন থোরকপা মতমদা কনবা। ওফিসিয়েল কয়া লৌতুনবগা ইল্লিগল ওইবা থবক কয়া তৌবা। আই. এ.এস., আই. পী. এস. অমদি জজশিং ফাওবা রুলিং পার্টিগী য়াকা য়েংদুনা অচুম্বা অমত্তা পায়খৎলক্তবা, ইলেক্সনগী মতমদা লাইরবনা লাইচুরবা মীওইশিংদা নোংমগী চরা ফংনবা হোৎনরদা কঙাওনরবা মীওইশিংবু পৈশানা লৈদুনা মীওইবগী হকপু লৈবা অসিনচিংবা ভারত্তা চৎনবী ওইবি।

The Central Vigilance Commission has identified the following twenty-six modes of corruption :—

1. Acceptance of substandard stores/works.
2. Misappropriation of Public money and misappropriation of stores.
3. Incurring pecuniary obligations of persons with whom the public servants have official dealings.
4. Borrowing money from contractors and firms.\ having official dealing with officers.
5. Showing favours to contractors and firms.
6. Claiming of false travelling allowance, house rent, etc.
7. Possession of disproportionate assets
8. Purchase of immovable poverty etc. without prior permission or intimation.
9. Causing loss to government by negligence or otherwise.
10 Abuse of official position / powers
11. Acceptance of illegal gratification in recruitments, postings, transfers and promotions
12. Mis-use of government employees for personal works
13. Production of forged certificates of age, of birth, of community etc
14. None delivery of money orders, insured covers, valued payable parcels etc
15 Replacement of new postage stamps by use ones.
16. Irregularity in grant of import and export licences.
17. Mis-use of imported and allotted quotas by various firms with convenience of public servants.
18. Irregularity in the grant of telephone connections.
19. Moral turpitude.
20. Acceptance of gifts

21. Under-assessments of income tax state duty etc for pecuniary gain.
22. Mis-use of advances sanction for purchase of scooter and cars
23 Abnormal delay in settlement of compensation claims to displaced person.
24. Wrong assessment of claims of displaced persons.
25. Cheating in connection with the sale and purchase of plots to residential purposes.
26. Unauthorised occupation and subletting of Govt quarters.

**Formalism** (মওং-মরিন নাইবা) : লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী খূদোং থীনিংঙাই অমদি নীংথিনা শেম শারবা নোর্ম অমসুং মদুগী ওন্ন-তৈননা পাঙথোকপা থবক অদুনি। ভারতকী লৈঙাক পথাপ অসুক্কী মতীক ফজে অদুক্কী মতীকসু পাক চাউই; ডিমোক্রেসিগী নীংথিরবা ব্রাহম্হোক্লা লৈঙাক পথাপ ফ্রেম ওইরিবনি। অদুবু মসি থবক ওইনা পাঙথোক্তবা অসিনি। সরকারগী ওফিসিয়েলশিংনা চৎকদবা রুল অমসুং আইনশিং, মশাগী ওইজ-ওইথক্লা চাহৎপীদুনা চৎপা ঙমদে। সরকারগী নিয়ম চৎপা ঙমদে। সরকারগী নিয়ম শূপ্নতগী গভর্মন্টনা মখোয়গী বেকোর্ড রুম ওইদুনা লৈ। গভর্মেন্টনা মখোয়গী থবক থৌরম ইমপ্লিমেন্ট তৌবদা নিযম চুম্না শেম্লিবা নোর্মশিং ইনবদা পূক্নিং চিংশিনদে। মসিগী মহৈনা প্রোহিবিসন লোশিং অসিনা ওবজার্বেসন তৌবগী মহুত্তা থোইনা হেন্না ভাইওলেট হেনগৎহন্নবা মচাক ওই। মসিগী মরুওইবা হৌরকফমদি ইন্দিয়ান কনষ্টিট্র্যসনদা পীরিবা প্রিন্সিপলশিং অদু লৈঙাকপশিংনা চপ চানা থবক ওইনা পাঙথোক্ত বা অমনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিংগী চীফ মিনিষ্টর অসি ষ্টেট এসেমব্লীগী ভোট কারবা মীহুৎশিংগী মেজোরিটি পার্টিদগী খল্লী, অদুগা মসিগী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবনা চীফ মিনিষ্টরনা খল্লী, অদুবু মসিগুম্বা থবক থৌরমশিংদা নেসনেল পার্টিনা অচৌবা রোল লৌই। মখোয়গী থাক য়েংদুনা ষ্টেটগী ইলেক্টেট মেম্বরশিংনা থবক তৌই। মসিনা ইন্দিয়াগী পোলিটিকেল এফেযারদা নেসনেল লীদবশিংগী খূৎ চঙদুনা অশেংবা অচুম্বা পোলিটিকেল এফেযাব লৈহন্দে।

**Overlapping** (লোনশিন্নবা) : ভারতকী চাওখৎলবা কাঙলুপ কয়া অমদি চাওখৎত্রবা কাঙলুপ কয়ামরুম য়ানশিন্নদুনা লৈরিবা সমাজনি। অদুবু চাওখৎ খোঙথাংগী অনৌবা য়াওনশিং হান্নগী অরিবনা নমহন্তুনা লৈরি। শুপ্নতগী lip service খক্তদা অনৌবা মেন্বরশিং লৈ। অয়াম্বা থবক থৌরম খূদিংমক অরিবা চাওখৎতবা অদুগী চৎনবী চৎনা কাঙলোম্না কূপশিন্দুনা লৈ।

**Nepotism** (অচান-মীরান নাইবা) : লৈবাক্কী ফম্নাইবা অচৌ-অশাং কয়া অসি খোইনা হেন্না মশাগী ইমুং-মনুংদা সরকারগী থবক লৌবগা অমদি লৈবাক্কী লৈঙাক শাসনদা পুশিনবী। ইউনিভর্সেল নোমশিং অসি ভারত্তদি নীংথিনা ইনবা ওমদে, অতোনবনা অশোনববু তুহৎপিবগী চৎনবা কয়া হিংদুনা লৈ। Patrominalism সরকারগী মায়কৈদগী খ্বাইদগী খূদোংথিবনি হায়না লাউই, মদু শূপ্নগী চেদা থিওরি ওইনা লৈ, অদুবু সরকারগী অঙম অথৌশিংনা Patronism বুদি য়োকখৎলি।

**Policy Communalism** : ভারতকী সমাজদি কাঙলুপ মশেলগী নুংশিনদবা, খেন্নবা ধর্ম্ম কযানা পূনশিল্লগা শেম্বা সমাজনি। কন্সটিট্যুসন্না থিওরিগী চপ মান্নবা য়েংজরবসু কন্সটিট্যুসনবু ফোলো তৌগদবা মীওইশিংনা নীংথিনা চত্তবনিনা ভারত্তা শেম্রিবা পোলিসিশিং মশা মথন্তগী খূদোংচাগদবা য়েংবদগী খূদোং চাদবা কয়া অসি থোরকই মদুনা মশা মশাগী খুদোংচাবা য়েংনবগী মচাক অমা ওইহল্লি।

---

# ''ভারত নীংতম্রে অদুবু প্রজাদি নীংতমদ্রি''

ভারত হায়বা পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংগী মনুংদা ইতোপ-তোপ্পা লৈবাক্নি। সমাজ কয়ানা পূনশিল্লবা খ্বাইদগী চাউবা সমাজনি। শক্তি লৈরবা পৃথিবীগী অচৌবা লৈবাক কয়াগা লম্বা পাবা ঙমখিবা মনীং-মখা তম্না লৈজরম্বা লৈবাক কয়ানা পূল্লগা শেপ্পা মনীং মখা তম্বা লৈবাক অমনি। ভারতকী সংবিধান্না ভারতকী নাগরীকশিংগী খ্বাইদগী ব্রাংবা নীংখা তম্বা ফন্দামেন্টল রাইট্‌স ভারতকী নাগরীকশিংগী থম্লি। অদুবু সংবীধান্না পীরিবা নীংতম্বগী অধিকার হায়বসি মীওইবগী মতিক চপ-চানা ফোঙদোকচনবা ভারতকী সংবিধান্না পীবা খুদাংচাবা অদুনি। অদুবু ভারতকী নাগরীকশিংগীদি সংবিধান্না পীবা অধিকারশিং হৌজিক ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি অদুনা 'ভারত নীংতমলে, অদুবু ভারতকী প্রজাশিংদি নীংতমদ্রি'।

নীংতম্লবা ভারতত্তা, নীংতমদ্রিবা প্রজা হায়বগী মরুওইবা মরমদি, ঙসি ঙসিমক ভারতকী প্রজাশিংগী মরক্তা অমগা-অমগা খৎনা চৈনবা হাৎনা শুনবা সরকারগী মায়য়োক্তা নীংতম্বগী ঈরাং কয়া হৌরি। সরকারগী লান্মীনা প্রজা কয়া ওৎ-নৈদুনা কিহন্দুনা চল্লাইবা সরকার অমা ওইরি। মীচম প্রজা কয়া অকি-তুজুং পোকহন্দুনা মখোয়গী ব্রাখল খন্নবা শক্তিশিংবু তংখাই অমা শিথহল্লি। গান্ধীজীনা হায়—

''প্রজাশিংগী নীংতম্বা হায়বসি, সরকারনা প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবগী থবক অদু মপূং ফানা থাদোকপা অদুনি''।

অদুবু মনীং তম্লবা ভারত অসিদা মখোয়গী তুংগী ফীভম খনবদা অকি-তুজুং পোকপগা লোয়ননা লাংতক্লবা জাতি কয়াগী কাঙলুপ কয়াগী মীশকশিংনা নীংতম্লবা ভারতকী মনুংদা নীংতম্বা তাম্নরক্লি। অদুনা জাতি কয়াগী অমদি কাঙলুপ কয়াগী মীওই কয়ানা মখোয় মশাবু ভারতবাসিনি খঙ্গদবা ভারতকী লোইলম সমাজদা হিংলিবা মীওইশিংগুম্না অৱা চৈথেং ফংলবা জাতি কয়া কাঙলুপ কয়া ঙসিগী ভারতকী অপুনবা সমাজ অসি লৈরি।

মপাম্লোংগী মীৎয়েংদা অতোপ্পশিংনা ভারতপু অদুক্কী মতীক পূক্লিং চিংশিল্লী, মরমদি ভারত হায়বসি, ''লৈথল শুনা শাৎলবা স্বর্গগী

লৈকোন্দা অপশবানা নুংশিবর্বা ঈশৈগী শুরদা জগোইগী খূৎথেক তম্বগুম প্রকৃতিনা থম্বিরম্বা ভারতকী তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপশিংগী খেন্নবা কুচু কয়ানা লৈখল শুনা শাৎলবা লৈকোলদা, তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মশিংগী শান্তিগী শৈহেক তম তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিনা (চৎন-লোনচৎ) তাস্থা পীদুনা জগোয় খূৎথেক লৌরিবা ভারত লৈমগী শক্তম্নি।" অসিগুম্বা ভারতকী ফজরনা শক্তম অসিদনি গান্ধীজিনা ঐগী ভারত স্বর্গগী লৈপাক ওইগদবনি হায়রম্লিবা।

মীচঙ মীখাই নাইবা মাগী মাগী কাঙলুপকীদা খনবনা, ভারতকী মীশিং য়ামজদবা কাঙলুপ কয়াদি নোংম-নোংমগী মৃৎশিল্পকগুম তৌরকপসিদা, মিপাইরবা কাঙলুপ কয়ানা, জাতি কয়ানা, মশাগী শক্তমবু কলহৌনবা নীংতম্বগী ঈহৌ শাগৎলক্নি। খ্বাইদগী মরুওইনা অৱাং নোংপোক ভারতকী মশীং য়ামজদবা অপীকপা রাজ্য অয়াম্বা ভারতকী লুচিংবশিংগী অসিগুম্বা মীচঙ মীখাই নাইবা, মীৎয়েং মান্নদবা থৌশিল অসিদা, ভারতকী অপুনবা শক্তম অসিগী মায়য়োক্তা তোঙানবা নীংতম ঈহৌ শাগৎপা মীওই কাঙলুপ কয়া লেপ্তুনা থোরকখি। মরমশিং অসিনা ফজরবা শক্তম ওইরিবা ভারত লৈপাকপু মচেৎ মচেৎ থোক্লা কায়রকপা য়াবগী ফীভমদা লৈরক্লে। মতাং অসি য়ৌরকপদদি প্রজাশিং জ্ঞান তামিন্নবা অমদি ভারত সরকাবগী মান্নবা মীৎয়েং অমা দরকার লাকই।

মতম কুইনা বৃটিশকী লোইলম লৈঙাক শাসন্দগী ইং ১৯৪৭ গী আগষ্ট ১৫দগী ভারতকী ইতিহাস অনৌবা য়াওল অমা লাক্লে, ভারত নীংতমলে। মতম অমদা মনীংমখা তম্না লৈজরম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক অচৌবা অমসুং মচা কয়াসু ভারতকী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা মশানা য়ানিংনবু ওইরবসু য়ানিংদনবু ওইরবসু পূনশিল্লে। নীংতম্নবা ভারত অমা ওইরে। নীংতম্নবা ভারত অসি গনতন্ত্রদা য়ুম্ফম ওইবা লৈবাক অমনি হায়বদি মীয়ামদা দাইত্ব লৈবা সরকারনি। নাগরীক খুদিংমক্কী ভোট থাদবগী অধিকার অদু ভারতকী সংবিধায়া পী। অপাম্বা সরকার নাগরীকশিংনা খঞ্জনবা খুদোংচাবশিং ভারতকী সংবিধান্না চপ-চানা ইদুনা পীরি। সংবিধান্না রাজনীতিগী মপূং ফাবা গনতন্ত্র অদু নাগরিকশিংদা পী। ভারতকী গনতন্ত্র চৎপা সরকার অসি মীয়ামগী য়াইফনবা থন্দুনা জিংবা সরকারনি। অদুবু রাহুং অমদি ভারতকী প্রজাশিংনা হংদুনা লাকই। লৈবাক অসিদা মীপুম খুদিংমক্তা নীং-খা তম্বা তশেংনমক ঙম্লিব্রা? সরকারনা সংবিধানগী নিয়ম চুম্না লৈঙাক শাসন তৌরিব্রা ?

সংবিধানা অচৌ অপীক নাইদবা সোসিএলিজমগী নীতি চৎপা ধর্ম্মদা চপ মান্নবা মীৎয়েং য়েংবা অমসুং গনতন্ত্রদা মৃস্ফম ওইবা রিপব্লিক অমা ওইনা, সংবিধানা পীরি। অদুবু ভারতকী সমাজদি অচৌ অপীক য়াম্না খায়। সমাজগী অচৌবা কাঙবুনা তোন্নবা কাঙবু হুস্থনা য়েংবী, তুহৎপী অয়াম্বা থৌদোক্তা মীচঙ মীখায় নাইবগী চৈনা নাগরিকশিংদা ফাওহল্লি।

অসিগুম্বা মীৎয়েং অমসুং থৌশিল অসিবু লৈবাক্কী আইন কয়া চাননা শেন্নবসু অমদি মুথৎনবা সরকারনা হোৎনজরবসু মশাগী ওইজবদা থিবা, মশাগী কাঙলুপকীনা লুনা খনবা মপূক্লিংবু খুদুম চনজবা ঙমদবা শাগৈ জাৎ চাউবা, কাঙলুপ চাউবগী চৎনবীনা মাঙজিন থাদুনা লাক্লবা ভারতনি। অসিগুম্বা অচান মীরাই নাইবা চৎনবী অসিনা নীতি নিয়ম অমতা মপূং ফানা ইনবা ওইথোক্তে, সমাজগী কাঙলুপ খুদিংমক্তা মান্নবা মীৎয়েং থম্বা ঙমদে। মশীং য়ামদবা অপীকপা রাজ্যশিং অসিদি অচৌবা রাজ্যশিংদা চিংশিল্লিবা মীৎয়েং অদুগুম্না চিংশিনবিদে। অদুনা চাওখৎ খোঙথাংগী লম্বীদা অচৌবা খেন্নবা অমসু লাকই। নাগরীকশিংগী ব্রাখলনা পঙখন-খনজিনথিবদগী অকিবা পোকহনবসু য়াওবকই। নাগবিকশিংগী পুস্নিদা নোংম-নোংমগী নমহৎলকলিবা ইথিল অমদি সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিনা সমাজদা পুমহোং হোংহল্লক্লিবা ফীভম অসিনি। মসিদগী কনামত্তনা নাম্থোক্কুনা চেনফম লৈতে। সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিনা ঐখোয়বু থবক শূবগী মওংদা ঐখোয়না চৎথোক-চৎশিনগী পাম্বেশিং ঈ-পাউ থুনা ফংহনবা, ঐখোয়না থবক লৈতবদা মতম লেনবগী মওংদা ফাওবা শাথীনা অওনবা কয়া পুরক্লি। অওনবশিং অসিগা চুননা ঐখোযগী ব্রাখল-মীৎযেং অমসুং ফীরেপসু অহোংবা কয়া তঙাই ফদনা লাকফম থোকপনি। অদুবু পূম্নমক ওন্ন-তৈননা চৎখি। মরম অদুনা মীশিং য়াম্বা কাঙলুপকীসু অদুগা মীশিং য়ামদবা কাঙলুপশিংগীসু মতমগা চূনবা অহোংবা খূদিংমক চপ মান্ননা য়েংফম থোকই। অদুবু ঙসিগী সাইন্সকী চাওখৎলবা যুগ অসিদা অপীকপা রাজ্যশিংদদি সরকাবনা মীৎযেং চিংশিনবিদবনা হিংবদা য়াম্না ব্রানা হিংই। মসিনা মরম ওইদুনা, মীহাৎ-মীপুন, মীশি-মীনানা শান্তি ফংবা ঙমদে।

ভারতকী সংবিধান্না লৈবাক অসি সেকুল্যর ষ্টেটনি হায়না ইরি। চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎপা যাই অদুবু মসিমদি লোত্তুনা থম্বদা ওইথোক্তবা ব্রাফমনি। মদুদি রাজনীতি বালাশিংনা অমদি রাজনীতি দল খরনা মীয়ামগী মরক্তা থওইনা ধর্ম্মগী ব্রাহৌদগী কাঙলুপ মশেল নুংশিনহন্দবা অমগা অমগা য়েংথীহন্নবা ভাবতকী মফম অয়াম্বা চৎনবী অমা ওইনা ফোংনা তৌনরি।

মসিগী মরুওইবা মরমদি মীখলগী মতমদা চোন্নপ চোন্নপ কাঙলুপকী ওইবা ভোট ফংনবনি। ভারতকী ইতিহাস নৈনরুবা মতমদা পাল্লি-পাল্লিবা নিংথৌশিং অদুগী ধর্ম্ম মতুংইন্না তাক্কক-তাক্কক খায়দোকই। মতমগা চূনরবা ইতিহাস ইবগী পৃথিবীদা চৎনরীবা পথাপ,পূল্লপ-পূল্লপ পূন্না চাওখৎপগী থবকশিংদা য়াম্না হেন্না মরুওইবা ইতিহাসকী ব্রারী ওইদে। লন্নাই মীওইশিংদা অমদি নিংথৌশিংদা কা-হেন্না ফোঙদোক্নুনা ইবা ইতিহাসকী ব্রারীদা য়ুম্ফম ওই।

ধর্ম্মগী ব্রাহৌদগী কাঙলুপ মশেল নুংশিনদবগী চাং অসি হন্থহনবগীদমক চাদা মরিফু লৈরিবা হিন্দুশিংনা তৌদে। হিন্দুশিংনা মশীং য়ামদবা মখোয়গা ধর্ম্ম তিন্নদবা কাঙলুপশিংগী মীওইশিংবু হস্থনা য়েংবিবা চৎনবী অসি অচৌ-অশাং লাইরিক-লাইশু হৈরবা, লৈবাক্কী মশী-মপা ওইরিবা মীওইশিংনা ফাওবা চৎনবী অদুদা অদুমক লৈ। মশীং য়ামদবা কাঙলুপশিংবু মপুন্সি, মরল-মথুম অমসুং ফংফম থোকপা খুদোংচাবশিং পীবগী মহুত্তা নমথবী। মরম অদুনা মশীং য়ামজদবা মীওইশিংনা মখোয়গী চৎনবী ধর্ম্ম অসি মশীং য়াম্বা কাঙলুপশিংনা য়োৎশিনবীখিগদ্রা হায়বগী অকিবা পোকই। মপান্দগী থোমজীল্লকপা মীওইশিংনা থূক্কৎখিদুনা মপা-মপূশিংগী পোক্লফম ফাওবা লৈকূৎ লৈরাইদা হঞ্জিন্দুনা লৈরক্কদ্রা হায়বগী নুংশাথীবা অদু মশিং য়ামজদবা ভারতকী জাতিশিংনা মীপাইজে।

ভারতকী সমাজদি, য়ৈন্থৌঙৈদগী শাগৈ জাৎ কাঙলুপকী অনেম-অব্রাং য়াম্না খায়না চৎনবী অমা ওইনা লৈরকই। অদুগা খ্বাইদগী তমথীবা মশক অমা ওইরিবদি মীশিং খ্বাইদগী য়াস্রিবা হিন্দুশিংগী খায়দোক্রিবা শাগৈ জাৎকী খেন্নবা অসিনি। শাগৈ-জাৎ খায়দোকপগী চৎনবী অসিগী হৌরকফম থিরবদি মসি হিন্দু ধর্ম্মগা হৌদোকমিন্নরকপনি হায়বা য়াই। হিন্দু ধর্ম্মনা সমাজদা লৈরিবা মীওইশিংবু বর্ণ মরি মরি থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মখোয় অদুদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্যা অমসু সুদ্র অসিনি।

শাগৈ জাৎ খায়দোকপগী মরু ওইবা মওং মতৌ অমদি মখোয়শিং অসিগী মরক্তা অনেম-অব্রাং খায়বা মীওইবা অমগা-অমগগী মরক্তা অচৌবা খেন্নবা থম্মী। ব্রাহ্মণশিংনা খ্বাইদগী অব্রাংবা থাক্তা লৌনরম্মী। অতোপ্পা মওং মতৌ অমনা, ইতিহাসতা য়াম্না ওল্লিঙৈদদি শাগৈ-জাৎ খায়দোকপা অসিনা সমাজদা থবক শীন্দোকপগী মওং অমা ওইনা লাকখি। খুদম ওইনা ব্রাহ্মণশিংনা লাই-তীনগী খুরুম্বগী থবক অমসুং ব্রাহ্মন ওইহ্লিবশিংবু মহৈ-মশিং তম্বিবগী থবক বৈশ্যাশিংনা ললোন-ঈতিক্কী থবক

অমসুং শুদ্রশিংনা পাঙ্গল শীজিন্নবগী থবকশিং অসি চৎনবী অমা ওইনা শীন্দোকলম্মী। মসিনা সমাজগী মনুংদা খ্বাইদগী অচৌবা তোঙান-তোঙানবা শাগে জাৎ খায়দুনা নুংনাংহন্দবগী চৎনবী অমা ওইরকখি। অমদি অতোনবা, অচৌবা জাৎ খায়দোরকখি। মসিনা জাৎ অমগা অতোপ্পা জাৎ অমগা চারৌ-মৌরৌনবা য়াদদুনা তোথায়-তোথায় নুংশিনদনা অনেম-অন্নাং খায়বা সমাজ অমা ওইরকখি। শোক্ন-শম্নবা য়াদবা, অমাঙ-অশোই মীওইবা কাওলুপকী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা খেন্নবশিং অদু লৈরম্মী। তশেংবদি শাগে জাৎ খায়বগী চৎনবী অসি য়াম্না কা হেন্না চনৈনবা সমাজগী চৎনবী অসি পৃথিবীগী ইতিহাসতা অতৈ মফমশিংদা থোক্লম্লোই। করিসু লৈতবা ব্রাফম অমগীদা মীওই কাওলুপ অমবু অপীকপা কাওলুপ মচেৎ-মচেৎ থোক্কা হেক্তা খায়দোক্লুনা থৎন-চৈনবা চয়েৎনবা তত্তনা থোকহল্লি। ভারত্তা শাগে-জাৎ ৮০০ গী মথক্তা লৈ। মখোয়শিং অসি অমুক পীকথবা শাগে জাৎ মচা লীশিং কয়ামুক্তা খায়দোকই। কনাগুম্বা খরনা শিনফম অমা হোংপ্লবসু অনৌবা থবক অমা তৌনবা নৎত্রগা পাঙথোক্লবা হোৎনরবসু, নৎত্রগা চুম্নগী মযূম মকৈ হোঁংবদা ফাওবা অনৌবা শাগে-জাৎ মচা অমা চোংথোক্লবগী মচাক অমা হেক্তা ওইহল্লি।

ইতিহাসকী শাংলবা মীৎয়েংদা য়েংলবদি, ভারতকী সমাজ অসি শাগে জাৎ ময়াম অসিনা মকূপ তানা খায়দোকমনখিবনা অচম্বা প্রজা অমগী ব্রাখলগী পনখৈ অসি মহাক্কী শাগে জাৎ অমসুং মশাদগী পঙহেন হেন্দোকপা ঙমহন্দে। ইতিহাসতা নিংথৌরোল কয়া হোংপ্লবসু, রাজনীতিদা খঙহোং হোংবা কয়া লাকখ্রবসু নৎত্রগা মহৌশা লাইরেম্বীনা খুদোংথীবা অব্রা-অনা কয়া নংহনখ্রবা ফাওবদসু, শাগে-জাৎ খায়দোকপগী চৎনবী অসিদি মচী লেঙহনবা ঙমদে। হৌজিক ভারতকী সমাজ অসিনা অরি-অনৌ শিন্নবগী পূংজা অসিদা লৈরিঙৈ তাঞ্জা অসিদসু, কনাগুম্বনা মশাগী তোপ-তোপ্পা মশক তাক্লবা হোৎনবদা মাগী শাগে-জাৎ অদুদা য়ুম্ফম ওই। ধর্ম্ম খেন্নবগী ব্রাহৌদগী নুংশিহন্দ্রগা খুদোংচাবা লৌবগুম্না, শাগেজাৎ খেন্নবগী ব্রাহৌদগীসু অমগা-অমগা নুংশিনখ্রগা খুদোংচাবা লৌরি। মদু অয়াম্বা ভারতকী সমাজদা লাইরিক-লাইশু হৈবা অশিংবা কাওবুনা, মখোয়গী শেন ওইনা কান্নবা নৎত্রগা রাজনীতিগী ওইনা কান্নবা ফংবা মীওইশিংনা শীল্লগা থোকহল্লি। শাগে-জাৎ খ্বাইদগী তোনবনি হায়না লৈরিবশিং অসিনা সমাজদা খ্বাইদগী লাইরবসু অমসুং শোথনা লৈবসু ওইবা কাওলুপনি। অদুনা অসিগুম্বা শাগে-জাৎ খায়দোকপগী চৎনবী অসিনা

য়াম্না ফেক্কশিল্লা লৈবনা, অত্তোনবা লাইরবা কাঙলুপশিংবু ঈ-চূপ্পগী অমসুং তুহৎপিবা হায়বসি ভারত সমাজদদি চৎনবী ওইরি। মসিনা ভারতকী লৈঙাক্রোন্দা য়াওরিবা গনতন্ত্রগী পথাপশিং হায়বদি নাগরীকশিংগী মরক্তা চপ মান্নবা রাইট, অমসুং চপ মান্নবা খুদোংচাবা লৈহনগদবনি হায়বসি থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদে। মরমদি খাইদগী মরুওইনা ভারতকী লৈঙাক শাসন পুন্নিবা মীওইশিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা ফংনবা হোৎনবদা অসিগুম্বা ফত্রবা চৎনবী অসিনা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নৈ। অদুনা জাতিগী ওইবা পান্দমশিং ওইনা য়াওরিবা সমাজগী শেন-থুমগী ফীভমদা অচুম্বা রায়েল লৈহনগনি হায়বদুগী মায়য়োক্তা অচৌবা পন অমা ওইদুনা লৈরি।

ভারতকী সংবিধাননা মীওইবগী অধিকারশিং য়াম্না ফজনা পী। য়ুনিভর্সেল ডিক্লারেসন ওফ হিউমেন রাইটনা (Universal Declaration of Human Rights) না পীরিবা অধিকারশিং অসি ঙম্নমক ভারতকী সংবিধান্দসু হাপ্পী। ভারতকী সংবিধান্না নাগবিকশিংদা মরুওইবা অধিকার (Fundamental rights) খর পীরি। অধিকারশিং অদুদি :

| | |
|---|---|
| General | Art. ( 12 to 13) |
| Right to Equality | Art. (14 to 18 ) |
| Right to Freedom | Art. (19 to 22) |
| Right against exploitation | Art. (22 to 25) |
| Right to freedom of Religion | Art (25 to 28) |
| Cultural and Educational | Art. 29 to 31) |
| Saving of certain laws | Art. (31A to 31D) |
| Right to constitutional Remedies | Art. (32 to 35) |

অসিগুম্বা মীওইবা নৎত্রগা মীওইবা অমনা খাইদগী মরুওইবা ফংফম থোকপা অধিকারশিং অসি ভাবতকী প্রজাশিংনা তশেংনমক ফংবা ঙম্লিব্রা ? অচুম্বা গনতন্ত্রদি মীপুম খূদিংমক চপ মান্ননা নীংতম্বা অমসুং মান্নবা অধিকার পীবনি। অদুবু, থোং -মান্নদবা অচান-মীরাই, নাইবা অচৌ-অপিক খায়বা জাতি-বীজাত্তি য়াম্না খায়বা, শেঞ্জা -থুমজাগী সমাজ অমা ওইবনা ভারত্তা সংবীধানগী মথক্তা অমুবা আইন কয়া থমজিল্লকপা, প্রজাশিংনা অশেংবা গনতন্ত্র ভারতকী সমাজদা ফংবা ঙমদে। ঙসি ভারতকী রাজ্য অমা ওইরিবা মণিপুরগী নাগরীকশিংগী পুন্সি অসিদং নৈনবদা খঙবা ঙমগনি।

---

# ভারতকী মনুংদা মণিপুর জাতি

মালেম অসিদা লৈরিবা 'মীওইবা সমাজ'' অসি তোঙান-তোঙানবা জাতি, কাঙলুপ, ফূরুপ মচা পূম্নমকসিগী তোঙান-তোঙানবা খেন্নবা, শক-চু, লোনশিং লৈজে। খুদম ওইনা হায়রবদা খৃঃ ১৯৬১ গী ভারতকী মীকোক থীবগী মতুংইন্না ভারত্তা লোন ১৬৫২ না মমা লোনগুম ঙাংনবগী রেকোর্ড ফংই অদুগা মসিগী মনুংদা মরুওইবা লোন ১৭৯ অমসুং ডাইলেক্ট ৫৪৪ লৈ। ভারত্তা জাৎ ৮০০গী মথক্তা লৈ। মখোয়শিং অসি কাঙলুপ মচা লিশিং কয়া থোক্লা অমুক খায়দোকখ্রে। অসিগুম্বা খেন্নবা ময়াম অসিনা ঙসিদি কাঙলুপকী ঈরাং জাতিগী ফূরুপকী নুংশিনদবা শক-চু খেন্নবগী অন্না মৈশা ঙসিদি খুন্নাই অসিদা মালেম মফম খূদিংমক্তা মায়োক্লরি। খ্বাইদগী হেন্না লাইবক থীরিবনা শোখহৌরবশিং য়ামজদবা কাঙলুপ মচাশিংদি ঙসিদি অচৌবা কাঙলুপ্পা য়োৎশীল্লকপা অসিনি। লৈবাক্কী মপী মপা ওইবশিংনসু অসিগুম্বা ফূরুপকী ইথিল মপাম্থোংগী মীৎয়েংদা মুথৎনবা হোৎনরবসু নুংদা য়োকখৎপা অসিনা খ্বাইদগী খূদোং থিহল্লী। খেন্নবা পূম্নমক অসি মীওইবনা, মফম, মতম মখোযনা লৈরিবা ফীভম মতুংইন্না খেন্নবশিং লৈখিবনি হায়বসি কাউথোক্কনা খেন্নবশিং অসিনা মবম ওইরগা মীবু মীনা ঈ-চৃপ্পা, ফূরুপ অমবু নাকোয়ননা ওৎপা নৈবা হন্থনা যেংবিবা মীৎয়েং কযাদগী মালেম অসি মী মশেন হাৎন- শুনবগী মীকপ মীরাওখোন্না নিল্লী। অদুবু মালেমদা লৈরম্নিবা জাতি খূদিংমক্কী পুন্নাবী হঙ্গৎনা য়েংলুবা তাবগদি, ইপা অমত্তগী মচানি হায়না শুগাইনা তাক্লি।

মালেমদা লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা অপীকপা জাতিশিংগী মনুংদা মণিপুরী জাতিসু অমনি। হৌজিক্লা চাউববা ভারতকী অপীকপা মীশিং য়ামজদবা ষ্টেট অমা ওইরি মীকপ মীবাওখোলতনা থল্লবা মফম ওইবিবা লমদম্নি।

লৈবাক অসি অহানবদা লাই ঙাক্তনা পাল্লম্মী হায়বসি পুযাগী মতুং ইন্না ফংই। মসিগী মথংদা চক (যুগ) মবি (হয়িচক, হয়াচক, খন্নচক, লাংবাচক) হায়না খায়রে। হযিচক্তা ইহান হান্না পানখিবা নিংথৌদি লাইনিংথৌ পাখংবগী মচা পাখংবনা নিংথৌ ওই। অদুবু চক থীবদি পাখংবনা

হেক পোকপা নুমিৎ শজিবুগী ১৬ পানবা শগোলশেল নুমিত্তগী হৌই। পাখংবনা চক অসিগী চহি ৩১০৮ চঙবা কালেনগী ৩নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা য়েক ৬কী চাদা নাওদাখি। চক অসি চহী ১,৭২,৮০০ শাই।

হয়াচক্তা মখুখিবনা নিংথৌ ওইনা ইহান হান্না পানখি। মেরাগী ৯নি পানবদা চক অসি হৌখি। চক অসি চহী ১২,৯৬,০০০ না শাই।

খন্নচক্তা মতম খরা লৈবাক অসি ঈশিং ঈচাও থোক্লুনা নিংথৌ পান্দনা লৈখি, ঈশিং ঈচাও থোক্লবা মতুংদা নুংবা মহারাবগা, নোংপোক লোইলম পান্থোইবীগা অনীনা হান্না পানখি। চক অসি চহী ৮,৫৪,০০০ না শাই।

মথংদা লাংবচক চহী ৪,৩,২০০ না শাই। লাংবচক তাইবং পানবশিংনা খুৎলিংদুনা তাইবং কুম্মে শান্নগদবনি। চহী ৭৭৮ দগী চহী ৩০৯১ ফাওবা নিংথৌরোল ৮ না মথং মথং পানখি। মতুং লাংবচক্কী চহী ৩১০৮ গী ইঙাগী ১৫ নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা য়াইবীলোক্তগী নোংদা লাই শাফোঙদুনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইখি। শাথোকপা (পোকপা) চহী ২৭ শুবদা পোইরৈতোন মচম্নুপী লাইস্নাগা ফম্বাল তোংখি। মথক্তা নিংথৌবোন ৯ লৈখ্রবসু য়াইবীলোক্কী মজাইবুংঙো নোংদা লাইরেন পাখংবনা অহানবা নিংথৌ ওইরগা লৈবাক অসিদা মাগী চাদা নৌদানা মথং মথং পাল্লকপনা বোধচন্দ্র ফাওবা শরক শিদনা পাল্লকখি। চহী থীবসু সনা হাক্তকুগী হৌখি খুঃ গী চহীনা নোংদা লাইগী চহীদগী চহী ৭ হাল্লি। নোংদা লাইরেল পাখংবনা মণিপুরগী ফম্বাল তোংবসি খুঃ ৩৩ দনি, মরমদি নোংদা লাইরেননা ফম্বাল তোংবসি মশাগী চহী ২৭ তনি।

নোংদা লাইরেল পাখংবনা পানবা মতমদা লৈবাক অসিগী লৈঙাক ব্রায়েল পথাপ্তা নত্তনা মমা-মপা, মচিন-মনাও, মচল-মচেশিংগী লোয়নবদা চৎকদবা লমচৎ-শাজৎ ঙাংগদবা ব্রাঙাং-শঙাং, থকশি-খাশি, চৎনবোল, থৌগলোন, ব্যবহারনচিংবা কয়াসু নৌহৌননা শেমদোক-শাদোক্লুনা লৈবাক অসিদা চৎনহনখি। মাগী মতমদা হুন্নীচক্তগী খঙনদুনা লাক্লবা য়েক ৬পু মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, চেংলে, খা-ঙানবা য়েক তরেৎ (৭) শলাই মাপল (৯) মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, চেংলৈ, শরাং লৈশাংথেম, খাবা অমসুং ঙানবা হায়না খায়দোক্লুনা চারৌ মৌরৌনবদা য়েক শলাই মান্নবা মশেল লৌনবা য়াবা

য়াদবা কয়াবু শেমদোক্নুনা চংনবা হৌখি। মৈতৈনা লৌনা লৈনবদা শাগেগী মচে-মচল লৌনদনবা অমদি শাইরুক তিন্নবা মশেল লৌনদনবা য়াম্না কন্না থিংলম্মী। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা য়েক তরেৎ, শলাই মাপল লৈরম্বদু মমৈথংদা খাবা অমসুং ঙানবসু খা-ঙানবা হায়না পূনশিখিবদগী য়েক-শলাই তরেৎ হায়না খণ্ডনখি।

## চীংদা খুন্দাখিবা ইচীন ইনাওশিংবু মমিং 'হাও' থোনখিৰা :

নোংদা লাইরেল পাখংবগী কুমশিং ১৩৮ খৃ: ১৪৪ কালেনগী ৩নি শগোলশেল নুমিৎকী নুংথিল পোবোপ্তা চীংদা পাময়ান খুন্দাদুনা লৈখিবা নোংচুপ চীংলোমদগী ''লৈমা তনুনা'' পোক্লম্বা মচানিপা ''থাবোং''না লুচীংবা লুপ অমগা ''হুইমু লৈমনা'' পোক্লম্বা মচানিপা ''লমলেকশং''না লুচিংবা লুপ অমগা মখা লমদগী ''লৈবিকলৈম''না পোক্লম্বা থুমখুম কৌবনা লুচীংবা লুপ অমগা, নোংপোকলোমদগী ''ঙানু লৈমনা'' পোকপা ''ঔরাং পনশা খুন্দানবা ঙমৈথং'' কৌবনা লুচীংদুনা ময়াম খুন্দানবা পিবা লুচিংবা মৈতৈঙু নোংদা লাই পাখংবগী কুচু শংলেন্দা চঙলক্নুনা মখোয় চীংদা লৈবা খিবিকসু, শাদা হৈবা, লান্দা হৈবা অকন-অথৌ য়াওরকপদা, মখোয়গীসু মৈদিংঙুগী মনা মথুম ফিবোনবু ফংজগে হায়দুনা খুকমজবা লাকচবনি হায়দুনা লুচীং পীবাবু খুরুম্মী। মখোয় ময়াম উবদা মৈতৈঙু নোংদালাইনা মপুক হরাও-তয়াম্না যাম্বা ইশানৌ পূম্বা ঐনা কংলৈপুংদা লৈবদি ইচিন-ইনাও পূম্নমক্না নুংঙাই য়াইফনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈননবা অদুগীদমক লৈবনি; ঙসিদগী তমদা লৈমিন্নরশি, ঐ ঐগী য়েলুপ শলাইদা তিন্দুনা শকখং মায়খংনা লৈরসি তাকপিখি। মৈতৈঙুগী ব্রাদু তাবদা ময়াম্না খুমখি ঐখোয়দি মতম শাংনা তমগী ইপা ইপুগী চীঙ্গাক থাদোক্নুনা, তাইবং ঐখোয়গী ওইদবা থবায় হিংনবা হায়দুনা ইচীঙ্গাক ওইবা ওইদবা লৈয়েং লৈথিবা তৌদনা অফং-অফংবা উনা চাবা-য়াদবা ফংলে উনা চা, শা ফংলে শা চা, ঙা ফংলে ঙা চা, নোংমগী শোযদনবা চাবদগী অহাওবা চীঙ্গাক ওইদুনা চীংদা তোংনা লৈবা ঙম্বা ওইরে। ইপাচানসু নামুং চীঙ্গাক চাবা কাওলুপ্নি হায়বনি অদুনা চীংদা অসুম লৈজরগে হায়জখি। মদুদা মৈতৈঙুনা লৈপাক্লা অব্রাবা তাবদগী খুনচেন খুনহোংবদা তাইবং থরায় হিংনবা অফং-অফংবা চাদুনা লৈববু করিগী নামুং চীঙ্গাক ওইগনি, হৌজিক্তি ইপা-ইপু চীঙ্গাক চাদুনা লৈমিন্নরসি হায়খি, মদুদা ময়াক্লা খুমখি, লুচীং পিবাগী নযাথং

থওইদবা নৎচদে, চাখিবা, শ-উচেক, ঙা, থরোই-থরাওগী মরেক মহাওনা ইশা ইনুং চুখরে, থাদোকপদা ব্রারনি। ঐখোয় খিবিক্তি চীংদা অসুম লৈজবগে অদুগা কংলৈ পিবানা চীংবুরোইবু লৈকোই লৈয়েং খোঙদারকপদা য়াংলৌ খোংলম্বু নুংঙাইনবা লমতুবু লমশেংনা অতোপ্পা মীরমলেন লৈবাক্কী অফ-ফত্তা পাউবু খঙবা, তম্বা ঙম্নবা লোইবি অকোয়বদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈজরগে হায়জখি।

ময়ামগী ব্রাদু তাবদা মৈতৈঙু কংলৈ পিবা লুচিংবা নোংদালাইনা তাকপীখি— ঐগী য়েলুপ ইপাচানা তমতা লৈসি ময়াদ্রবনিনা চীংদা খুন্দা লৈতাদুনা ননিং থুংনবা লৈরো। অদুবু মৈতৈ-ইপাচা অমত্তবু করি নুংগী চীংগা তমগা লুহোং-লুতীন তৌনবা চামীন থকমিন্নদবনো হায়বদো তুং কোইনা কাউদনবা নখোয়গীদমক মনা ফিরোন য়েক লোন্দুনা ফিরোন অমা শেন্নসি। ফিরোন অদুবু কংলৈ পিবা ঐনা নখোয় খ্বায়গী নফমদা মনা ফিরোন ওইনা পীরগে, ফিরোন অদুবু ফংলবা কনাগুম্বা য়াম্বা ইশানৌ অমবু মশাদা চৈথাদুনা ব্রারক থৌদা তৌবা য়াবোই, মাবু ব্রারক থৌদা তম্বদি কংলৈ লৈশংবা লুচিংবা পিবাবু ব্রারক থৌকাও নোংদম্বনি অদুগা খুন অমগী খুল্লাক লুচিংবা পিবাসু চরৈ ফিদু শেৎ-চাগদবনি। ঙসি কোবৌ অসিগী চীংদা কানা পাময়ান খুন্দাখিবা যেলুপ শখাই খ্বাই পূম্নমক্কী মিংলেন অসিনা লৈখাংনবা ওইহনসি। ফি অসিদা য়েক্লি খোৎলিবা অসিনা অহাওবা অথোইবনি খুন্দা লৈতাখিবা মৈতৈ ইপাচা কাঙলুপ্তগী তোখাইদুনা লৈখিবা লোইবী চীংদা পানবা হাও মিংলেন অসিনা চীংদা লৈবা মৈতৈ ইপাচাগী অতোপ্পা মমিং ওইরসি তাকপীখি।

অসুম্না মৈতৈবু কংলৈ পিবানা খোইরৌ লিরৌ (লোনবা, শাবা) হৈশিংবা য়ুম্বাক অনীদা ফি লোন্নবা শীন্দুনা য়ুম অনীনা ফিমু নমথাংগী মথক্তা উ-ব্রা লোল্লে, শজী-শঙাই, শগোল, শামু, ঙা, থরোই, লং- অশংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, নাপু, লং মচু মরিনা তিন্দুনা নমথাং ফিরোন মঙা লোনহনখি। ফি মঙা অদু নোংদালাইনা ইল্লে। অদুগা চীং-তম অনীমক্তা হায়রম্মী— "তাবীয়ু চীং তমগী ইপাচা পূম্বা ঙসি ঐনা ইল্লিবা ফিরোল অসি লাইফি ফিমু ফিরোল হায়বা অদুনি, ফিরোল অসিবু ফংখ্রবা ইপা-চা (হাও) অদুদি মশক মমিং অমা তোপলে খঙবীয়ু, মহাকপু কংলৈ পাবা কংলৈপুংবু লৈশংবা ঐবু তাহন্দনা ব্রারক ব্রাতেম তৌদুনা চৈথাফরোই"।

অরানবসু অচুম্বসু ঐনা তৌগদবা ঙাক্তি কাওবীগনু। অদুগী চীংগী লুচীংবা মরি, থারোং, লমলেকশং, খুমখুম অমসুং ঙমৈথং ফিমুশিং অমমম্ পীবিখি অদুগা লাংলা ফিরোল অসিগী ফিজিন ওইনবা কুচু শংলেন্দা (ব্রায়েল শঙদা) লাইক্লম নমথাং ফিরোলগা খ্বাংলী ফিরোলগা ফিরোল অসিগী থৌগল ওইনা থমপ্রে। মতুংদা মখোয় মরিদা মনা খুৎনা লাইফী নমথাং অমমম্ পীবিরে। মনা ফীরোলবু ফংজবদা মখোয় মরিনা খুৎফাং লোম্না খুরুমজদুনা মৈতৈঙুগী মিংলেনবু নীংন থোইবা (নিংথৌ) লৈছনজগে লৌবীদবা তৌবীগনু, চীংদা তোংবা ইপাচা য়েলুপ শথাই হাওনি তুং কোইনা খঙনবা নংঙগী পারম থৌরম্বু কাওদনবা ঙসি কোরৌদগী ইপূক্লিং অনী লোঙদনা লৈজগে মৈতৈঙু নিংনথোইবনসু ঐখোয় খিবিকপুসু য়াইফ পারম্বু কুবী নোংদম্বীয়ু, নখোঙ খাদা চঙজরি হায়দুনা খুরুমদুনা লূপ মরিমক্লা অমত্তা ওইনা খুৎশম্নদুনা মৈতৈবু নিংনথোইববু (নোংদা লাইবু) চোং চোংদুনা পূংকোয় কোয়না নিংথৌগী মীংলেনবু শোনজখি।

অসুম্না "কংলৈ সনাপুঙময়োন চীংনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনঙাকপা লন্মাহনবা কংলৈনা থম্বানগী লৈরিক লীপুন লাপুলনা য়োন্নিবা থমচেৎ শুমদোকপনবু ওইবনি, মাইগৈ মরি (৪) শুংদাই মবিবু লৈকোইনা লোইবী চীংলোন মাপম্না থম্বাল লৈনা লৈহাপ্পা তমজনফম ওইববু চীংশাং লাকপা খোইমু লাবা খ্বাঙজেংবা হাওবা মিংলেন তানফংবনা ইপূক খোইজঙ লৈতনা লৈরাংগী লৈহী চূপচবা থৌকাউদনা নোংদম্বনা কুবীয়ুকো নীংনা থোইবা মৈতৈঙু হৈয়ুম হয়া হে পাউশানা মুশুক হরাও তয়াম্বা মরিবু মাগী মাগী চীংবুরোই মশাইকোন্দা হনঙমনা খোইরক্লুনা মৈতৈঙু নীংনথোইবা নোংদা লাইনা তমদা লৈনবা থৌখাম্ববু য়াঙমদদুনা চীংদা কানা পাময়ান খুন্দা খুনথোকপা হাও হায়না মিংহুম্না মাইগৈ মরিদা লৈখি।"

মেরা হৌচোংবা অমসুং চীংদা তাবা ইচীন-ইনাওশিংগী তোঙানবা লূপশিং মিংহুন তমখিবা:

চীংদা পাময়াম্না লৈঙমখিবা খিবীকপু মমিং হাও হায়না লৈখংনবশিংগী মনুংদা কাঙলূপ অমা মেরা থাংজ ১৫নি পান্নবা নিংথৌকাবগী অয়ুক্তা হৌ লমাহানবা কংলৈ সনাপুঙদা লৈচঙলক্লুনা মৈতিঙু নীংনা থোইবা সনা কংলৈপিবা নোংদা লাইবু পুরমগনি হায়দুনা হৌ হা হৌ

হায়না নোংদা লাইবু কোনশিন্দুনা (উৎত্রা মাঙদা) লৈপাই থৌগল্লে। মখোয়গী থৌখন হৌ চোংবা উবদা খোয়ুম খুং খুং অচিন্বনা খুংবুখোং, খোয়ুম অশৈবা মোইরাংচাম্বনা পেনা খোংনা শৈশক্লুনা খোয়ুম ভানলুম্বনা পোইরে নরুমহনবা, খোয়ুম পূং য়েহনজবা ইরাথেন পুংমিম্নবা খোয়ুম অনী পূং য়ৈ অশৈবনা খোনফাংলোংনা মরু খুংখোংনা তেংবাংদুনা নোংদা লাইবু থৌখন লৈচংনা তেংবাংখি। মসিবু মেরা হৌ চোংবা হায়না খঙনখি।

থৌখল থৌরম্বু লোইদুনা ইকোয় কোয়না পোথানরবদা মৈতৈঙু নোংদা লাইনা হংখি— ''য়াম্বা ইশানৌ পূম্ববু করি লমদা লৈবনো কোলোইনা করি কৌবগে করি·হায়বা লাকপনো'' চঙলক্লিবা ময়াম অদুনা নোংদা লাইদা হঙ্গৎচৈ—'মৈতৈঙু নীংনা থোইবা ননাই ঐখোয়, ইবুংঙোনা কোলোই মিংহন তম্বীখিবা চীংদা পাময়াম্না খুন্দাখিবা হাও হায়খিবা অদুগী মনুং চনবা নোংপোক চীংখৈরোমদগী চীংলেন অশিরো (শীরোই) চীংশাংগী (নুংঙৌ কোরীপোক) হাওকপ চীংশাং নিংথৌ নশাইকোন্দা শাইতাংদুনা লৈজবা লূপ অমনি। ঐগী ইমিংনা থব্রাইচাও [illegible]। ঐখোয় পূম্নমক্কী য়াইফা নোংদম্বিনবা ইনিং[illegible]না হৌ লম্মাহ[illegible]বা [illegible]ংলৈ মনাপুংদা তাইবং লাইপুম্বগী লুচিং পিবা ওই[illegible]না লৈফমলে, তাইবংগী অকন অথৌবু পিবাগী খ্বাঙশেং নমথাঙকুমনা ফিরোল ওইনা পীনীদুনা চীংদা তোংবা খ্বায়গীসু মপা ওইনা লৈ তাজদুনা নফমদগী করিগুম্বা অমতং নিজবা লাকচবনি' হায়না খুরুম্মী। ব্রাহৈ অদু তাবদা কংলৈ পিবানা করি পাম্বগে হংলকলে। মদুদা লূপকী লুচিংবা থব্রাইচাওনা ''ইনিংথৌ ব্রায়েন শঙলেন অহানবদা য়াল্লিবা লৈহৌঙৈগী লৈথোন ফিরোল মরুগী (খ্বাঙলী লাইখন) লুহোং লুতিন ব্বারেপ নমথাং কাইদোই অহুম্না লংদাইবা মরুগী লেংয়ান (লাইরুম নমথাংবু) পীনবিয়ু হঙ্গৎখি। ব্রারম অসি তাবদা মৈতৈঙুনা— করিগীদমক লূপ অসিনা ফিরোল অসিবু খোইজঙ খোইদানা নিজবনো, ঐস্ মখোয় অসি উরগা করিগুম্বা কাওরুরবা লৈশেম নুংশেংবগী পারম্বুসু নীংশিংই। অদুগা নোংদা লাই ঐনা কাউবা ঙমলোইদবা ব্রাহৈ অমনা মরমলেনবু মরিমলেমদা শাইদাং খুন্দামগুম হায়রিবা অসিনদি মখোয় অসি লৈপাক অসিগী লৈহৌ ব্রাবু খঙজবা কাঙলুপ ওইবা তাই। হে কংলৈ পুংময়োন হায়বা লৈপাক অসিদি চীংবুরোই পানশা মাপল, তম্বুরোই অকোয়বদা লৈরিবা মখোয় পূম্নমক্কী লৈপাক্লি।

ঐদি শুপ্পতগী খ্বায়না শিন্নদুনা লৈশংবা ফম্বাল লাংবতনি। অদুবু ঐগী ইশাইকোন্দা তাংদুনা লৈবনি হায়বদি লৈহৌগুদা ফি-রোল অসিবু লাইনিংথৌ অশিবদগী মনাও পাখংবা কোনজন তুথোকপনা লৈনি-ফিনিজবদা ময়াম্বনা মশানৌদা লৈশিন্নখিবা ব্রাবু খণ্ডজরসনু হায়বগুম থোক্লে। লাইনিংথৌগী লৈশেম লৈথোন ফীরোলবু মতম খূদিংমক্তা মশক মচু উদুনা থন্নগে ব্রাখলক্লুনা কাংলুপ'অসিগী মীংলেন মিংহুন অমা তন্নগে নিংখরে। অদুনা মৈতৈঙুনা চঙলক্লিবা ময়াম অদুদা, হায়খি— য়াম্বা-ইশানৌ পূম্বনা নিরিবা লূপপু তাংখু হায়না মীংহুন তন্নগে ফিরোল অসি লাইনিংথৌ অশিবনা লৈশেম লৈথোনবদা শেৎখিবা ফিনি; পাখংবা মনাওনা ময়াম্বদগী ফি নিদুনা ময়াম্বগী ফিরোলবু তাংদুনা ফম্বাল লৈফমদা শেৎখিবা ফিনি কাউনাগুমসি লৌজবো তাকপীরে। নুমিৎ অদুদগী হৌনা লূপ অদুবু তাংখু (তাংখুল) হায়না খঙনখি।

মৈতৈঙু নোংদালাইনা কুচু ব্রায়েলশঙ য়াল্লিবা থা লাইফি (খ্বাঙলী লাইখনগা লাইরুম নমথাংবু) লৌথোক্লুনা কোবৌ অসিদগী ফিরোল অসিনা নখোয় খ্বাইগী ফীশেৎ নমথাং ওইজরো, তাংখু থাংব্রাইচাওবা, তাংখু অথৌ তাংখু শরম খুঞ্জাওবদা পীবে। লৈরম্বা পূম্বনা মপূক হবাও তয়াম্বগা লোয়ননা ঐখোয় লৈবিবা চীংবুরোই তম্বুরোই পূম্নমকপু অচান মীরান নাইদনা নুংঙাই যাইফনবা নোংদম পরমতা খন্দুনা লৈরিবা কংলৈ পীবা নোংদাই লাইগী মীংলেনবু কোরৌ অসিদগী নৌহৌনা নিংথৌ মিংহুন্না লৈরাংলসি ব্রারেপ্নদুনা মৈতৈঙু নিংথৌরেম নোংদালাই পাখংবা হৌ কংলৈ লমমানহনবা কংলৈ পিবা লুচীং ফম্বাল মীংহুন তন্নগা ময়াম হরাউনা হন্নখি।

কলিগী কুমশিং (লাংবা চক)৩২৫৪ নোংদা লাইগী কুমশিং ১৪৬ (খৃ: ১৫৩) শজিবুগী ৩নি পানবা নুমিত্তা হুইমু লৈমগী মচা লমলেকশঙগী লুপতা লৈবম্বা ঙাশাপাগা মনাও হোংনেমগা চঙলক্লুনা মৈতৈঙু নিংথৌদা খুকমজদুনা হায়জখি— ''ঐখোয় চীংদা লৈবা খীবীকপুসু নুংশি থৌজানবী তাজদুনা লাকচবনি। ঐখোয়দি হায়া লমলেশঙগী লুপ্তা লৈরম্বদগী হৌজিক্তি কোয়না চত্তুনা (চশত্তা তিল্লে) লেল্লে, ঐখোয খিবিকপুসু নুংশিবিয়ু।'' মদুদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা তাকপিখি— ''য়াম্বা ঙাশাপা নযুম নোংচুপ লমবু থাদোক্লুনা কোয়না চত্তুনা করিগী লৈরীবনো মদুদি নামুং চৎলম চৎপগুম্বনি।

পাগী-পুগী চৎলমদা তীন্দুনা হায়নগী লৈফমদা হল্লো। নখোয় পূম্নমক্কী য়াইফনবা কংলৈ পীবা ঐনা য়েংবীগে''। মদুদগী ঙাশাপাগী লুপ্পা, কোয়না চৎপা তোক্তুনা, মফম চানা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখি। লুপ অদুবু তুংকোয়না ''চৎপা ঙাশাপা'' লুপ হায়না মীংহন তমখি। অদুবু মনাও হোংনেমদি লৈফম হোংদনা লৈবদি ঐদি ঙমলোই হায়দুনা লুপ অমা থায়দোক্তুনা চৎখ্রে হোংলেমগী লুপপু ''হোংচাই'' হায়না খঙনখি (তুংদা খোংজাই হায়না খঙনখি)। অসুম্না চীংদা লৈতাদুনা লৈখিবা ইচীন ইনাও 'হাও'' মখৈনা লমলেকশঙগী মচা-মশূনা, চীংদগী কূমদুনা হৌ চোংবদগী লৈহৌ ফিরোলবু মৈতেঙ্ভু, নিংথৌ কংলৈপীবা ফম্বাল লৈশংবা নোংদা লাইনা মনা ফিরোল পীবিদুনা লুপলেন মমিংবু তাংখু (তাংখুল) থোনখি তাদুনা লোইবী চীংশাংদগী ইঙেলগী হুমনি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা কাপু কৈশুবা, চোংলো থনবা লুচিংবা, কোইরেংবা লুচিংবা, লুচিংবা অনালঙানবা, মরিশুবা লুচিংবা, পারি লুব্রা লুচিংবা, থেনবা ঙারমৈ লুচিংবা, লুচিংবা ৯-না চঙলক্তুনা মৈতেঙ্ভু কংলৈ পীবানা অঙম-অথৌশিংগা কুচু ব্রায়েলশঙদা লৈরিঙৈ চঙলক্তুনা ঐখোয় পূম্নমকপুসু থৌজানবীয়ু হায়জখি। ''য়ামম্বা লুচীংবা ৯-না চীংশাংলাকপা ওইদুনা লোইবী চীংলোন ৯না কোনববু কোরৌ অসিদগী লোইবী হাওকপ চীংশাং হায়না কৌরসি। অদুগা খুন্দারিবা মফম অদুগী খুল্লাকপা ওইদুনা ব্রায়েল থৌদাবগী থৌরম তৌদুনা লুচীংবা ৯-না থৌপুদুনা লৈরো'' হায়না মৈতেঙ্ভুনা তাকপীখি।

''১। কপুই কৈশাবা = কুলুই খুল্লাকপা লুচিংবা লুপ

২। থারেন = থারোন খুল্লাকপনা লুচিংবা লুপ

৩। লুখমলিরশু = লুখমলিরশু খুল্লাকপনা লুচিংবা

৪। চোংলেন থেনব = চোংলেন থেনবা চোথে খুল্লাপনা লুচিংবা লুপ।

৫। কোরেম্বা = কোরেম্বা কোইরেং খুল্লাকপনা লুচিংবা লুপ।''

অসুম্না লুচিংবা ৫না লুপ অমমমগী খুল্লাকপা ওইনা লৈননবা হায়খি অমসুং নোংচুপ চীংশাংদা লৈননবা তাকপীখি।

''৬। অনা ঙানবনা লুচিংবা লূপ্পা অনাল লূপ হায়না মিংহন্না খা মৈরম চীংশাংদা শাল্লে।

৭। মরি লিশাবা লূপ্পা নোংপোক চীংশাংদা মরিং খুম্থোকপা হায়না লৈঙখমশী পাউশাখি।

৮। মরি নব্বা শাবা লূপ্পা ঔব্রাং পাশা চীংলমদা লৈপানশী।

৯। মরম্বগী লূপ্পা চীংলেন চীংশাং অসোমদা লৈপানশি।

১০। থেনবা ঙারামৈনা লুচিংবা লূপ্পা ঔরাংগী পানশা চীংলম অশোমা (ঙামৈ) খুন্দা খুন্দোকপা হায়না লৈঙল্লমসি। চীংবুরোই, তম্বুবোইগী য়াইফা থৌরম্বু থৌপুবা তম্বুরোইনা চীংবুরোইবু য়াইফ থৌরম্বু থৌশীন্দুনা চীংবুরোই তম্বুরোই হৈরাং লৈরাংনদুনা লৈবাক্কী য়াইফ থৌপুনদুনা লৈপানগদবনি নোংদন্নে।"

অসুম্না মণিপুরদা তারিবা চীংমী ইচিন-ইনাওশিং অসিগী লূপ কয়া খায়দোক্লুনা লৈখি, লূপশিং পুল্লপ শুপ্পগনা হাও হায়রগা খঙনখি। অতৈ অতোপ্পা লূপ কয়াসু মতম মতমগী মতুং ইন্না কংলৈ পিবা নিংথৌরেলশিংনা কোলোয় মিংহুন তমখি।

মৈতৈ নিংথৌ ফম্বাল তোংবগী চৎনা পথাপ অমদি লৈবাক ব্রায়েল চুপ্পী পায়রিবা ফমদৌ ৬৪ :

কংলৈপাক মণিপুরগী থায়নদগী চৎনরবা লৈবাক্কী ব্রায়েন পথাপ চৎন-পরম অসি অদুক্কী মতীক চাউই হায়বা য়াই অদুগা অদুক্কীসু মতিক কূপ্পী।

মৈতৈ নিংথৌনা কংলা ফম্বাল তোংবা মতমদা এলূপ শাখাই = য়েককী লুচিংবা পিবা মরিনা মাগী মাগী ময়ূম ঈশেং পাৎকী ঈশেং ঈফূ অমমম পায়দুনা মকোক মরুবু ঈতুম্না ঈহৈদুনা ময়ূম এলুপ পিবনা মাগী মাগী ময়ূম লৈথেৎ লৈরাংবু মায়য়োমগা লোয়নদুনা লৈরাংনা ময়ূমলেনবু নোংদম্বা মিংখৈবু লৈকৎলি।

মৈতৈগী পুয়াগী মতুংইন্না মহাক্কী ফম্মাইবশিংগী ব্রারেপ পরীং মতুংইন্না লৈবাক্কী ব্রায়েল থৌদা চৎথৈ। নিংথৌনা লৈবাক্কী ব্রায়েল থৌদা মনিং-মথা তৌবা য়াদে, তৌবদবু মৈতৈগী নিংথৌদি লৈবাক্কী অঙম অথৌ অমদি প্রজাশিংনা লাইমক্লি থল্লগা ইকায় খুম্নে। অদুগা কংলৈ সনা পুংময়োন অসিদা ময়ূম এলুপ ৭ মক্কী মপা-মপুগী মৈহৌবা পোক্লেন শাৎফম পুং লৈবনা, এলূপ খুদিংনা মপা-মপুগী থৌপুনবা হৌ লম্মহনবা কংলৈ সনা পুংময়োন থৌকনবা থৌশীন্নদুনা এলূপকী লুচিংবশিংনা থৌরাং থৌশিলহনবা, লাইরকচন্দগী চৎনরকইবা হোংফদবা চৎনা পরম্লি।

নোংদমলাই মচাইবুংঙো মৈতৈশু খুইয়োই তোমপোক্কী মতমদা নৌহৌনা লৈকাই ৪গী লুচিংবা লৈহাশুনা ফমদৌ ৬৪ লৈশানা থৌপুনখি।

১। খ্বাইবাকপা, খ্বাই অহল্লুপ্লাকপা, খ্বাই নহারুপ্লাকপা, খ্বাই নিঙোল্লাকপা, খ্বাই পাখং লাকপা = ৫সিগা

২। খূৎলাই লাকপা, খূৎলাই অহল্লুপ্লাকপা, খূৎলাই পাখংলাকপা খূৎলাই নহারুপ্লাকপা, খূৎলাইনিঙোল্লাকপা = ৫নিমগা

৩। ব্রাংখৈলাকপা, অহল্লুপ্লাকপা, পাখংলাকপা নহারুপ্লাকপা, নিঙোল্লাকপা = ৫ সিমগা

৪। য়াইখুলিলাকপা, অহল্লুপ্লাকপা, পাখংলাকপা, নহারুপ্লাকপা, নিঙোল্লাকপা = ৫সিগা ২০ বু মী শুনা লৈহাপলে।

১। লৌরুং পুরেন, ২। উকং পুরেন, ৩। ব্রাকংহনবা, ৪। ইকববা, ৫। লাইকম হঞ্জবা, ৬। লারুংহনবা, ৭। ফীরুংবা, ৮। ফুঙ্গা হঞ্জবা, ৯। পাৎচহনবা, ১০। কৈকুংবা, ১১। থৌকংবা, ১২। চেংজহনবা, ১৩। কোনশবা হঞ্জবা, ১৪। যোৎশুবা হিদং, ১৫। লিরুং তেন লৈশক হিদং, ১৬। লিকশী খোইশী হঞ্জবা, ১৭। শমু হঞ্জবা, ১৮। শগোল হঞ্জবা, ১৯। শল্লুং হঞ্জবা, ২০। লৈকং হঞ্জবা, ২১। হৈকংবা, ২২। লাইয়েক শেনজবা, ২৩। হিরুংবা হঞ্জবা হিদং, ২৪। থুমখোং হঞ্জবা, ২৫। ফৈদা হঞ্জবা, ২৬। হিরুংবা হঞ্জবা হিদং, ২৭। মরিং খুল্লাকপা, ২৮। শোইবম খুল্লাকপা শাইনেম খুল্লাকপা, ৩০। কদৌ খুল্লাকপা, ৩১। য়েংখুন খুল্লাকপা, ৩২। কশুং খুল্লাকপা, ৩৩। মচি খুল্লাকপা, ৩৪। নাকম খুল্লাকপা, ৩৫। তবকে খুল্লাকপা, ৩৬। চীংশাও খুল্লাকপা, (হাওকপ চীংশংদগী লৈহাপলে), ৩৭। মকন খুল্লাকপা, ৩৮। মংশা লাকপা, ৩৯। নোংচুপ হাওকপ চীংশাং লাকপা, ৪১। খা হাওকপ চীংশাং লাকপা, ৪২। ঔব্রাং নোংপোক চীংশাং লাকপা। ৪৩। য়াংলৌথেন হঞ্জবা, ৪৪। নোংথোন ব্রাতেমবা, ৪৫। পুখ্রম ব্রাপুবা, ৪৬। লৈপু ফম্বৈবা = লুম ফম্বৈ লৈপুবা, ৪৭। নাকলেম্বা শংলে, ৪৮। নপফবা শংলে, ৪৯। নোংখাই পুরেন শঙলেন, ৫০। অরিবা তানয়ে শঙলেন, ৫১। নোংদন পাখংবগী লাইগী শঙলেন, শঙলেন ৫গী য়ুম অমগী শীল্লোন থৌবু য়ুম অমনা নুংথিল লৈশুহন্দুনা ব্রায়েক থৌপুহল্লে।

অসুম্না লাংবা চক্কী কুমশিং ৩২৫৮ভগী নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ১৫০ খৃ: ১৫৭ কী ইঙাগী ৫নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তগী হৌদুনা চীং-তম্ম চীংবুরোই তম্মুরোই, সনালৈপাক কংলৈপাক (মণিপুর) অঙম ফমথোন পূম্নমক্তা লোইনা কংলা ময়োল মৈতৈঙু খুয়োই তোমপোক্না ঈংনা তপ্না ঙাকখিবা ফমথোল ফমদৌ চৎন-পরীং কায়দনা কংলৈপাক্কী নিংথৌরোলশিং লৈঙাকখি।

## য়ুমদিন পারম লুহোং লুতিনগী চৎন-পারম

লুতুংদা চনু নিংঙোলবু লুহোং লূতীন লৈরৌ লৈয়ালদা নামুংবা য়ুম্বু লৌন-লৈনফদবা :

১। পোলান তিন্নবা য়ুম্বু লৌনা লৈনফদে, নামুংই।

২। শাইরুক তিন্নবা = মমা তিন্নবা পাম্ভি-তিন্নদবা।

৩। শাতা = মথক মখা মিঙ্গৌ ওন্নবা নাম্মুংই।

৪। শলাই এলূপ তিন্নবা ইয়েক নামুংই।

৫। তূমন লৌবা লুখ্রা লৌবা নামুংই।

৬। মৈতৈ ইপা-চাগী চীঞ্জাকপু নোংদমখীববু থাদুনা এলূপ ১গী নোংদমখীববু চীঞ্জাকপু চাদুনা লৈপান্নবা নামুংঙী।

৭। নোংদম চৎলম্বু থৌকাই থৌপুনা লৈপাল্লবদি লৈবাক্কী অৱাবা এলুপ শান্নক্কুনা ময়ূম্বু লৈমাঙ লৈমুৎনগদবনি চৎলম অসি থৌপুফদে।

৮। চীঞ্জাক তিন্নদবগী চনুবু লৌফদে, ইয়ূম লৈগীসু পীফদে, চৎলম লূতীন শিন্তাক নোংদম্না নঙগী নঙগী পাগী পুগী লাইনিং লাইশোনবু য়ারৌ নহল্লগা লূতিন লৌনগদবনি থৌপুদ্রবদি নামুংই।

৯। চীঞ্জাক নত্তবা চাঙমখীবা মশকপু মচীঞ্জাক অদুগী লূতিনবু য়াবা কাঙলুপ অমা (চীঞ্জাক নামুংবা) মৈতৈ হায়না তুলু থায়না লৈহনখি।

১০। লূতীন নামুংবা চনুবু লূতিল্লবদি লূতিন য়াদবা নমুং ঈবু লূতিনবা মহাক অদুগী লৈবাক্কী য়াইফ থৌরম্বু ৱাখন্দবা মশা মশাগীদা থৌয়েংবা মানা নীংবনা অফবনিতা ৱাখনবা তুংদা লৈবাক অসিগী করি থোকঙম্নগবা ৱাখন্দবা মখোয় অদুদি লৈবাক পূম্বনা তিল্লু লৈফমিন্নদবা মখোয়বু তুলুখাই অমা ওই থম্মশি। মখোয় অদুনা

লৈনবা মফম্বু তুংনসু খঙনবা লমগী মম্মিংবু চৎলম হৌজোংপনা হায়না লৈফম্বু থম্মশি।

১১। অদুগা লাইরবা চনু থিননা নমুং চৎলম্বু লৈতনা য়ূম্বাল য়ূম্ব্রীংবা মচা-মশ্ নাওদাবু লৈহৎ লৈথীন্দুনা ময়ূম এলুপমগী পিবাবু হাপকদবনি। মহাক অদুবু ময়ূম য়ূমলেপ য়ূম্ব্রীংবা হায়না ময়ূম অদুনা মনা হায়বা য়াইফ পূম্ববু থৌঙম থৌশ্নিগনি।

১২। অদুগা ময়ূম খুদিংগী মনুংদা শাদা-লান্দা মতিক লৈহাক্লা হৈশীংবা, মথূৎ-মশা হৈশিংবা মীথোই মীহেনবা য়াওঙন্নকপদা মহাক অদুবু লৈঙন্রিবা এল্প শলাই পূম্বনা ইকাই খুম্নগদবনি। কংলৈ পিবা ঐনা শেৎলিবা ফিরোনবু মথৌ মঙম্বু থৌয়েংনা মনা ফিরোল ওইনা পীদুনা শেৎকনি।

১৩। অদুগা কংলৈ নিংথৌগী ফিরোলবু ফংলসু মহাকপু মহাক্লা অয়ান লৈঙন্নবসু লৈবাক্লা হাকথীনা চৈবী চৈথেং তেমথেং পীফরোই। লৈবাক্লা মহাক অদুবু ফারক্লুনা মফম অসিদা (কোনুংদা) পুরক্কদবনি। মতীক মঙমদগী ফংখিবা মনা ফিরোনবু মরালবু থিনা লৌখৎলগা মতুংদা ঐখোয় খ্বাইনা তাম্নদুনা মরাল থৌয়েংনা ব্রারক ব্রাতেমগনি।

১৪। মনা ফিরোন অদুদি, নিংথৌগী ফ্ রিৎ শাইচোলবা খ্বাঙচেৎ, নমথাং তোলোক, পজেং, ফীরান উরীশোক লৈচীন, নশী, পাম্বোময়াইনচিংবা ইশাদা পক্লিবা ফিরোল লৌথোক্লুনা থম্বনি কংলৈ পিবা নিংথৌনা তাকপীয়ে। ফিরোল অসিগী মনুংদা ফিরোন অমবু ফংলবা মহাক অদুদা চৈবী তেমথেং পীবদি কংলৈ পিবা ঐবু য়েবা চৈবগী অয়োন লংজবগী মরালবু কো রৌ অসিদগী তাম্হেংনবা ওইসনু নোংদা লাইনা পাউশাখি।

১৫। অদুগা ফিরোন অসিসু কংলৈ পিবানা অচান মীরাই, মীচঙ মীখাই নাইনা মনীংতম্মা পীঙন্নবসু মতীক মঙম্বু শন্নক্লুনা পুন্সি লৈপুন্সি মন্না লেমফূ কংলদুনা মশা লাইথুং পানঙম্মা পুন্সিগী ইতম্বু লেনবা ওইসনু।

অসুম্না ময়ূম পিবা ৪না লুচিংনা অঙম-অথৌ লুচিংবা পূম্বনা মৈতৈঙু কংলৈ পিবা নোংদা লাইরেল পাখংবনা তাক্লিবা চৎন-পথাপ পূম্নমক ইম্ননবা লেপ্লখি।

লৈশেমঙৈদগী লৈরক্লখা চৎন-পথাপকী মথক্তা নোংদা লাইগী অনৌবা চৎন-পথাপ অসি হাপচিন্দুনা তুংকোয়না লৈহৌনবগীদমক চৎলম-লূতিন লাইরকচন ইননবা লারেপ্পখি। লাংবচক্কী ৩১৩৫ নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ২৭ (খৃ: ৩৪) চঙবগী কালেনগী থাংজা ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তগী ব্রায়েন নোংদম থৌদা অহানবদা ব্রারেপ্পবা লৈবাক্কী চৎলম্বু লাইমীং "চৎলম্ লূতীন্ লাইরকচন" কৌবা পুয়া অসি ইবা হৌখি। মসিগী মমাঙদা লৈরম্বা পুয়া অহুম হায়বদি- (১) খমুং ইঙাল লৈশাবা, (২) খুম্থোক লৈশেমলোন অমসুং (৩) খোয়ুম তাইবং মৈহৌলোন অসি ব্রাকচীংগী ৫নি পানবা শগোলশেল নুমিৎ নোংদাই কুমশিং ২৫ (খৃ: ৩৩) দা লাইনিংথৌ পোইনাওতানা মৈদিংঙু নোংদা লাইদা কংলৈ পুমায়োনদা ইরাৎ থৌনিদুনা থন্নবা পুয়া অহুম অসি পীখি। পুয়া অসিগী মতুং ইন্না লৈবাক্কী চৎনা পরম পুম্ববু ব্রায়েনগদবনি, নিংথৌনা নমজা নমথেক্লদুনা লৈবাক ব্রায়েন ফরোই তাকপিখি। অসুম্না নোংদম শলেন (ব্রায়েলশঙ) লিংখত্তুনা, "খমুং ইঙাল লৈশাবা, খুম্থোক লৈশেমলোল, খোয়ুম তাইবং শাথোকলোন, চৎলম লূতীন লাইবকচনবা পুয়া, ইখোন্ লাইয়েক লৈথম্বা" পুয়াশিং অসিনা লৈবাক অসিগী তাইবং পুম্বগী, চৎন-পথাপ ওইদুনা লৈঙাক থৌশীলদা নিয়ম কারন কাযদনা চৎনরকই। অদুনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক শাসন চৎন-পথাপ থোইদোক হেন্দেক্লা য়াম্না মরীক চুম্বা নীংথিজরবা নিয়ম নিতী কয়ানা প্রজাশিংগী য়াইফনবা, অঙম্বশিংনা মনীংমখা তম্না নমজা নমথেকপা য়াদবা, চৎনা কাঙলোন ওইরম্মী। অদুগা চীংদা কানা পাময়ান্না খুন্দাবা লূপ কয়াগীসু মাগী মাগী লুচিংবা খুল্লাকপা অমমম্ হাপ্তুনা লৈঙাকলোনবু তাকপীদুনা মানা মানা লৈবা লমবু লৈঙাক লৈপুননবা শিন্নখি। তু-খোং, উম- ব্রামং কয়ানা লৈফত্তুনা ঈশীংগী ফনবা শেমজীন্দুনা লৈথরম্মী। লৈবাক অসিদা চীং-তম ফাওদুনা ঈচেল্লীবা তুরেল অয়াম্বা লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংনা অয়াম্বা তৌরম্বা ঙাক্তনি। মৈদিংঙু নোংদা লাইগী মতমদা চৎনখিবা শেলদি লাইমীংথোই পোইনাত্তানা (লাইনীংথৌ সন্না মহী)না য়ুমথোং শীন্না লৈবিদুনা খুবম্বু য়ানা ঈরাৎ থৌপুনববু নোংদমখ্রবনিনা পোইরৈ চাদোন শুদোম্না কাউরক্লবদা নীংশিংনবা লাইনীংথোইগী মশকপু (শেল মখাই) হায়না পুথোক্তুনা লৈবাক অসিগী চৎনা শেল ওইনা শেমখি।

| | | |
|---|---|---|
| শেল মখাই | ২ না | শেল ১ কৌগনি। |
| ,, ,, | ৩ বু | শেল ১গা মখাই হায়গনি। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ,, | ,, | ৪ বু | শেল য়াঙ্খে হায়গনি। |
| ,, | ,, | ৫ বু | শেল অনী মখাই হায়গনি। |
| ,, | ,, | ৬ বু | শেল য়াঙ্খে ফৈবাক কৌই। |
| ,, | ,, | ৭ বু | শেরু অহুম মখাই কৌই। |
| ,, | ,, | ৮ বু | শেল চলুপ ১ হায়গনি |
| ,, | ,, | ৯ বু | শেল মরি মখাই কৌই। |
| ,, | ,, | ১০ বু | শেল চলুপ ১গা ফৈবাক (শেল ৫ কৌই)। |
| ,, | ,, | ১২ বু | শেলুপ ১গা যাঙ্খে |
| ,, | ,, | ১৪ বু | শেল চনী হায়গনি। |
| ,, | ,, | ২০ বু | চনী য়াঙ্খে কৌই। |
| ,, | ,, | ২৪ বু | শেল চহুম কৌই। |
| ,, | ,, | ২৬ বু | শেল চহুম ফেকক কৌই। |
| ,, | ,, | ৩২ বু | চমম্বি কৌই। |
| ,, | ,, | ৪০ বু | চমঙা কৌই। |
| ,, | ,, | ৪৮ বু | চাক্রুক কৌই। |
| ,, | ,, | ৫৬ বু | চাত্রেৎ কৌই। |
| ,, | ,, | ৬৪ বু | চনিপাল কৌই। |
| ,, | ,, | ৭২ বু | চামাপল কৌই। |
| ,, | ,, | ৮০ বু | লিপুন ১ ( লিশিং ১)। |
| ,, | ,, | ১৬০ বু | লিপুন ২ (লিশিং ২)। |
| ,, | ,, | ২০০ বু | লপখাই কৌই। |
| ,, | ,, | ৪০০ বু | লুপ ১ = লাপুন ১ = লাখাত ১। |

অসুম্না শেল অসি চৎনবম্মী।

## কংলৈপাক্তা চৎনরিবা মৈতৈগী ইপানাৎ-ইপুনাৎ

কংলৈপাক্তা তোঙান-তোঙানবা ফুরুপ কয়ামরুম লৈখিবগী মরম মথক্তা পঞ্জখ্রে। ফুরুপশিং অসিনা মতমগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা লোন, চৎনবী কয়া অকোয়বদা লৈবিবা ফীভমগী মতুংইন্না লৈবকখিবনি। অদুবু মপূং ওইবা কংলৈপুংমযোলদা ঙাওনবিবা মৈতৈলোন অসিনা অমগা-

অমগগী মরক্তা ফাওনহনবা লৈবাক অসিগী অশেংবা মপূং ওইবা লোন (Lingua Franca) ওইনা য়েন্থোক্লৌদগী লৈরক্লিবনি। লোন অসিগী ময়েক্কা মৈতৈ ময়েক (মৈতৈ লাইয়েক) হায়না খঙনৈ। কংলৈপাক্তা চৎনরিবা চৎনরোল অসি মালেমগী অতৈ অতোপ্পা চৎনরোলশিংগা চাংদম্নবদা থাক য়াম্না ৱাংনা লৈ (মরুওইনা কংলৈপুংময়োনগী চৎনরোল)। লমদমসিগী মীওইশিংনা থাইনা চৎনরম্লিবসি কৈদৌনুংদা মীনম্বা ঙাওনদবা/হায়নদবা, য়ানখ্রবদি মদুনা আইন, থবক থৌরমদা অমদি শেল পূথোক পূশিন্দা দলিন ইনদে, শাক্ষি থম্নদে। মশাগী খুদোংচাবা কয়া লৈরবসু য়ানখিবা অদুদি ঙাক্লা চৎনৈ। মসিনা তাক্লি লমদম অসিগী মীওইশিং অসি মীনম্ববু কিজবা, অচুম্বদা কথোকপা লৈবাক্লি। ইপা-ইপুশিংগী চৎনলোনচৎতা লোয়নরম্লিবা মখোয়গী থৌনা অদু অঙকপনি। খূদম অমত্তং থৌনা ফত্তবা মীম্লিশিংনা লৈবা সমাজ অদুদি অৱাংবা ফম্ফম কৈদৌনুংদা ফংলোই। অদুবু মৈতৈগী ইপা-ইপুশিংদি অচুম্বগীদমক থৱায়বু করিসু লৈতনা খন্দোকপ্না লোয়নননা চঙজরকপা মীবু ঙাকপীবদসু মথ্বায়বু পীথোকপা ওম্বগী খূদম ইতিহাসনা শাক্ষিনি। মৈতৈদি হায়দোকখিবা ৱা ঙাক্লা চৎনবা, লেপ্নখিবা ফিরেপ হোংদবা অসি খ্বাইদগী মরুওইবা চৎনবীনি। মী অমদা মী অনী চঙদুনা ফূদে, খূৎলাই পায়দবা মীদা খূৎলাই থানদে।

শান্নখোৎনবগী লমদসু কংলৈচাশিং অসি থোইদোক হেন্দোক্লা মালেমদা শক খঙনরবনি। কংলৈচাশিং শান্নবদা থৌনা ফবা, শান্নবগী লমদা হেন্না পূক্লিং চিংশিন্নে। খূদম ওইনা হায়রবদা মূক্না, খোঙ কাঙজৈ, য়ূবী লাকপী, লমজেল অসিগুম্বা থৌনা ফবগী মশান্না ঙাক্তা শানবগী চৎনবী লৈরম্মী। ইপা ইপুশিংগী মচুম অদু খরা লৈহৌবদগী ঙসি মণিপুরনা পীক্ল...বসু শান্ন-খোৎনবদা তোমথিন ঙানবা ষ্টেট অমা ওইদুনা লাক্লি। লোয়নননা ভারতপু মালেমদা মশক তাকপিবদা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

কংলৈচাশিং অসি থোইদোক্লা চৎনলোনচত্তা (সংস্কৃতি) য়াম্না ৱাংনা লৈবা মীওই কাঙলুপ অমনি। মশানা পূম্নমক প্রকৃতি, ঋতু অমদি পূন্সি মরেলগা য়াম্না মরী লৈনহল্লি। ঐখোয়গী কাং, হীয়াং তান্নবা, শগোল কাংজৈ, য়ূবী লাকপী অককনবা ঋতু, নুমিৎ-থাগা চাননা শান্নরম্বা ঙাক্তনি। থায়নগী ইপা-ইপুশিংনা য়ূমদা নুংঙাইবা ৱাদবা, অমসুং ৱাখল য়াম্না চঙবা মশান্না কয়াসু শান্নরম্মী। খূদম ওইনা হায়রবদা নুপী নুপা পুন্না শান্নমিন্নবসু

য়াম্বা কাংদগী হেন্না নুংঙাইবা মশাম্না মালেমগী মফম অতৈদা লৈতে। য়াখল য়াম্না চঙবা মশামদা তাস শান্নবদা 'তাসশাপে' অসি অতৈ মফমশিংদা লৈতে। পাথং লৈশা পুন্না শান্নমিন্নবদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মশাম্না 'লীকোন শানবা' অসিসু মণিপুর নৎত্তনা মালেমগী অতৈ মফমশিংদা লৈতে ।

মৈহৌরোলদগী কংলৈচাশিংনা চৎনরকপা ধর্ম্ম 'সনামহী লাইনীং' অসিসু হিন্দু ধর্ম্মগুম্না ঈশ্বর ময়াম মাগী মাগী শিন্নাগী মতুং ইন্না লাইনীং লাইশোল লৈ। তৌবতবু পূম্নমক অসি অমা হায়বা নোংদম্বা লেংলী পান্নিবা পূম্নমক্কী মপু মঙোন্দগী ওইখিবনি হায়না পুয়াশিংদা ইবীরম্মী।

ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্বা হৌন-লোনচৎ মালেমদা য়াম্না ৱাংবা মফম অমা ওসিসু কল্লি হায়বা য়াই। খূদম অমত্তং লৌখৎলবদা মৈতৈ নুপীশিংগী হৌন-লোনচৎ(আর্দশ) পৃথিবীদা য়াম্না ৱাংনা লৈ। মৈতৈনুপীগী ফজবা লীচৎ শাজৎ মালেমদা শিংথানরিবনি। নুপীশিংনা মনেম, মকু, মতৈনচিংবদা চৎলিবা শাজৎ মালেমগী নুপীশিংনা তমজনিংঙাইনি। মথৌনা মরিংজেলদসু মৈতৈ নুপীবু মালেমদা শীংথানরি।

চীং-তম অনীনা য়েন্থৌঙৈদগী লৈরক্লবা লমদম অসিগী লাইনীং লাইশোল থাজনবী কয়াগা লোয়ননা পথাং পুথাং লান্না লাক্লবা মতমগী পোকপদগী শিবা ফাওবগী পারম-পুরমচৎকী ইনাৎ অসি মতমগী মতুংইন্না অহোংবা থৌওং কয়া লাক্তবসু নত্তে। হৌজিক কংলৈচাশিংনা চৎনরিবা পোকপা, লুহোংবা, শিবদা পাঙথোক্লিবা থবক থৌরম, নীতি-নিয়মশিং অসি মতম কয়াগী মমাঙদগী চৎনরক্লবা, খজিক হোংদোক-হোংজিন তৌরবা থবক থৌরমনি। হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকপদগী সুগ্নতগী লাইশোল তীনশোন্দা লাইমীং হোংবা খরা ওন্থোক-ওনশিন তৌবা নৎত্তনা করিসু অহোংবা লৈতে হায়বা য়াই। কংলৈচাশিংনা হিন্দু ধর্ম্মদা ওনখ্রবসু ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা সনামহী লাইনীং থাদোকপা লৈতে। ওসিসু হৈকৎ লৈকৎ অদুম্মক তন্নি। কংলৈপাক অসিদা লৈরিবা হিন্দু ব্রাহ্মণগী য়ূমথোং খূদিংদা সনামহীবু ঈরাৎ থৌনি তৌরি।

---

# চীংমী তম্মী থাইবুং তানহল্লিবা হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরদা য়ৌরকখিবা

কংলৈপাক অসিগী কংলৈচাশিং হায়বদি চীংমী তম্মী খুদিংমকপু লীপুন অমত্তনা পুনশিন্দুনা থম্লম্বা, লমদম অসিগী সংস্কৃতি, ধর্ম্ম, লাইনিং-লাইশোন চৎনবী অমদি লমদম অসিগী কাঙলুপ খুদিংমক্কী মরী ফাওনহল্লিবা মৈতৈ ময়েকপু লৈখা তাহনখিবা মসিনসু লমদম অসিগী চৈথেং অসি দোষ ওইনা ঙসি কংলৈচা খুদিংমক্না ফংমিন্নরিবনি। য়েক্লৌঙৈদগী কংলৈপাক ইরমদম মণিপুর অসিগী চৎনবী, ধর্ম্ম, লাইনিং-লাইশোন, ময়েক, কলা, সংস্কৃতি লৈজরম্মী। খৃ: ১৭০৯ ইংদা ইঙেলগী ২৩নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পামহৈবনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। খৃ: ১৭১৬ তা শ্রীহট্ট জিলাগী নরসিংহ টিল্লদা লৈবা শান্তিদাস রামান্দী ধর্ম্ম শন্দোকপা গোশাই অসিনা ভগবান দাস অমসুং নরায়ান দাস কৌবা অনীগা লোয়ননা নোংপোক পাংনা লাক্লুনা ঙাপ্রুম চীংজেল লাল্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা লাক্লুনা মৈতৈ লৈবাক্তা রামান্দী ধর্ম্ম শন্দোকপা লাক্লম্মী। মসিদা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ পামহৈবনা হায়রিবা গোশাই অসিগী ব্রা লৌদুনা মণিপুরগী হান্নগী চৎনবী ধর্ম্ম, লাইনিং-লাইশোন পুম্নমক মুথৎলগা রামান্দি ধর্ম্ম চৎনবা নিংথৌগী অহকপা য়াথং তৌরম্মী। শান্তিদাসকী পাউতাক মতুং ইন্না নিংথৌনা থায়নদগী চৎনরকপা চৎন-পথাপ কয়া নৌনা হোংদোক-হোংজিন তৌখি, ইম্ফাল তুরেল অচৌবা অমসুং ইরিল তুরেল অনীনা তিন্নফমদা নিংথৌগা শান্তিদাসকা ঈরুপ্তুনা শেংদোক্লগা পামহৈবা নিংথৌনা রামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি। নিংথৌনা শান্তিদাসপু গুরু কৌরে, অদুগা পামহৈবনা মহারাজ হায়না মীরোন্দা ওস্থোকখি। অসুম্না নিংথৌগী ফম্নাইবা অঙম অথৌ কয়াসু নিংথৌগী মতুং ইন্দুনা রামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি। অসুম্না কংলৈচাশিংগী থাইনদগী চৎনরক্লবা লাইনিংথৌ নোংশাবা, পান্থোইবী, সনামহী, পাখংবগী লাইনিং-লাইশোন, তৌবদু তোক্লুনা রামবু, ব্রাহ্মণশিংনা ঈরাৎ পূজা তৌদুনা লাৎখি। মৈতৈগী য়েক-শলাইবু গোত্র কৌদুনা তোঙান-তোঙানবা গোত্রগী মমিং থোনখি মৈতৈ ময়েক্লা ইবা পুয়া কয়া, অমদি পাখঙবগী পাফন উবদা লাইরিক অসি মীগী লাইরিক নত্তে লাইগী ময়েক্লি হায়দুনা মৈদা লোইনা

থাদোক্কো হায়না শান্তিদাসনা নিংথৌদা হায়জিন্দুনা নিংথৌনা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অমদি মাইচৌশিং কৌদুনা খন্নবদা, খাইদগী অহন লৌরেম্বা খোংনাং থাবনা, অসুম্না হায়খি- "হে নিংথৌ ইবুংঙো, ইপা-ইপুনা থম্বিরম্বা মমল য়াম্নবা পুয়াশিং অসিবু মৈ থাবা হায়বসিদি য়াম্না তৌহৈদবা নামুংবা ৱানি। ইরৈবাক্কী অফবা লীচৎ-শাজৎপু হুন্দোক্কুনা মীরৈবাক্কী লমচৎপু অফবনি খন্দুনা চৎপসি তুংদা লৈবাক মীয়ামগী অমদি লৈবাক নিংথৌগী অমাঙবা ওইগনি।"

অদুবু শান্তিদাসনা হায়বদনা অফবনি খল্লবা নিংথৌনা মাইচৌ অহল অদুগী ৱা তাবীখিদে। অসুম্না লৈবাক্কী মাইচৌগী ৱা তাবীদ্রবদা মথৱায় নুংঙাইতনা, নিংথৌবু ৱারৌখি। অঙম্বা নিংথৌনা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক, পুয়া মখৈ পুরক্কুনা কংলা উত্রা মাঙদা পৈনবা কৈথেলশিংদা পাউ চেল্লে। নিংথৌগী য়াথং কিবদগী মৈতৈ পুয়া ময়াম কংলা উত্রা মাঙদা পৈরবদা শান্তিদাসনা তাকপা মতুং ইন্না পুয়া ময়ামদু থাক ৱাংনা পৈরে। উচূক ৬ য়ুংদুনা শিংখল তরেৎ হাপ্লে, থৌরী অহুম্না উচুক্কু ফারে চিথেক মরিদা ঊটীৱা মরি য়ুংলে মথক্তা ফিনা থাকল খল্লে। শন্তিদাসনা ঈশিং হাপ্লা চফু অমা মরেংবান্দা থাঙৎলগা মখুত্তা থাঙ অমনে মৈবুল অমনে পায়রে। মহাক্না মাঙ থানা কোয়রগা চিথেক মবিগী উচূক অদুদা থাঙনা হক্লগা ঈশিং খরা-খরা হৈরে, পুয়াদা মৈ চুরে, মাগী তুংদা চৎলিবা নিংথৌ অমদি মীয়াম্নসু মখুত্তা মৈবুল অমমম্ পায়রগা পুয়াদা মৈ চুরে তবেৎলক হয়া কোয়রে। অসুম্না পুযাশিং মৈনা হেক চূবগা হুমাই হুম্বা মনাইশিংনা হুমাই হুমদুনা মৈ থারে নিংথৌ শান্তিদাস, মনাই মশন খূদিংমক্না অচাকপা পুযাদা খুরুম্নগা হন্নখি। কংলা উত্রা মাঙদা মৈ থাখিবা মরুওইবা পুযাশিং অদুদিঃ-

| | |
|---|---|
| ১। তাউরোইনাই য়াঙবী | ২। পাখঙবা যাঙবী |
| ৩। তাওরোইনাই পিচা | ৪। পাখঙবা নাউয়োম |
| ৪। সনামহী নাউয়োক | ৬। পাখঙবা থিরেন |
| ৭। সনামহী লাইহুই | ৮। পাখঙবা লাইহুই। |
| ৯। সনামহী লৈথন নোংখল | ১০। লৈথক লৈখালোন |
| ১১। লৈখা নোংখালোন | ১২। লৈচিল্লোন য়ুম্বী |
| ১৩। নোংপোন য়ূম্বী | ১৪। লোংলোন য়াইচম |

১৫। নোংলোন করাংথোং
১৬। নোংদোন লানবুং
১৭। নোংদোন লৈচিল্লোন
১৮। লৈরোন য়ুমচেংপা
১৯। লৈচিলোন নাউয়োম
২০। লৈপাক্তা হৌবা লৈচল্লোন
২১। পাতাল লাংবুম
২২। থিরেন শাকোক
২৩।* শাকোক থিরেন
২৪। থিরেন শিংকপ
২৫। খুনুং শিংকপ
২৬। থিরেন মৈরম লিবা
২৭। থিরেন লায়াৎ
২৮। থিরেন লাইচম
২৯। থিরেন চেপ্পী
৩০। থিরেন থিংপোকী
৩১। থিরেন কারাথোং
৩২। লৈশাংখোং থিরেন
৩৩। য়ুম্বী থিরেন
৩৪। নোংমাইজিং থিরেন
৩৫। হৈপোক থিরেন
৩৬। লাঙ্গোল থিরেন
৩৭। কৌব্রু লাংখৈ
৩৮। থাংজীং লাংমৈ
৩৯। চীংখৈ শেকনিং
৪০। চীংঙা লাংখৈ
৪১। ললাম্বুং লাংখৈ
৪২। ব্রাংব্রেল শেক্লিং
৪৩। নুংলোন লম্বুবা
৪৪। নুংলেন য়ুম্বী
৪৫। নুংলোন খ্রা
৪৬। নুংলোন লাইচম
৪৭। খোাই মহৌ
৪৮। মহৌ লাংবুম
৪৯। চন্দ
৫০। মহৌ শেক্লিং
৫১। মহৌ ফিজাপোক
৫২। মহৌ লাংবুথেন
৫৩। তাম্লেং মহৌ
৫৪। লেমথোং মহৌ
৫৫। নোংপাই মহৌ
৫৬। লৌহৌ মহৌ
৫৭। য়ুম্বী মহৌ
৫৮। থেলথেন মহৌ
৫৯। লৈচাই মহৌ
৬০। থেনকা মহৌ
৬১। নোংলোন মহৌ
৬২। লৈরোই মহৌ
৬৩। চকপরোন মহৌ
৬৪। হিরিলাংসুং মহৌ
৬৫। কিথুম মহৌ
৬৬। চকপরোন থেনকাবা
৬৭। কেপারেন থেনকাবা
৬৮। কোনা নুংপুং কোয়বা
৬৯। পাতাল লাংবুম অরিবা
৭০। নোংদোন হিরি
৭১। খুনুং শামপুম
৭২। থিয়ান লোন
৭৩। মানাৎ লোন
৭৪। চুলাৎ লোন

৭৫। মরাক লোন
৭৬। হিরিলাংসুং লোন
৭৭। চোংখুরোন
৭৮। খাম্বী লোন
৭৯। লায়াৎ থেংগৌরোন
৮০। চুকপরোন
৮১। অপোকলোন
৮২। অপোকলাংবুলোন
৮৩। লাংমাইচীং চীঙ্গোইলোন
৮৪। হৈপোক চীঙ্গোইবোন
৮৫। চীংথাং চীঙ্গোইবোন
৮৬। কৌব্রু চীঙ্গোইবোন
৮৭। থাংজীং চীঙ্গোইরোন
৮৮। কোঞ্জেং কোফাইবোন
৮৯। চোংখু লম্বী
৯০। খুনুং পুঙ্গাইরোন
৯১। খাবী থেলেনলোন
৯২। শিবিকা
৯৩। জতিৎ
৯৪। খুম্হোক য়াংবী
৯৫। চীংশাংলোন
৯৬। মহৌ য়াংবী
৯৭। উবোন
৯৮। ব্রাবোন
৯৯। পাকোৎ খাংচিংলোন
১০০। লাংবুমলোন
১০১। লাংসুংলোন
১০২। থায়াং হীবুলোন
১০৩। শিংখল লাংখলোন
১০৪। শীতাপুং
১০৫। সনা শেক্লিং
১০৬। পোইরৈতোন খুম্হোকপা
১০৭। পোইরৈতোন নিংচিৎ
১০৮। খম্নোই য়াম্নোই শেকনিং
১০৯। সনামহি থিরেন
১১০। পাখঙবা থিরেন
১১১। নোংশাবা খুম্হোক
১১২। নুংবী নুংথারোন
১১৩। ব্রাবা লাংকালোন
১১৪। কোংখা লাইচৌবোন
১১৫। শেলোই নিংচিৎলোন
১১৬। পাফম উহৌরোন
১১৭। নুমিৎ খেনচংলোন
১১৮। খা থেঙ্খং লোন
১১৯। থব্রানমিচাক খেঙ্খংলোন
১২০। অউনা হীযাং কোল্লোনা

পুয়াশিংগী মথক্তা লাইশোন-তীনশোন ঈশৈ নোংমাইনচিংবগী পুয়াশিং য়াওনা পূম্না মরুওইবা পুযা ১২৫ রোম মৈ থাখি। মৈশা ফংবদা চাকপা ঙমদবা নোংলোন অমসুং পাখঙবা নাউয়োম মখা পাংনা পাইখিদুনা থাংজীং চীংগী হৈচ্চুমপেৎ হৌবা মফমদা তাখি। হুমাই হুম্বদা তারোইনাই নাউয়োক্লা চীংখৈ পাংনা পাইখিদুনা চীংঙাবেন্দা তাখি। অমুক হুমাই হুম্বদনা শীংখল নাউয়োম অমসুং য়াংবী থিরেন কৌবা পুম্না অনী অসিনা কৌব্রু তম্না পাইখিদুনা লাংজেল কোনা লোক্কী তেরা অকৌবগী মথোঙদা তাখি।

থিবেন শাকোক্লা মৈরম পাং না পাইখিদুনা মচী শকোক চীংদা তাখি। মৈতৈগী পুয়াশিংদু মৈ খাদোক্লুনা মঙহনখিবা নুমিৎ অসি মেবাগী ১৯নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তনি। মসিবু ঙসি ফাওবা মৈতৈগী লাইবিক মাঙহনবা নুমিৎ হায়না খঙনরি।

মৈহৌরোন্দগী কংলৈচাশিংনা চৎনলক্লবা মৈতৈগী চৎন-লোনচৎ, লাইনিং-লাইশোন, ধর্ম্ম অমদি মৈতৈগী অবিবা পুয়া কয়া নমফু শাসন্দা মাঙহনখিবা অমদি রামান্দি ধর্ম্মবু নম্ফু-হাফুদা লাইনিং লাইশোন ওইনা মহুৎ শিল্লকপা অসিদা মতম অদুগী প্রজাশিংনা নিংথৌবু ফোংনা শীংনবা ঙমদ্রবসু মপূক্লিংদা পেন্নখিদে। অমদি লৈবাক্কী মৈতৈ লাইনিং লাইশোন্দা পূক্লিং লুপচবা মাইচৌ কয়াসু নীঙবা কাযনখি, নিংথৌবু ব্রাবৌখি। নিংথৌনা ফনা শাঠথবা চৈরাক পীদুনসু মৈহৌবোন্দগী চৎনরক্লবা চৎনবী লাইনিং-লাইশোন মূথৎপা হাযবসিদি পুরা মপূং ফাবা ওইথোক্কবনা, কংলৈপাক্কী লাইনিং-লাইশোন ধর্ম্ম চয়েৎ-খোয়েৎনবগা লোয়ননা থবক থৌরম খূদিংমক্তা, মনুং মপান নাইবা, লাইনিং লাইশোনগী চৎনবী অমা ওইনা চৎনরকখি। খুদম ওইনা হায়ববদা মপান্দনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎনবীদা থবক থৌরম খূদিংমক পাঙথোকচরবসু মনুংদা সনামহিগী লাইনিং লাইশোনসু মপূং ফানা তৌরম্মী। অসিগুম্বা ময়াম অসিনা প্রজাশিংগী মশাগী ধর্ম্মবু হেন্না নুংশিজবা কয়া অমদি হিন্দু ধর্ম্মদা পূক্লিং লূপ্পা কয়া অনীথোক্লা অদুমক খায়দোরকপনা প্রজাশিংগী মরক্তা অমগা অমগা নুংশিনদবা য়াম্না থোকহল্লি। চারৌ মোরৌনবদা চয়েৎনবা কয়া লৈহল্লি।

হিন্দু ধর্ম্মগা লোয়নদুনা লাক্লিবা বর্না (জাৎ খায়বা) খায়বগী চৎনবী অসিনা পীক্লবসু পীক্লা মণিপুর অসি লোন তিন্নদবা, কাঙলুপ কয়া তারিবা লমদম ওইবনা খ্বাইদগী তমথীরবা মহৈ অমা ওইখি। চীংমী, তম্মী, মচীন-মনাওগুম অরৈ-লৈতা হংদোক-হংজিন চঙথোক চঙশিন তৌদুনা অমদি অমুক খৎনরবসু নুংশি চান্নদা লৈজরম্বা লমদম অসি অমাঙবা জাৎ অশেংবা জাৎ খায়দোক্লুনা নুংশিনহন্দবা অসিনি। তমদা তাবা মৈতৈবুনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌহন্দুনা চীংদা তাবা চীংমী ইচিন-ইনাওশিংবুনা ধর্ম্ম অসি লৌবা য়াদে তোম্ববা জাৎনি হায়বদগী চীংমী তম্মী নুংশিনদবগী চাং অদুক্কী মতীক ব্রাংহন্দুনা তোখাই-তোখাই তানবগী অচৌবা মরম অমা ওইবা অসিনি। অমরোমদা, খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম শন্দোকপা কাঙবুনা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি লৌদুনা

চীংমী তন্মী খাইবুং তানহল্লিবা ...

খৃষ্টগী লাইনিং-লাইশোন শন্দোক্নকপা অসিনা চীংমী তন্মী মচিন-মনাও অনী অসি মতম পুম্বগী ওইনা তোথাই-তোথাই তাহনখি।

অসুম্না ধর্ম্ম অনী অসিনা কংলৈপাক্কী চৎন-লোনচৎ লাইনিং লাইশোন, ময়েক মাঙহনবদা নত্তনা চীংমী- তন্মী অনীগী নুংশি চান্নবা হিংমিন্নরম্বা মচিন-মনাও ওইবগী থ্রাথল ঈচেলদা অচৌবা শল অমা ওইনা লৈখিবা অসিনা, মণিপুরদা হরান-চিন্থী কাঙলুপকী নুংশিনদবা হাৎন-শুনবগী চাং হেনগৎনবা অচৌবা কিনিংঙাই ওইরবা হূগী পোৎশক অমা ওইরকখিবনি।

---

# মণিপুরগী নীংতম্বা
# বৃটিশকী খুবামনুংদা তাথিবা

খৃঃ ১৮৮৬ কালেনগী ১৬নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা লোঙ্গাথিবগা মহারাজগী রাণী তরুক্না মচাইবুংঙো তরা অমসুং মচানুপী অমী পোকপগী মনুংদা খাইদগী অহল সুরচন্দ্রনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি, মনাও ইবুংঙো কুল্লচন্দ্রনা যুবরাজ অমসুং মনাও ইবুংঙো ফৈজাওবনা সেনাপতি হাপখি। সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা থা অমা ফাদ্রিঙৈদা ফৈজাওবা শিন্নবদা টিকেন্দ্রজিৎপু সেনাপতি হাপ্লম্মী। থম্বৌসনাবু শামু হঞ্জবা, পাকাসনাবু শগোল হঞ্জবা, গোপালসনাবু দোলাই হঞ্জবা, অঙৌসনাবু ফুজানাই শঙলাকপা, জিলাঙম্ববুনা নিংথৌগী নাক্তা লৈদুনা লোয়শঙ ময়াম পুহন্দুনা মচীন মনাওশিংগা তাথোক-তাশিন তৌদুনা লৈবাক মরা তপ্না পাল্লম্মী। মনাও অতোনবা গন্ধার সিংহদি নহা ওইমল্লি খন্দুনা ফম পীখিদে।

মতম খর ঈংনা চীক্লা পাল্লক্লবা মতুংদা নিংথৌগী মমা তিন্নবা পাকাসনাগী ময়াম্বনা নিংথৌ ওইরি হায়বগী মতাঙম ঙকচাও থেকপা, থৌগল্লোন খঙদবা মতৌ অদুদা মচীন মনাওশিংগী মরক্তা পেন্নরমদে। মরুওইনা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎকা মুকুবগী থাক নোংম-নোংমগী হেন্গৎলক্লম্মী। নাকল অমদনা সুরচন্দ্র নিংথৌগী ব্রায়েল থৌদা অমদি থৌদোক ব্রাথোক খুদিংদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীম্উটকা তাথোক-তাশিন তৌবা, মীপান তাঙবগী মওং মতৌ অদু টিকেন্দ্রজিৎনা কয়া য়াল্লিংলমদে। মসিনা মরম ওইদুনা খৃঃ ১৮৯০ লাংবনগী ৭নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী নোংয়াই চবুক্তা অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বগা লোয়ননা সুরচন্দ্রগী মথক্তা লান হৌরকখি। মায়থিরগনি খঙলবা সুরচন্দ্রনা মথায় ছিংনবা পোলিটিকেল এজেন্টকী মজলাদা চেনশিন্দুনা লোৎখি। মতুংদা কলকত্তা তান্না চেনখিদুনা সুরচন্দ্রনা ইনাও সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎনা লান হৌদুনা সিংহাসন মূনবীহৌরে, সাহেপনা টিকেন্দ্রজিৎ ফারগা দণ্ডি পীবিয়ু, ঐবুন্না নিংথৌ ফম হন্জিনহনবীয়ু হায়না ভারতকী গভনর জেনেরেলদা দবখাস থাখি। সুরচন্দ্র চৎথ্রবদা টিকেন্দ্রজিৎনা হায়জবগী ময়াম্বুং যুবরাজ কুল্লচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে, টিকেন্দ্রজিৎনা যুবরাজ ওইরে। মণিপুরদা লৈরিবা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্টনী চিঠিগী পাউ মতুংইন্না সুরচন্দ্রনা নিংথৌ

খুভম হঞ্জিনবদা লৈবাক অসিদা থোক্কদবা বাথোক লাম্লোক লৈ হায়বগী ম্রাফম, তামনোমদনা সরচন্দ্রনা সুরচন্দ্রগী দরথাসকী বাফম কপ্না খল্লবা মতুংদা ভারতকা গভর্নর জেনেরেলনা কুলচন্দ্রবু মণিপুরগী মহারাজ ওইনা শকখঙবা অদুগা টিকেন্দ্রজিৎপুনা ফাবগা লোই থাবা হায়না থাদেপ্লখি। মসিনা মরম ওইদুনা আসামগা চীফ কমিস্নার মিঃ কুইন্টনা গভর্নর জেনেরেলগী থাবেপ পুদুনা কর্নেল স্কীনগা লোয়ননা সিফাই ৪০০ পুদুনা মণিপুরদা লাকখি। দরবার ফম্মিনবগা টিকেন্দ্রজিৎপু অচেংবা য়েংলগা ফানবা হোৎনবা ওমখম্বে। নীংবা কাযরবা চীফ কমিস্নারনা খৃঃ ১৮৯১গী লমতাগী ১৩নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী নোংযাই মতুং পুং ৩ তাবা মতমদা কেপ্টেন বুটচরনা লচিংবা সিফাই ২০০গা লোয়ননা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু চিংনা ফানবা হোৎনবদা ম[illegible]নদা [illegible]কনবা লান থোংনখি। লান্দা নাকল অনামক য়ম্ম শোকখি। লোতপা খবা হেন্না শোকখি। অকন অথৌ ফম্নাইবা কয়াগা লোয়ননা মীচম প্রজা কয়া শিবে। অদর লানফম অদুদি মৈতৈনা ওমখি। কোনুং মনুংদগী লান অদুগা অফ ফত্তগী মরমদা থল্লকুবগা মিঃ কুইন্টল, কর্নেল স্কীন, লেফটিনেন্ট সিমশন, এজেন্ট গ্রীমউট অমসুং মিঃ কোসিন্স থোক্কে তৌবকপদা মচা মশ, মরা মপুরোইবা কাযনবগী খোইশাওনবরা প্রজা মীয়ামনা সাহেব মঙা অদু খুদক্তা হাৎলোবখি। মসিনা মরম ওইদুনা ব্রিটিশ সরকারনা খৃঃ ১৮৯১গী মার্চকী তাং ৩১দা মণিপুরগী নিংথৌ কুল্লচন্দ্রগা মথক্তা লান্দাখি।

খৃঃ ১৮৯১ গা শজিবুগী ১৮নি পানবা এপ্রিলগী তাং ২৭গী অয়ুক পুং ৭ তাবদা খোংচপ মায়কৈবোমদগী লান্দাবকপা ব্রিটিশকা লান্মী লেফটেনেন্ট কর্নেল রেনিকনা লুচিংবা সিফাইশিংগী মরক্তগী লোলস কৌবা সিফাই অমনা ইহান হান্না কংলৈপাক্কী লৈমযোন কংলাদা চঙখি। মতম কুইনা মনীংমথা তম্না পাইবকপা মণিপরগী পাখংবা যেকপা ফিবান্দ্ চিংথবগা ইউনিয়ন জেক ফীবাল পাইহনখি। মতম অদুদগী হৌবগা হৌজিক ফাওবা মা লৈপাক মণিপুরগী অশেংবা নীংতম্বা হাগবদুগী শক্তমদি মাঙখ্রে। লানফম অদু সনালৈপাক মণিপুরগী অকন অথৌ, মৈতৈগী অকন-অথৌ কয়া মমা লৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বা কন্নবা হোৎনবদা মথক্রায থানখি। লানফমদা থৌনা ফববা পাওনা মেঞ্জর, যাইস্কুল লাকপা মেঞ্জরনা নোক্লা-নোক্লা মমা লৈবাক্কীদমক মথক্রাই পাদোকখি অমদি থৌনা ফববা মমা লৈবাকপু যাম্না নুংশিজবা মৈতৈ লান্মী কয়া মমা লৈবাক্লা মীগী মখা পোম্না লৈগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ থন্দুনা লানফমদা মমায লৈদনা, নোক্লা-নোক্লা

কংলৈপাক মণিপুর ইমাগীদমক নোক্লা-নোক্লা মথবাই কংখি। পৃথিবীবু জয় তৌবক্লিবা অংগ্রেজনি। ভাবতকী মনীং-তম্মা লৈজবম্বা অচৌবা অমসুং অপীকপা লৈবাক পূম্বা মখোযগী মখা পোনখ্রবনি। মখোয়গী লাম্লীখক্নুনা মণিপুবগী অপুনবা প্রজাগী মশীংদগী হেল্লিবনি। মদুগী মথক্তা অফবা নোংমৈগী খূৎশু-খূৎলাই মশিং থীওমদনা লৈরিবা পৃথিবী জয় তৌবক্লিবা লৈবাক্লি। এসিয়া মহাদেশকী অয়াম্বা শরুক মখোয়গী মখাদা লৈরিবা তাঙ্গানি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা খূজিন মমাযমুক্তদা পাকপা মণিপুবনা কৈদৌবা ওমগনি। মায়কৈ খূদিংমক্তগী থোমজীল্লকপা অংগ্রেজগী লাম্নীনা তকশিল্লক্কুনা ফনা গৌনা ফনা মৈতৈগী ইরমদম মণিপুর কনবা শুমখিদে। অংগ্রেজনা মণিপুব কোনুং হেক পাযখিবগা মণিপুরগী মতম অদুগী নিংগৌ কুল্লচন্দ্রগী লৈফম থিবকই। জেনরেল গ্রাহমনা মখাবোমদগী, গেনেবেল কোলক্টরনা অবাং মাযকৈদগী লৈবম-লৈরম্বা পন নমখায়দুনা মশিং ঈচাওনা ঈরৈগা লোযননা চেনশিলকপগুম মণিপুরগী সনাকোনুংদা ফজিল্লক্নুনা কোনুং হেক যৌবগা মেক্যুযল সাহেব মমাসিজগী হাংলবা সঙ্গাইদা চওশিন্দুনা কোনুংগা অকোয়বদা তারিবা লৈকাইশিংগী যুমথোং খূদিং চঙদুন। মহাবাজ কুল্লচন্দ্র লোযননা মনাও-অহুম অমদি থঙ্গাল জেনেরেল থিবা হৌবকখি। মায়থিবনি খঙদুনা হান্না লোত্তুনা লৈখিবা মহারাজ কুল্লচন্দ্র কোইবেং যুবরাজ লেমহৌনা মচীন-মনাওশিং অমদি থঙ্গাল থিবা ফংদে। মদুগা মতুং তাবদা অংগ্রেজ সিফাইশিংনা লৈকাই খুঙ্গংশিংদা চাইথোক্নুনা মীচম প্রজাশিংগী য়ুমদা চেং-ফৌ, য়েধ্রং-নাপী, ম্না-লুপা কয়া খোমগৎলম্মী। মদুনসু লোইবা নত্তে, খুল্লক্তা লৈবা যন-ইবোই কোনুংদা লৈবা শগোল, শামু পূম্নমকসু খোমগৎলগা মেক্যুয়ল সাহেবকী বঙ্গলাদা থমজিল্লম্মী। কোনুংদা লৈবম্বা অফবা খূৎশু-খূৎলাই খরা নত্তনা মৈতৈ লাম্নীনা পায়রম্বা অমদি মণিপুবগী যূম-য়ুমদা লৈবা খূৎশু-খূৎলাই খূদিংমক খোমগৎলগা থুদেক্নুনা মাঙহল্লম্মী।

মণিপুরগী মথৌনা লৈরবা মৈতৈগী নোংশা টিকেন্দ্রজিৎ হায়বগা খঙনববা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা হীংনা মাঙখিবা অসিদা নোংমদি শোযদনা লৈবাক অমগী মতেং লৌরগা শোয়দনা লমন খুম্নবা হোৎনবক্কনি অংগ্রেজনা যাম্না মুম্না খঙলম্মী। অদুনা লোম্না অংগ্রেজগী সিফাই থাদুনা লৈরক খুল্লক্তা থিবা হুম্বদা ফংলক্কবদা অথাপ্পা মফম চীংনুং-মানুংদা থিবা হৌরকখি, অসুম্না থিরকপগী পাউ অসি মহারাজ কুল্লচন্দ্রনা টিকেন্দ্রজিত্তা হায়বম্মী, "ইনাও ইবুংঙো ঐখোযনা খাগী লমদা চত্নুনা খাগী লাম্নীগী মতেং লৌরগা

অংগ্রেজগী মথক্তা লান্দারদুনা ইমা-লৈবাক মণিপুর অমদি পাবুং স্নাখ্বাগী খুডম কনবা ঙম্বগী স্নাখল অসি ইয়াম্বগী পুক্লিংদা থাজবা ঙমদ্রে। অনকপা লমদা থিবা ফংদ্রদুনা ঐখোয়বু অংগ্রেজগী সিফাইশিংনা চীংনুং মানুংদসু থিবা হৌরক্লে হায়রবগী পাউ তারে। মখোয়না ফাম্রিঙৈদা ঐখোয়না ছায়া চঙজরবদি ইরাল থরদা ওইরবসু শোয়দনা কোকপীগনি। খুৎকন পাঙলবা সাহেবশিংদা হায়নরগা, ঐখোয় ইচিন-ইনাও মরিসু বৃন্দাবন্দা চত্নুনা য়াম্বুং সুরচন্দ্রগী মনাক্তা লাই নীঙদুনা মতম থরা লৈরগা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক হন্নক্লবা তৌশি''। ময়াম্বুংগী রাদু মনাও অঙৌম্না, জীল্লাওম্বদি য়ানিংলে অদুবু ময়াম্বগী য়াম্না নীংহন্নবা অমদি ইজাতিবু কয়বা হোৎনবদা অকনবা লাম্লেং তৌজরিবা টিকেন্দ্রজিত্তি অংগ্রেজগী মফমদা লাল্লে হায়জগদবগী শরুকপুদি নোংমতং ওইরবসু নীং-তম্না লৈরম্বা পাম্বা মরম্না হায়নিংঙাই লৈতনা মপুক্লিং নুংশিজখি। টিকেন্দ্রজিৎনা য়াম্না ঈঙনা ময়াম্বুংগী মফমদা হঙৎচরকই— য়াম্বুংনা ইনাও অনী পুরগা লেঙবিগে হায়রবসু লেঙবিয়ু। ননাওদি পোক্ল ফম লমদম মণিপুর থাদোক্তুনা মীরৈবাক্তা লৈজনিংদে ঙম্নগা য়েক্লবা অংগ্রেজশিংবু তাম্হোকপা, ঙমদ্রগা থব্রায় অসি ইমা লৈবাক্কীদমক থাদোকচহৌগে লেপ্লে। কুল্লচন্দ্র মহারাজনা ফনা কয়া থেম্নবা ফাওবদা নোংশাগুম্বা মৈতৈগী অকনবা টিকেন্দ্রজিৎ য়াবা কৌবা লৈত্রবদা কুল্লচন্দ্রনা মখোয়গা লোয়নরকপা অঙম-অথৌ লাল্মী ২০০ মুক অদু য়েংদুনা হায়রকই— ''ইনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ নত্তনা ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীদি সাহেবতা চঙজফম লৌরগা মতম খরদং বৃন্দাবন্দা লাই নীংদুনা লৈরুরগে খনজরে। ঐখোয়গী ইতুং ইনবদা অত্রা-অনা কয়া খাঙবিরক্লবা ইচীন-ইনাও, ইপা-ইতোন, ঐগী নুংশিজরবা মৈতৈগী প্রজা খুদিংমক য়ুম-য়ুমদা হনবীদুনা পোখাবিরুরো। অসুম্না কুল্লচন্দ্রগী য়াথং ফংলবদা নিংথৌবু শেয়বা মোইরাং পুরেল চীংঙু নোংথোম্বা মাইস্নাম লুব্রাং নিংথৌ চোংথা, অয়াংপুরেন মেঙ্গর, অতৈ লাল্মীশিং নিংথৌনা শিবা মফমদা শিগনি লাকপা লাল্মীশিং-ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি''।

অসুম্না মহারাজ কুল্লচন্দ্রনা মনাও অনী পুদুনা সাহেবতা চঙজদুনা রাজবন্দি ওইনা মপান থোকহন্দনা মরূপ-মপাং কনাসু উনহন্দনা মখোয় অহুমদং রাস মণ্ডলদা থমখি। অদুগা টিকেন্দ্রজিৎতি মখোয়না লান নাথৈদুনা লৈরম্বা মোইরাংকম্পুদগী লোয়া চেল্লক্লগা শিংজমৈ মথক্তা থোকচোম লৈকাইদা লৈবা মমা অতোনবীগী য়ুমদা লোত্নুনা লৈখি। অদুগা থঙ্গাল জেনরেলদি মতোমতা মখা পাংনা চেনখিদুনা অয়োং খুল্লাকপীগী য়ুমদা লোত্নুনা লৈখি।

অংগ্রেজশিংনা টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গালবু থিবা ফংলক্লবদা, মখোয় অনীগী লৈফম তাকপা ওম্বা মীদা শেলগী মনা পীগনি হায়না লাউথোক্লম্মী। কংলৈপাক অসিদসু মশাগী ওইজবা থিবা মশাগী মমল খওজদবা মশাগী ওইজবদা থিবা অক্ক-ফম্বা খন্থজবা ওমদবা মীওই থরনা শেল থরগীদমক যুবরাজ অমদি থাঙ্গাল জেনরেল অনীবু থিখি। নাকল অমদনা অংগ্রেজ সরকারগী অকনবা হুকুম লাউথোকলম্মী মদুদি, টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল অনীবু চওজফম পীরম্বা ইমুং অদুগী য়ুম্বু অদু জেলদা থমগনি, কৈরোই লৈকাই অমদি খুল অদুবু মতীক চাবা দণ্ড পীগনি। পাউ অদু তাবদগী অরোং খুল্লাকপগী য়ুমম্বা লোত্তুনা লৈরিবা খুঞ্জাশিংনা মফম অদুদা লৈখিরনু মখোয় অহ্নাবা তারগনি হায়রবদা থঙ্গাল লোংফম লৈতদুনা নোংমা নুমিদাং অহিং অমা হিদা কলোক কোন্দুনা তুরেল অচৌবা মবীলদা কাবকপদা থাঙ্গালবু সাহেবকী পুলিসনা ফাদুনা জেলদা থমখি। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী লৈফমসু অবোনবা পাউ পুবা মৈতৈ মচা অমদগী ফংলদুনা কালেনগী ১৪নি পানবা ইবাই নুমিৎকী অথেংবা অহিংদা শ্রীথোকচোম দেবানগী য়ুমদা কোযশিন্দুনা থমখি। মতম অদুদা টিকেন্দ্রজিৎ মশা ওমদদুনা সিফাইশিংগা মায়যোক্লগে নৎত্রগা চেনগে হায়বগী ব্রাখল খণ্ডুকদরে যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফাবা লাকপা পুলিস মকোক অদু কাছাবগী মৈতৈ মচানি সুবেদার ওইনা অংগ্রেজগী লাম্মীদা থবক তৌদুনা লৈবনি মমিংনা খেলেন্দ্র কৌই। সুবেদাব খেলেন্দ্রগী যাম্না থকশি-খাসি য়াওদবা ব্রাঙাং-শাঙাং অদুদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অশাওবনা মৈ হৌথিদুনা খুল্লায় পায়রিবা সুবেদাব খেলেন্দ্রবু নোংশানা শজি মচাবু শারাক তম্নমদাইদা চোংশিনবগুম অশাওবগী ময়াইনা হেনখিদুনা মশা নারি হায়বা কাউথোক্লুনা সুবেদারদা চোংশিন্দুনা নম্নরে, অসুম্না নম্নরিঙৈ চৈরক্তা অংগ্রেজ লাম্মী কয়া অমসু থোমজিলক্লুনা লৈবি অদুবু সুবেদার খেলেন্দ্রদি হিংফম কম্নিংঙাই তাঞ্জা পুম্নাঙ মাঙখ্রে অদুম ওইনমক মপুকচেল চাউবা মৈতৈগী যুবরাজনি কবিসু কান্নবোইদবদা হাযবদি মহাক্না ফনা কয়া হোৎনদুনসু অংগ্রেজগী মখুত্তগী মরৈবাক কনবা ওম্বগী তাঞ্জা মাঙলবদু উবদগী, সুবেদার খেলেন্দ্র নৎত্রবসু অতোপ্পা অমনা মহাকপু শোযদনা ফাগদবা লৈরবনি হায়না মপূক্নিংদা ফাওবক্লুনা, সুবেদাববু কনবিবে। সুবেদাব খেলেন্দ্র মৈতৈ মচা ওইবদুদা মহাকপু ফাবগী মনা অসি ফংহনগে খন্দুনা, কালেনগী ১৫নি পানবা থাংজা নুমিত্তা ফাহন্দুনা অংগ্রেজগী বন্দি ওইনা লৈখি।

যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল জেনরেল অনীনা বণ্ডি ওইনা লৈরিবা চৈরক অদুদা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মি: গ্রীমউদপু হাৎপগী দন্দি ওইনা পুখ্রম্বম কাজাওবু খৃ: ১৮৯১গী মেগী তাং ২৫দা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। লোয়ননা অংগ্রেজগী মণিপুর ঙাক শেল্লিবা অঙম্বশিংনা বিলাটকী মহারাণীগী মায়য়োক্তা লান হৌবগী মরালদা টিকেন্দ্রজিৎনা য়াম্না লুনা চান্না তৌজবা অমদি য়াম্না থাজবা মতম খুদিংমক্তা মহাক্কা লোয়নদুনা লৈবা সুবেদার নিরঞ্জন ১৮৯১গী ইঙাগী ২নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা জেল মনুংদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। অদুগা টেলিফোন ডিপার্টমেন্টকী সুপ্রিন্টেন্ডেন্ট মলাভীল সাহেব অমসুং ওংব্রীন অমী হাৎপগী দণ্ডি ওইনা চীংমী অথৌবা চীরাই নগাবুনা ১৮৯১গী ওক্টোবর তাং ২৩ মেরাগী ১০নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ফাঁসি তৌদুন হাৎখি। মদুগী মতুং তাবদা থাঙ্গাল অমদি টিকেন্দ্রজিৎপু বৃটেনগী মহারাণী ভিক্টোরীয়াগী মথক্তা লান হৌবা অমদি সাহেব মঙা হাৎখিবা অদুগী মরান লৈরে হায়দুনা ফাঁসিগী হুকুম থোকখি। মপাল লৈবাক্কী শক্লাইরবা মণিপুরগী ব্রাংমদা লৈবা কয়ানা অংগ্রেজগী জুন ১০দা থোকখিবা হুকুম অদু অরানবনি হায়না চেফোঙ কয়াদা ফোঙনরক্লুনা অংগ্রেজ সরকারদা খঙহনখি। অদুবু থওইনা তাবীখিদে; খৃ: ১৮৯১ গী অগষ্টগী তাং ১৩ ইঙেলগী ৯নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নুংথিল পুং ৫ তাবদা নোংচুপ থংবা স্না কৈথেলগী ফৈদাপুংদা মীয়াম মমাঙদা টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থঙ্গালবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি।

মৈতৈ লৈবাক্কী অঙম্বা অনীবু নুংশিদুনা তিনখৎলকপা মীয়াম অদু উবদা অংগ্রেজ সরকারনা মীয়াম অদুনা ঈরাং হৌরকপা তারবদি ফাঁসি তৌবদা অকায়বা থোকপা তারে খন্দুনা অঙাওবা শামু মচা থাদোক্লুনা তনখায়নবা হোৎনখি অদুবু পূম্নমক অরেম্বা তাখি। অথৌবা অনীবু নুংশিদুনা কপ লাউবগী খোঞ্জেলনা পুমনিল নিলখি, অঙকপগী মশক অমা ওইরম্মী। তমথীরবা মীহাৎ অসিবু য়ানিংদবা ফোংদোক্লুনা মৈতৈ লৈবাক্কী ব্রাংমদা লৈবা মীরৈবাক মচা কয়ানা অমদি মফমদুদা ফোঙবা পাউ-চেশিংদা অসিগুন্নবা তমথীরবা মীহাৎ অসি অংগ্রেজনা মীওইবগী হকপু খোঙ্গাওনদুনা মখোয়গী অকন-অরিং শীংবগী মতৌনি হায়না ফোংনা লাউনখি। খৃ: ১৮৯১গী এপ্রিল তাং ২৯, শজিবুগী ১৩নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙখিবগা লোয়ননা মণিপুরগী অথৌবশিংগী পুন্সিসু লোমখি। অদুগা কুল্লচন্দ্র অমদি অঙৌম্না, জীল্লাঙম্বা অহুম্না অন্দমান্দ নিকোবরদা দণ্ডি ওইনা থমখি। অসুম্না মণিপুরগী নীংতম্বগী নুমিৎ তাখি

---

# বৃটিশকী শাসন মখাদ্দা মণিপুর

মৈতৈ লৈবাক্কী অকন-অথৌ কয়া থুপপক্রবা মতুংদা বড সাহেব অমসুং ছ্তো সাহেব অনীনা নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা কংলৈপাক্কী লৈঙাক শাসন পুরম্মী। লৈবাক ঙাকপদা খুদোং চানবগীদমক মখোয়গী মখাদা মণিপুরগী লৈঙাক শাসন পুবা ঙমগদবা নিংথৌ অমা হাপ্পবগীদমক মতীক চাবা মৈতৈগী নিংথৌ মচা থিনবগীদমক সরাংথেম জুগোন সিংহ পণ্ডিৎ অমদি তাওবিয়া অশৈবা কৌরগা নিংথৌ মচাশিংগী পাল্লি-পুরি থিগৎখি। অংগ্রেজগী কা হেয়া নুংঙাইনদবা লৈখিদবা মৈতৈ নিংথৌগী মচা মশূ বু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা হাপকে খন্দুনা মেক্যুয়ল সাহেবনা মৈদিংঙু নরসিংগী ধারাবু নিংথৌ হাপকে খন্দুনা ইনিংথৌ অসিগী ধারা থিরকখি। জুগোল সিংহনা মদগী লংলা-লংজিন অদু পৃথোক্নুনা নিংথৌ অসিগী মচানুপা ভুবোম্না পোক্নয়া চাওবীয়াইমগী নুপী মোইরাংথেম চনু ললিতা মঞ্জুরিনা পোকপা মচানুপাশিংবু খিদ্না কোনুংদা পুরকখি। ললিতা মঞ্জুরিগী মচানিপা মরি ওইরম্মী-- অহল ভুম্বসিং, যাইমনা ডিনেসিং মথংনা চন্দ্রহাস অমসুং অতোম্বা চুডাচান্দনি। মমাদগী মখোযগী জর্ম্ম কুঠিগা লোয়ননা পুখৎলকউ হায়না কৌখৎলম্মী। ললিতা মঞ্জুরিবু পোকপা মোইরাংথেম রামান্দনা মশূ মরিগা লোয়ননা মখোয়গী জর্ম্ম কুঠী পুরগা বড সাহেবতা শিন্নরম্মী। ইতোন তোনবা চুডাচান্দগী পোকপদগী য়াওরকপা গুণ, মী কিদবা অদুদা সাহেবশিংদু উবদা করিসু হঙ্গোইবা ফাওদবা য়াম্না থৌনা লৈবা মিৎশিং-নাশিংবগী মওং অদুদা বড সাহেবনা মচীন-মনাও মরিগী মনুংদা চুড়াচান্দবু নিংথৌ ওইহন্নিংলম্মী। হায়বগা নীংবগা মায়ৈ হায়বদু চপ-চানা থোকখি, মখোয মরিগী জর্ম্ম কুঠি যেংলুবদা খৃ: ১৮৮৩ দা মেগী তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিত্তা পোকপা চহি ৮দা ঙায়রিবা চুড়াচান্দবু লাংবন্দগী ২২নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপলে। চুডাচান্দবু মৈতৈগী নিংথৌ হাপলে তাবদা চাওবীয়াইমানা লৌরম্বী থাংজম চনুনা পোকপা ভীগেন্দ্রজীৎসু মানা মহাক্কী জর্ম্ম কুঠি পুদুনা লাকপদগী, বড় সাহেবনা মহাক্কী অফবা জর্ম্ম কুঠি অদুগী মতুং ইন্না মহাকসু নিংথৌ ওইরকপা য়াবা অঙাংনি থন্দুনা চুড়াচান্দ মহারাজগা লোয়ননা মীরৈবাক্তা লাইবিক তমবা থাগে খনখি। অসুম্না চুড়াচান্দনা নিংথৌ হেক ওইবদগী বড় সাহেবনা মৈতৈ নিংথৌনা লৈননবা অয়াংপুরেল মেঞ্জরনা লৈরম্বা লৈশাংথেম ইংখোলদা চুডাচান্দ মহারাজনা লৈননবা শঙ্গাই শারে।

মফম অদুদা অনৌবা কোনুং অমা শেমগৎখি। অদুগা থিয়ুথোংকী থাংমৈবন্দ পল্লিনা কোল্লিবা লমদমদা লৈবা য়ুম কয়া তকখোল্লুনা সাহেবশিংগী সিফাই পল্টন লৈননবা শেমগৎখি। থা অহন্মুক চঙনা নিংথৌগী শঙ্গাই অমসুং শ্রীগোবিন্দজী মন্দির শাবা লোইরবদা য়াকচীংগী ২৪নি পানবা যুমশকৈশা নুমিত্তা চুড়াচান্দ অনৌবা কোনুংদা হোংজিনখি।

বড সাহেবনা চুড়াচান্দ মহারাজদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজী সেবানচিংবদা পীজিন্নবা লু: ৫০০ পীখি। অধীকারিময়ুম ঠাকুর খোংশাংবনা মহারাজগী গুরু ওইরে। অরিবম অতৌ শর্ম্মবু পুরোহিত হাপখি। তাঙজিয়া অশৈববু পণ্ডিত হাপলে, সরাংথেম জুখোলসিং মখোয় অনী কোনুংগী পণ্ডিত ওইনা হাপখি। মখোয় অনীবা লৌ পরি ৪/৪ পীজুনা চৈথারোল কুম্বাবা ইহনখি। অহানবা ওইনা মখোয় অনীনা মতেং পাংলগা বাঙ্গালী রামচরননা মৈতৈগী চৈথারোল কুম্বাবা অংগ্রেজীলোনদা ইথোকপা হৌখি।

চুড়াচান্দ মহারাজনা মহা ওইবনা লৈবাক্কী য়ায়েল থৌদা খুদিংমক বড সাহেব অমদি ছোটো সাহেপ্পা নিংথৌগী মহৎ শিন্দুনা মণিপুরগী লৈঙাক শাসন খুদিংমক পুরম্মী। লৈবাক্কী লৈঙাক শাসন্দা নুংঙাইনবগীদমক য়ুম ৪০০/৫০০ খুদিংগী চৌকীদার অমমম হাপ্লম্মী। পানা মরিদা লাকপা মরি, মুহোবি মরি হাপ্তুনা লৌ-ইংখোলগী খাজনা মতম চানা খোমগৎপা হৌরম্মী।

অদুগা লোইবী চীংনা লৈবা চীংমী লমু পূয়মক লঘুমি খঙলবা মখোয় পূয়মক কৌরগা কোমপাক অমমম পীরগা মবেংবান্দা য়ালহনখি। অদুগা তমপাক্কী লৈকাইগী চৌকীদারশিংনা মঙ্গাংদা য়ালহল্লি। অমুক্তা বড় সাহেব অমদি ছোটো সাহেবনা মণিপুরগী লৈঙাক শালম শেমদোক্লম্মী।

চহি অমমুক বড় সাহেবনা মৈতৈ লৈবাক অসি পায়রুবদা সুরচন্দ্র মহারাজগী মজাইবেম্মা সাপাম চনুনা পোকপা সনাতোম্বী বড় সাহেবকা নুংশি মরী লৈনবকখি। মখোয় অনীগী মরী অদু মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্মা য়াম্মা পেয়খিদে। মরম্মদি মহারাজ কুমারী সনাতোম্বী অসি মরা মপূরোইবা লৈরবী অমনি। মরা মপুরোইরা লৈ হায়বা খঙল-খঙনা লয়মুক্তা ৪ন্মী হায়বগী মওংদা খৃ: ১৮৯৪ জেরাগী ১৪নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মজাইবেম্মা লৌখি। মসিনা অকৌবা য়াথোক অমসু থোকখি। হায়রী সনাতোম্বীগী নিপা মলিচান্দনা নুপীগী মমল পীয়ু হায়তুনা দরখাস থাখি। অমুবু দরখাস অদু ইকবা হাঙথেজম চৈতন্যবু বড় সাহেবনা মণিপুরগী তাহোকখি। অসিগুম্বা বড় সাহেবকী কা হেনবা লমচৎ অসি মৈতৈ নুপীশিং

য়াম্না শাওহনখি, সাহেব অসি উবদা নুপীশিংনা মমায় খুমদুনা চৎলম্মী। লৈবাক ঈরাংমজিং থোক্লখিদে।

বড় সাহেব অমদি ছোটো সাহেব অনীনা লৈবাক গুাকপদা মখোয়গী হৈ-শিংনা লৈবাক গুাকপদগীসু ওইরম্বা য়াই নৎত্রগা অংগ্রেজবু কিবদগী মৈতৈ মচাশিংনা তুমিন্না লৈরম্লগী ওইরম্বসু য়াই মণিপুরদা কা হেনবা ঈরাং থোকখিদে, মমুৎকী মহত্তা হরাওবা ফোঙদোকপা উৎপা ওইনা খৃ: ১৯০৪ দা সাহেবকী বঙ্গলাদা চাউনা মাওপ খল্লগা বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বীনা মকোক চিংদুনা জগোয় নর্তন রাস শাম্নদুনা মীয়াম কুম্মে য়েংলম্মী মৈতৈগী জগোয় য়ালপু সাহেবকী কংলাদা মরম ইচা চানদনা শায়বদু মৈতৈগী অহল লমননা মশাল থোক্না হায়জবা গুমদ্রবসু মপুক্লিংদা য়াম্না পেন্নখিদে চৎলিবা থা অদুগী খাশিয়মদাইগী অহিংদা ছোটো সাহেবকী বঙ্গলা অদু মফম মরাং ইখঙ-খঙহৌদনা মৈনা তুম্না চাকখিরম্মী। হায়রিবা থৌদোক অসি সাহেবশিংনা মৈতৈ মচাশিংনা তৌরম্বা ওইরমদনি হায়না চিংনবা ফাওখিরম্মী মদুনা-মরম ওইরগা মদুগী অস্রা-অনাগী দাইত্ব অদু মৈতৈ মচাশিংনা পুজগদবনি খল্লম্মী। অনৌবা বঙ্গলা অমা শানবা ইম্ফালগী চৌকিদার পুন্নমক কৌখৎলগা কবোদগী চীংগু য়াম্নুচো হায়না থৌদারম্মী। অদুগা খুঙংগী চৌকিদারশিংদনা নঙগী নঙগী ইংখোলদা অমদি অনকপা চীংদা হৌবা উ-য়া, লী পুখৎলকউ হায়রম্মী। অদুগা পানা মরিদা লৈবা ব্রাহ্মণ, নিংথৌমচা য়াওনা বঙ্গলা শাবা কান্নকউ হায়না অচৌবা কৈথেল মরিদা চে থেংলম্মী। পাউদু তাবদা ব্রাহ্মণশিংনা ঐখোয়দি মহৌশাদগী হৌনা থবক গুরক্কবনা ঐখোয়বু বঙ্গলা শাবদা য়াওহনবীগনু হায়না দরখাস থারম্মী। হায়রিবা য়াক্কঅদু সাহেবশিংনা য়াবিরে মদু তাবদা নিংথৌমচাশিংনা ঐখোয়সু নিংথৌগী মচা মশ্ গুাক্তনি থবক গুবা য়াওহনবীগনু হায়না দরখাস থারে। অসুম্না মরম খুদিংমজ্জা নুংগাইবনা মশরুক ওইরক্লবা ব্রাহ্মণ মচাশিংদুগী অমদি নিংথৌ মচাশিংগী মতৌ অদুনা পানা মরিদা লৈবা মৈতৈমচাশিংনসু থাইরকন কৈথেলদা তিন্নরগা বঙ্গলা মৈ থাবসু য়াওদনা ঐখোয়না করিগী সাহেবকী বঙ্গলা শাবা য়াওগদৌরিবনো হায়না থাজনা বড় সাহেবতা হায়নেন+ মীয়মগী য়াকতু তারগা থর সাহেবনা ঐগী হুকুম ঐনা মকপা য়াবে, নিংথৌমচা য়াওনা নথোয় পুক্লনক্লা ছোটো সাহেবকী বঙ্গলা শাজনবনি হায়রে। বড় সাহেবকী হুকুমদু য়ানিংদবা পাজা মরিগী নুপা খুদিংমক্লা থাইরকনা কৈথেলদা তিন্নরগা সাহেবগী বঙ্গলা শাবা য়াওরোইদি হায়না

ল্লারেপ লৌরবা মতুংদা পাউ চেনবদু তাবদা বর সাহেবনা ঙসিদগী কৈথেলদা মীওই ৫ শুনা তিনবা য়ারোই হায়দুনা হুকুম তৌরগা, মীয়াম অদুগী লুচিংবা ওইরিবা, ইবুংসিংহ, কালা জমদি নিংথেমচা ৭ ফারগা মখোয় মখূৎ পুন্দুনা গারোৎতা থন্নে। নুমিৎ অদুদগী কৈথেল কাবা লেপ্লে কৈথেলদা সিফাইনা ঙাক শেন্দুনা লৈরে। কৈথেল নত্তুনা করিগুম্বা মফমদসু মী ৫দগী হেন্না তিনবা য়ারোই হায়দুনা হুকুমগী 'চে' কৈথেল অটৌবা মরিদা থেৎলে। অদুবু মচা মপূরোইবা মবুং মৌপ্পাশিং লান্দা মথল্লায় থাখিবদগী কায়নরবী অল্লা-মৈশা কোক্ত্রিবী মৈতৈগী ইমা-ইবেনশিং য়াম্না শাউনরকথি। মতম অদুদা মৈতৈগী নুপা খূদিংমক্কা অংগ্রেজগী মায়য়োক্নবা লানফমদা মায়থিবদগী রাখল পীকথখিবা, অকনবা খোঙজং চঙশিনবা ঙন্নক্রবা তানফমনি। মণিপুরগী ইমা-ইবেন কয়া অমা নৌনা মপূরোইবা কায়নখিদুনা কৈথেলদগী নোংমগী চরা তাঞ্জরগা মচাশিংবু থাকচরিবা মতমনি। অসুম্না অল্লাবগী চৈথেং কয়া মায়য়োক্নরবা মৈতৈগী ইমা-ইবেনশিং অসি ম্না কৈথেলদা পূনশিন্নদুনা বর সাহেবতা মদু তৌদনবা হায়দুনা নুপী ময়াম পূনশিন্নরম্মী। মতম অদুদা কৈথেল ঙাক শেল্লিবা সিফাইশিংনা মী পূনবা য়াই য়াদে হায়দুনা ইন্নরক্লে। মদুদা খঙহৌদনা নুপী অমা তুশিন্দুনা ময়া তেক্লে। অদু উবদগী মৈতৈগী ইমা-ইবেনশিংদু শাউগৎনরক্তুনা বড় সাহেব উন্নগদবগী বঙ্গলা তম্না ফুজিল্লকই। ইমা-ইবেন কয়ানা লাউ-খোংলদুনা শিবা কিদনা চঙশিল্লকপনা বঙ্গলা ঙাকলিবা সিফাই অদুসু নমখেকলগা নুপী ময়াম বঙ্গলা মনুং তম্না চঙশিল্লকপা অদু ফাওবদা বড় সাহেবনা ঐনা তৌবা হুকুম ইশানা ককপা ঙন্নোই হায়রগা ইমুংদা অমুক চঙখিরম্মী। অদুদা ইমা-ইবেনশিংনা ছোটো সাহেবকী বঙ্গলা শাবদা ঐখোয়না করিগী লেম্না থবক শুগদৌরিবনো হায়না লাউ খোং দুনা নুমিৎ তারবা ফাওব্রদা হল্লু য়াদনা লৈরকপদা অসিগুম্নবা মৈতৈ নুপীগী হনবা লৈত্রবা থৌনা অদুদা বড় সাহেবনা নুংশা থীরদুনা অসুম্না হায়রম্মী— ফরে নখোয়না হায়বা য়ারগে হয়েংদগী কৈথেল কারো মৈতৈ নুপাশিংসু বঙ্গলা শাবদা য়াওরগনু, সাহেব ঐখোয়না খূৎ হৈবা নেক্লগা শাহল্লগে। অদুবু নখোয়না নখোয়গী য়ুমদা হৌবা উ অমমমদি পীয়ু— হায়রবদা ইমা-ইবেনশিংনা মদুদা য়ানদুনা ময়ুম মমুমদা হল্লখি। অসিগুম্নবা থৌদোক অসিবু মৈতৈ লৈবাক্তা 'অহানবা নুপী লান' হায়না খঙনরম্মী।

খৃ: ১৯০৭ কালেনগী হুমনি পানবা য়ুমশবৈশা নুমিত্তা সাহেবশিংনা মহারাজ চুড়াচান্দ অঙম-অথৌ ফম্নাইবা য়াওনা দরবার ফম্লগা মৈতৈ লৈব্যক্কী লৈঙাক ব্রায়েল শাসনগী চুপ্লি বড় সাহেবনা মহাবাজদা শিয়ৈ। নিংথৌগী মতেঙ পাংনবা আই.সি.এস. ওফিসার অমবু প্রেসিডেন্ট অমসুং দরবার মেম্বর তকক হাপখি। মদুদা হরাওদুনা মহাবাজনা শীন্দুনা হিযাং কুম্মৈ, মূক্কা-কাংজৈ, তা-হুম্বা, জগোয় অমসুং ঈশৈনচিংবা অহিং নুংথিল নাইদনা নুমিৎ ৫নি চুপ্পা কুম্মৈ তৌখি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা শেন্নম্বা গম্ভীব সিংহনা পাল্লম্বা লাংথবান কোনুং অমনবসু চুড়াচান্দ মহারাজনা বড সাহেবকা তান্নরগা অতেক-অকাই পূম্নমক হান্নগী মতৌগুম্না শেমজিন-শাজিনবা লোইরবা মতুংদা লর্ড সাহেব লাক্কুনা চুডাচান্দ মহারাজগী কোকথক্তা সনাগী লূহুপ হাপ্লগা অভিষেক তৌদুনা মখূৎ শোক্লদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওদা জর্ম্মনদা লান্দানবা সাহেবকী মতেঙ পাংনবা মৈতৈ লান্মী থারম্মী। লান লোইদুনা হল্লক্লবদা সিফাইগী মকোক থোংবশিংদা মহারাজনা মনা-মথুম লৌচা পীদুনা ইকাই খুম্নখি। বৃটিশ সরকারদা লানগী মতেঙ পাংবগীদমক্তা মহারাজ চুড়াচান্দ বৃটিশনা খৃ: ১৯১৭তা সি.বি.আই. অমসুং খৃ: ১৯৩৪ দনা কে.সি.এস.আই. হায়বা ইকাইখুম্নবা মিংথোল অসি পীরে হায়না তৌরক্লবদা মহারাজনা হরাউদুনা নুমিত্তু লৈবাক্কী স্কুল অফিস পূম্নমক ছুটি লাউথোকখি। ঙাংবম চনু ঙাংবী মহারাণীবু ধনমঞ্জুরী ফম্বাল মিংলেন তম্বগীদমক্তা মহারাজনা পেনবীবদুনা নামৈরাকপম অমুখোম্বা পণ্ডিত্তা খামেন চৎপা ফৈজোম সনা খুজি, লমথাং খুলক অঙৌবা, মনা ওইনা পীখি। খৃ: ১৯৩৪ শতাব্দীগী থা পানখৎলকপদা মজা ইবুংঙো বুধচন্দ্রনা মনাই চীংলেন কৈরুংবগা মন্ত্রি অমুদোম্নচিংবগা লোয়ননা মোইরাংদা চত্তুনা থাংজিং অয়াংলৈমা খুরুম্নগা নিংথৌখোংদা কুরেন থংনরেনগী লাইশঙদা চঙদুনা খুরম্মী নুমিৎ অসিদা পুংফাই মাইবীনা লাইপাউ ফমবদা মজাইবুংঙো অহলনা মপাবুং চুড়াচান্দ মহারাজগী মহুৎ শিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইগনি লাইপাউ চেনবদু তাবদা মজাইবুংঙো অমদি মনাই পূম্নমক হরাওনরম্মী, নোংঙাল্লগা অমুক্তা মজাইবুংঙো বুধচন্দ্রনা পুং য়ৈরগা মনাইশিংনা ঈশৈ শক্তুনা নিংথৌখোংগী লমজাওদা শুম্না চৎলম্মী। নহারোনশিংনা হরাওদুনা বম্বুলা কাপ্লম্মী। চীরোন-হৈবা মহারাজ চুড়াচান্দগী মনাই অমনা মজাইবুংঙোদি চাক খাঙদুনা মীয়াম খোন্নগা নিংথৌ শেম্নবা থৌরাংলে হায়না পাউ হেঞ্জম্না নিংথৌদা হঙৎলে। মনাইগী পাউ তাবদা চুড়াচান্দনা শাউরদুনা পণ্ডিত লোইশঙদা মনাই থাদুনা নিংথৌ শেম্বগী চৎনবী দণ্ড করিনো ইরগা পীরকউ হায়দুনা হায়রকলে। নিংথৌ শেম্বগী

দণ্ডিদি নিংথৌ মচা ওইরগা ঈশিং মনুংদা লাকশিন্দুনা হাংপা নংত্রগা মীরৈবাক্তা থাদুনা য়াহনবা দণ্ডি অসিগী মনুংদা অমা পীবা য়াই হায়না পণ্ডিতশিংনা ইদুনা মহারাজদা কংলক্রে। নোংডাম্নগা নিংথৌখোংদা নবকীর্ত্তন চংপদা য়াওবা নুপা পূম্নমক ফাদুনা কোনুংদা পুখংলকই। নিংথৌ শেম্বগী বিচার তৌগনি হায়না সিফাই থাদুনা মীয়াম খোমদুনা পুখংলকখি। নুপা মখেদু মহারাজগী মাঙদা সিফাইবু ফুহনখি। মকোক থোংবা লমজীংবা লোংজম গম্ভীর সিংহ, সারুংবম, ময়ুরধ্বজা, অরিবম রাজবাবু শর্ম্ম, পুখ্রম্বম গুলাপ, নিংথৌজম মধু অমসুং ওক্রম তোম্বী মীওই ফাম্নগা রাজবন্দি ওইনা কোনুংদা থমখি। পুংফাই মাইবীবু নিংথৌ শেম্বগী লাইপাউ চেনবগী জেন্দা থমখি। শুগু লাইগী উমংদা মজাইবুংঙো বুধচন্দ্রনা সনা-লুপা অহিংবা কংলি পাউ তাবদা শুগু হিদং থাইদেম য়াইমা অমসুং লাই পাম্নবনচিংবা মীয়াম ফাগংলি। থাংজিং অয়াংলৈমা ওক্লরেল অমসুং থাংনরেল লাইশঙদা মজাইবুংঙো বুধচন্দ্রনা চঙলগা লাই খুরুমদুনা সনা কোনয়াই হল্লী, পাউ তাদুনা মাইবা মাইবী থারগা শেংদোকহল্লি নিংথৌ শেম্বগী বণ্ডি ওইনা নুমিৎ হল্লি শুমা নুমিত্তা মহারাজনা মখোয় পূম্নমকপু মতীক চাবা দণ্ডি পীরগা জেলদা থম্নবগীদমক্তা মণিপুর ষ্টেট দরবারদা হায়রক্লবদা বড় সাহেব অমসুং ছোটো সাহেব য়াওনা দরবার মেম্বরশিংনা পূম্না ফমিন্নদুনা বিচার তৌরম্মী। কোনুংদা ফাজীন্দুনা থম্লিবা মীওইশিং অদু অমমমক্তা ওইনা কৌরগা হংবদা মজাইবুংঙো বুধচন্দ্রগী পূজারী কেরানী ড্রাইভর অমদি মনাইশিং ঙাক্তুনা হয়াওদুনা নটসংকৃর্ত্তন চংপনি থঙলদুনা দণ্ডি পীবগী মহক্তা থাদোকখি মদুদা মহারাজ চুড়াচান্দগী মপক্লিংদা কয়া নুংঙাইতবা অদু উবদা মজা ইবুংঙো বুধচন্দ্রনা বড় সাহেবতা মহাক মতম থরা কাপিদা লাই নীংদুনা লৈরুগে হায়না দরখাস থাক্লবদা মহারাজগা তাম্নরগা চহী অদুগী থম্নান থাগী সিনি পানবা লোংঅইহাজিং নুমিত্তা, মজাইবুংঙোবু মহাবম মাইপাক শর্ম্ম, গুরু ময়ুম হেমচন্দ্র শর্ম্ম , পুখ্রম্বম গুলাপ অমসুং কেরানি সেরাম অতৌপা লোয়ননা কাপিগী য়াহেলী টেম্পলদা মতম থরা লৈখি। নিংথৌগী মচৌ ইবেন্মা উরিক্লা সিঙোল রাম প্যারিসু মপূরোইবগী মকুং ইন্দুনা কাপিদা লৈখি। চহী অঙ্গমজোম মকুং ইন্দুনা কাপিদা লৈদুনা অরাবা থাজদুরগা খৃঃ ১৯৩৭ মেয়া থাপা মপামুংনা লৌথোক্লুনা বুধচন্দ্র মৈতৈ লৈবাক্তা থোরকই, মচৌ ইবেন্মা রামপ্যারিসি কাপিদা লাই নীংদুনা লৈখ্রোই। মতম থরা লৈরম্লগা মখম অদুদা লোজখি। মহারাজ চুরাচান্দনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তেক্লা কৃদুনা মখতা নানা কৃদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা লেকনিখি।

মহারাজ চুড়াচান্দনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা চৎনরম্বা শেলদি লুপা, মখাই, শিকি, অনা, পৈশা মতেক, অমসুং পাইনি। পাই অহুম নৎত্রগা মতেক অনীনা পৈশা অমা, পৈশা নিপালনা অনা অমা, অনা নিপাল নৎত্রগা শিকি মরি নৎত্রগা মখায় অনীনা লুপা অমনি। মতম অদুগী শেলদু য়াম্না তাঙবনা শেংনা চানবা ফিরোল শীজিন্নবা পোৎ-চৈগী মমল য়াম্না হোঙলম্মী। উতোং হম্ফুমরিনা শাবা ফৌ শংবাই অমগী মমল অনা অহুমনি,পূম্না লৌরগা লুপা অমগী শংবাই অহুম ফংলম্মী। ঙক্রা, ঙমু, ঙাতোন্নচিংবসু য়াম্না হোঙলম্মী, লুপা অমগী ঙাতোন ১০০ ফংই। লৌ পল্লী অমগী মমল লু: ১২ দগী ১৫ ফাওবা পীরম্মী। সনা শল অমগী মমলনা লুপা মরি মখায়নি। মচৈ মঙা পানবা ছাটিন নৎত্রগা লানটেন য়েকপা চুরুপ উপু অমগী মমল পৈশা অমনি। মচৈ তরা হানবা অকবর য়েকপা চুরুপ উপু অমগী মমলনা পৈশা অনী মতেক্লি। মতম অদুদা লিক্লী ফংদে। অচাথাউ, কেরোশিন্নচিংবা মহী লাংবা পোৎ পূম্নমক উতোংদা হাল্লম্মী। উতোংনা শেম্বা মচৈ পানবা কাংগন্দা গুল্লগা অচাথাউ অমসুং কেরোশিন লৈনরম্মী। থুম্না ঙাম্থক্তা ওল্লি। সরকারগী লোইশংদা থবক তৌবা মুহোরি অমগী থাগী তলব লুপা ১০নি কেরানিগীনা লু: ১৫নি, ফোরেষ্ট গার্ডনা থাদা লুপা ১০নি। অরাপ্পা চীংদা চৎলগনা ফোরেষ্টর গার্ড অমদনা মখায় অমা হাপ্পী, প্রাইমারি (এল.পি.) স্কুলগী হেড মাষ্টর অমগী লু: ১৫নি। ওঝাগী লু: ১০নি । চম্প্রাসি, দারোগা অমগী থাগী তলব লু: ৭নি । চৌকিদারগীনা লু: ৪নি। শেনথোক ব্রাৎপনা লৌ- ইংখোলগী খাজনা থীবা ঙম্নদবদগী লৌ-ইংখোল কয়া পাম্নরুদে। চহী অমগী খাজনা শিকি অহুম থিবা ঙম্নদবগী য়ুমগী পোৎ-চৈ কোল-লীক, নিলাম লাউরগা য়োল্লি।

নিংথেম পোকপী মমা শিজা লৈখিদবদুগী খৃ: ১৯৩৯ হিয়াঙ্গৈগী ১১নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মমাশিজগী ফুল পুদুনা মহারাজ চুড়াচান্দ বৃন্দাবন্দা লেঙখি। চহি অদু কুম ফত্তবদগী ফৌথোক ব্রাত্নুনা চেঙ-ফৌ কারবার তৌবা মীওইশিংনা পৈশিনখিবদগী ফৌগী মমল নোংম-নোংমগী ব্রাংখৎলকপনা নোংমগী শু-নোম্নগা চারা তাঞ্জবা মীওইশিং য়াম্না ব্রানরম্মী, ফৌ শংবাইদা মখাই পীরক্লবদা লাইরবশিংদি ব্রাবগী পনখৈ লৈনখিদে। ফৌ, চেঙ কারবার তৌবা ফৌ তকপা মিল মপুশিংনা খুদোংচাবা লৌদুনা মখোয়না য়োম্নিংবা মমলদা চেঙ তক্কুনা য়োল্লকপনা ফৌ শংবাইদা শিকি অহুম পীরক্লবদা লৈত-লাইরা কয়া চারা নামত্তা চাদুনা চারা হেল্লক্লবদা কৈথেল কারিবী ইমা-ইবেলশিংনা কৈথেলদা তিন্নরগা চেঙ কারবার তৌবা

মিল মপুন্শিংদা চেং মমল হেন্না য়োলহন্দনবা লেপ্পরম্মী। খৃঃ ১৯৩৯ পোইনুগী নোংমা পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা খাগেমপজি পম্ফুক্তা লৈবা খুমুকচম তোলচৌ মেঞ্জরগী ফৌ চেঙ তক্লিবা মিলদা চেঙগী মমল ব্রাংনা য়োনবদু য়োনবিগনু, অহ্রা-অনা মতমনি হায়জরক্লবদা তোলচৌগী নুপী অমদি মচানুপানা ইন্নলনা ব্রানবা ফৌনা তকপা চেঙনি,মমল হেন্না ম্লোনবা য়োন্দবা ঐখোয়গী ইনীংনি হায়না অকনবা পাউখুম পীরক্লবদা নুপীশিংনা শাউদুনা মমা-মচাদু ফাগে তৌরকখি, খন্ননা মিল থুদেক্কদবগী ফুজিল্লকপদু উবদা তোলচৌনা চেস্থোরক্লগা ঐখোয় লাঞ্জরে চেঙ মমল তানা য়োনজরগে হায়জবদগী নুপী ময়ামদু শাওবা নেমথরক্লুনা চংখি। অদুদগী নুপী ময়াম্না মিষ্টর টি.এ. সার্প (T.A. Sharp) ছোটো সাহেবগী বঙ্গলাদা লাক্লগা মপান্দা চেঙ, চেঙপাক থাদোক্লুনা মীয়াম ব্রাহনবা য়ারোই থিংগদবনি হায়রবদা নোংঙাল্লগা হুকুম হায়দোক্কে হায়শিন্নদুনা নুপী ময়ামদু থেমদুনা থাদোকখি। চেঙ, চেঙপাক মপান্দা থাদোকপা লেপ্তবনা চেঙগী মমল ঈশিং, ঈচাওগুম নোংমা-নোংমগী হেনগৎলক্লুনা ফৌ শংবায়দা শিকি অহুম অনা য়ৌশিক্লিবদা নুপী ময়াম খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা তিন্নদুনা খন্নরগা পোইনু নিনি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মপান্দা থাগদবগী লৈরিবা চেঙ, চেঙপাক হাপ্পা গাডী ময়ামদু নুপীশিংনা ফারগা দরবার হোল মনুংদা পুরক্লে। ছোটো সাহেবকনা দরবার মেম্বরশিংগা দরবার হোল মমাঙদা ব্রা তান্নদুনা ফন্নিবৈদা নুপী ময়াম চঙলক্লুনা হৌজিকমক চেঙ, চেঙপাক অমত্তা মপান্দা থাদোকলোই হায়না হুকুম তৌগদবনি তকশিল্লক্লবদা মেম্বর ময়ামদি কিদুনা লোম্না চেনখ্রে, ছোটো সাহেব মতোমতা দরবার হোল মনুংদা ফমদুনা লৈহৌরে। নুপী ময়াম্না দরবার হোল তম্না চঙশিল্লক্লগা কোয়শিল্লক্লবদা ছোটো সাহেব টি.এ. সার্পনা— নবদ্বিবতা লেঙখিবা মহারাজগী সনা য়াথং য়াওদ্রবদি ঐনা মপান্দা চেঙ-চেঙপাক থাদোকপা থিংবা ইতিক্ক লৈতে হায়রক্লে। নহাক্লা ঙমদ্রবদি হেজিমক নবদ্বিতা লেঙখিবা মহারাজদা টেলিগ্রাম তৌদুনা মাগী য়াথং লৌরগা চেঙ থিংবগী হুকুম হায়দোক্কদবনি হায়না নুপী ময়াম্না তকশিক্লবদা ছোটো সাহেব খাঙবা ঙমদ্দুনা নুপী ময়ামগা লোয়নন্না ডাকঘর তান্না টেলিগ্রাম তৌবা লাকই। ছোটো সাহেবনা ডাকঘর চঙপ্লবদা মহারাজদা টেলিগ্রামদি তৌদনা বেঙ্গল খোংদুনা সিফাই ময়াম কৌখি। অসাম রাইফলগী সিফাই ময়াম লাক্লুনা নুপী ময়ামদু তনখাইনবা হোৎনবদা নুপী ময়ামগা ইন্নবদা খুৎ থোক্লবা য়াওখি। মমৈথংদা সিফাইশিংনা শাউদুনা নোংমৈ মত্তোন্দা শঙ্গিন হাপ্লগা মিনুংশি খঙদনা থিনবদা নুপী ময়াম শোকখি,

ঈ য়াম্না ভাখি। নুপীশিং অদু ডাক্তর খানাদা পুদুনা অশোকপা লায়কম্মখি। শোকহৌদবা নুপীশিং অদুদি শিবা কিদবমখৈ সিফাইশিংগা হনবা লৈতনা ইম্নবদুদা নুংশা থীরক্লুনা ছোটো সাহেবনা নবদ্বিপতা টেলিগ্রাম তৌদুনা "হংবদা নবদ্বিপতা মহারাজ লৈত্তে খুমলকখি। পাউ অসি তাবদা নবদ্বিপতা লৈত্রবসু ভারতকী মফম অতৈদা লৈরমগনি খণ্ডনবা থিরগা মহারাজগী য়াথং লৌগদবনি হায়না নুপী ময়াম্না তকশিল্লকপদগী মহারাজগী মজাইবুংঙো প্রিয়োবর্ত্ত লাক্লগা শুসিদি থেঙলে মীরৈবাক্কী ডাকঘর পূম্নমক ছুতি ওইরম্লগনি হয়েং ইশামক য়াওনা টেলিগ্রাম তৌদুনা মহারাজ থিরগা ম্না য়াথং লৌগে হায়না থেমজিনবদা য়ারদুনা নুপী ময়ামদু য়াচঙবদা ময়ুম ময়ূমদা হন্নখি। নোংঙাল্লগা পোইনু ৩নি পানবা য়ুমশকৈশদা কেরানি খাইদেম নোংয়াইনা বৃন্দাবন্দা টেলিগ্রাম তৌদুনা মহারাজগী য়াথং লৌবদা মণিপুরগী পল্টন অমা অমদি কোহিমাগী পল্টন অনীগী চানবা চেঙ থারগা অতৈদি চেঙ অমত্তা মপানদা থারগনু থিংলো অদুগা বড় সাহেব অমসুং ছোটো সাহেব অনীনা ইমা-ইবেলশিংগী মনীং থুংনবা তৌবিয়ু লৈবাক ব্রাথোক ওইদনবা শিনবীয়ু হায়রকপদগী বড় সাহেব অমসুং ছোটো সাহেব অনীনা লুচিংবা মৈতৈ নুপী ময়ামগা লোয়ননা ইম্ফালগী মনুংদা লৈবা ফৌ তক্লবা মিল পূম্নমক থিংজিখি, চেঙ-ফৌগী কারবার তৌবা মীওইশিংগী গুদামদা চঙদুনা পৈরিবা চেঙ-ফৌ বোড়া ময়াম অদু মশীং থীরগা মীয়ামদা অতাবা মমলদা য়োম্হোক্লকখি। পোইনু নোংমা পানবদগী হৌরগা নুমিৎ ৭নি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল লেপখিবদগী ফৌ-চেঙ পুখৎনরক্লুনা ফৌ শংবাইদা লুপা অমা পীরখি। প্রজা মীয়াম ব্রানখি পোইনুগী ৬নি পানবা নুমিত্তা মহারাজ চুড়াচান্দ বৃন্দাবন্দগী থুংলখি। মহারাজনা থুংলবা মতুং নুমিৎ ১০ নিমুক লৈরগা খ্বাইরম্বন্দা চেঙ পুরকপা গাড়ী ১৩ নুপী মীয়াম্না ফারগা সনাকোনুং তম্না পুরক্লুনা মহারাজদা ব্রাকৎখি। চেঙগী ব্রাথোক অসিনা মরম ওইদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল নুমিৎ ৯ নি কাদদুনা লৈখি, কৈথেল মুৎলবদা মহারাজনা নুংশা থীদুনা পানা মরিগী লৈকায় লৈকায় খুদিংদা মী থাদুনা কৈথেল কানবা পাউ চেনবদগী কৈথেল অমুক কাখি। চেঙগী ব্রাথোক্কুগী নুপীগী ঈরাং অসি নোংম-নোংমগী কনখৎলকপা উবদা মহারাজগী পুক্লিংদা নুংশা থীখি। কনাগুম্বা খরগী থৌইনশিন য়াওরমগনি চিংনদুনা মহারাজনা মী থাদুনা ঈ-পাউ লৌদুনা কৃপ্না খণ্ডলবা মতুংদা য়াইস্কুলদা লৈরিবা চৈরাপকী মেম্বর ওইরিবা হিজম ইরাবোতপু ময়ূমদা থাদুনা ফাহল্লগা জেলদা থমখি। হিজম ইরাবোত ফাখিবদগী মৈবু ফিনা কৃপ্না য়াদবগুম মনুংদা লোম্না ওমচাক্লরিবা ঈরাংগী মৈচাক্কু নোংম-নোংমগী মপুং ফারক্লুনা মোইরাংখোম কৈথেল অমদি

কলিমাইনা কোনবা মফমশিংদা নুপীময়ামসু তিন্দুনা মিতিং তৌখি। মিতিং অদুদা নুপীদা নত্তনা নুপা ময়ামসু য়াওশিনজুনা অচৌবা মিতিং ওইরকখি। হায়রিবা মিতিং অদুদা হিন্দু মহাসভাগী লুচিংবা কাঙবুনা বন্দে মাতরম লাউরগা ব্রা ঙাংলিঙেদা মহারাজনা থনাগী মকোক থোংবা মীওই থারজুনা থিংববু য়ারক্লবদা সিফাই ময়াম কৌথোক্লগা নোংমৈ কাপ্তুনা তানখাইবদগী মীয়াম কায়দুনা চেন্নখি, কৈথেল কায়খি। মথংগী নুমিত্তা মীয়াম অমুক তিন্নগদবগী হোৎনরক্লবদা মহারাজনা সিফাই ময়াম থাদোক্তুনা মী অমত্তা মফমদুদা চঙহন্দনা থিংদুনা থন্নগা মখোয়না অপাম্বদু চেদা ইরগা দরখাষ্ট ওইনা থারকউ, মরম চাবা ওইরবদি খন্নগনি হায়দুনা ইবা নোটিস থোক্তুনা মীয়ামদা খঙহনখি। হিজম ইরাবোতপু বিচার তৌরগা মরাল লৈ হায়দুনা চহি ৩ ফাদোক পীখি। নুপী ময়ামগী লুচিংবী ব্রাহেংবম লৈকাইদগী ব্রাহেংবম ওংবী তোনখোম্বী,তেরা কৈথেল্লদগীনোংথোম্বম ওংবী খোংনাং, ব্রাংখৈ অঙোম লৈকাইদগী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী মুখি, উরিপোক খাইদেম লৈকাইদগী থোঙাম ওংবী অমুবী, নুপী মরিবু ফাদোক পীখি। নুমিৎ অসিদা দুকান থোঙ লোল্লু য়াদবা দুকান্দার কয়া নুপীশিংনা চাইখায়খি। পোৎ-চৈ চাইথোক্তুনা মাঙহনবা অদু উবদা সিফাইশিংনা ঙাকপা ঙন্নক্লবদা মহারাজ অমসুং বড সাহেব মশামক লাক্তুনা ঙাকখি মৈতৈ নুপীশিংনা লুচিংবা অসিগুম্বা থৌদোক অসিবু মৈতৈগী ইতিহাসতা 'অনীশুবা নুপী লাল' হায়না খঙনৈ। নুপী লানগী ঈরাংনা খরা নেমথরক্লবদা খৃ: ১৯৪০ গী মার্চকী তারিক ২২ লমতাগী ১৩নি পানবা ইরাই নুমিত্তা অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তাবা মতমদা ময়াম্বুং মচা ভীগেন্দ্রজীৎনা ইংখোলগী মতোন্দা চীং মান পৃথ্রি তৌরিবা অদুগী মপান্দা ফক অমা থাদুনা মশূ অনী অদু খূদৈনা পুল্লগা ফন্নগা গুরুময়ুমললাবী শর্ম্মনা মনাক্তা লেপ্তুনা পৃথ্রি তৌবদু য়েংনা য়েংনা ব্রারী শাদুনা লৈরিঙেদা হৈন্নাম গোপালনা ফিনুংদা থাঙ য়েপ্তুনা পুরক্লগা তুংলোমদা লোম্না চঙশিল্লক্তুনা য়ানখি, ময়াম্বুং মচাগী নুপী খুরাইজম তোম্বীমচা শিজনা উবক্তুনা লাউরগা মতুংদা গোপালদু কোনুংগী সনথোং ময়াদা নামৈরাকপম পঞ্চমী জমান্দারনা মরাইবক্তা নোংমৈ শজিলনা থিন্দুনা ফানবা হোৎনবদা গোপালগী থাঙনা হাইবদগী পঞ্চমীগী ওইথংবা পাম্বোম খরা শোকখি। সিফাই চঙদুনা গোপালদু ফারগা খুদক্তা জেলদা থমখি। মমৈথংদা ফাঁসি তৌদুনা হাংখি। ময়াম্বুং মচা ললাবী শর্ম্ম অনীদি লায়কন্নবা ঙমদনা খূদক্তা শিখি। খৃ: ১৯৪১গী ইঙা থাগী ২৫নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা মচা ইবুংঙো বুধচন্দ্রগা রামনগর (চম্প্রম)গী যুবরাজ রামরাজগী মচানুপী অহল ঈশ্বরী দেবীগা কলিকতাদা লুহোংলম্মী। চুড়াচান্দ মহারাজনা পানবা চহি ৫০ শুবগী

নুংঙাইবা ফোঙদোকপদা কোনুংদা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌদুনা হরি সংকীর্ত্তন শকই, লৈত-লাইরবশিংদা চাক পীজে। নুংথিলদা পানা শগোল কাঙজে শান্নে। খোঙ কাঙজৈসু শান্নে। মতম অসিদা মহারাজ মশা ঙমলত্তদুনা নবদ্বীপদা লেঙখি। মফম অদুদা পূক্লিং চঙনা লাই নীংদুনা লৈখি, চহী অদুগী হিয়াঙ্গে ১৭নি পানবা (১৬/১১/১৯৪৪),শগোলশেল নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৯ মিনিট ২০ চংপদা মহারাজ চূড়াচান্দ শ্রীধাম নবদ্বীপতা পুন্সিগী অরোইবা য়াহীপ তানখি। নোংঙাল্লগা, ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা পাউ ফংবদা নোংমৈ তোপ ১৫ রক কাপ্তুনা প্রজা মীয়াম খঙহনখি শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মাঙপতা মহারাজ চূড়াচান্দগী শ্রাদ্ধ নুমিত্তা পালা নিপাল হরি সংকীর্ত্তন শকখি।

মহারাজ চূড়াচান্দগী রানী চিংখাম চনু শ্যামাশখিনা মজাইবুঙো বুধচন্দ্র, প্রিয়বর্ত্তা অমসুং খেদাসনা অহুম পোকই। ঙাংবম চনু ঙাংবী (ধনমঞ্জুরি) মহারাণীনা মজাইবেম্মা মরি পোকই। মমিংনা অঙৌম্না, তোম্বীস্না, তম্ফাস্না অমসুং বিনোদিনিনি। চোংথামচনু ইবেম্মা ধনমঞ্জুরিদি মচা অমত্তা পোক্তুনা য়াম্না ঙন্না শিখি। হাওবম চনু ইলাবতিনা মচানুপা লোকেন্দ্রো অমসুং মচানুপী ভাবীনী পোকই। ঙাংবম চনু শখিতোম্বীনা মজাইবুংঙো জয়সিং, মচানুপী চুনস্না, রাধাস্না পোকই। মাইস্নাম চনু শুবদনিনা মজাইবুঙো মাইপাকস্না, মচানুপী সনাতোম্বী পোকই। চিংখাম চনু অপানবীনা কমান্দীং পোকই।

মহারাজ চূড়াচান্দনা লৈখিদ্রবদা চিংঙাখম চনু শ্যামাসখীনা ১৯০৮ ইং, ইঙেনগী ২৬নি পানবা ইরাই নুমিত্তা পোকপা মজাইবুঙো বুধচন্দ্রনা খৃঃ ১৯৪১ হিয়াঙ্গৈগী ১৮নি পানবা ইরাই নুমিত্তা অভিষেক তৌদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। শ্রীমতি ঈশ্বরী দেবীনা কংলৈপাক্কী মহারাণী ওইদুনা বৃটিশকী শাসন মখাদা পানখি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা পানবা নিংথৌ অসিগী মতমদা মণিপুর প্রজাশিং য়াম্না ব্রানখি। মীশি-মীনা য়াম্না থোকখি। লান মনুংদা অশি অনাগী শ্রাদ্ধ শোনবদা ক্বা অমগী মমল অসুক্কী মতীক তাঙন্দ্রে, পানা মনা ফংদদুনা ক্বা মপুম অমগা মনা মপুম অমগা হাপ্লে। ক্বা অমগী মমল লুঃ ১, মনা মপুম অমগী মমলসু লুঃ ১নি। পোৎ-চৈগী মমলদি লান মমাঙগী মমলদগী শরুক তরা হেনগৎলি। মমল ব্রাংবদা নত্তনা লৈবা ফংদদুনা য়াম্না ব্রানে। লান মমাঙদা শিকি পীরম্বা লুপা অহুম য়ৌখি, অচাপ্পাউ পন্নাদা শিকি পীরম্বদুনা লুঃ ৬ য়ৌখি। লুঃ ১গী ফৌ শংবায়না লুঃ ১০ য়ৌখি।

সনাগী মমলদি য়াম্মা হোংথরম্মী। অদুবু কনানসু সনা লেপ্লদে। লান মমাঙদা লৌ শংগমদা লু: ১০দা লৈবীনবা কনাসু লৈখিদে। লান মমাঙদা লান্টেন তৃক্রুপ (মচৈ মঙা হানবা) উপুদা পৈশা অমা পীরম্বদু লান মনুংদা লুপা অমগা মখায় য়ৌখি।

খৃ: ১৯৪৭ ইঙাগী ৮নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ত্রিপুরাগী নিংথৌ বীরকিশ্বর দেব বর্মন বাহাদূরনা কে.সি.এস.আই.না নোঙাখিন্নদা মহারাজ বুধচন্দ্রনা মৈতৈগী মমিং চৎলবা সংকীর্ত্তন পালা অহম পুরগা শ্রাদ্ধ শোন্নবা লেঙখি। মফম অদুদা লৈরম্বা মৈতৈ মচাশিংগা উন্নবদা মখোয়না মহারাজবু য়াম্না থাগৎলকই। খৃ: ১৯০৭তগী লৈরক্লবা মণিপুর ষ্টেট দরবার মুথৎলগা ১৯৪৭ জুলাই ১দগী মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল হায়না মমিং ওন্থোকখিবী মিষ্টর পিরসন (Mr. Pearson Esy M.B.E., I.C.S) পু চিফ মিনিষ্টর হাপ্তুনা দরবার মেম্বরশিংনা মণিপুর ষ্টেট কাউনশিলগী মেম্বর হায়না মমিং থোন্দুনা লৈবাক্কী ব্রায়েল পথাপ চথখি। ভারতকী কংগ্রেসনা লুচিংলগা চহী কয়া চুপ্পা ভারত নীংতম্নবগী চঙশিন্নকপা খূৎলাই পায়দবা আন্দোলনগী লান অদু খূৎশু-খূৎলায় ব্রাত্তবা মীচং শঙ্গ য়াম্বা বৃটিশ সরকারনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা খৃ: ১৯৪৭ জুনগী ৩দা বৃটিশ পালিয়ামেন্টতা ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট পাস তৌদুনা ভারত অমসুং পাকিস্থান লৈবাক অনী থোক্না খায়দোকখি। চহী অদুগী অগষ্ট ১৪ অহিংদা বৃটিশনা ভারতবর্ষগী লৈঙাক শাসন থাদোক্লুনা অগষ্ট ১৪দা পাকিস্থানবু নীংতম্বা লৈবাক্নি হায়না লাউথোকপগা লোয়ননা আগষ্ট ১৫দনা ভারতপু মনীংতম্বা লৈবাকনি হায়না লাউথোকখি। অসুম্না ভারতবর্ষ মনুংদা বৃটিশ শাসন মখাদা লৈরম্বা ষ্টেট খুদিংমক মশা মশাগী নীংতম ফীরান পাইরক্লবদা, মণিপুরসু বৃটিশনা চৎখিবা চহী অদুগী থব্রানগী ২৯নি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭ মিনিট ১০ তাবদা মহারাজ বুধচন্দ্র অমদি মহারানী ঈশ্বরী দেবী অনীনা কংলাদা চঙদুনা মেন তোংখি। অমদি মণিপুরগী মনীং-মখা তম্বগী নুমিৎ অদুগী হরাও-কুম্মৌনা মৈতৈ লৈবাক ময়োলদা পুম্নিংনিনখি। অসুম্না বৃটিশনা কংলৈপাক অসি পাম্লিঙৈ মতমদা য়াম্না হেন্না তমথীবা মীশি মীনা অমদি খুত্তাক লানশিবমক থোক্লুনা থম্বীরম্লবসু মসিনা ন্যাকোইননা তম্বীরম্বা য়াম্না ফত্তবা করপসনগী চৎনবী হায়বদি শেনজাও পায়বা কারবারব্রালা অমদি লৈবাক্কী অচৌবা য়াইতোং ফমদোংবা মীওই কয়ানা মীওইবগী হকপুং পৈশানা মাঙহনবগী চৎলবী অদুদি ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈহৌখি। মসিনা ২১শুবা চহি অসিদা মীবু মমল লৈদুনা লৈবা য়োনবগী চৎনবী ওইনা লৈহৌরে।

---

# পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও অমসুং মণিপুরগী শক্তম

খৃ: ১৯৩৯ ইংদা জর্ম্মনগী লুচিংবা হিটলরনা মৈরী চৃদুনা হৌদোকখিবা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও পীক্লবা কংলৈপাক্কী লমদম অসিদসু য়োংশিন্নরকুনা মণিপুরদসু মীশি-মীনা কয়ামরুম থোক্কুনা অমদি য়ুম-কৈ কয়া শাক্তৈরবা বোমনা থুগাইদুনা মাঙহনখি। অসিগুম্বা লাঞ্জাও অসিদা জর্ম্মন্না পোলেন্দ নোর্ৱে, ডেনমার্ক, বেলজীয়ম, হোলেন্দ, পেরিস, গ্রীক অমসুং বুলগেরিয়ানচিংবা লৈবাক মচা ময়ামশিং মায়থীবা পীরবা মতুংদা রুশিয়া, অমেরিকানচিংবা মতীক মথৌনা লৈবা লৈবাক্তা লান্দানবা খৃ: ১৯৪১ গী ডিসেম্বর ৭তা জর্ম্মন, জাপান, ইটালি অহুম্না য়ান-চে সহি তৌনরম্মী। নাকল অমরোমদা অমেরিকা, বৃটেন, রুশিয়া য়াওবা লৈবাক ২৬কী মীচঙ শেমদুনা ইউনাইটেড নেসন্স ডিক্লারেসন (United Nations Declaration) কৌবা এলাইদ ফোর্সকা অকনবা লম্বা পাদুনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মৈরীনা মালেম শীনবা চাকখৎলকখি। জর্ম্মন্না ষ্টেট লিংগেদতা লান্দাক্লরবদা জর্ম্মন লাম্মী ৩,০০,০০০ রুশিয়াগী অকনবা ফোর্সনা হাৎখিরম্মী। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি য়ৌরক্লবদা জর্ম্মন সলেন্দর তৌখি। নাকল অমরোমদনা জর্ম্মনগী মীচং ওইরিবা ইটালীগী প্রজা মীয়াম্না হৌরক্কুনা মুসোলানিবু ফারগা জর্ম্মনগা চুংশিন্নদবা অনৌবা সরকার শেম্লবা থৌরাং তৌরক্লবদা লান্দা মায় পাকলোয়দবা থৌওংদু উরকপদা হিটলর নীংবা কায়দুনা মথন্তা নোংমৈনা কাপশিন্দুনা শিজখি। হিটলর শিরবদা জর্ম্মনগী মপাঙ্গল খংহন হন্থখিবদগী লানগী ঈরাং ইউরোপ্তা খংনেম নেমথরকখি। ইউরোপকী অচৌবা লানথেংবদা জর্ম্মন্না চুমশিন্নদুনা পৃথিবীবু ঈরাং থোকহনবা য়াওরুবা জাপান, আমেরিকা অমসুং বৃটেন এলাইদ ফোর্সনা প্রশান্ত মহাসাগরদা তান্নরকখি। নাকল অমরোমদা জাপান্না ভারত মহাসাগর লোমদা অকনবা লান চঙশিল্লকখি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাণ্ডাওনা মালেম অসি মৈরী থোক্লা। চাকথেরক্তুনা পৃথিবীগী কাচিন কোয়া শিয়া চাক্লক্লবদা মযুমগী অচীকপা কাদা ভারত নীংতম্বগী রাখলদা চাবা থকপা চঙদনা লৈরিবা নেটাজী সুবাসচন্দ্র বোস মশক লোত্তুনা ফিজেং ওন্থোক্লগা অরোনবা লম্বীদা খৃ: ১৯৪১দা কলিকত্তা থাদোক্তুনা চেনখি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাণ্ডাওগী পাউ অসি মণিপুর য়ৌরক্তুনা মী পুম্নমক লাঙত্তক্লবা অমদি কিনবনা মরক মরক্তা খ্বাইম্বন্দ কৈথেল কায়রম্মী। চহী অসিগী ২৮নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা শ্রীমদন মুহনগী মন্দিরদা নোংচুপ থংবা উখোংদগী থোরকপা ককচেং মপৈ অমগা নোংপোক মায়কৈগী উখোং অহোবদগী থোরকপা মচু মমেন মান্নবা ককচেং শঙ্গু অমগা লাইমাঙদা লম্বা-লম্বা মায়োক্লদুনা হুন্নবা লৈতনা চীক্লবদা মায়কৈ অনীমক্কী ককচেং য়াম্না শিদুনা তারে। মমৈথংদা নোংপোক্কী উখোংদগী থোরকপা ককচেংনা ঙমলে। অঙকপা পাউ অসি তাবদা প্রজাশিংগী মপূক্লিংদা লানগী লাংতক্লবা মীপাইনবা হেনগৎলক্লে। থবক ইনখাং শুবা নোম্বা খোইজংদ্রে। ককচেং শিবগী পাওদু তাবদা নিংথৌনা নুংশা থীদুনা শ্রীমদন মুহন খূরুম্বা লেঙখি। জাপান্না সিঙ্গাপুর খুদম হেক চনখিবগা মফম অদুদা লৈবা রাসবিহারী বোসনা ভারত মচাশিং খোমগৎলগা জাপানগা খূৎশম্নদুনা ভারতবর্ষদগী বৃটিশ সরকার তান্থোক্লবা শেম-শাদুনা লৈরিঙেদা জর্ম্মনগী সবমেরিন তোংদুনা লাকপা সুবাসচন্দ্র বোসকা থেংনদুনা ইন্দিয়ান নেসনেল আর্মি শেমগৎলগা নেটাজীবু লাম্বীগী মকোক হাপ্তুনা অজাদ হিন্দ গর্ভনমেন্ট লিংখৎলে হায়না সিঙ্গাপুর রেডিওদা লাউথোক্লগা ইকুই কুইনদনা জাপানগা খূৎশম্নদুনা অকনবা লানজং চঙদুনা বর্ম্মা লৌশিনখি। জাপানগী লান ঙাক্লবগীদমক বৃটিশকী সিফাই ২০০০ লানগী খূৎশু-খূৎলাই নোংমৈ তোপ্নচিংবগা লোয়ননা অচা-অথক পুনবা উট ১২ শগোল খচর ১০০ মৈতৈ লৈবাক্তা থূংলরে। লানগী পাউ তাবদা প্রজা পুম্নমক মিপাইনরে, থবক ইনখাং শূবা নোম্বা খোয়জংদ্রে। য়ুমথোং খূদিংদা মী লোৎনবা কোম তৌরে। খৃ: ১৯৪২ কালেনগী ২৫নি পানবা (মে ১) নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবা মতমদা নোংপোকলোমদগী পাইরকপা জাপানগী এরোপ্লেন্না নুংয়ুংবী, খুয়াথোং, অসাম রাইফল, ইঞ্জিনিয়র (পি. ডব্লিউ. ডি) ওফিস, মেঞ্জর খুল, থাংমৈবন্দ, চীংমৈরোং, মন্ত্রিখোংনচিংবা মরুওইবা

মফমশিংদা বোম য়াম্না থাদরবদা অচৎ-অওক মীওই কয়া বোম্না পান্দুনা শিরে গাড়ী কয়াসু মৈনা চাক্লে। মদুদা ইম্ফালগী অকোইবদা লৈবা মী অয়াম্বা ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা খুঙ্গং তাম্না চেন্নখি। অহানবা বোম তাবা নুমিৎ পুং ১১ তাবা মতমদা কৈশামপাৎ, ব্রাহেংবম লৈকাইদা বোম থাদুনা য়ুম-কৈ য়াম্না মৈ চাকখি, মীসু য়াম্না শিখি, অশোক-অপন কয়া য়াওনখি। নুমিৎ অদুদগী ইম্ফালগী অকোয়বদা নত্তনা অনকপা খুঙ্গং লৈকাই কয়াগী মীওইসু ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা মখোয় মখোয়না পুবা ঙম্বা পোৎ-চৈ, অচা-অথক পুরগা অয়াম্না মফমদা লান চেন্নখিবনা ইম্ফাল সহর খুম্তাক লানশিবগা চপ মান্নগ্রে, সিফাই নত্তনা প্রজা কনাসু লৈনখিদ্রে। চান-থক্লবা পোৎলমদা নত্তনা নিতি নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নবা মরুওইবা পোৎ-চৈশিংগী মমল অঙকপা ফংনা তাঙখৎলম্মী প্রজা মীয়াম হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রানখি।

খৃঃ ১৯৪৩ শঙীবুগী ১৫নি পানবা, এপ্রিল ১০ লৈপাকপোকপা নুমিত্তা খুরাই তেলিপতি, খোমিদোক্লচিংবা মফম খরদা বোম থাদখি। খুরাইদা চিঙ্গাংবম গুলাপকী মণ্ডপতা উসব ঙাইরিঙৈদা বোম থাদরক্লুনা মী ১০০ খুদক্তা শিখি, য়ুম-কৈ য়াম্না মৈ চাক্লুনা শা-ষনসু য়াম্না শিদুনা অমাঙ-অতা য়াম্না থোকখি। নোঙাল্লগা য়ুমশকৈশা নুমিত্তসু কংলা মনুং কৈশামপাৎ তেরা কৈথেলনচিংবা মফমশিংদা জাপানগী এরোপ্লেন্না বোম চাইনা চাইনা থাদরবসু মীওই অয়াম্বা মফম অদু থাদোক্লুনা চেন্নখিবদগী মীদি য়াম্না শিখিদে। য়ুম-কৈ, শা-ষন খরদি মাঙ-তাকহনখি। চহী অসিগী হীয়াংগৈ ১৫নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা কোইরেঙ্গৈ অমদি ককচীং লমখাইদা বোম তাদুনা মী য়াম্না শিদুনা অশোক-অপন কযাসু য়াওরম্মী। লমতা ২১নি পানবা য়ুমশকৈশদনা শগোলবন্দ মায়কৈদা বোম তাদুনা অঙকপা ফংনা মীশি-মীনা য়াম্না থোকখি অমদি য়ুম-কৈ কয়া মৈনা চাক্লুনা মাঙ-তাকহনখি। জাপানগী এরোপ্লেন ফাইটরশিংনা মফম হোং-হোংদুনা বোম থাদবদু লেপ্তুনা কংফালদা থোরক্লুনা জাপান অমসুং আই.এন.এ. গী খোঙমী লান্মী খুৎশম্নরগা মায়কৈ য়েম্থোক্লদুনা চীংলোন লাম্না তকশিল্লকপনা মণিপুরগী তম্পাক লমদম য়ৌশীল্লকপা ঙমখি। অংগ্রেজগী অকনবা লান্মী থাজীন্দুনা

থিংনবা হোংনবদা ঙমদদুনা লাগ্লীং হল্লম্মী। আই.এন.এ. না চুরাচান্দপুররোমদগী তকশিল্লকপনা ঙাংখা লবাই য়ৌরক্লবদা মফম অদুদা লৈরম্বা বৃটিশ লাম্মী জাপানগী নোংমৈ তোপকী লাঞ্জংদুনা থিংবা ঙমদদুনা শমজী খায়নদুনা চেল্লম্মী। খৃঃ ১৯৪৩ আই.এন. এ.না ইরায় লাইনা মোইরাংদা চঙশিল্লকুনা আজাদ হিন্দ গোভর্ণমেন্টকী ফীরান চিংখত্তুনা মফম অদুদা হেড কাটর ওইখি।

অদুবু জপানগী লঙম ফাঙমদবা মতৌ অসিদা এলাইদ ফোর্সনা মায়থিবা পীরগে খল্লদুনা, নাগাসাকী, হীরোসিমাদা এটোম বোম থাদবদগী জপানগী মীওই লাক্ষ কয়া শীখি অমসুং মীওই লাক্ষ কয়া অশোক-অপন নঙলবা মতুংদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও লোয়শিনখি।

---

# মর্জর এগ্রীমেন্ট

মহাত্মা গান্ধিজীগী লীচিং মখান্না শোক্করকপা খুংলাই পান্নদবা নীংতম লানহৌদা বৃটিশ গোভর্ণমেন্টনা য়ারোই খঙজদুনা খৃঃ ১৯৪৭ জুলাগী তাং ৩ দা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট পাস তৌখিবগা লোইননা অগষ্ট ১৫দা ভারত নীংতম ফীরাল চিংখৎখি। অসুম্না মণিপুরদসু চহী অমুগী থব্রানগী ২৯নি পানব ইরাই নুমিত্তা ষ্টেটকী দরবার হোলদা কংলৈপাক্কী অঙম-অথৌ ফম্নাইবশিং প্রজা মীয়ামগী মমাঙদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা নীংতম্বা মণিপুর ষ্টেটকী লৈঙাক শাসন পায়রে হায়না বড় সাহেব জি. পি. ষ্টবার্ট (G.P. Stawart, I C S.) না লাউথোক্লম্মী। খৃঃ ১৯৪৯, অগষ্টকী ১১দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা ট্রিটি ওফ এক্রোসনগী য়ান্ন-চে সহী তৌনদুনা ভারত সরকারগী মখুত্তা মণিপুরগী ফোরেন এফিয়ার্স, ডিফেন্স অমসুং কম্যুনিকেসনগী শক্তি অহুমসি শিন্নখ্রবসু নিংথৌ পানবা ষ্টেট অমা ওইবগী অপাম্বদু চৎচবদা অয়েৎপা অমত্তা পীদবনা মণিপুর অসি মনীং মখা তম্বা ষ্টেট অমা ওইবগা লোয়ননা মহারাজ মশামক বৃটিশ সবকারগী নিংথৌগী শক্তি মগুণ মান্নরে খঙদুনা নুংঙাইজখি। খৃঃ ১৯৪৭ আগষ্ট ১৪দা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল মুখৎলগা ইন্টরিম কাউন্সিল শেমদুনা মহারাজনা মন্ত্রি তরেৎ হাপ্লগা লৈবাক্কী ব্রায়েল থৌদা, লৈঙাক শাসন পুহনখি। মন্ত্রীশিং অদুদি :

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মহাবাজ কুমার প্রিয়োবর্ত্ত | চীফ মিনিষ্টর |
| ২। | মেজর আর খাথিং | হীল এডমিনিষ্ট্রেসন অমসুং মণিপুর রাইফল |
| ৩। | সিনাম কৃষ্ণমোহন | ফাইনান্স |
| ৪। | রাজকুমার ভুবোনসনা | রিভিন্যু |
| ৫। | এমতি. বসিরউদ্দিন অহম্মদ | মেডিকেল অমসুং পি.ডব্লিউ. ডি. |
| ৬। | কোঞ্জেংবম গৌরো | এডুকেসন অমসুং লোকেল সেল্ফ গভর্নমেন্ট |
| ৭। | টি. সি. টিয়ামখম | ফোরেষ্ট অমসুং এগ্রিকলচর |

মর্জর এগ্রীমেন্ট

মতম অদুদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মরুওইবা মশীং পণ্ডাম য়ান্নমদে। খৃঃ ১৯৪৮ জুলাই ৩ নোংমাইজিং নুমিত্তা থৌবান্দা পাওথোকখিবা মীয়ামগী অচৌবা মীফমদা কংগ্রেসকী জেনেরেল সেক্রেটারি যেনেশ্বর, মেম্বর সলাম তোম্বী, একজিকুটিভ লোইতাম য়াইমা-নচিংবনা ব্রা ওাংদুনা নিংথৌ মূখৎলগা ভারত্তা তিনশিন্নবা ব্রারেপ লৌখি। মীফম অদুগী মতুং নুমিৎ ৩নি কোল্লগা জুলাই ৬ য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ব্রাংজিং ট্রৈল. পী. স্কুলগী লম্পাক্তা খাংওবোক, তেন্থা, শঙ্গাই য়ূম্ফম, লমদিং, ব্রাংজিং, হৈরোক, কাইরেনবীথোক খুলশিংগী খুঙ্গাশিংগী ওইবা অপুনবা মীফম অমা পাওথোক্লু না মণিপুর ষ্টেট থুগায়বা, নিংথৌ শূভম মূখৎপা সুকয়া য়ারোই হায়না মীয়ামগী ব্রারেপ লৌখি।

মণিপুর ষ্টেট কনটিটুাসনগী মখাদা মীয়ামগী মহুৎ থন্নবা মণিপুরগী তম্পাক্কী লমশিংদা অহানবা ওইনা ১৯৪৮ জুন ১১ অমসুং ৩০ দা মীখল পাওথোকখি। জুলাই ২৬ অমসুং ২৭ তনা চীংগী লমশিংদা মীখল পাওথোকখি। মীখল অদুদা পার্টি মওাগী মীরেপ্পা লম্বা পানবদা কংগ্রেসনা ১৩, কৃষক সভানা ৫, সোসিএলিষ্টনা ৩, হিল ইন্দিপেন্দেন্ট ১৮ অমসুং প্রজা শান্তী ১২ কাখি। প্রজা শান্তি, হিল ইন্দিপেন্দেন্ট অমসুং কৃষক সভা পার্টি অহুম্না পুল্লগা চুংশিন্নবা সরকার শেমদুনা ১৯৪৮ নবেম্বম ২৬তা অনৌবা মন্ত্রী তরেৎ হাপ্লুনা ব্রাশক লৌখি।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মহারাজ কুমার প্রিয়োবর্ত্ত | চীফ মিনিষ্টর |
| ২। | মেজর আর খাথিং | হীল মিনিষ্টর |
| ৩। | অরাম্বম ইবোতোম্বা | ফাইনান্স |
| ৪। | ডাঃ নিংথৌজম লৈবেন | এডুকেসন অমসুং পি. ডব্লিউ. ডি. |
| ৫। | অয়েকপম গৌরবিধু | কম্মর্স অমসুং ইন্দষ্ট্রি |
| ৬। | মিষ্টর টেবকিলো | ফোরেষ্ট অমসুং এগ্রীকলচর |
| ৭। | মহম্মদ আলিমুদ্দিন | জেল অমসুং মেডিকেল। |

মীখল পাওথোক্লুনা মীয়ামগী মীহুৎনা শেম্বা সরকাব অসিনা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাং কয়া পায়খত্তুনা লৈঙাক শাসন্দা পূক্কিং চঙদুনা মণিপুব অসি

ব্রাৎত্তা পাদনবা অমদি মরা তপ্পা শান্তি লৈনা পাম্নবা হোৎনজরবসু মীশিং য়াম্মা কাদবদগী সরকার পায়বা ভমহৌদ্রবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা মণিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবা অকনবা দাবী তকশিল্লকপা লোয়ননা ভারতকী জাতিয় কংগ্রেসনসু ব্রাফম অদু লৌগৎলম্মী।

মীখল পাঙথোক্তুনা প্রজা মীয়ামদা শক্তি শিন্নদুনা মখোয়গী (প্রজাগী) মীহুৎনা শেম্বা সরকারনা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাং অমদি লৈঙাক শাসন্দা পূক্কিং চঙদুনা মণিপুর অসি ব্রাৎত পাদনবা, লৈবাক মরা তপ্পা পানবা হৌরক্লবসু মীশিং য়াম্মা কাদবদগী সরকার পায়বা ভমহৌদ্রবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা মণিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবা অক্কনবা দাবি তানশীল্লকখি। নাকন অমদনা ভারতকী উপ-প্রধান মন্ত্রী সদার বল্লা ভাই পটেলনা ভারতকী মনুংদা নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংবু ভারত্তা তিনশিন্নবগী অকনবা থৌওংদা মনীং-মথা তম্মা লৈজরম্বা মণিপুরসু ভারত্তা তীনশিন্নবা পো কাঙবা হৌরকখি। থৌওং অদু মায় পাক্লা পাঙথোক্লবগীদমক খৃ: ১৯৪৯ জনুয়ারী ১দা উপ-প্রধান মন্ত্রী মশামক শিলোংদা লাক্তুনা মণিপুর লৌশিন্নবা অসামগী গভর্নর অকবর হায়দর আলীগা ব্রা তান্নরম্মী। গভনর মশামক মণিপুরদা লাক্তুনা মহারাজ কুমার প্রিয়োবর্ত্তবু মণিপুরগী দেৱান হাপ্পবা ব্রা তান্নখি। গভর্ণর মণিপুরদা লৈরিঙৈদা নোংমা ব্রাইখোমগী থুমখোং মনাক্তা ঙানু হাৎপা চৎপদা হার্ট এতেক ওইদুনা, অরোইবা য়াহিপ তানখি। গভর্ণর হায়দর আলি শিরবদা সদার পটেলনা মাগী খূৎচাবী বিহার মচা প্রকাশবু অসামগী গভর্ণর হাপখি। অদুগা সদার পটেলগা প্রকাশকা তান্নরগা ১৯৪৯ এপ্রিল ১৪ দা মেজর জেনেরেল অমর সিংহবু মণিপুরগী দেৱান হাপ্লগা লোয়ননা ভারত সরকারনা মহারাজ বোধচন্দ্রগী শক্তি পূম্নমক ভারত সরকারগী এজেন্ট দেৱান্দা শিন্নৌ হায়রকখি।

অসামগী গভর্ণর প্রকাশনসু মহারাজদা মণিপুরগী মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল অমসুং মীখল পাঙথোক্তুনা শেমখিবা এশেমব্লী অদু ভারত সরকারনা মশক খঙদে হায়না চিঠি অমা থারকখি।

ইং ১৯৪৯ জুনদা মণিপুর সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনা ভারত সরকারদা মণিপুর ভারত্তা তিনশিনবা হায়বসি মণিপুর প্রজা মীয়ামগী মীখল তৌদুনা মত লৌরবা মতুংদা পাংথোক্লবা ভারত সরকারদা তকশীনখি। মতম অদুগী

মণিপুর এসেমব্লীগী টাংগী এম.এল.এ. পুম্নমকসু মণিপুরনা ভারত্তা তিনবা শামদবা ফোঙদোকখি। চহী অদুগী আগষ্ট ৩দা মপাল কাঙজেবুংদা মীয়ামগী অচৌবা মীফমদা মণিপুর ভারত্তা শুত্তিন তিনবা য়ারোই হায়বগী ৱারেপ লৌরগা প্রধান মন্ত্রী জৱাহরলাল নেহরুদা থারম্মী। অদুগা প্রজা শান্তিগী মীহুৎশিংনসু মণিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবা হোৎনরীবদুগী মায়য়োক্তা অকনবা ফিরেপ লৌদুনা ভারতকী উপ-প্রধান মন্ত্রী সদার বল্লাভাই পটেলদা অইবা চে থাখি।

ভারত সরকারগী লম খোপচীনবা পাম্বগী অকনবা লাম্হংদা মণিপুরগী প্রজা মীয়ামগী অকনবা ঈহৌবু নমদুনা মায়থীহন্নবগীদমক গভর্ণর প্রকাশনা মহারাজ বুধচন্দ্রবু টেলিগ্রাম থারক্লুনা শিলোংদা কৌরম্মী। খৃঃ ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২৯ দা মহারাজগা গভর্ণরগা উন্নবদা আই মতীক চানা লৈবা, মীশিং য়াম্বা অচৌবা ষ্টেটশিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা য়েংদুনা ভারত্তা তিনবগুম আই য়ামদবা চাওখৎপা ৱাৎলিবা মীশিং য়ামজদবা মণিপুরনা ভারত্তা তিন্নবদি য়াইফগনি, লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাংদা খুমাও চাওশীনবা ওমগনি হায়না থেন্নম্মী। অদুবু মীখল তৌদুনা প্রজা মীয়ামগী মীহুত্তা লৈঙাক শাসনগী শক্তি পুম্নমক নিয়ম চুম্না শিন্নখ্রবনিনা নিংথৌ ওইজরবসু করিগুম্বা ৱাফম অমত্তা য়ানবা ওমদ্রে হায়জরম্মী। খুদিংমক মণিপুরদা হল্লগা সরকারগা তান্নদুনা য়ানচে সহি তৌনিংবগী অপাম্বদু খঙহল্লম্মী। মহারাজগী য়ানিংদবা মওং অদুদা গভর্ণর প্রকাশনা হুকুম তৌদুনা মহারাজবু বঙ্গলা মনুংদা মপানগী ঈ-পাউ অমত্তা ফাওনহন্দনা সিফাইনা কোয়শিন্দুনা থমখি। মওং অদুদা মহারাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরি শনসম গৌরহরিনা পেন্দ্রদুনা অসিগুম্বা লৈবাক অমগী নিংথৌদা উৎফম থোকপা ব্যৱহার নীতি নিয়ম অমত্তা চত্তৱা মিনুংশি খঙদবা মওং অদুদা থরা ফগদরা হায়দুনা শিল্লোংগী সুপরিন্টেন্ট ওফ পুলিসতা চিঠি ইদুনা মহারাজনা লৈরিবা বঙ্গলা কোয়শিল্লিবা সিফাইশিং অসি খুদক্তা লৌথোক্লবা চিঠি ইখি, অদুবু হায়া লৈরম্বা সিফাই মশিংদগী হেন্না থমজিনবিরকখি। অসুম্না ঈ-পাউ অমত্তা ফাওনহন্দনা য়াম্না চেকশিন্না বঙ্গলা মনুংদা ফাজীন্দুনা থম্লগা গভর্নর প্রকাশনা মহারাজ বুধচন্দ্রনা মাগা ৱারী শান্নবদা য়ান্নগদবা ৱারোল অদু ভারত সরকারগী মীহুৎ এডভাইজর শ্রী ভিঃ পিঃ মেনন্দা উপ-প্রধান মন্ত্রী সদার পটেল খঙহন্নবা টেলিগ্রাম থারম্মী।

য়ারোলদি :

য়ারী হৌরে। অয়ুক্তা মণিপুরগী নিংথৌনা য়ারী শাল্লে। য়ারী মথা তানদনা অমদি য়ানচে সহি তৌনদনা নিংথৌনা মণিপুরদা হল্লগনি হায়না কিহল্লক্লে। করিগুম্বা মওং অমত্তদা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী কাওবুবু মণিপুরদা হলহনখিবা য়াদে; মখোয়বু য়ানচে অসি সহি তৌনদ্রি ফাওবা মফম অসিদগী চখোহন্দনা ঙাক শেন্নবা য়াথং পীখ্রে। অমুকসু খুদক্তা টেলিগ্রাম খঙহনবীরকউ। অহমগুবা রিগুলেসন্না নৎত্রগা করম্বা হেন্না চুনবা পাম্বৈনা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী কাওবুবু ফাজীন্দুনা থম্বা য়াগদগে? মণিপুর ঈরাং হৌরকপা থোক্লবদি থেংননবা মীকুপ নাহম শিংনা লৈনবা সব-এরিয়াদা পাউ পীখ্রে। মথা তাবা পাউ পীরক্লবদি নুংঙাইজগনি। লোইজরে।

সহি, শ্রীপ্রকাস

ভারত সরকারগী লাংদা থুদুনা নাম্থোকপা য়াদ্রবা মহারাজ বুধচন্দ্রনা প্রজা মীয়ামগী অয়াবা য়াওদনা মশামকসু য়ানিংদনা নমদুনা সহি তৌবা তাখি। খৃ: ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ দা অসামগী গভর্ণর শ্রী প্রকাশনা শাক্ষী ওইদুনা মণিপুরনা ভারত্তা তিনশীনবগী য়ান-চে (মর্জর এগ্রীমেন্ট) অদু মহারাজ বুধচন্দ্র সিংহগা ভারত সরকারগী মায়কৈদগী মিনিষ্টর ওফ ষ্টেট কী এডভাইজর ভি. পী. সেননগা সহি তৌনখি।

য়ান-চে অদুগী বাবোলদি :

মণিপুব অমসুং ভারত লৈবাক অনীমক্কী য়াইফনবগীদমক য়েংদুনা মণিপুরগী লৈঙাক শাসন অসি ভারতকী ডোমিনিয়ন গভর্ণমেন্টকী মফমদা শিন্নথোকখিবনি মীয়াম্না পাম্নরবা য়াফমনি।

আর্টিকল ১

মণিপুরগী মহারাজনা লমদম অসি ঙাকশেনবগী অমদি লৈঙাক শাসন তৌবগী শক্তি অদু ঙসিদগী থাদোক্লে অমদি লৈবাক অসিগী লৈঙাক শাসনগা মরী লৈনবা থবক পূম্নমক ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫দগী ভারত সরকারগী মফমদা শিন্নথোকখিবা হায়বসিদা মশানা য়ারে।

হায়রিবা নুমিৎ অসিদগী হৌদুনা লমদম অসিগী লৈঙাক শাসনগী থবক অমদি শক্তি খুদিংমক ভারত সরকারনা নৎত্রগা মহাক্না থারকপা মীহুৎ অমনা অপাম্বা মওংদা অমদি ফগনি খনবা মওংদা শীজিন্নবা য়ারগনি।

## আর্টিকল-২

শ্রীযুৎ মহারাজনা মশাগী লম্নাই ওইবা লন-থুম ইকাই খুম্নবা মিংথোল, ফমথোল, লাইনীং লাইশোন নীংতম্বা, মনাৎ চৎনবী অমদি অতৈ সংস্থানশিংদা মাগী ফংফম থোকপা হক করিমত্তা কায়দনা ফংগনি।

## আর্টিকল-৩

শ্রীযুৎ মহারাজনা হায়রিবা নুমিৎ অসিদগী হৌনা লমদম অসিদগী কারকপা আই (রিভিন্যু মাগী চহী/চহীগী লম্নাই শেনফম ওইনা লুপা লাক্ষ অহুম/অহুম ফংগনি।

হায়রিবা শেনফম অসি নিংথৌ অমদি মাগী ইমুং-মনুং, মহাক্কী ইমুংগী থবক শূবশিং অমদি ইমুং ঙাক্লবা সিফাইশিং য়াওনা দরকার ওইবা খরচশিং শেমজীন শাজিনবা, লুহোং কৈহোংবা অমদি থৌদোক য়াথোক্লচিংবদা চঙগদবা খরচশিং তৌবা ঙমগনি। মসিগী মথক্তা নিংথৌগী মরী মতাশিংনা য়ান-চে অসি সহি তৌনদ্রিঙৈ মমাঙদা ফংলম্বা এলারেন্সশিংসু শেলফম অসিদগী পীগনি অদুগা করিগুম্বা অমা নৎত্রগা অমগীদমক শেনফম অসি হেক্সৎপা নৎত্রগা তাথবসু তৌরোই।

ভারত সরকারনা য়াফম অসিমসু য়ারে মদুদি হায়রিবা লুপা লাক্ষ অহুমগী শেলফম অসি চপ মান্নবা শেনফম মরি থোক্লা খায়দোক্লগা থা অহুম-অহুমগী অহৌবদা সরকারগী ত্রিজরী নৎত্রগা ভারত সরকারনা থম্লকপা ত্রিজরী অমদগী পীথোক্কনি।

## আর্টিকল-৪

য়ান-চে অসি সহী তৌনবা নুমিত্তা লৈরম্বা শ্রীযুৎ মহারাজগী লনাই ওইবা লন-থুম লনগৈ লেঙদনা অদুম লৈগনি। অমদি শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবা য়াগনি।

শ্রীযুৎ মহারাজনা মশাগী মরল-মথুম থাংদোক থাংজিন য়াদবা লমশিং অমদি লৈজবা শেলগী শেলফমশিং অসিনচিংবা চপ চাবা মশিং (লিজ) অমা ইথোক্লনা ১৯৫০ গী জনুয়ারী তাং ১ ফাওবগী মনুংদা সরকারদা পীগদবনি।

অসিগুম্বা লন-থুম্ অসি সরকারগীনি নৎত্রগা লম্নাইগীনি হায়বনচিংবগী মতাংদা য়েংনবা নৎত্রগা খৎনবা থোক্লবদি হায় কোর্টকী জর্জ

অমবু ওফিসিয়েল ওইনা হাপ্পগা মঙোন্দা ব্রাফম অদু শিন্নগনি। অমদি ওফিসার অদুগী ব্রারেপ্পা অরোইবা ওইগনি অমসুং মদু নাকল অনীমক্তা ইকাই খুম্নগদবনি।

অদুগা শ্রীযুৎ মহারাজগী শিল্লোংদা লৈবা "রেড লেন্সস" অমদি লেস চাতলেস্ট (Les Chatlets) হায়না খঙনবা লম অসি শীজিন্নবগী হক অদুসু করিগুম্বা মখলগী অয়েৎপা অমত্তা (ভারত সরকারনা) পীরোইদবনি।

আর্টিকল-৫

শ্রীযুৎ মহারাজনা ইমুং মনুংগী মীশিংনা ১৯৪৯ অসষ্ট ১৫দগী হেক মমাঙদা মণিপুরগী মনুঙ অমসুং মপান্দা ফংলম্বা হক মিংচৎ অমদি ইকাইখুম্নবা পূম্নমক ঙাক্কুনা থমগনি।

আর্টিকল-৬

লৈবাকসিদা হান্না চৎনরম্বা মওংদা নিংথৌগী সিংহাসন ফংহৌবগী চৎনবী অমদি শ্রীযুৎ মহাবাজগী ইকাই খুম্নবা, ফংফম থোকপা হক, মিংচৎ লাইনীং-লাইশোল অমদি চৎনবী ঙাকপদা হান্না ওইরম্বা মশক মওং অদু কায়দনা থম্নবগী অচেৎপা থাজবদু ভারত সরকাবনা পীগনি।

অর্টিকল-৭

শ্রীযুৎ মহাবাজনা মশামক্তা নৎত্রগা মহাক্কী লৈঙাক শাসন্দা মাগী য়াথংনা লঙশিঞ্জবা যাবা করিগুম্বা মবাল অমগীদমক মণিপুরগী বাযেলশঙ অমত্তসু মাগী মনাক্তা থিজিন-হুমজিনবা নৎত্রগা ব্রাহং-পাউহংগী থবকসু তৌরোই।

অর্টিকল-৮

(ক) ভাবত সরকাবনা ব্রাফম অসিগী অচেৎপা থাজবসু পীরি মদুদিঃ- পব্লিক সর্ভিসকী লেঙদবা মেম্বরশিংগী থবক মণিপুরগী শাসন ভারত সবকারনা শিন্নদ্রিঙৈ মমাঙদা ফংলম্বা খুদোংচাবশিংদুগী করিমত্তা তাদনা ফংদুনা মখা তাহনগনি। মতীক চাবা ক্ষেতিপুরন পীগনি ভারত সরকারনা মখা তানা থাজবা পীরি মদুদি ভারত্তা তিন্দ্রিঙৈ মমাঙদা মণিপুর সরকারগী মখাদা থবক তৌরম্বা থবক্তগী পোথারবা নৎত্রগা পোথারমদাইগী ছুটি লৌপ্রবা মীওইশিংদা শ্রীযুৎ মহারাজনা পীথোক্লম্বা পেন্সন, ছুটিগী মহুত্তা পীবা তলবসু মখা তানা অদুম পীগনি।

মর্জর এগ্রীমেন্ট

খৃ: ১৯৫৩, মার্চ কী তাং ২৮ থাংজ নুমিত্তা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জহরাহরলাল নেহরুনা মচানুপী ইন্দিরাগা লাকপদা মণিপুর মহারাজ বোধচন্দ্র অমদি মীয়াম্বা হরাওনা ওকখি। অদুগা মথংগী নুমিত্তা তাং ২৯দা বর্মাগী প্রধান মন্ত্রী ইউ-নুসু থুংলে। লৈবাক অনীগী লুচিংবা অনীনা মৈতৈ লৈবাক্তা উনদুনা লম লোম্নবা অনীনা নুংশি চান্নবা লৈমিন্ননবা মরূপ মপাং শেম্বদা মণিপুরগী খ্বাইদগী মমল যাম্নবা পোথোক পুথোক্লিবা কবো ভেলি বর্মাদা পীথোকখি।

মণিপুরগী লৈঙাক শাসন পূম্নমক ভারত সরকারনা পায়শিনখ্রবা মতুংদগীদি মহারাজ বোধচন্দ্রদি লাই নিংবদা পূক্লিং চিংশিনখি।

মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিরবদা মচানিপা ওকেন্দ্রজিৎনা ইং ১৯৫৬, ডিসেম্বব তাং ৯দা ভাবতকী প্রসিডেন্টনা ইং ১৯৫৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ২দা হুকুম থোকখি, হুকুমগী মতুংইন্না মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না লাউথোকখি। অদুবু ওকেন্দ্রজিৎ শুপ্লতগী মহাবাজ হায়বগী মিংথোল অদুদনি, মীচম অমগুম লৈখি। খৃ: ১৯৫৭ তা মণিপুরবু টেরিটোরিয়েলগী হন্থবা থাক্তা থমখি। মথংদা খৃ: ১৯৫৯ অগষ্ট থাদা আর্ম ফোর্সেস ইস্পিসিয়েল পাৱব এক্ট পাস তৌদুনা ১৯৬০ দগী মণিপুবদা চৎনহনবা হৌখি।

খৃ: ১৯৭৮ জুলাইগী তাং ২১ দগী হৌরগা মণিপুরগী তম্পাক্কী লমদম পূম্নমক ডিস্টর্ব এরিয়া লাউথোকখি।

---

# ভারত্তা তিল্লুবদগী মণিপুরগী শক্তম

মণিপুরনা ভারত্তা তিল্লুবগী মতুংদগীদি, অৱাবগী মশকনি, মীশিং য়ামজদবা অপীকপা মনিংমখা তম্না লৈজরম্বা লৈবাক অসি, ভারতকী অতোপ্পা মীশিং য়াম্বা ষ্টেটশিংদগী চঙশিল্লকপা মীওই লীশিং কয়া য়োমশিল্লক্লুনা মরমদমদা লৈজরম্বা মণিপুরীশিংনা মাইনোরিতী তাবা হৌরে। মসিনা জাতি অসিগী মীওইশিংনা ত্রিপুরাদা ত্রিপুরি মুৎখিবগুম মুৎখিগদ্রা হায়বগী অকিবা পোকহল্লে। ভারতনা হেক লৌশিনখিবদগী মণিপুর খুন্নাইগী চৎনবী-লোনচৎ কয়া মওং মরিন নাইদনা মায়কৈ শলাই খণ্ডদনা মফম খণ্ডদবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা পুখরে। য়েন্থৌঙৈদগী মশাগী লৈজরকপা তোপ-তোপ্পা শক্তমশিং অদু নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লকই। মসিনা লমদম অসিদা লৈরিবা মশীং য়ামজদবা মণিপুরীশিংবু ভারতকী মীশিং য়াম্বা কাঙলুপশিংনা য়োৎশিনবা হৌরে।

অশেংববু ওইববসু নৎত্রগা ভাবনা শাজিনববু ওইরবসু মীওইবগী সমাজদা নোংম-নোংমগী হোংলক্লিবা ফীভম্না নমহৎলক্লিবা ইথিল অমদি সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি অসিনি। মসিদগী ঐখোয় মীওইবনা কৈদৌঙৈদসু নাম্থোক্লুনা চেনফম লৈতে। সাইন্স অমসুং টেকনোলোজিনা মীওইববু থবক শূবগী মওংদা ঐখোয়না চৎথোক-চৎশিন্দা ঈ-পাউ থুনা ফংহনবা, অরাপ্পা মফম কয়া তেনশীনহনবা, অরাপ্পদগী ঈ-পাউ খুদক্তা ফংহনবা, মীওই লিশীং কয়াগী থবক মেছিন অমনা অতেনবা মতমদা শূবা অসিনচিংবা পাম্বৈশিংদা তৌবগুম্না মীওইবনা থবক লৈতরবদা মতম লেনবগী মওংদা টি.ভি., রেডিও, সিনেমানা মীওইবদা অচৌবা শাথিবা অওনবা কয়া পুরক্লি। অওনবশিং অসিগা চুননা ঐখোয়গী ৱাখলগী মীৎয়েং অমসুং ফীরেপসু অহোংবা কয়া ঈরোইননা লাকফম থোকপনি। অদুবু ঙসিগী লমদম অসিগী ওইনদি পূম্নমক ওন্ন-তৈন্নবা মঙলানগুম্না থোকলে।

ঙসি মণিপুরগী নীংবা কায়রবা নহারোল কয়ানা মণিপুর অসি ভারতনা লোইলম অমগী মওংদা য়েংবী হায়দুনা পেন্দবগী খোল্লাও কয়া লাউরিবসি মায়কৈ অমরোমদা য়েংলুরবদি মণিপুরসি ভারতকী লোইলম অমনি হায়বদা অচুম্বা কয়াসু লৈরি। মদুগী খুদমদি বৃটিশ ইন্দিয়াগী মতমদা

অমনা করম্না মশাগী, সংস্কৃতি, মশাগী শক্তম য়োকখৎপগী য়াখল খনবা ঙমলক্কনি, অদুনা মশানা মরোমদোম কাঙলুপ অদুগী সংস্কৃতি, ধর্ম্ম লোন, শক্তম শেজ্ঞাও পায়বা মীশিং য়াম্বা মনিপুরগী মপান্দগী চঙলকপা মীতোপশিংগী মরক্তা কোঙ্গোন তাকপগুম তাকখিবা তাবনি।

লমদম অসিগী মশাগী ওইবা রিসোর্স মাঙহনখিবনা শেল-থুমগী ফীভম শোকচিল্লকপা অমদি হিংনবা লম্বী তেনশিল্লকপা:

মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী তঙাইফদনা দরকার ওইবা হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা মচাক অহুম লৈ। মখোয়দুদি চানবা চীজ্ঞাক, শেৎনবা ফিরোন অমসুং লৈনবা য়ুমনি। মসিদগী হেন্দোক্লগা মীওইবনা অসুম-অসুম অওনবা লাকপনা মখোয় হান্না শীজিন্নখিদ্রিবা অনৌবা পোৎ কয়াসু হেঙ্গৎলকই, মতমগী মতুংইন্না সমাজদা তঙাই ফদনা চঙদবা য়াদ্রবা পোৎশক ওইরকপা কয়াসু হেঙ্গৎলক্লি। অসিগুম্বা অপাম্বা কয়া অসি থুংনবা হোৎনদবা য়ারক্তে। অদুবু খ্বাইদগী মরু ওইবদি হিংনবগীদমক শেল তানবগী থবক (economic activities) পাঙথোকপনি। মতৌ অসুম্না অপাম্বা হিং নবগী লম্বী শেম্বা অসি মীওইবগী শেল-থুমগী পুন্সিনা (economic life) শেম্মী।

মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী মরুওইবা, শেল তান্নবগী থবক্তি মশাগী হিংনবগী ওইবিবা থবক অদুনি। মীওইবনা হিংনবগী হোৎনবিবা লম্বী অসি মী খুদিংমক্কী খেৎনবা কযা লৈ। মদুবু হিংননবা হোৎনবগী লম্বী খুদিংমক্তা অমত্তা ওইবা পান্দমদি শেল তানবনি। হিংনবা লম্বী থিবনি। মীওইবনা মাগী মাগী থবক শৃফমদা পুথোক্লবা অমসুং কান্নবা ফংনবা থবক শৃই। পোৎ-চৈ পুথোকপদা অমসুং থবক শৃফমদা মহৌশাগী লাইরেম্বীনা পীবম্বা পোৎচাক (natural resources) অমসুং খুৎশু-খুৎল্লাই কেপিটল রিসোর্হ্ব চঙই।

অসুম্না মীওইবনা, খবনা অনৌবা পোৎখোক পুথোক্লবা থবক শৃই, খরনা, মখোয়না শৃরিবদগী খুৎলাই পুথোক্লবা থবক শৃই খরনা চীজ্ঞাক পুথোক্লবা শৃই। মীওইবনা পোৎকা-পোৎকা শিন্নদুনা ওন্থোক-ওনশিন তৌনবগী মহুত্তা পৈশানা মখোয়গী পুথোক্লিবা পোৎশিংগী ভেল্যু য়েংলগা মহুৎ শিল্লি। অদুনা মীওইবনা মখোয়গী পোৎ পুথোক্লবা হোৎনবদনা শৃরিবা থবক্তুদগী শেল ফংই। হিংননবা হোৎনবদা থবক শৃরিবা মফমসি অদুক্কী মতিক য়াম্মী অদুগা মখলসু য়াম্মী। অদুগা মানা মানা

তাল্লুরিবা পৈশা অদুনা কান্নবা পোৎ-চৈ কয়া লৈদুনা মখল মথেলগী অপাম্বা অনীংবা কয়া কোক্লবগী চাদিং তৌই। মীওইবনা, লৌবুক, দুকান, ওফিস, স্কুল, কলেজ, ফেক্টরি, হোস্পিটাল কয়াদা হিংনবা থবক তৌবা য়াই। অসিগুম্বা লোয়শঙশিং অসি পুল্লগা নিয়ম নাইবা মওং অমা শেম্মী। মতৌ অসুম্না মীওইবনা মখোয়গী হিংনবা তানফম ওইরিবা নিয়ম নাইবা মওং অসিবু শেল-থুমগী ফীভম কৌই। মতৌ অসুম্না মণিপুরগী ইকনোমি হায়রগা মণিপুরগী লৈরিবা মীশিংগী থবক শুফম অমদি হিংনবা পাম্বৈ পীরিবা সংস্থানশিং অসিবু খঙনৈ। অদুবু মণিপুরগীদমক্তি অসিগুম্বা সংস্থান অসি, লৈরিবা মীশিংগা য়াম্না খেন্নবনা প্রজা কয়াগী হিংনবা লম্বী অসি ফংলক্তে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মতমগী মতুং ইন্না মীশিং হেঙ্গৎলকপা অসিনি। অদুগা অমরোমদা মণিপুর মশাগী পোখোক খূদিংমক পেরেলাইজ তৌখিবা, মশাগী হিংনবা এগ্রিকলচরগী পোথোক ফাওবা মপানগী পোৎনা হাৎখিবা অমদি শোৎপগী চৎনবা ফি-রোন খূদিংমক অতোপ্পা স্টেটকী মপান তাংবা অসিননি। মরমদম অসিদা লৈরিবা মীওই লাক্ষ কয়া হিংনবগী থবক শূফম লৈতদুনা ঙাওচৎনরকই। অফং-অফংবা, লাক-লাক্তুনা চাবগী ফীভম য়ৌরকই। মরম অদুনা নীংবা কায়রবা সমাজদা মীমান্নবা ঙমদ্রবা মীওই কয়াগী মশিং ঈশিং ঈচাওগুম হেঙ্গৎলকই। মসিনসু মণিপুরদা লানহৌবা থোকহল্লকপগী মচাক অমা ওইরিবনি। মসিনা মরম ওইদুনা খুন্নাই অসিগী মনুংদা নুপা-নুপীশিংগী মরক্তা অঙকপা ফংলবা অকিবা থৌদোক ব্রাথোকশিং থোরকই। ময়ূম মকৈ পাল্লবা নুপাশিংনা ময়াই কাবা নিশা শীজিন্নদুনা নুপীশিংদা ওৎপা নৈবা অমদি নাতৈ চাদবা থবক কয়া তত্তুনা থোকই। ইমুং-মনুং, কৈরোন-লৈকাই নুংশিনদবগী ব্রাথোক্লা খুন্নাইগী অথীবা শক্তম উৎলকপা হৌরকই। নাকল অমদনা ইনখৎলক্লিবা নুপী-নুপাশিংগী মোরেলীতি ঙমখৈ লৈতনা শোকহল্লকপা অসিনি। অদুগা খুন্নাই অসিগী চৎনবীদা য়াওরিবা ইনাক কৈরাক খুনবশিংগী মচা মশূদগীনা য়াইমরপ নুংঙাইবা ইমুং ফাওবগী মচা মশূশিংনা ইথক-ইরাংদা, নিশাদা তাউদুনা, অকৈ-অমৌদা লুপ্তুনা লৈখিবনা, মণিপুরগী ব্রাংমদা লৈবা মীতোপশিংনা কারবার তৌবদসু খ্বাইদগী শেন্দোং লৈবা মফম অমা ওই। অদুনা মীতোপ মীরানগী মশীংসু খঙহেন হেঙ্গৎলকখি। অসুম্না শেল-থুমগী ফীভম

কংলৈপাক লমদম মণিপুর অসিদা মপান্দগী মী চঙশিল্লকপদা নত্তনা মপানগী পোথোক কয়াসু লোয়নরক্লি, মসিনি মণিপুরগী খ্বাইদগী ফীভম শোকচীল্লিবা। মণিপুরগী প্রকৃতি লন অসি মপূং ফানা শীজিন্নদবা, খোংগী অমদি লৌউ-শিংউগী পোথোক হেনগৎহন্নবা হোৎনবগী মহুত্তা মপানগী অহোঙবা পোৎশিংনা হাত্তোকখিবা, মসিনা মীওই কয়া লাইরবগী কুয়োম্না মরোন-নাইনা কৃপশিল্লকপা অসিনি। ইশাগী লৈজবা লন কাঙখাথাং ওইদুনা মাঙহনখিবনা লমদম অসিগী মী অয়াম্বা হংনা শাবা মী হায়বদুগা পাঙখক ওইরি । হংনা শাবা মী হায়বঁসিদসু মশাগী লৈজবা ব্রাখল হৈ-শিংবা অদু মপূং ফানা উৎথোক্তবা অতোপ্পনা শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবা,মীগী য়াকা য়েংদুনা থবক তৌবা, মীগী মতেং য়াওদ্রবদি থবক তৌবা ঙমদবা অদুবুনি। খ্বাইদগী মকওইবা হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা পোৎলমশিং ফাওবা মীগী মপান তাংদুনা মীনা পুশিনবীরক্লগা চাবা, পুশিনবীদ্রগা তোকপগী ফীভমদা ঙসিগী মণিপুরগী প্রজাশিংনা হিংলি।

মরমদি, চাননবা চেঙ, হন্রাই, য়েনশাং, থাউ-থুম, চীনি খুদিংমক মপান্দগী পুশিল্লকপা ঙাক্তা অদুগা ঐখোয়না শেৎলিবা ফি, তোংলিবা গাড়ী, অতৈ-অতৈ মোডর্ন যুগকী মতম লেন্নবা ইলেক্ট্রোনিক্স, টি.ভি., টেপ, কম্প্যুটর, মী লায়েংনবা হীদাক-লাংথক,খুৎশু-খূলাই, ছাত্রগী চে, কলম, য়ূম-কৈ শাবগী পোৎচঙশিং পূম্নমক অসি মপান্দগী পুশিল্লক্লগা ঐখোয়না হিংলি। করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা মপান্দা থাদোকপা ঙম্মিবগে? মসিনা লৈবাক অসি নোংম-নোংমগী শোথরকপা মশানা অদুম তাজরকপনি। মশাগী পোথোক লৈজদ্রবনিনা দরকার ওইবা পোৎশিং অসিগী মমলসু অরেপ্পা লৈতে । কারবার ব্রালা হায়বসি ঐখোয়গী পোৎপু পুশিনবিরক্লিবা অমদি য়োম্লোক য়োনশিন তৌরিবা মখোয়না য়োম্নিংবা মমলদা য়োনবদা লৈদবা য়াদ্রদুনা অদুম লৈবা তাবনি।

মণিপুরগী শেল থুমগী ফীভম অমদি শেমগৎ-শাগৎপগী থৌওং নোংম-নোংমগী লৈখা তারকপনা নীংবা কায়রবা নহারোল কয়া ইন্সরজেন্সিদা খোঙদারকপা তাবনি।

মহৌশা লাইরেম্বীনা পীরম্বা লন (land) থবক নোম্বগী শক্তি (labour), পুথোক্লবা খুৎলাই (capital), শীল্লাংবা (organisation) অসিনচিংবা কয়া পোথোক পুথোকপগী মচাকশিং অদুনি। অসিগুন্নবা

মচলশিং অসিনা থবক তৌরবা মতমদা সমাজ্জ অদুদা মতম মতমগী মতুংইন্না অহোংবা সমাজ অমা ওইক্লিবনি। মখোয় অসিবু ইকোনোমিক্কী লোনদা factor service কৌই। নোম্বগীদমক ফংবা পৈশা অদুবু খূৎশুমন। মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবা লনগীনা ভারা, খূৎশু-খূৎলাইগীনা শেন্দোই অমসুং শীল্লাংবগীনা শেন্দোংনি। মখোয়শিং অসিবুনা ফেক্টরশিংগী মমল, হায়না খঙনৈ। ফেক্টর সরবিসশিং অসিগী মমলনা লৈপাক অমগী পোৎ পুথোকপগী মমল (cost of production) অসিনা cost of production না তোঙান-তোঙানবা পোৎকী চাং লেপ্তুনা লৈবাক অদুগী রিভিন্যু লেপ্পীবনি। মতৌ অসুম্না পোৎ পুথোক্লিবা মী খূদিংমক্কা তোঙান-তোঙানবা পোৎকী চাং কয়া য়োল্লগা ফংবা য়াবা শেন্দোং লেপ্পগা শেন্দোং খ্বাইদগী ফংগদবা মওংদা য়েংদুনা পুথোকই। ঐখোয়না মসিবু social economic cycle কৌবা য়াই অদুবু মসি মণিপুরগী ওইনা পূরা ফেল ওইরে। পোৎ খূদিংমক্কী অমসুং ফেক্টর মরিশিং অসিগী কৈথেল লৈ পোৎকী কৈথেলদা করখানাশিং (firm) পোৎ য়োল্লি অমসুং য়ুম পাল্লিবা মীয়ামশিংনা (household) না পোৎশিংদু লৈ। অদুবু মণিপুরদদি হায়রিবা সোসিএল ইকোনোমিক সাইকল অসি লৈতে, সুপ্পতগী পোৎ ফংফম ওইরিবা কৈথেল অসিতমক লৈ। অদুনা মীওইবনা নোংমগী চঙদবা য়াদবা হিংনবগী পোৎলমশিং মপান ষ্টেটতগী লোইনা থাজীল্লকপনিনা পোৎকী মমলসু অরেপ্পা লৈতে। অদুগা পোৎ পুশিল্লকপগী থবকসু মীরান মচাশিংনা তৌই। মরমদি লমদম অসিগী প্রজাশিংদি, মপানগী পোত্থোশিং অদু লৈননবা পৈশা লৈতে। মণিপুর মীয়ামগী শেন্দান লম্বী হায়ববু সবকারনা লৈবাক চাওখৎনবগী মখল কয়াগী মায়কৈরোমদা থাদরকইবা পোৎশকশিং অসি করিগুম্বা অমা নৎত্রগা অমা হাযজিন্দুনা গ্রান্টনচিংবা লৌদুনা মখোয়গী নোংমগী চভদ্রবা য়াদ্রবা পোৎলমশিং লৈবা। খরনা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অচৌ-অশাংগী য়ুম-কৈ শাদুনা, হাজিরা শূদুনা হিংবা খরনা মপান্দগী পুশিল্লকপা হৈ-রা, ক্কা, কোবী মনা-মশিংশিং তীক্কুনা থাংদোক থাংজিন তৌদুনা অমুক য়োন্দুনা হিংবা, অদুনি মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা হিংনবগী পাম্বৈদি সরকারগী থবক অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা শেন্দান লম্বী অমত্তা লৈতে। খূদিংমকশিংগী মরুওইবা হৌরকফমদি ইশাগী পোথোক লৈজদবা মিপান তাংদুনা হিংবগী মহৈনি। মণিপুরগী অপুনবা মীশিং অসি চাওরাক্কা ২০০১গী সেন্সসকী মতুং

ওইদুনা শীজিন্নরকই। ষ্টেটকী লন্ থুম কয়া অরানবা মওংদা মেনিপুলেট তৌদুনা পৈশা তাল্লি। আইন্না য়াদবা ট্রান্সেকসন কয়া মখোয়দা প্রজানা পীরবা শক্তি শীজিন্নদুনা মদুগী ব্লেক মনি কয়া তাল্লি। গ্রান্ট, লাইসেন্স কয়া পীবদগী কারকপা শেনফম্না মখোয়গী ফুরিৎখাউ ফুল্লি। থিকাদার কয়াগা মন্ত্রি মশুলশিংগা থুংশমদুনা চাওখৎ থৌরাংগী লম্বী-থোং, ফুরা-দলান, লৌউ-শিংউবগী, ঈথৈ- লৌখোং শেম্নবা শেনফম কয়া থবক শূদবীদা ডিপার্টমেন্টগী ওফিসিয়েলশিংগা মান্নরগা পেপর ব্রার্ক তা লোইশিনবা শেনফম কয়া শেঞ্জাও পায়বা কারবারব্রালা, ব্লেক মার্কেটিয়ারশিংগী ব্লেক মনিশিংবু হ্বাইত মনি ওন্থোক্তুনা শীজিন্নহনবদা সরকারগী কর্মচারীশিংগী মফম শীন্দোক-শীনজিন তৌবদগী পৈশা কয়া মখোয়গী মখুত্তা কারকই। ঙসিগী কংলৈ খুন্নাইগী মীয়াম্না থোইনা হেন্না খঙলবা ব্রাফম্নি।

ঐখোয়গী কংলৈ খুন্নাইদা 'ক্বা মতপ অমনা চীন পৈ' হায়বা পাউরৌ অসিনা থাইনা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদগী হৌদুনা শেঞ্জা থুমজগী চৎনবী লৈরকই হায়বসি পাউরৌ অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। মীচম প্রজাশিং থবক ব্রানোম্বা চৎপদা অঙম-অথৌবশিং ময়ূমগী ক্বা-হৈ, রৌ, শরেংনচিংবা অথেনপোং অদুগী মথক্তা পৈশা মপুন-মপুন কৎপা কংলৈপাক অসিদদি অফোংবা চৎনবীনি। থবক চঙবদা পৈশা চাউনা ময়ূম ইংখোন ফাওবা য়োন্থোক্তুনা পৈশা পীবগী চৎনবী ঙসিগী খুন্নাই অসিগী চৎনবীনি।

প্রজাশিংদগী, শেল চাবা, ঘূস লৌবা কমিসন লৌবা হায়বসি সরকারগী কর্ম্মচারীশিং ফংফম থোকপা বর্থ-রাইত ওইনা লৌনৈ। সরকারগী থবক তৌবা মীওইশিংনা মখোয়গী থাগী তলবতগীদি মখোয়না প্রজাশিংগী থবক তৌবগী প্রজানা পীরম্বা শেনফম্না হেন্না ইনকম লাকই। মরম অদুনা সরকারগী তলব চাবা থবক্তবু লমদম অসিগী মীয়াম্না পাম্নরিবনি।

প্রজাগী চাওখৎ খোঙথাং লম্মী থোং শেম্নবা, স্কুল শানবা, স্কুলগী কলেজগী ইনফ্রাস্ট্রকচর ফগৎনবা, সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি ফগৎনবা শেনফম পূম্নমক মন্ত্রিনা খরা লৌহৌ, সিভিল সরভেন্টশিংনা খরা লৌহৌ, ওফিসার মচা-মশুনা খরা লৌহৌ, মরী লৈনবা ডিপার্টমেন্টগীচমপ্রাসিদগীনা সেক্সন ওফিসার ফাওবনা খরা-খরা থাইদুনা লৌহৌবনা ইরোয় লোইবদা কন্টেক্ট পর্সন অদুনা চোন্নপ লৌহৌবদগী থবক ওইনদি থোরকপা ঙমদবনা, সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংদা শাথিনা থীস্থহল্লি।

মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা রাজনীতি কারবারগী হেক ঙমথংদা লৈবা অচৌবা কারবারশিংদি হিরোইন, গঞ্জা অমদি লোংমৈগী কারবারনা ওই। ব্লেক মার্কেট নংত্রবদি মণিপুর পৈশা পায়বা ঙম্মদে, কায়কমসু খঙদে। লৈরক খুল্লক্তা শেম্লোক লম্বী থরা য়াংপা কাঙলুপ, মুগী হোটেল, কানি য়োন্দুনা শেন তানবনা হিংবদা খ্বাইদগী লায়বা ওই। য়েঙ্খাং-নাপী, চেং-হরাই খুল্লক্তা য়োনবদি ময়াম চঙদুনা শোংপদা মূংলি। করবার অমা ওইনা কষ্টম এক্সাইজনচিংবগী ওফিসিয়েলশিংগা খঙনরগা মখোয়গী ফুরিংখাউ থুনা চাওখংপা ওই। মন্ত্রি, ওফিসার কয়াসু অন্নায়বা শেন্দান লম্বী অসিদা য়াওরি। ডেমোক্রেসি ওইসনু, সোসিয়েলিষ্ট ওইসনু, কম্যুনিষ্ট, কেপিটেলিষ্ট চংপা লৈবাক ওইসনু ঙসি মালেমগী লৈবাক খুদিংমক্তা করপসন, নেপোতিজম ফেভোরিতিজমগী চংনবী অদুম্মক লৈ; মুখংপা ঙমদ্রি।

করপসন পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লৈরি অদুবু, ইন্দিয়াগী লোইলম লৈঙাক্কী মওংদা চংথরিবা মণিপুরগী পোলিটিকেল করপসন অসিদি খুন্নাই অসি মুংপা য়াবগী মওংদা খুন্নাই অসিগী য়াঙলেন শরু চীকথংলিবা ফীভম অসিনি, ঙসিগী লাইরিক-লাইগু হৈরবা নহারোলশিংনা পেম্নদ্রিবসি। সরকারগী লোইশঙ খুদিংমক্তা পোলিটিকেল লীদরশিংগা ব্যুরোক্রেসিশিংগা অমত্তা ওইনা চুংশিন্নদুনা, চথরকপা করপসনগী মওং অসিদা কংলৈচাশিংগী হিংবগী লম্বী তেনাল্লিকপগুম উরক্তুনা, নীংবা কায়রবা হৌরকলিবা নহারোলশিংনা মীহাৎ-মীপুন, লুট-পাৎ, হুরান-চীন্থি, নম্ফু-শাফু কয়া তৌরক্তুনা সমাজ অসিবু শান্তি লৈহন্দবগী মচাক অমা ওইরক্লি। লমদম অসিগী পোলিটিকেল লিদরশিং অমদি ব্যুরোক্রেট ওফিসারশিং কয়ামুক হকচীন্না করপসনগী চংনবী অসিদা খোঙদাবগে হায়বা তারবদি, থবক হাপ্পদা মন্তিক্রুদুনা ললোনবগী মওংদা শেল লৌবা অসিনি। তোঙান-তোঙানবা পোষ্টশিংগী তোঙান-তোঙানবা চাউরাকপা অকক্লবা অমদি লৈরীবসিগী মথক্তা মখোয়শিং অদুগী খ্বাইদগী য়াম্না পৈশা পীবা ঙম্বা মীদা . থবক পীবগী চংনবী অসিনি।

শেঞ্জা-থুমজা থিংনবা ষ্টেট ভিজিলেন্স লৈরি অদুবু মখোয়সু হৌরকপদগী, মখোয়না মখোয়গী থবক অদু ফংনবা হোংনবদা পৈশা পীরগা ওইরকপনা মখোয়গী তলব অদুদি মখোয়না পূরুবা শেন্দোই ফাওবা কোয়দবা, অমদি, মতমগী মতুং ইন্না হিংবগী ষ্টেন্দর য়াংখংলকপনা অহেনবা পৈশা দরকার ওইরকপনা, ডিপার্টমেন্ট অসিগী মীওইশিংনা মখোয়না থিগংলুবা মীওইশিংদগী অচাশেন চাউনা-চাউনা লৌমনবমক্তুনা ডিপার্টমেন্ট অসিসু শেঞ্জা-থুমজাগী অচৌবা লোইশঙ ওইরকই। অদুনা

করপসন থিংনবা লিংখৎপা লোয়নশঙ কয়া করপশন মরুম কোকফম ওথোরকই। অদুনা মণিপুরগী থবক্কী ইন্টর্ভিয়ু য়াওস্রিংঙৈদা মদুদা পীনবা শৈশা হায়া থিনৈ। প্রজাশিংনসু ইফোং-ফোংনা হংনৈ-ঙাংনৈ, শৈশা কয়াম পীস্রবগে, চনস্রবগে হায়দুনা। থবক হাপ্লদগী হেন্দোক্লদুনা মহে তম্বা ফাওবদা মার্ক য়াংনবা শৈশা পীনরে। থবক হাপ্লদা শৈশা লৌবা হায়বসিনা মন্ত্রিশিং ওফিসারশিং শোয়ফদবা কন্সটিটুয়্সন্না পীবা নিয়মগুম চৎনবীদা ওইরে অদুগা থবক্তা শেল পীরগা তৌবনা মণিপুর প্রজাগী থবক অদুগীদমক গরেন্টি পীবগুম তৌদবা য়াদ্রবা অমগুম লৌনরক্লে।

অসিগুম্বা পোলিটিকেল লিদরশিং অমদি ব্যুরোক্রেট ওফিসারশিং অসিনা অমত্তা ওইনা চথরকপা শেঙ্গা-থুমজাগী মওং অসিদা, লাইরিক-লাইশু য়ানা তমজরক্লুনা মহে মশিং মতীক চানা হৈরবা নহারোল কয়ানা থবক ফংদবদগী খুৎপু-খুৎপু শেমদুনা ইমরজেন্সিগী ঈহৌ অসি লাকখিবনি হায়বদা লাল্লোই।

মণিপুরগী লৈঙাক পথাপ অমসুং য়ারেপ থৌদাংসু করপসন অসিগা ঈরোইননা তৌথরকপনা মরম ওইদুনা তৌদ্রবনিনা নিয়ম চুম্না শাসন লৈত্তবগা চপ মান্নে। মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা কারকপা এম. এল. এ. শিংনা অফবা মন্ত্রি ফম মুম্নবদা অমদি সেনিয়ার লীদরশিংনা চীফ মিনিষ্টরগী ফম মীকানবদা সরকারদি কাংখোঙ চাইদুনা তোয়না কায়। সেন্টরগী মীনুংশি মখাদা হিংবা ষ্টেট ওইবনা, কেন্দ্র সরকারদা শক্তি পায়রিবা পার্টি নত্তবনা ষ্টেটকী রুলিং পার্টি ওইরবদি তোয়না চৈথেং ফংবনা হায়বদি শেল-থুমগী ফীভম ফত্তবনা তোয়না কায়। পী. আর. য়াম্না তোই। মীহাৎ মীপুনগী থৌদোক য়াথোক অমত্তা মতম চানা নিয়ম চুম্না মপূং ফানা সোল্ফ তৌবা ঙমদে। নীংবা কায়রবা মজাতিবু মাঙখিগদ্রা চিংনরকপদগী খোইশাওনরবা নহারোল কয়া থোরক্লুনা ইমরজেন্সিগী ঈহৌ লাকপদগী অমদি শেঙ্গাও পায়বা, মন্ত্রি ওফিসাব কয়া হাৎপা শেল খায়বা তৌরকপদগী মদুবু নমথনবা থাবকপা আর্মিশিংনা মীচম প্রজা কয়া পাক্তক্লনা হাৎপগী থৌদোক কয়া লৈখ্রে, অমদি, খুৎলাই পায়বা মীওইশিংনসু মীচম প্রজা পাকতক্লনা হাৎপগী থৌদোক কয়া লৈখ্রে, অমদি, খুল্লাই পায়বা মীওইশিংনসু মীচম প্রজা কয়া অশিবগী খয়াত্তা তাহনখ্রে। মদুবু শোল্ভ তৌনবা ইনক্কারী কম্মিট্টি কয়া শেমখি অদুবু অশেংবা এন্দ্রা খঙহন্দনা অশিবনা মরম্লাই ওইদুনা মরোন থোক্তনা তোকখি।

---

# লালহৌবগী ঈহৌ কনখৎলকপা

মণিপুরদা খূৎলাই পায়দুনা লালহৌ চথরকপা অসি ওক্টোবরগী ১৫, ১৯৪৯গী মণিপুরগী অশেংবা নীংতম্বগী শক্তম অদু মাঙহন্দুনা ভারত্তা তিনশিনখিবা মতম অদুদগী অদুম থোরকলে। অহানবা ওইনা মণিপুরদা লৌমী-শিন্নীশিংগী য়াইফনবগীদমক য়ুম্ফম ওইদুনা খূৎলাই পায়বগী ঈহৌ পায়খৎখিবদি, হিজম ইরাবতকী (নেটা ইরাবত) 'রে গার্ড' আর্মিনি। ইরাবতনা হৌদোক্লম্বা ঈহৌ অসিগী মরু ওইবা ব্রাখলোন্দি মণিপুর অসি মনিং-মখা তম্বা কম্যুনিষ্টকী ব্রাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওই। লালহৌ অসি ইং ১৯৪৯ দগীনা ১৯৫১ গী সেপটেম্বর ২৬তা ইরাবতনা অঙ্গো চীংগী তাংবো খুন্দা অরোইবা য়াহীপ তানখিবদগী লালহৌলূপ অসিগী লূচিং পুরেল লৈতবদগী ইরাবতকী মখাদা থবক তৌরম্বা রেড গার্ড, কৃষক সভা, য়ুথ লীগ পুম্নমক কাংখোং চাইখিদুনা থূপচীনখি। অদুবু নীংতম্লিংবগী ব্রাখল্লোন পোকখিবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোল কয়া অমুক নৌহৌনা থোরক্লুনা ইং ১৯৫৩দা শগোলশেম ইন্দ্রমনি অমদি য়ংমাশো শাইজানা লূচিংবা ওল মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন হায়না কৌবা লূপ অমা লিংখত্তুনা মণিপুর অসি ভারত্তা হাম্না তিন্দ্রিবগে শক্তম হঞ্জিনজরগে হায়বা খোল্লাও কয়া খূৎলাই পায়দবা লালহৌ কয়া চঙশিনখি।

নেটা ইরাবতকী লালহৌদা মতুং ইল্লম্বা কম্যুনি ব্রাখল্লোন্দা চূপ্ত্রন মীওই কয়াসু পূনশিন্নরক্লুনা ইং ১৯৫৫দা মৈতৈ ষ্টেত কম্মিট্টি হায়বা লূপ শেমখি। ইং ১৯৫৭কী নভেম্বর থাদা লূপ অসিগী চিয়ারমেন অমদি সেক্রেটরী য়াওনা মেম্বর ৬৩ ফাজিনখিবদগী মখা চথখিদে।

মতম খরা তূমিন্না লৈরুরবা মতুংদা ভারত সরকারগী, লোইলম লৈঙাক শাসনগী মওংদা মণিপুরবু হন্থনা য়েংবীবা, লমদম অসিবু ভারতকী captive market ওইদুনা মশাগী লৈজরম্বা national resource কয়া, শীজিন্নদনা মাঙহনবা অতোপ্পা ভারতকী ষ্টেটশিংগী মীওইশিংগী শেন্দোং তানফম ওইরকপা মীতোপ-মীরানচা কয়া চঙশিল্লক্লুনা লমদম অসিগী মীওইশিংনা মাইনোরিটি তারকপা, মণিপুরগী পোথোক খূদিংমক ভারতকী অহোংবা পোৎনা মহুৎ শিজিনখিবদগী শূরগা চাজবা মীওই কয়াগী থবক শূফম নোমফম লৈরক্লবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোন কয়া মহৈগী চানবা শিনফম ফংদবদগী ঙাওচৎনরকপা, লাইরবগী মশীংনা নোংমা নোংমগী ঈশিং ঈচাওগুম হেঙ্গৎলকপা মালেমগী চাওখৎপগী অওনবশিং (science and technology) গী পোথোকশিং টি.ভি., রেডিও, মখল

মখা কয়াগী মোটোর কার য়োনশিল্লকপা, হিংনবগী নোংমগী চঙদ্রবা য়াদ্রবা মচাকশিং ফাওবা মপান্দগী লোইনা শীজিন্নরকপা, মপান্দগী লাকপা মীতোপশিংগী মখোঙ কোন্দুনা হিংবা তাররকপা, মন্নাম অসিদগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা অনৌবা মীরোনগী মরীক চুম্না ব্রাখল্লোন শাগৎপা মীওই কয়া ইং ১৯৬০ দগীদি মথং-মথং থোররকখি।

মতুংদা ইং ১৯৬৪গী নভেম্বরগী ২৪দা য়ুনাইটেট নেসনেলস লিবরেসন ফ্রন্ট হায়বা লুপ অসি লিংখৎখি। লুপসিগী অহানবা লুচীংবা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা ওইখি। লুপ অসিগী মরুওইবা পান্দমদি খা নোংপোক এসিয়াগী শরুক্তা লৈরিবা হৌরকফম তিন্নবা মোঙ্গোলোইদ ফুরুপশিং অমত্তা ওইনা পূনশিল্লগা ভারতকী লোইলম লৈঙাক্কী মথক্তা লিবরেট তৌনবগী পান্দমদা য়ুম্ফম ওই। সমরেন্দ্রনা লুপ অসিদগী পোথাদুনা লৈখ্রবা মতুংদগী লুপ অসিগী লুচীং পুরেন আর. কে. মেঘেন (সনায়াইমা) না ওইহৌখি।

মতুংদা ইং ১৯৬৪গী ওক্টোবর থাদগী ইউ.এন.এল.এফ. কী লুচীং পুরেন ওইরিবা সমরেন্দ্রগী লাইন ওফ এক্সনগা সুধীর কুমারগী লাইন ওফ এক্সনগা খেৎনরকপদগী শুধীর কাঙবু অমা ইউ.এন.এল.এফ. তোক্তুনা মৈতৈ নহারোন কয়া রিক্রুইত তৌদুনা আর.জি.এম. লিংখৎখি। আর.জি.এম. শেম্বদা মরুওইবা ফম পায়বা মীওইশিংদি ১। সুধীর, চেয়ারমেন, ২। বিশেশ্বর, ফোরেন সেক্রেটরী, ৩। আর. কে. স্নাজাওবা, হোম; ৪। কে. ব্রজবিহারী,ইনচার্জ পাকিস্থান, কম্মান্দ; ৫। মল্লান নোংয়াই, ফাইনান্স অসিনচিংবনি। মতুংদা ১৯৭৭কী ওক্টোবর থাগী তাং ৯দা কৌব্রু চীঙ্গোন্দা পীপলস রিভোলুসনরী পার্টি ওফ কংলৈপাক লিংখৎখি, হায়রিবা লুপ অসিগী মরুওইবা লুচিংবশিংদি ১। লোয়াতাবা (ভুল্লচন্দ্র) ২। অয়েকপম ধীরেন, ৩। কবিকান্ত শর্ম্ম, ৪। নিংথৌজম ইমোচৌবা কুতিবাবা মঙাং, ৫। নন্দবীর অমসুং ৬। হুইদ্রোম তোম্বনি।

মথংদা ইং ১৯৭৮দা পিপলস লিবরেসন আর্মি হায়না খঙনবা লালহৌলুপ অসি হান্না আর. জি. এম.দা থবক তৌরম্বা নামৈরাকপম বিষেশ্বরনা লুচিংদুনা লিংখৎখি। মথংদা ইং ১৯৮০গী এপ্রিল ১৪দা য়েন্দ্রেম্বম ইবোহনবীনা লুচীংবা কে.সি.পী. কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি শেমখি। মথংদা ইং ১৯৮১-২ কে.ৱাই.কে.এল. অসি এন ওকেন অমসুং তোইজাম্বনা লুচিংবা ইউ.এন.এল.এফ.তগী ফ্রেক্সন তারক্তুনা শেম্লকখি।

মণিপুরগী চীংগী লমদনা য়াম্না মশক নাইরবা লুপ অনী এন.এস.সি.এন. অমসুং কে.এল.এফ. অনীনা কংলৈপাক্তা নীংতম লাম্হেং চঙশিল্লকখিবা য়াওল্লুপনি।

---

# কুনমাথোইশুবা শতাব্দীদা মণিপুরগী ফীভম

ঙসি মালেমগী মফম কয়াদা জাতি কয়ানা, কাঙলুপ কয়ানা মীওইবগী খ্বাইদগী মরুওইবা 'হিংবগী হক' কন্নবগী ঈহৌ কয়া হৌরি। সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিদা অমদি ন্যুক্লিয়ার শক্তিদা চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী মনুংদা খরদি লোইলম লৈঙাক শাসন্দা ময়াই কাখিদুনা মনীং তম্না লৈজরিবা চাওখৎপগী থাক হন্থনা লৈরিবা লৈবাক কয়াদা নাকোইননা চথরকপা লোইলম লৈঙাক শাসনগী লাল্লোংদা চাওখৎত্রিবা লৈবাক কয়াগী থবাই কয়ানা চোন্নপ-চোন্নপ অশিবগী খয়াৎ মনুংদা তাদুনা Universal Declaration of Human Right হায়বসি সুপ্নতগী চাওখৎলবা লৈবাক্কী প্রজাশিংগীতা ওইহল্লি। লাইরবা লৈপাক্কী প্রজাশিংগীদি শরুক য়াওদবগুম মালেমগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী নাকোইনবা লোইলম শাসন্দা মীচম প্রজা কয়া ওৎ-নৈবা, মীহাৎ-মীপূন্না মালেম'সি অৱা-অনা খোঞ্জেন্না পীক থল্লি। অমরোমদা মনীংমখা তম্না লৈরিবা লৈবাকশিংগী মনুংদনা অচৌবা কাঙলুপ কয়ানা, অপীকপা ফুরুপ কয়াবু অসুম-অসুম য়োৎশিনখিদুনা হীংনবগী লম্বী মাঙলকপা মীপাইরবা ফুরুপ কয়াগী মীকপ-মীরাওখোন্না মালেম অসি পুমনীল নিল্লি।

ভারত্তা নমদুনা তিনশিনখিবা অপীকপা কাঙলুপ কয়াসু ঙসিদি ভারতকী অচৌবা কাঙলুপশিংগী খয়াৎনুংদা তাদুনা অপীকপা ফুরুপশিং অসিগী হিংবগী হক মাঙশিল্লকপদগী ঙসি অপীকপা ফুরুপ কয়ানা মশাগী কাঙলুপ কলহৌনবগী ঈহৌ কয়া হৌরি। ফুরুপশিং অসিগী মনুংদা ভারতকী রাজ্য অমা ওইরিবা মণিপুরসু অমনি। মনীং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈরম্বা মণিপুরনা ভারত্তা নমদুনা তিনশিনখিবদগী মণিপুরগী মপান্দগী চঙলকপা ভারতকী অচৌবা ফুরুপ কয়ানা অসুম-অসুম য়োৎশিল্লকপদগী ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংগী পোক্নফম অসি ফাওবা লৈকুৎ-লৈরাইদা হঞ্জিন্দুনা লৈখিগদ্রা মিপাইবা ফাওরবা মীওই কয়ানা হিংবগী অমদি নীংতম্বগী ঈহৌ খোঙজং কয়া চঙশিন্নরকখি। মসিবু থিংনবা হায়দুনা ভারতকী লান্মী কয়া মণিপুরদা থাজল্লিজুনা ঈহৌ চঙশিল্লবা মীওইশিংবু থিবা হুম্বা তৌদুনা

মীফা-মীপুন মীওং-মীনৈ কয়া তৌরকই। অমরোমদা ঙহৌ শাগৎলিবা কাঙবুনসু ভারতকী লান্মী কয়া হাৎলি। খৎনরিবা অনীমক্তা মখোয়-মখোয়গী পান্দম ফংনবা হোৎনরকপদা অমগা অমগা নোংমৈ কাপ্লদুনা হাৎতোক্লে। লালহৌবনা প্রজাগী মরক্তা, প্রজাগী মরুমদা লৈবনিনা মখোয়বু আর্মিনা ওৎপা- নৈবা, হাৎপা-তুপ্পা তৌরকপা মতমদা শারমচৎ চৎপা আর্মি কয়াসু মাওবনা নুপী-অঙাং কয়াগী ওৎপা-নৈবা ভারতকী লান্মীনা মণিপুরগী প্রজাশিংদা চথরি।

অমরোমদা লালহৌবশিংনসু মখোয়গী অনীংবগী মায়য়োক্তা লৈবা মীচম প্রজা কয়া ওৎ-নৈবা চৎথৈ অমদি নমজা-নমথেক্লদুনা মখোয়গী খুৎলাই লৈনবা, প্রজাদগী শেলগী মতেং লৌরকপদগী, ওইদা-পাদা তৌবা গুন্দা তৌবা মীওই কাঙলুপ কয়াসু থোরক্লুনা মীচম প্রজা কয়াবু ওৎ-নৈবা মীহাৎ মীপুন কয়া তৌরক্লুনা ঙসিদি মণিপুরগী প্রজাশিং শাহীং চাবা শা-কৈনা কোয়শিন্দুনা লৈথ্রবা জঙ্গলদা চঙবা খঙদনা লৈরিবা শক্তি-শঙাইগী মতৌঙম মীচম প্রজা কয়ানা ব্রানা আর্মিগী অমদি লালহৌবগী মীহাৎ-মীপুন চৈনাথোন মরক্তা হিং লি।

ঙসিদি মণিপুবগী মীচম প্রজা মীয়ামদি নুমিৎ হেক তাথিবদগীদি শোরোক লমজাওদা গাড়ী চৎপগী মখোন হেক তাবদা মিপাইনৈ, ইমুংদা অমগা অমগা ব্রাবী শানরম্বা খংলেপ লেপ্লে, কপ্লম্বা অঙাং ফাওবা সিফাই লাকএ, কমান্দো লাকএ, পুলিস লাকএ, নহারোল লাকএ হায়রবদি কপ্লম্বা খংতোক তোকলে। লমজাওদা হকচীক লাংদুনা চৎলম্বা মীওইশিং, মপান্দা লৈরম্বা, কোম্প্লোংদা মনুংদা চেনশিন্নৈ। অহিংদা হূইনা খোংবদা মিহুন চোংলে করি থোক্লগবা হায়দুনা মমিৎ-মনা চপ য়ুংদুনা, থোঙদা খোঙপাক্লা আর্মিশিংনা নৎত্রগা থৌনা ফবা মীয়ামগী কৎথোক্লবা নোংমৈ পাইবা কাংবুদুনা তোক-তোক থীল্লকদ্রা খন্দুনা, শ্বর ফাওবা তপ্না হোন্দুনা মনা থাঙ্গক্লুনা তুমীন্না লৈনরে। সরক লমজাওদা গাড়ী তন্মার পোক্কখায়বগী মখোন্দা কৈথেল কায়, নুপী-নুপা মায়কৈ শঙাই খঙদবমথৈ চেন্নরে। সরকারগী লান্মীনা হাৎপনা মাগী আইন্না য়াহল্লি,খুৎলাই পায়বা লালহৌবনা হাৎপনা লাইসেন্স পীবগা চপ মান্নৈ। থম্মোয় কায়হৌরবা মমা-মপা মরুপ মপাংশিংনা হেন্না এন্টি আর্মী, এন্টি রিভোল্যুসন ওইরক্লবগী মৈচাক কোমদা লংথৈ।

ভারত ডিমোক্রেসি চৎপা লৈপাক্নি; মীয়ামগী দাইত্ব লৈবা সরকার অমা ওইরি। গনতন্ত্রদা যুম্ফম ওইদুনা সমাজবাদি চৎপা থর্দা মীচঙ মীখাই নাইদবা, সমাজদা শেল-থুমগী অমসুং রাজনীতিগী অচুম্বদা যুম্ফম ওইদুনা চাওখৎপা সমাজ অমা শাগৎনবা হোৎনবদা (i) Democracy, (ii) Socialism, (iii) International Understanding, (iv) Secularism, (v) National integration,ময়াম অসি ভারতকী কনস্টিট্যুসননা পীরিবা নোর্মশিং অসি সুপ্নতগী মমি ওইনা শরুক থুংলবগুম তৌরি। মরমদি রাজ্য খরদদি, প্রজাশিংগী নীং-খা তম্বা অসি ভারতকী অচৌবা কাঙলুপশিংনা য়োৎশিনখিবদগী অফা-অপুন, মীশি-মীনা পীক থল্লি। মরমদি অৱাং নোংপোক ভারতকী রাজ্যশিং অসিদি ভারতকী অতোপ্পা রাজ্যশিংগী শক-চু, লোন অমদি হৌরকফম খেৎনবা অমদি চাওখৎপা রাৎলিবা জাতিশিং ওইবনা ভারতকী অচৌ-অপীক য়াম্না খায়বা অচৌবা কাঙলুপশিংনা অপীকপা বাজ্যশিং অসিগী প্রজাশিংবু মীতোপ ওইনা হন্থনা য়েংৰিবা মতৌ অসিনা অৱাং নোংপোক ভারতকী প্রজাশিংদি য়াম্না ৱানা ভারতকী চাওখৎলবা জাতি খরগী মখোঙ কোন্দুনা হিংবগী মতৌ অসিদা লমদমশিং অসিগী প্রজাশিংনা য়াম্না পেন্নদে।

ভারতকী সংবিধান্না অসিগুম্বা মীৎয়েং অমসুং থৌশিল অসিবু মৃথৎনবা লৈবাক্কী আইন কয়া শেমজরবসু অচান মীরাইদ্দি মৃথৎপা ঙমদ্রি। মরমদি ভারতকী লুচিংবা ফম্নাইবা পূম্নমক ভারত সমাজগী চাওখৎলবা মীওই কাঙলুপশিংগী মনুংদগীনি। মরম অদুনা ভারত সরকারনা কনষ্টিট্যুসন্না পীরিবা খেন্নবা মীৎয়েং অসিদগী অৱাং নোংপোক ভারতকী বাজ্যশিং অসিদি চাওখৎ-খোঙথাংদা য়াম্না থীস্থহল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা লাইবিক-লাইশু হৈরবা নহারোল গ্রুপ কয়ানা ইন্সরজেন্সি ঈহৌ শাগৎলকই। সমাজদা খোইশাওনববা নহারোল কাঙলুপ কয়া থোরক্লুনা সরকারগী মবল মথুম কয়া শেঞ্জাও পায়বা কেপিটেলিষ্ট কয়াগী মরল-মথুম লুৎ-পাট তৌবা হৌরকই। অসিগুম্বা ময়াম অসি নমথনবগীদমক ভারত সবকারনা Unconstitutional ওইবা ব্লেক লো কয়া শেমদুনা ঈহৌ অসিবু নমথনবা হোৎনৈ। ব্লেক লো অসিগী শক্তি অসি শীজিন্নদুনা ময়াই কারবা সরকারগী ফোর্সশিংনা মরাল লৈত্রবা মীচম কয়াবুসু ওৎ-নৈদুনা, মীহাৎ-মীপুন কয়া তৌরকই, নুপী অঙাং কয়াগী ইজ্জৎ মাঙহনবা থোইদোক্লা পন্দ্রবসু

মীয়াম্না থোইনা খণ্ডনরবা ব্রাফম্নি। অসুম্না সরকারগী ফোর্সশিংনা ইন্সরজেন্সি নমথনবগী নমাদা প্রজাদা ওৎ-নৈবা অমদি লালহৌবনা প্রজাশিংগী মহাক্কী কাণ্ডলুপকী নত্রগা জাতিগী অশেংবা সমাজ অমা ওইহন্নবগী নমাদা প্রজা কয়া ওৎ-নৈবা চৎথরি। ভারতকী মরাইবক থীরবা প্রজাশিংগী মনুংদা মণিপুরদনা খ্বাইদগী হেন্না চাং ব্রাংনা ভারতকী লান্মী অমদি লালহৌবগী মীহাৎ মীওৎ-মীনৈ অসি মায়োক্লরি।

মালেমগী অতে মফম কয়াদা মীওইবগী হকপু য়াম্না চেকশিন্না লৌনবগুম্না ভারতকী সংবীধাম্না মীওইবগী হিংবগী অধিকার অদু প্রজা খূদিংমক্কী পীরি। অদুবু ভারতকী অচৌবা কাণ্ডলুপকী সরকার অসিনা লালহৌবা নমথবনি হায়দুনা TADA, NSA, Arm Forces Special Power Act নচিংবা সংবীধানগী ব্রাংমদা লৈবা Unconstitutional ওইবা ব্লেক লো কয়ামুক চৎনহন্দুনা নমক্ষু শাসন কোলোনিয়েল সিস্টেমগী মওং কয়া চত্থদুনা পুলিস অমদি আর্মিদা কা হেনবা পব্রার পীশিন্দুনা সেক্যুরিটি পর্সনেলশিংনা হ্যমেন রাইট থোগুনেৎনরি। মীওইবগী পুন্সিবু মম্বল য়াওদনা মনীং তৌবা মীওই মীৎনৈ কয়া চত্থরি।

ভারতকী অচৌবা কাণ্ডলুপ্পা লৈঙাক শাসন পায়বা মীচং-মীখাই নাইবা মতৌ অসিদা য়ানিংদবা কয়া অসিনা ভারত সরকারগী মায়য়োক্তগা থোয়শাওনরবা নহারোল ফৃরুপ কয়া থোক্লুনা Veina Declaration হায়বা, All people have the right to self determination by virtue of that right they freely determine their political status and freely persue their economy social and cultural development অসিদা পান্দম ওইদুনা ইন্টরনেসনেল মীৎয়েং চঙশিলক্লবা হায়দুনা মনীং মথা তম্বা ফৃরুপ অমা ওইনা হিংনবগী ঈহৌ কয়া হৌব্নকই, অমরোমদনা সরকারনা লালহৌবা নমথনবা হায়দুনা The international community should take necessary steps to enhance co-operation to privilege and combat Terrorism গী পান্দমগা লোয়নননা নহারোল ঈহৌ নমথনবা হোৎনৈ। সরকারনা লৈবাক অসিদা হৌরিবা লালহৌবগী ইরাং নমথনবা ইন্টরনেসনেল লেভেলদা ব্রারী শায়ে। নহারোলনসু জাতি অমগী Veina declaration না পীবা শান্তি অমদি লৈবাক অমগী অশেংবা শক্তম পুরক্লবা পান্দম ঙাক্তনি। অনী অসিগী মুক্নরকপদা খ্বাইদগী শাথীনা শোক্লিবনা অনীগী মরক্তা লৈবা মীচম প্রজাশিংনি।

ইং ১৯৪৯গী ওক্টোবরগী তাং ১৫দা মণিপুরগী মনীং মথা-তম্বা মরোমদোম হিংজরম্বা অদু Merger Agreement গী থৌরীনা লাকশিন্দুনা ভারতকী লৈঙাক শাসন মখাদা লৈখি। মশীং য়াম্বা ফুরুপ অমদি শেঙ্গাও পায়বা কেপিটেলিষ্ট কাঙবুনা লৈঙাক শাসন পায়বা, য়াইতোং কমথোল পায়বা ভারতনি মরম অদুনা মশীং য়ামজদবা মণিপুরগুম্বা অপীকপা রাজ্যশিং অসিদি অচৌবা ফুরুপনা অসুম-অসুম য়োংশিল্লকুনা মৃৎখিবা য়াবগী অকিবা অদু লৈরকপদগী মণিপুরগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওই কয়া থোরক্লুনা মশাগী শক্তম ঙাকচনবা ভারত সরকারগী মায়য়োক্তা ঈহৌ তপ্ন-তপ্না লেপ্লা লৈতনা শাগৎলকখি। ভারত সরকারনসু মখল কয়াগী লালহৌবা নমথনবা শক্তি শীজিন্নরকখি। ইং ১৯৭৮-৭৯ অদুম্রাইদদি লালহৌবগী ঈহৌ অসি থংকন কনখৎলকখি, খুৎলাই পায়বা লালহৌবা ফুরুপ কয়া থোরকখি। মসিবু নমথনবা হায়দুনা ইং ১৯৭০ দগী মণিপুরগী লালহৌবগী ঈহৌ কনবা মফম মফমশিংদা ডিস্টর্ব এরিয়া লাউথোক্লুনা লাকপনা ইং ১৯৮০ দদি মণিপুর শীনবা থুংনা ডিস্টর্ব এরিয়া লাউথোক্লুনা, মণিপুর শীনবা থুংনা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিএল পরার এক্ট ১৯৫৮ অসি চৎনহন্দুনা ভারত লান্মীনা মনীং তৌনা মীওৎ-মীনৈ কয়া চথদুনা লাকই প্রজাশিংদা অকি-তুজুং পোক্লবা এক্ট অসিগী মখাদা মণিপুরদা থাজীল্লকপা ভরতকী সিফাইশিংনা মণিপুরগী কাচীন কোয়া পুমথন থনখি। এক্ট অসিনা আর্মিদা পীবা অহেনবা শক্তিদা খুদোং চাবা লৌদুনা লালহৌবা নমথনবগী মিংদা মীচম কয়া ফাদুনা ওৎ-নৈবা হৌরকখি। মীচমশিংবু ওৎ-নৈবগী মনুংদা, মীচম কয়া নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎপা, নুপী ওইবী কয়াগী ইজ্জৎ মাঙহনবা হৌরকখি।

নাকল অমদনা লালহৌবশিং মখোয়গী মহুম মপুং ফাম্নবা প্রজাশিংদগী নমদুনা পৈশা খায়বা লুট-পাট তৌবা কনখৎলকই অমদি থাজীল্লক্লিবা সরকারগী অমদি ষ্টেট ফোর্স কয়া হাত্নুনা নোংমৈ লাকপা মুনবা হেঙ্গৎলকই। মণিপুরগী কাচিন কোয়া খুদিংমক্তা, লালহৌবা অমদি সরকারগী লান্মী অনীগী মবক্তা কাপ্নবা নোংমা কাংদনা চৎথরক্লি। সরকারগী লান্মীনা অফোংবনি অদুগা লালহৌবশিংদি অরোনবনি। অথাপ্পা চীংনুং মনুংদা মীনা উরোইদবা মফমশিংদা মখোয়গী কেম্প শাদুনা লৈ। মরক মরক্তা থোরক্লুনা সরকারগী লান্মীশিংগী মথক্তা লান তাশিন্দুনা খুৎলাই লৌনবা

হোৎনৈ অমদি হাংগা তোই। করিগুম্বা সরকারগী সিফাই অমা অনীদং নাকন অনী কাপ্পুরবদা শিবা, অশোব স্পন য়াওরবদি, থিঙ্গেলদা তাইনবা গুমল্লগা নাম্পিখোংদা তাইনবগুম মন্নাং সিফাই ময়াম অদুনা থৌদোক থোকফম মনাক নকপদা লৈবা প্রজা মখৈদি, থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা ওপরেসন চথদুনা মরাক লৈজল্লবা প্রজা মীয়ামবু ওৎ নৈবা, মদুগী মথক্তা চমজরবী নুপী ওইবী কয়াবু মবুং মৌপা কয়াগী মমাঙদা ইজ্জৎ মাঙহনবা, নুপা কয়া শোরোক্কী কোইলাস মথক্তা উপাক্তা হীপ্পগা লীচৈনা ফূবা অমদি খোঙউপ বুটনা নেংপা মণিপুরগী কাচিন কোয়া খুদিংদা চৎথরকই। খাইদগী লাইবক থিনিংঙাই অমনা মীচম প্রজাশিংবু ওৎপা নৈবা অমদি নুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎ মাঙহনবদগী হেন্দোক্তুনা লমদম অসিগী প্রজাশিংবু সরকারগী সিফাইশিংমা মনীং-মখা তৌনা চোল্লপ-চোল্লপ কাপ্তুনা হাৎলকপা অসিনি। খূদম ওইনা হায়রবদা, লাংজীং পাৎশোই খুনৌগী থৌদোক, হৈরাঙ্গোইথোং ভোল্লীবোল গ্রাউন্দ, তৈরা-কৈথেল ওইনাম, রিমস হোসপিটাল, তোনসেন লমখাই, চুডাচান্দপুর, মালোম, বাপুরদা পূম্না পূম্না হাৎপা মীহাৎ খঙদবা য়েনগোন্দা হুইজাওনা চঙদুনা অফং-অফংবা য়েন শলাক তম্বদা মথল্লায় হিংনবা কোইপাই পাইদুনা চৈনবগুম লমদম অসিগী মীচম প্রজাশিংনা তংদু লৈতাদ্রবা পলেপফম খঙদবা পুন্সি মরেল অমদা হিংলি।

অসুম্মা লালহৌবশিংগা খূৎ থোক্নবা থৌদোকশিং নৎত্রগা লালহৌবশিংগী তোঙান-তোঙানবা এক্তিভিটিশিংদা মতীং ফূদোক্তুনা সেক্যুরিতী ফোর্সনা অমসুং পেরা-মিলিটরি ফোর্সনা মণিপুরগী মীচম প্রজাশিংদা ওনশিন্দুনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপগী থৌদোক অসি ইং ১৯৮০দা আর্ম ফোর্সেস স্পিসিএল পব্রার এক্ট ১৯৫৮ থমজিল্লকখিবদগী য়াম্না কুংনা থোকপা হৌরকখি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা মণিপুরগী মীয়ামদা অকী-তুজুং পোকহল্লি। লৈপাক অমগী প্রজাশিংবু ঙাকপী শেনবিগদবা, মীয়ামগী লো এন্দ ওর্দর ঙাক্তদৌরিবা ভারতকী সেক্যুরিটী ফোর্স অমসুং পেরামিলিটরি ফোর্স অসিনা মীচমনি খঙনা খঙনা চৎথরকপা মীহাৎ-মিওৎ মিনৈ অসিদা মীচম প্রজাশিংনসু ভারতনা মণিপুরবু লোইলম লৈঙাক শাসন চলাইবা, ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনা খনবীদবগুম তৌবা, গুপ্পম-শাসম্না মণিপুরী প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবা তৌবিদনবা মণিপুরদা থমজিল্লিবা unconstitutional ওইবা ল্লেক লোশিং লৌথোকপিনবা শান্তি ঈহৌ কয়া

হৌজে অদুবু সরকারনা মনাদা হাপ্লীদে। মচা, মপূরোইবা কায়নরবা ইমা, ইবেল, ইচে, ইচল ময়াম্না অসিগুম্বা থৌদোক-ব্রাথোক, মীহাৎ-মীপুন অসি তৌবিন্দনবা সরকারগী ব্লাকৎপা চৎপগী খোঙচৎ কন্নাদসু ইমা ইবেৎলশিংগী মথক্তা তারকপ্না পুলিসকী লীচৈগী নোংনা, মখোঙ তেকপা, মথূৎ তেকপা নত্তনা করিগুম্বা সরকারগী অচুম্বা ব্রায়েল অমত্তা ঙসি ফাওবা ফংবা ঙমদে।

নাকন অমদনা, জাতিগী নীংতম্বা, অচুম্বা মীওইবগী নীং-তম্বা ঈহৌগীদমক চোংথোকরকখিবা মীয়ামগীদমর্ক পুন্সি কৎথোকপীরিবা নহারোল লালহৌবা ফূরুপ কয়াগী পুবা থাংবা ঙমদবা শেনখায়, মখোয়গী অহকপা ব্রায়েলদা প্রজা কয়াগী পুন্সিসু লোইরি। মীয়ামগী য়াইফবা, অশেংবা অচুম্ববু কন্নবগী অমদি মীওইবগী হিংবগী অশেংবা অধিকারগীদমক চোংথোকপিরক্লিবা লালহৌবশিংনি অদুবু ঙসিদি মীয়ামদা অসুক্কী মতীক অকী-তুজুং ফাওহল্লে। মীওইবগী রাইট টু এক্সপ্রেস মীয়ামদা রাইট টু ফ্রিদম অমসুং রাইট টু লাইফ মখোয়গী পান্দমদা য়াওদ্রব্রা হং নরক্লে। নাকন অমদনা লালহৌবগী মায়খুম উপ্পা, উরাউ থরাউবা মশাগী ওইজবতা থিবা কয়া থোরক্কুনা মীচম প্রজা কয়াবু কিহন্দুনা নমজা নমথেক্কদুনা মীহাৎ-মীপুন তৌদুনা, লুট-পাট তৌবা, অচৌবা শেল ডিমান্দ তৌবা লেপ্পা লৈতনা চথরক্লি।

অমরোমদনা থবক শূফম নোমফম লৈত্রবা মণিপুরগী প্রজা কয়ানা মণিপুরগী মপান্দগী চঙশিল্লকপা মীশিংনা ঈশিং ঈচাওগুম জর-জর হেঙ্গৎলকপা অসিদা মাগী মাগী ফূরুপ মাঙখিগদ্রা চিংনরকপদগী কাঙলুপ কয়া নাকপাক তান্নদুনা, য়েক্লৌঙৈদগী লৈমিন্নরক্লবা কাঙলুপশিং অসি অমগা অমগা য়েংথীনরকই, চীংদা তাবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা নাগা-কুকি চীংলৈপাক লমদমদা মশা মশাগী তোংঙানবা হোমলেন্দ মুন্নবদা কাঙলুপ মৈ থাবা, হাৎনবা, নুপী অঙাং থিদনা য়াম্না তমথীবা মওংগী মীহাৎ কয়াগী অরা-অনা মীকপ মীরাওখোম্না পূম্নিন নিনখি মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাং কয়া, মচা কায়নরবা মমা ওইবী কয়া, পোক্লফম মরমদম চীংলৈবাক মণিপুরদা লৈবা কিনদুনা তম্পাক্লমদা চেল্লিক্কুনা লৈরিবা চীংমী ইচিন-ইনাও কয়ানি। চীংগী লমদমদা কাঙলুপ মশেন হাৎনবগী থজিক নেমথরকপা তাঞ্জা অদুদা মশাগী ওইজবদা থিবদা, উরাউ থরাউবা তুংদা করি থোক্কদগে, খঙ্ববা

ঙমদবা মীওই থরগী অয়ানবা পাউদগী তম্পাক্তা লৈরিবা মরুওইবা কাঙলুপ মৈতৈ অমসুং পাঙন (মুসলিম) অনীসু অমগা অমগা হাংনরকপা অসুম্না কাঙলুপ মশেল হাংনা শুনবা কয়াগী থৌদোক কয়া থোরকপা অসিদা মণিপুরগী প্রজা কাঙলুপ কয়া তংদু লৈতানা হিংবা ঙমজদে। অমরোমদনা ফুরুপ অমগী লালহৌবা ফুরুপ অমনা অতোপ্পা ফুরুপ অমদা অমসুং মীচম প্রজা কয়াদা ওৎপা নৈবা চথোকচুৎশিনদা অপনবা পীবা লুট-পাট তৌবা, কয়ানা অৱাবা চৈথেং কয়া ঙসি মণিপুরগী মীয়াম্না মায়োক্নরী।

পুম্নমক অসিগী ৱাকৎফম ওইরিবা সরকারদসু ৱাকৎলুবা তারবসু রাজনীতিবু কারবার ওইনা তৌরিবা ঙসিগী রাজনীতিৱালাশিংনা অসিগুম্বা লৈবাক্কী ইশুদা পুক্লিং ইচঙ চঙশিন্দে। প্রজা মীয়ামগী ঈহৌ লাকপা মতমদুদা খুৎলাই পায়জদবা  মীচম প্রজা ময়ামগী অচুম্বা খোল্লাও অদু  নমথনবা সরকারগী মভিক চারবা পুলিসশিং ঙাকহন্দুনা, প্রজাশিংসু ফুবা চৈবা তৌবা, মীওৎ-মীনৈ চথবা অসিনা সরকারগী মথৌ ওইরি।

অসুম্না ঙসি, মণিপুর অসি লালহৌবা নমথনবগী মিংদা, সেক্যুরিতি ফোর্স অমসুং পেরা মিলিটরী ফোর্সনা মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ মীপুনগী মথক্তা খ্বাইদগী কিনিংঙাই ওইবা মওংদা মরক মরক্তা চোমলপ -চোমলপ খায়-খায়দুনা হাৎপা মীহাৎ, অমরোমদনা লালহৌবশিংনা মরালগীদমক্লি হায়দুনা হাৎপা মীহাৎ কয়া, লেপ্পা লৈতনা চত্থরক্লি। অসুম্না অনীমক্না হ্যুমেন রাইট খোঙ্গাওনরি। নাকন অমদনা,লালহৌবা মশেল ফ্রেক্সন তানরক্তুনা খুৎলাই পায়বা মখোয় মশেন হাৎতোক্লবা, অমরোমদনা কাঙলুপকী লান্দা অমগা অমগা শা-ঙাগী মওংদা হাৎনরকপা পুম্নমক অসিনা ঙসিদি কংলৈপাক অসি ঈগী তুরেল চেপ্লে, মীশা তাউরে, মচা, মপুরোইবা, মমা-মচা শেৎনা খায়নবগী অৱা-অনা মীকপ মীরাওখোনগী খোঞ্জেলনা পুমথন থনখ্রে।

---

# ভারতকী থৌদাং

## 1. Out law শিং লৌথোকপা :

ভারত অসি তোঙান-তোঙানবা জাতি কয়ানা পূল্লগা শেম্বনি। ভারতকী সমাজ হায়বসি তোঙান-তোঙানবা সমাজ কয়ানা পূনশিল্লবা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী তোপ-তোপ্পা সমাজনি। মনীং-মথা তম্না লৈরম্বা লৈবাক ৫৬২ না পূল্লগা শেম্বা লৈবাক্নি। ময়াম অসিগী মরক্তা শক্তি লৈরবা পৃথিবীগী অচৌবা লৈবাক কয়াগা লন্না পাবা ঙমখিবা লৈবাক কয়া অমসু য়াওরিবনি। খুদম ওইনা, মণিপুর ভারত্তা তিন্দ্রিঙৈ মনীং-তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈজরিঙৈ, বর্ম্মা (মীয়ানমার)বু জয় তৌবা ঙম্না লৈবাক্নি। লোইলম শন্দোকপদা হালেংবা লৈত্রবা বৃটিশনা ভারতকী মনুংদা লৈবাক কয়া মথং-মথং লৌশিন্দুনা ভারত পূম্না বৃটিশকী মখা পোনশ্রবসু কংলৈপাক (মণিপুর) অসিদদি মতম কুইনা চহি ১৫০ রোম বৃটিশনা হায়জিল্লকপা ঙমখিদবা লৈবক্নি। অদুবু লোইলম শন্দোকপদা ময়াই কারিবা বৃটিশনা মণিপুরগী নিংথৌমচাশিং নিংথৌ খুভম মুম্নবগী ঈরাং থোক্লিঙৈ তাঞ্জা লৌদুনা মণিপুরবু লৌশিনখি। ইং ১৮৯১ পৃথিবী জয় তৌরক্লিবা বৃটিশকা অকনবা লান থেংনখিবা মণিপুর মায়থিবা ফংদুনা বৃটিশকী লোইলম শাসন মখাদা লৈখি।

নোংমা নেহরুনা হায়খি— "ভারত লৈরে হায়বসি ঐ খঙই অদুবু ভারত সি কদায়দা লৈবগে হায়বদু ঐ খঙনীং ই।" তশেংবমক্লি, ভারতবাসি হায়বসি তোঙান-তোঙনবা জাতি কয়ানা পুল্লগা শেম্বনি। লোন কয়া শোল্লিবা, ধর্ম্ম কয়া চৎলিবা , চৎনবী কয়ানা পূল্লিবা, ভারতকী সমাজনি। মীৎয়েং অসিদা ভারত অসি লৈচু কয়াগী লৈথল কয়ানা লৈতেংলবা অচৌবা লৈকোল অমগা পাংখক্লি। অদুবু অসিগুম্বা ফজরবা অপূনবা শক্তম অসিগী মায়য়োক্তা ভারতকী কাঙলুপ কয়া, জাতি কয়ানা তোখায়না তাবগী ঈরাং হৌরি মরুওইনা অব্রাংনোংপোক ভারতকী অপীকপা রাজ্য অয়াম্বা ভারতকী মায়য়োক্তা নীংতম্বগী লান হৌরি। জাতি খুদিংমক পূনশিন্দুনা অমগা অমগা মতেং পীনদুনা হিংবা হায়বসি জাতি খুদিংমক্তা, মীপুম খুদিংমক্তা, হন্নাওনা য়াফম থোকপনি অদবু করিগীদমক অব্রাং নোংপোক ভারত্তা লৈবা অয়াম্বনা নীংতমম্বগী ঈহৌ শাগৎলিবনো ভারত সরকারনা কূপ্না নৈনফম থোকই।

লিংজেল মান্নদবা খুদিংগী মীরৈবাক্তা ঐখোয়বু লাকহংখি, ইতিহাসনা ঐখোয়দা তশ্বিবা পড়ানি। ভারতকী অপূনবা শক্তম অসি কায়দনবগীদমক মণিপুরগী থোকলিবা লালহৌবগী ঈরাং অসি কোকহন্নবা মরুওইবা পাম্বে ওসি ফাওবা ভারতনা অচুম্বা মায়কৈদা পায়খত্তে হায়বদি ভারত সরকারগ মীওইবগী হিংবগী অধিকাবগী মায়য়োক্তা লৈবা ব্লেক-লো কয়া, TATA, POTA, Arms Forces Special Power Acts, 1958, লানহৌবা নমথনবা চৎনহন্দুনা পুলিস অমদি আর্মিদা কা হেনবা শক্তি পীরি। সরকারগী ফোর্সশিংনা মীচম কয়া হাত্তুনা ওৎ-নৈদুনা মীওইবগী হিংবগী সংবিধান্না খোঙ্গাওনদুনা কিহল্লগা, সরকার চল্লাইরিবা অসিমক ভারত খ্বাইদগী অশোয়বা খোঙথাংনি। মসিনা থোইনা হেন্না মীওইবগী ফংফম থোকপা হিংবগী অধিকারদু প্রজাশিংদা মাঙহনবগুম্না থোক্তুনা নোংম-নোংমগী লানগী ঈরাং হেঙ্গৎলকপা অসি ভারত সরকারনা খঙফম থোকই। নমদুনা মাগী প্রজাশিংদা কিহন্দুনা চলাইরিবা সরকার অমত্তা শান্তি লৈনা মপুং ফানা চল্লাইবা ঙমদবগী খুদমশিং হৌখিবা ইতিহাসনা ময়েক শেংনা তাক্তুনা লৈপ্লবনি।

গান্ধীজিনা হায়রম্মী— ''খ্বাইদগী হেন্না তমথীবা মীহাৎ মীপুন কয়া তৌদুনা প্রজাবু ওৎ-নৈদুনা কিহল্লগা চলাইবিবা সরকাব অদুগী অপূনবা শক্তমদি প্রজা ওৎপা সরকারগী শক্তি অদুবু প্রজানা কিবা লেপ্পা মীকুপ্তা লোইরে।''

ভারতকী অপূনবা শক্তম অসি কায়দনবগীদমক গভর্নমেন্টনা মণিপুরদা লালহৌবগী ঈরাংগীদমক, অনকন্সটিট্যুসনেল ওইবা ব্লেক লোশিং চৎনরিবা অসি হন্দোকপা দরকার লৈ। লৈবাক্তী পূনশিন্নবা পুরক্লবা অহনবা লম্বেলদি পূক্লিং পূনশিন্নবনি। নমফূ শাফুনা মসিগী ঈবাং নমথবা ঙম্রোই, মসিগী খুদমদি হৌখিবা চহি খবসিদা, সবকারনা প্রজাশিংবু কিনবা লো কয়া হাপচিল্লকপগা ঈবোইননা লানহৌবগী চাংসু হেঙ্গৎলক্লি।

ভারতকী সংবিধান্না জাতিগী অপূনবা পুরক্লবা মরুওইবা ফ্রেম ব্রার্ক অদু থবক ওইনা পায়থৎপা, মদুদা য়াওবা য়াওদবা ভেল্যুশিংগী মচাকশিং অদু প্রজা মীয়ামদা য়ৌহনবা অসি খ্বাইদগী তঙাই ফদ্রবা সরকারগী মথৌনি। সংবিধান্না পীরিবা সেক্যুলারিজমগী পান্দম মান্নবা অধিকার, নাগরিকশিংগী হিংবগী অধিকার শেল-থুমগী মান্নবা, শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগী অধিকাব লোয়ননা মী যামজদবা কাঙবুশিংগী শক্তম ঙাকচনবা হক হাক্তয়দুনা থল্লিবশিং থবক ওইনা মপুঙ ফানা পাঙথোকপা তঙাই ফদে।

গুসি মনিপুরীশিংনা মখোয়গী তুংগী ফীজম খনবদা থম্মাইদা লাংতক্নরিবা অমদি, মশাগী তোপ-তোপ্পা শক্তমশিংবু মশাগী মশীং য়াম্বা কাগুলুপশিংনা য়োংশিনখিগদ্রা হায়বগী অকিবা পোকই। মসিগী মরুওইবা মরমদি মশাগী মরমদম মণিপুরদা মণিপুরীশিংনা মাইনোরীতি ভাবা হৌরকপদগীনি। মরম অদুনা জম্মু-কাশ্মির, মেঘলয়া, মিজোরাম অমদি নাগালেন্দা তৌখিবগুম্না কনাগুম্বা মীতোপ অমত্তা মণিপুরগী লম য়োনবা য়াদবা আইন অমা খুদক্তা চংনহনবা তঙাই ফদ্রবনি। মদুগীসু মথক্তা খ্বাইদগী লাইবক থীবা অমনা থাইনা য়েক্লৌউেদগী লৈমিন্নরকপা মণিপুরগী চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা থম্রিবা আইন অমদি, মীতৈশিংনা মাগী মরমদমগী চীংদা তাবা থিংবা অমরোমদা, মৈতৈনা কোম্না তাজবা লমদা খুজীন মমাইমুক্তা পাকপা তম্পাক্তনা চীংমী, ময়াং হূপ্তুনা লৈবা য়োনবা য়াহনবা মসিনি। মসিনা মরম ওইদুনা চহি লীশাং শীংনা থোক্নখিদ্রিবা থৌদোক কয়া, মণিপুরদা য়েক্লৌউেদগী লৈমিন্নরকপা ফুরুপ অমগা অমগা নুংশিনহন্দবা, হাৎনা শুনবা থোক্লি, খুদম ওইনা কুকি-নাগা; মৈতৈ-নাগা; মৈতৈ-পাঙল।

জাতিগী অপূনবা শক্তম শাগৎপগী মওং অনী লৈ। অমনা অপীকপা সংস্কৃতি পূম্বা জাতিগী ওইবা সংস্কৃতি অমদা পূল্লপ লূপশিলকপা। খূদম ওইনা হায়রবদা জর্ম্মন, ফ্রেন্স, ইরিস, ইংলিস, জিউ অমসুং বাসিয়ান পূম্বনা তোংশিন্নখিদুনা অমেরিকান ওইখিবা অসিনি। অদুনা অমেরিকাবু "শৌদোকফম পাত্র" হায়না কৌনৈ। অমনা খেন্নবা মযামগী মরক্তা মান্নবা পুরকপা। লম লমগী কাগুলুপ কযাগী সংস্কৃতি মাগহনবা লৈতনা, ময়াম অদুগী তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিবু য়োকখত্তুনা জাতিগী ওইবা মপূম ওইবা সংস্কৃতি অমা শাগৎপা, খূদম— সুইজরলেন্দ, লমদম অসিদা জর্ম্মন, ফ্রেন্স, রোমান অমসুং সুইজ জাতিশিংনা মাগী মাগী জাতিগী ইনাৎশিং চংনৈ, তোঙান-তোঙানবা লোন কয়া লোয়ে। লোয়ননা জাতিগী অপূনবা শক্তমসু ময়েক শেংনা উংলি।

ভাবতকী অপূনবা শক্তম অসিসু সুইজরলেন্দগী মওং অসিনি। হায়বদি অপীকপা জাতিগী সংস্কৃতি ময়াম অমা অচৌবদা লূপশিন্দুনা মাগহনখিবা নত্তে। তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিশিং অসি য়োকখৎলগা তোপ-তোপ্পা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎপনি।

"ভারতকী অপূনবা শক্তমদি য়েথ্রং মথেল কয়াগী মথেল লুকোই শুরবা চাকলুক অমনি"। জাতি কয়াগী ধর্ম্ম, লোন চংনবী ধর্ম্ম

য়োকখৎতুনা, তোঙান-তোঙানবা মাগী মাগী মহাও ভংমিন্নবনি। ভারতা লৈরিবা জাতি খুদিংমক্কী শক্তম য়োকখৎপা হায়বসি সংবিধানগী প্রিন্সিএবলদসু ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরবনি। অদুনা মণিপুরীশিংনা মশাগী শক্তম মাঙখিগদ্রা মীপায়রিবা অসি কোকহনবনা মণিপুরবা শান্তিগী লম্বী পুন্নকপা ঙমগনি।

শেল-থুম অমদি চাওখৎ-খোঙথাং :

ঙসি মালেম অসি সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি চাওখৎলকপগী অওনবদা ভারতসু সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী লমদা পৃথিবী চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী মনুংদা মাঙজিল থারিবা লৈবাক অমা ওইরি। অদুবু মণিপুরগী প্রকৃতিগী পোথোকশিং অসি শিজিন্নদনা ভারতকী মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎশিংনা মহুৎ শিজিনখিদুনা মাঙহল্লকপা কেপিটল রিসোর্স অনৌবা মরমগা চুনরবা কনজুমর গুডস খক্তা নত্তনা, মীওইবগী হিংবদা চঙদবা য়াদ্রবা লৌউ-শিংউবগী পোথোক এগ্রিকলচরেল প্রডক্টশিং চেঙ, হৱাই, থাউ, থুম খুদিংমক মপানগী পোথোক ঙাক্তা ওইবনা, মতম অমদা, ফি শাদুনা, য়োৎ শূদুনা লৌ-উনবা খুৎলাই য়োৎপাক শীংজং, থাঙ-তেন, মপান্দগী অহোংবা মেছীননা শাদুনা পুশিল্লকপনা, মণিপুরগী শিন্নী কয়া থবক ফংদবগী সমস্যা কয়া মায়য়োক্লরি।

লৌউ-শিংবদা চঙবা পোৎচাকশিং মরাং কায়না লৈতবনা, মহৈ মরোং হিংবদা তঙাই ফদবা চঙদবা য়াদবা চীঙ্গাক মতীক চানা লৈরিবা মীশিংগা চাননা লৈতবনা খুদিংমক মিপান তাংদুনা হিংবা তারকই। নাকন অমদনা, বিঙ্গান্না চাওখৎলকপনা অনৌবা পোৎলম কয়া পুথোক্লুনা মালেমদা হিংনবা লাইথোকপা অমদি থবক লৈতবা মতমদা মতম লেন্নবা পোৎলম কয়া ফংহল্লি। অওনবশিং অসিগা চুননা লমদম অসিগী প্রজাশিংগী মীৎয়েং অমসুং ফিরেপ্তসু অহোংবা তঙাইফদনা লাকফম থোকপনি। মণিপুরদদি পুরানা মাঙহ্রবগুম তৌরকপা মশাগী পোথোক্কি হায়দুনা করিমত্তা লৈজদবা লোয়ননা পোথোক লৈতবনা থবক শূফম ফেক্টরি, ইন্দস্ট্রিজসু লৈতবনা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোল কয়া থবক ফংদবগী সমস্যা মায়য়োক্লরকপা অমদি শেল-থুমগী ফীভম্মা নোংম-নোংমগী শোকচিল্লকপা অসিনা মণিপুরদা লানহৌবগী ঈরাং অসি য়াকাইরকপনি।

চৎনবী মান্নদবা অমসুং চাওখৎপা খেন্নবনা রেজিনেলিজম য়োকখৎলি। হৌজিক লৈরিবা মণিপুরগী চাওখৎপা খোঙথাং অমদি অতৈ ভারতকী ষ্টেটশিংগা চাংদম্নরুবা তারবদি অসুক্কী মতীক হন্নুনা লৈরি। মসি ভারত সরকারগী মীৎয়েং চিংশিনবা থ্রাংলি হায়বদা লাল্লোই। লৈবাক্কী চাওখৎপা হায়বসি প্রকৃতিগী পোখোক ময়াম অসি লোইনমক চাওখৎহন্নবতনা ওইগদৌরিবনি। মণিপুরগী প্রকৃতিগী পোৎলমশিং জাতিগী অপূনবা লম্বি লোয়ননা অপূনবা জাতিগী থ্রাখলদা পুররুবা হোৎনবা হায়বসি ভারত সরকারগী খ্বাইদগী চাউবা মথৌনি। হৌজিক, হৌজিকমক ভারতকী অন্নাং নোংপোক লমদমদা থোক্লিবা লালহৌবগী ঈরাংশিং অসিগী মরুওইবা হৌরকফমদি, ভারতকী লুচিংবশিংনা মাগী মাগীতা হোৎনদুনা তোঙান-তোঙান তানহন্দুনা, শেল-থুমগী চাওখৎ খোঙথাং পুররুবা হোৎনবীদে। লম অমগা লম অমগগী মরক্তা মীচং মীথাই নাইবদগীনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি অন্নাং নোংপোক লমদমগী রাজ্যশিংগী এম.পি. মশিং অসি ভারতকী অন্নাং-নোকপোক্কী এম.পি. মশিংগা য়েংনরুবা মতমদা লৈতবগা চপ মান্নে অদুনা ইউনিয়ন গোভর্ণমেন্ট সরকারদা শেন্বদা অন্নাং-নোংপোক লমদম য়াওদবগা চপ মান্নে। মরম অদুনসু সরকারগী মীৎয়েং চিংশিনবা থ্রাংপনি। নাকল অমদা এম.পি. মশীং য়াম্না লৈরবা ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংদি সরকার শেন্বা য়াওদ্রগসু সরকারদা চৈথেং পীবা ঙম্বনিনা সরকারগী মীৎয়েং চিংশিন্দবা ঙমদে।

মরম অদুনা মণিপুরগী ওইনদি লালহৌবগী ঈরাং নেমথহন্নবগী খ্বাইদগী মরুওইবা পান্থেদি মণিপুর শেল-থুমগী ফীভম ফগৎহনবা হায়বসিসু তঙাই-ফদবা ভারতকী মথৌনি। ভারতকী মরুওইবা ইকনোমীগী সেক্টরশিং Primary, Secondary অমসুং Tertiary সেক্টরশিং অসি মণিপুরদদি পুরা ফেল ওইরে।

Primary Sector :— মী খরনা লৌউ-শিংউবগী থবক খরনা ঙা-ফাবগী থবক, খরনা উ-থাবা, অসিগুম্বা চান-থক্রনবা, মহৈ-মরোং অমদি ঙা-চাক ফাবা, উ-ম্রা থাবগী থবক অসি তৌদুনা শেল তাল্লিবা সেক্টর।

Secondary Sector :— মী খরনা খোং তৌবা, য়ুম শাবা, নুং-ফুকপা, কেন্দল শাবা, ফিশা-লোনশা তৌবা, অসিগুম্বা থবক তৌদুনা শেল তাল্লিবা সেক্টর।

Tertiary Sector :— মীওইবা খরনা মখোয়গী হিংনবগী লম্বী অসি লল্লোন-ইতিক তৌদুনা, লম্বীদা, মী পুথোক-পুশিল তৌদুনা পোৎ-চৈ

পুথোক-পুশিন তৌদুনা সরকারগী অমসুং লম্নাইগী থবক কয়া তৌদুনা শেল তাল্লিবা সেক্টর।

মহৌশানা লৌ-উবদগী থোকপা পোথোক অদুবু প্রাইমারী প্রডক্ট, খুৎ-শা হৈবদগীনা সেকেন্দরী প্রডক্ট অমসুং ললোন ইত্তৌক্তা টর্শিয়ারী প্রডক্ট হায়না খঙনৈ। হায়রিবা পোথোক মখল অহুম অসি পূল্লগা লৈবাক্কী অপুনবা পোথোক G.D.P. (Gross Domestic Product) কৌই।

অদুবু মণিপুরগী ইকোনোমিদা হায়রিবা সেক্টর অহুম অসি পূল্লা শিবগা মান্ননা লৈরে হায়বা য়াই।

মণিপুরগী অয়াম্বা মীশিংনা প্রাইমারি সেক্টরগী শিনফমশিং তৌই অসুম ওইনমক থবকশিং অসিনা পোৎ পুথোকপগী চাং য়াম্না হ্রাৎলি।

মসিগী মরুওইবা মরমদি, লমগী মপূং ওইবা নৎত্রগা লৌচা-পথাপকী অশোয়বা মমাংঙৈগী চৎনত্রবা পোৎ পুথোকপগী নিয়ম শীজিন্নবা নাকল অমদনা মতমগা চুনবা চাথোক পুথোক্লবা রাসযানগী (Chemical fertilizer) শিং শীজিন্নবা হ্রাৎপা মরম অসিনা পোথোক য়াম্না হ্রাৎলি। অদুনা মপানগী লৌউ-শিংউবগী চানা থক্লবা পোথোকশিং অত্রাৎপা মেনশিল্লি। অমরোমদা লৌউ-শিংউনা মীওইশিংসু লৌ-শিং হেক উবা লোইবদগী থবক হাংদুনা করিমত্তা শূদনা লৈবনা seasonal unemployment problem থোকই।

Secondary sector অসি ফগৎপা হায়বসি প্রাইমারি সেক্টর ফগৎলবদা চাওখৎকদবনি, হায়বদি প্রাইমারি সেক্টরনা চানবা চীঞ্জাক শুংদোক্লবা মচাক মথুম raw material কয়া উদ্যোক্কী secondary sector দা শীগদবদু শীত্রবদি করম্না চাওখৎলক্কনি।

মরম অদুনা Industrial sector, small scale industries ফিশা- লোনশা, চান-থক্লবা চীঞ্জাক শুংবগী থবক অমত্তা মণিপুরদা মায়পাক্লা পায়খৎপা ঙমদে। ইন্দস্ট্রিয়েল সেক্টরনা লৌ-উবদা চঙবা পোৎ, পীশনগদবদু তৌত্রবনিনা সেক্টর অনীমক মণিপুরদদি ফেল ওইরে। মরম অদুনা মীওই কয়া unemployment problem মাইয়োক্লরে। Tertiary sector না লৌউ-শিংউবা অমদি Primary sector মতেং পাংগদবা অমদি ললোনঈতিক্কী থবক তৌগদবা অদুসু মণিপুরগী লম্বী থোং ফত্তবনা, পুরা ফেল ওই। পূম্নমক অসি Union Govt.গী মীৎয়েং চিংশিনবা হ্রাৎলি হায়বদা লাল্লোই।

---

# প্রজা মীয়াম

লৈবাক অমগী শান্তি অমদি শেল থুমগী ফীভম ফংহনবা হায়বসি লৈবাক অদুগী ফম্নাইবা অঙম-অথৌশিংগীতা নত্তে। মসি মীচম প্রজাশিংগীসু তঙাই ফদবা দাইত্ব অদু লৈ। প্রজা মীয়ামগী শক্তি হায়বসি ঈশ্বরগী শক্তিনি। লৈবাক্কী ফম্নাইবা অঙম-অথৌশিং হায়বসি প্রজাশিংগী মরক্তগী ওইরকখিবা ঙাক্তনি মখোয়গী শক্তিদি প্রজা মীয়ামগী শক্তিগা য়েংনরুরবদি সমুদ্রগা লাংখোংগা চাংদম্নবগুম্বনি। অদুনা প্রজা মীয়াম্না মখোয়গী শক্তি অসি খঙজবা তারবদি অমসুং মদুবু ফজনা অমদি হৈশিংনা শীজিন্নবা তারবদি পোৎশিং হায়বদি শেঙ্গা থুমজা, হুরান-চীন্থি, অরা-অনা, হাৎন-শুনবা মখোয় অসি মশানা মরোমদোম মূৎচখিবগা লোয়ননা লৈবাক্কী চাওখৎ খোঙথাং অসি ফগৎলক্কনি।

প্রজা মীয়ামগী খোঞ্জেলদি ঈশ্বরগী খোঞ্জেলনি অদুবু প্রজাশিংনা মশানা মশাবু মাঙহঞ্জবা মতম অদুদদি ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অদুসু করম্না হিংবা ঙমগনি ? প্রজাগী খোঞ্জেলনা ঈশ্বরগী খোঞ্জেল ওইরবদি মদু কাঙলুপকী ব্রাংমদা লৈবা, কাঙলুপ খায়বগী খল অদু লাম্থোকপা ধর্ম্ম, লোন, জাৎ, খেন্নবা পলগী ব্রাংমদা লৈগদবনি। গনতন্ত্রগী অরানবশিংগী মায়কৈ করিগুম্বা লৈরবদি, সরকারগী মীৎয়েং চিংশিনবদা প্রজাশিংনা পেন্দুনা লৈগদবনি। প্রজাশিংনা পাম্নবদি প্রজাশিংনা সরকারবু লৌথোকপা ঙমগদবনি। অদুবু মখোয়না শেমজখিবা মখোয়গী সরকারগী মায়য়োক্তা ঈরাং হৌহন্দুনা মখোয়বু য়ৈথায়বদি পীরোইদবনি। প্রজা মীয়াম্না খঙলবনি, গনতন্ত্রদদি প্রজা মীয়াম অপাম্বনা শাসন তৌগদবনি। অদুবু প্রজাগী মী অয়াম্বনা মশাগী ওইজবা থিবা অমসুং থাজবা য়াদবা মীশক ঙাক্তা ওইরবদি মতৌ করম্না হিংহনবা ঙমগদগে।

গনতন্ত্রবু ঙাক্লবগীদমক প্রজাশিংনা নীংতম্লিংবগী মশাগী ইকাইখুম্নবগী অমসুং অমত্তা ওইবগী অকনবা ভাব অসি লৈগদবনি অমসুং অচুম্বা তৌবা অমসুং অফবা অসিগুম্বা মীশকশিংতবু ঐখোয়গী মীহুৎ ওইনা খন্নবগীদমক চপ য়ুংনা লেপ্পুনা তাম্নগদবনি। অশেংবা গনতন্ত্র হায়বসি মখোয়গী মহৎ শিল্পী হায়না খনবা মীশকশিং অদুগী অপাম্বা অশা অমসুং

ভাবনা মহুৎ শিনবদা অকায়বা করিসু লৈতে। নমফূ তৌবা পাম্বনা গনতন্ত্রগী অশেংবা শক্তম অদুদি পুন্নকপা ঙমলোই।

গনতন্ত্রদদি গনতন্ত্রনা অমসুং গনতন্ত্রগীদমক শাসন তৌবা ষ্টেট হায়বা পূক্লিং অসিনা মীশক অমগী পূক্লিংবু শাসন তৌই অমসুং মহাক্কী পনখে ন্যাইহনবনি। মীশক খুদিংদা আইন মশা মশাগী মথূৎনা পায়রবদি ষ্টেট হায়বা অমা লৈতে মসি কাংখোং চাইবা অমগী মশক ওইরে হায়বদি লৈরোই হায়বদি সমাজগী নিয়ম নত্রগা ষ্টেট হায়বদু লৈরোই লম্বী অসিনা নীংতম্বা মাঙহনবা হায়বদু ওই। মরম অসিনা প্রজা ঐখোয়না ঐখোয়গী অশাওবনা জয় তৌজদুনা অমসুং ষ্টেটনা অচুম্বা ঙাকহনগদবনি।

প্রজা মীয়াম্না খঙজিনগদবদি, গনতন্ত্রগী মরুওইবা শক্তি, মসি মরুওইবা শক্তমদি পুম্নমক্কী সধারণ মীয়ামগী ফননবগী সেবাদা মখল-মখা অয়াম্বা কাঙলুপশিংগী অপূনবা হকচাং শেল-থুম অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈনবা পোৎচং পুম্নবু শেমগৎপা কলাবিদ্যা অমসুং বিজ্ঞান অদুনি। গনতন্ত্রদা মীশিং য়াম্না নৎত্রগা অয়াম্বা কাঙলুপ হায়বগী নিয়ম অসিগী মফম লৈহল্লোইদবনি। মীশিং য়ামদবশিংগী অধিকারবু ইকাই- খুম্নবা হায়বসি মীশিং অয়াম্বা কাঙলূপ্পু মীওইশিংনা মশীং য়ামজদবা কাঙলুপকী ফিরেপশিং অমসুং থবকশিংবু তাবীগদবনি অমসুং ইকাই খুম্নবিগদবনি। মীশিং য়ামদবশিংবু তাবীবগা অমসুং ইকাইবা পীদনবগীদমক য়েংশিনবিবা হায়বসি মীশিং য়াম্নবশিংগী মথৌ অমা ওইনা প্রজাশিংনা লৌগদবনি। করিগুম্বদা মীশিং য়াম্নবগী শাসন অসি নম্ফূ তৌবা ওইরক্লবদা অচাওরম কাবা, মীশিং য়ামদবনা তৌবা শাসনগুম্না খাঙবা ঙমদবা শান্তি লৈতবা লৈঙাক শাসন ওই। অয়াম্বা মতমদা মীশিং অয়াম্বগী নিয়ম অসি খুনা শিজয়ে, হায়বদি অকূপ্পা ব্রাফমশিংদদি কনাগুম্বা অমনা মীশিং অয়াম্বদ ইন্দুনা চৎকদবনি হায়বসিনি। অদুগুম্বা ব্রারেপ অদুনা, মীশিং অযাম্বদা য়াদুনা চৎপা হায়বনি, মীনাই ওইবগী শক্তমনি। গনতন্ত্র হায়বসি প্রজানা য়াওবগুম্না থবক তৌগদবা নত্তে। গনতন্ত্রগী মখাদা মীশক অমগী মত্ত অমসুং থবক্কী নীংতম্বা অসি মতম লৈবা খিবিক্তা মীয়াম্না মশানা য়ানা ঙাকমিন্নগদবনি। মরম অসিনা মীশিং য়ামদবশিংসু মীশিং অয়াম্বদগী ইতোপ-তোপ্পা থবক তৌনবগী মপূংফাবা অধিকার লৈ হায়বসি মীচম প্রজাশিংনা হোংদবা ফীরেপ লৈগদবনি।

প্রজা মীয়ামগী অফবা মপূং ফাবা ব্রাখল ফিরেপ্তুনা সমাজ অমবু শেংনা অমদি মশা ফনা থম্বা ওমই। "মীয়াম্না য়াবা ষ্টেট অমনা করিগুম্বদা মীয়ামগী ব্রাখল ফিরেপকী মাঙজৌননা থবক পাঙথোকপা ওমদে, মীয়াম্না য়াবা ষ্টেটনা তৌবদি মীয়ামগী অনিংবা অপাম্বা, অমদি ফিরেপ অদু থুংহনবনি।" অদুগা ষ্টেট অদুনা কৈদৌঙেদসু মীয়ামগী মায়য়োক্তা লৈবা ওমদে। প্রজা মীয়াম্না গনতন্ত্রগী অশেংবা শক্তম ফংগে হায়রবদি মীপূম খূদিংমক শিক্ষা ফংনবা পান্দম অদুদা খোঙ থাংজিনবা তঙাই ফদবা মথৌনি। মীয়ামগী মতনা করিগুম্বদা হিংসা অমসুং ওৎ-নৈবা ওইরক্রবদা, মসিনা সমাজ অদু মরোমদোম লৈখা তাক্লবগী লম্বী অদু ফাংলকই।

প্রজা মীয়ামগী 'মত' য়াওদনা মাঙওইননা আইন হান্না শেমদোকপা হায়বসি অরেম্বা কান্নদবা ওইবতা নত্তুনা ফত্তবা লম্বীদা থোং পাল্লগা অফবা লম্বীগী থোঙ লোনশিনবগুম্বনি। মীয়ামগী মত হায়বসি অখাঙ কল্লবা পাউতাক্নি মদু করিগুম্বদা হীক্তোকপা ওম্নবগী শক্তি অদু শুংলৈ লৈতে। গনতন্ত্র হায়বসি চাউখ্রবা সংস্থান অমা ওইবনা মীপুম খূদিংনা মসিবু শেরান্ননা শীজিন্নবগী খুদোংচাবা অদু লৈবনা মসি য়ারিবথৈ মীয়াম্না লান্না শীজিন্নদনবা হোৎনবা হায়বসিসু মথৌ তাই। মীযাম্না রাজনীতি শক্তি অসি পায়রবা মতমদা প্রজাগী নীংতম্বা অয়েৎপা অসি খ্বাইদগী য়াম্বা চাংদা হন্থে। অদুগা হায়রিবা প্রজাগী অনীংবা অপাম্বা অদু ষ্টেটনা অয়েৎপা লৈতনা ফজনা থবক ওইনা পাঙথোকপা অমদি মীয়ামগী নীংবা থুংহনবা মত অদুদা গনতন্ত্রগী অশেংবা শক্তম অদু পুরকপা ওমই।

প্রজা মীয়ামগী মতম চুপ্পদা লৈগদবা ব্রাখলদুদি প্রজানা শেমজবা প্রজাগী সরকারদা মী অমখক্তনা শাসন তৌদুনা পানবা হায়বসি ওইথোক্তে। শাসন তৌরিবা মীশক অমগী মঙক ককথৎপা হায়বসি য়াম্না লাইবা ব্রানি, অদুবু মী অমগী পুন্সি মাঙহনবগী মহুত্তা মঙোন্দা শাসনগী চূপ্পি অদু লৌথোকপনা অচুম্বা গনতন্ত্র ওই।

প্রজানা প্রজাগীদমক লীংবা সরকার হায়বসি চাউগে হায়রিথৈ চাউরবা মী ওইদুনসু মী অমত্তনা পুবা কৈদৌঙেদসু ওইথোক্তে । মরমদি মী অমগী অশাওবদি লাইনা থিংবা ঙম্মী অদুগা প্রজাগী অশাওবদি কৈদৌঙেদসু ওমদে। অমুকসু সরকারগী অশাওবদি প্রজাগী মীয়াম্না থিংবা ওমগনি অদুগা প্রজা

মীয়ামগী অশাওবদি থিংবা ওইখোক্কে। অহানবগী মীয়াম প্রজা অমনা শাউরকপা হায়বসি জাতি অমনা শাউরকপগী খুদম্নি; অদুগা সরকার অমনা শাউরকপা হায়বসিদি সংস্থান মচা অমগী মনুংদা লৈবগুম্বনি। অদুনা মশক খণ্ডবা মীয়াম অমনা গুাওরদুনা ময়াম তিম্নরকপা অপুনবা অদুবু কোকহনবগী শাসন তৌবদা মতিক চাদ্রবা সরকার অমবু লোইশিনদবনা য়াম্না লাইবা থবক্নি।

প্রজা মীয়ামগী হৈশিংদবা অরানবা অশোয়বা কয়ানা মতেং ওইরগা মীশক অমদা শক্তি শিন্নরবদি প্রজা মীয়ামবু অমদি মশাবু লৈখা তাহল্লি। গনতন্ত্র অমসুং হস্থবা মীয়ামগী শাসন অনীগী মরক্তা পনখে খায়বা লৈই অপীকপা পাঙদবা ওই। অমনা পুন্সি অমসুং চাওখৎ খোঙথাংদা চিংশিল্লি। অতোপ্পা অদুনা শেংনা অমসুং ইচম চম্বা মশক্কী অশিবা ওই। অদুনা ঐখোয় প্রজা মীয়াম্না লৈখা তাবগা মতম চাউনা লৈরকই। অদুনা প্রজা মীয়াম্না লৈখা তাবগী মরম অসি নুংদগী যেংবা তঙাই ফরক্রবনি। প্রজা মীয়াম অমা ওইনা চিংনবা মিহৌবগী মথক্তা প্রজা মীয়াম্না লৈরবদদা সমাজ পুম্বনসু ঐখোয়গী সমাজবু নমথবা অমদি নোক্নহনবা ঙম্রোই। অদুনা মীয়াম্না অচুম্বা অমসুং অখাঙ কনবা অমসুং নুংদগী নৎত্রগা পান্দগী ওইরবসু মীয়াম্না অরুবা পুম্বা মায়য়োক্লগদবনি।

প্রজা মীয়াম্না, সংস্থানশিং শেমদুনা খুঙ্গং চাওখৎনবা হোৎনবা তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবনি মরমদি অশেংবা গনতন্ত্রদদি খুঙ্গং খুদিংগী প্রজা মীয়াম্না থবক তৌরক্লগা মাম্নবা থোং পুরকপা অশেংবা অচুম্বা শান্তিগী লম্বী অদু পুরকপা ঙমগদবনি। অদুনা মীয়াম্না খুঙ্গংগী খুৎশা-হৈবগী থৌরম শোক্ল-পম্না য়াদবা অমাং-অশোই, নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা, মীয়ামগী পেন্দবা খুদিংমক অহিংসাগী সংস্থানগী মধ্যমদা ফোঙদোক্লবা য়ুম্ফম শেম্বা তাই। থৌরমশিং অসি মীয়ামগী থৌনা অমসুং শিক্ষানা পাঙথোক্কদবনি থৌরমশিং মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙম্নবগীদমক প্রজা মীয়াম্না অশেংবা অচুম্বা তৌরক্কদবা মীহুৎশিং খনগদবনি।

প্রজাগী মীহুৎ (মন্ত্রী মণ্ডল) : গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী মীহুৎ ওইনা খল্লবা মীশক অমা হায়বসি মীয়ামগী শক্তি জ্ঞান খোঞ্জেল খুদিংমক তিম্নবা মীশক অমনি। মরম অসি লৈবাক অমগী নৎত্রগা জাতি অমগী শান্তি, অমদি চাওখৎপা পুরকপা হায়বসি মখোয়গী মীহুৎশিংগী শোয়দনা তৌদবা য়াদবা মথৌনি। মহাক্কী খোঞ্জেল অদুনি অতোপ্পা লৈবাক অমগী

প্রজাশিংনা অমদি লুচিংবশিংনা তারিবনি, ঐখোয়গী প্রজা মীয়ামগী খোঞ্জেল ওইনা তারিবনি। মহাক্কী শান্তি লৈতবা খোঞ্জেল অদুদনি অতোপ্পা জাতি অমনা নোক্করিবা।

মীয়ামগী মীহুৎ ওইরিবা মন্ত্রিশিংনা মতম খূদিংমক্তা নীংশিংগদবদি মখোয় প্রজাশিংগী মনাইনি। প্রজা মীয়ামগী শক্তি, থৌনাশিং অদু মঙোন্দা শিন্নরগা মীয়ামগী নুংঙাই-য়াইফবা, শান্তি লম্বী অদু ফংবা ঙম্মবগীদমক মখোযগী শিন্থাশিং শিন্নবনি। মরম অদুনা প্রজাশিংগী অফোংবা পূক্নিংগী মায়যোক্তা মখোযনা কবিগুম্বা পোৎ অমত্তা মপূং ফানা তৌবা ওইথোক্তে। প্রজাশিংনা করিগুম্বদা যানিংদবগী পেন্দবগী খোল্লাউ লাউবক্রবদি মহাক্না নোংমা ফাওবা চোম্থদনা লোইশং পায়দুনা লৈবোইদবনি।

মন্ত্রিশিংনা মীযাম্না ঙাং-শক্লকপদা শাউগৎলোইদবনি। মখোয়গী মরাল থিদুনা নৈনরকপা মতমদা অফবা ওইনা লৌদুনা মহাক্কী মরান অদু মশানা য়াজগদবনি। মীয়ামগী শক্তি পায হাযদুনা প্রজাশিংদা নমথাক তৌবোইদবনি।

অচম্বা, থৌনাফবা, পূকচেল শেংবা, খূৎ-শা হৈবা, বিজ্ঞানগী লম্বীদা অমদি অতৈ অতোপ্পশিংদগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ চেনবা মীয়ামগীদমক খনবা, প্রজাশিংনা খনগৎচরক্রবা,মীওইশিংনা প্রজাশিংনা মখোয়বু খল্লকপা মতমদা থমথিবা আশা অদু থুংহনবিগদবনি। মীযামগী শিন্থা পাঙথোক্লুনবা থাবক্লিবনি খন্দুনা মীয়াম্না মঙোন্দা ঙাংবা শকপা খূদিংমক মহাক্কী অশোয়বশিং তৌদনবা হেন্না ফবা লম্বী অমগী মফম তাকপনি খনগদবনি। অচাওবম কাবা অমদি মশাগী ওইজবা থিবগী ব্রাখল লমজিং থাদোক্কদবনি। প্রজা মীযামগী শক্তিবু পামদুনা প্রজাবু লৌনম তৌদুনা ওইদবা পবেং লেংদুনা প্রজাশিংবু শুক্ষৎপা অমদি মীওইবগী হকপু পৈশা পীদুনা লৈবা অমদি, গুণ্ডা লিংখত্তুনা মীচম প্রজাগী শক্তি লৈববা হকপু মৎপগী ব্রাখল প্রজাগী মীহুৎ ওইনা চোংথোবক্লিবা লুচিংবশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা তৌরোইদবনি। সবকাবগী চূপ্লিশিং অসি লুচিংবা মখোযগী মখূত্তা লৈ অমসুং মখোয়গী মখুত্তা লুপা কোটি, কোটি শীজিন্নবা পৈশা মীযাম্না মখোযদা শিন্নরবনি। করিগুম্বদা মখোযনা অবানবা থবক, মশাগী ওইজ-ওইথক প্রজাদা লৌনম তৌদুনা অমদি প্রজাগী শক্তিবু লৈবা নৎত্রগা গুণ্ডা তৌদুনা নমফূদা মীযামগী শক্তিগী চূপ্লি পায়বা তারবদি লৈবাক কায়হনবগীমরম ওইরক্কনি।

লৈবাক্কী প্রজাশিং অমগা অমগা হাংলরক্কনি। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ কয়াগী পুক্নি খাংহু-থক্কা মাঙহনগনি মীশি-মীনা, লাইরা-অনং অরা-অনাগী মীকপ-মীরাওথোয়া থল্লবা সমাজ অমা ওইগনি অমদি লৈবাক কাংখোং চাইগনি। অদুনা মীয়ামগী শক্তি পায়রিবা মখোয়দি য়াম্না চেকশিনগদবনি। মখোয় নোঙ্গুকদবনি। মখোয়না পাঙথোকপা ওস্মোইদবা থবক অমত্তা কৈদৌঙেদসু মখোয়না ব্রাশক্রোইদবনি। মীয়ামগী সেবগীভাব অদু কায়দনা ইনবা তাবনি, মশাগী কান্নবা ফংগে নীংনা মাঙজিন থারোইদবনি।

জনশেংনা আইন শেম্বা মীশকশিং অমদি মন্ত্রিশিং অসিদি মখোয়না মথৌ তৌবদা অকিবা লৈরোইদবনি। মখোয়না য়ানবা অমগী মখাদা শেমখিবা আইন খুদিংমক শুংশোয় শোয়দনা ঙাক্না চৎকদবনি। মন্ত্রিশিংনা মশাগী কাঙলুপ্পু চাওখৎনবা খোঙথাং চাওশিন্নবা হোৎনবদা অকায়বা করিমত্তা লৈতে, তৌইগুম্বসুং মসি জাতি পূম্বগী স্বার্থবু চাদিং তৌরগদি কৈদৌঙেদসু তৌফরোই। অদুগা কনাগুম্বা মন্ত্রি অমনা মশানা য়ানা ব্রাশক্কুনা সংবিধান্না নিয়ম ঙাকপগী ব্রাশক অমদি মশা য়াওনা শেমখিবা নিয়ম খুদিংমক ঙাক্কুনা চৎকদবনি। অদুগা আইন শেম্বা হায়বসি কাঙলুপ পূম্বগী য়ানিংলবসু য়ানিংদ্রবসু অচম্বা লম্বেল অমদি পূম্নমকপু অচেৎপা লীপুন অমদা থম্নবা মফম ওই, মসিগী মায়য়োক্তা লৈবা খুদিংমক মখোয়না শাগৈ-নাতে ঐগী মীগী নাইদনা অয় তৌবা হায়বসি মখোয়গী মথৌনি। অদুগা আইন-সভা অসি ব্রাহং পূম্নমকপু য়োকখৎপীবা তাবীবা অমদি মহৈ লৈহনবদা শিজীন্নগদবা খুৎলাই অমা ওইনা লৈবনা মীওই কাঙলুপ কয়াগী অমখক্কগী (একতা) শক্তম অদুসু লৈবনা মীয়াম পূম্বা শোক্না মরী লৈনবা সমস্যা পূম্ববু কোকহনবদা করিসু লৈবা নত্তে।

---

# Appendix A

## মণিপুরগী নিংথৌরোল

| নিংথৌগী মমিং | | খৃষ্টাব্দ |
|---|---|---|
| ১। | পাখংবা | ৩৩-১৫৪ |
| ২। | খুয়োইহ তোম্পোক | ১৫৪-২৬৪ |
| ৩। | তাওথীংমাং | ২৬৪-৩৬৪ |
| ৪। | খুইনিংঙোনবা | ৩৬৪-৩৭৯ |
| ৫। | পেংসিবা | ৩৭৯-৩৯৪ |
| ৬। | কাওখংবা | ৩৯৪-৪১১ |
| ৭। | নাওখম্বা | ৪১১-৪২৮ |
| ৮। | নাওফংবা | ৪২৮-৫৪৮ |
| ৯। | সমৈরাং | ৫১৮-৫৬৮ |
| ১০। | উরা কোন্থৌবা | ৫৬৮-৬৫৮ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ৬৫৯-৬৬৩ |
| ১২। | নাওথিংখোং | ৬৬৩-৭৬৩ |
| ১৩। | খোঙতেকচা | ৭৬৩-৭৭৩ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ৭৭৩-৭৮৪ |
| ১৪। | কৈরেনচা | ৭৮৪-৭৯৯ |
| ১৫। | য়ারবা | ৭৯৯-৮২৪ |
| ১৬। | অয়াংবা | ৮২৪-৯৪০ |
| ১৭। | নিংথৌচেং | ৯৪০-৯৪৯ |
| ১৮। | চেংলৈ ইপান্ লান্থবা | ৯৪৯-৯৬৯ |
| ১৯। | য়াংলৌ কৈফাবা | ৯৬৯-৯৮৪ |
| ২০। | ইরেংবা | ৯৮৪-১০৭৪ |
| ২১। | লোইয়ুম্বা | ১০৭৪-১১২২ |
| ২২। | লোইতোংবা | ১১২২-১১৫০ |
| ২৩। | অতোম য়োইরেম্বা | ১১৫০-১১৬৩ |
| ২৪। | ইবাম্বাবা | ১১৬৩-১১৯৫ |

| | | |
|---|---|---|
| ২৫। | খারাম্বা | ১১৯৫-১২৩১ |
| ২৬। | চীংথাং লান্থবা | ১২৩১-১২৪২ |
| ২৭। | থিংবাই শেলহোংবা | ১২৪২-১২৪৭ |
| ২৮। | পুরান্থাবা | ১২৪৭-১২৬৩ |
| ২৯। | খুমোম্বা | ১২৬৩-১২৭৮ |
| ৩০। | মোইরাম্বা | ১২৭৮-১৩০২ |
| ৩১। | থীংবা লান্থবা | ১৩০২-১৩২৪ |
| ৩২। | কোংয়াম্বা | ১৩২৪-১৩৩৫ |
| ৩৩। | তেলহৈবা | ১৩৩৫-১৩৫৫ |
| ৩৪। | তোনাবা | ১৩৫৫-১৩৫৯ |
| ৩৫। | তবুংবা | ১৩৫৯-১৩৯৪ |
| ৩৬। | লাইরেনবা | ১৩৯৪-১৩৯৯ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ১৩৯৯-১৪০৪ |
| ৩৮। | পুন্সিবা | ১৪০৪-১৪৩২ |
| ৩৯। | নিংথৌ খোম্বা | ১৪৩২-১৪৬৭ |
| ৪০। | ক্যাম্বা | ১৪৬৭-১৫০৮ |
| ৪১। | কোইরেম্বা | ১৫০৮-১৫১২ |
| ৪২। | লমক্যাম্বা | ১৫১২-১৫২৩ |
| ৪৩। | নোংইনফাবা | ১৫২৩-১৫২৪ |
| ৪৪। | কবোম্বা | ১৫২৪-১৫৪২ |
| ৪৫। | তাংজাম্বা | ১৫৪২-১৫৪৫ |
| ৪৬। | চলাম্বা | ১৫৪৫-১৫৬২ |
| ৪৭। | মুংরাম্বা | ১৫৬২-১৫৯৭ |
| ৪৮। | খাগেম্বা | ১৫৯৭-১৬৫২ |
| ৪৯। | খুঞ্জাওবা | ১৬৫২-১৬৬৬ |
| ৫০। | পাইখোম্বা | ১৬৬৬-১৬৯৭ |
| ৫১। | চারাইরোংবা | ১৬৯৭-১৭০৯ |
| [illegible] | [illegible] | ১৭০৯-১৭৪৮ |
| ৫৩। | চিতশাই | ১৭৪৮-১৭৫২ |

| | | |
|---|---|---|
| ৫৪। | ভরতশাই | ১৭৫২-১৭৫৩ |
| ৫৫। | গৌরশ্যাম (মরাম্বা) | ১৭৫৩-১৭৫৯ |
| ৫৬। | ভাগ্যচন্দ্রা | ১৭৫৯-১৭৬২ |
| ৫৭। | গৌরশ্যাম | ১৭৬২-১৭৬৩ |
| ৫৮। | ভাগ্যচন্দ্রা | ১৭৬৩-১৭৯৮ |
| ৫৯। | লাবন্যচন্দ্রা | ১৭৯৮-১৮০০ |
| ৬০। | মধুচন্দ্রা | ১৮০০-১৮০৩ |
| ৬১। | চৌরজীৎ | ১৮০৩-১৮১৩ |
| ৬২। | মারজীৎ | ১৮১৩-১৮১৯ |
| ৬৩। | হেরাচন্দ্রা | ১৮১৯-১৮২০ |
| ৬৪। | সনা য়ুমজাওবা | ১৮২০-১৮২১ |
| ৬৫। | গম্বীরসিং | ১৮২১-১৮২১ |
| ৬৬। | জয়সিং | ১৮২১-১৮২২ |
| ৬৭। | মদুসিংহ | ১৮২২-১৮২৩ |
| ৬৮। | রঘবসিংহ | ১৮২৩-১৮২৪ |
| ৬৯। | ভদ্রসিংহ খাবা | ১৮২৪-১৮২৫ |
| ৭০। | গম্বীসিংহ | ১৮২৫-১৫৩৪ |
| ৭১। | চন্দ্রকীর্ত্তি (নিংথেমপীশক) | ১৮৩৪-১৮৪৪ |
| ৭২। | নরসিংহ | ১৮৪৪-১৮৫০ |
| ৭৩। | দেবেন্দ্র | ১৮৫০-১৮৫০ |
| ৭৪। | চন্দ্রকির্ত্তি | ১৮৫০-১৮৮৬ |
| ৭৫। | শুরচন্দ্রা | ১৮৮৬-১৮৯০ |
| ৭৬। | কুলচন্দ্রা | ১৮৯০-১৮৯৪ |
| ৭৭। | চুরাচান্দ | ১৮৯১-১৯৪১ |
| ৭৮। | বোধচন্দ্র | ১৮৪১-১৯৫৫ |
| ৭৮। | ওকেন্দ্রজীৎ | ১৯৫৫-১৯৯৬ |

## Apendix B1

### মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বশিং

| | | |
|---|---|---|
| 1. | Captain Gardon | 1835-1844 |
| 2. | Major W. Mc Culloch | 1844-1863 |
| 3. | Dr. Dillon | 1862-1863 |
| 4. | Maj. W. Mr. Culloch | 1863-1967 |
| 5. | Dr. L. Brown Frose | 1867-1875 |
| 6. | G.H.Damant (Offg) | 1875-1877 |
| 7. | Sir James Johnstone | 1877-1886 |
| 8. | Maj. Trotter | 1886-1886 |
| 9. | Mr. Grimwood | 1886-1891 |
| 10. | H.St. P Maxwell | 1892-1893 |
| 11. | A. Porteour I.C.S | 1893-1895 |
| 12. | Capt.H. WG Coles | 1896-1898 |
| 13. | H. St P. Maxwell I C.S. | 1899-1902 |
| 14 | Maj. Albert E Woods | 1902-1904 |
| 15. | Lt. Col. H.S. J P. Maxwell | 1904-1905 |
| 16. | Col. J. Shakespear | 1905-1908 |
| 17. | A.W. Dayis | 1908-1909 |
| 18. | Col. J. Shakespear | 1909-1919 |
| 19. | Lt. H.W.G. Cohe | 1914-1917 |
| 20. | J.C. Higgings I.C.S | 1917-1918 |
| 21. | W.A. Cosgrave | 1918-1920 |
| 22. | L.O. Clarks | 1920-1922 |
| 23. | C. Geinson | 1922-1922 |
| 24. | L.O. Clark | 1922-1924 |
| 25. | J C. Higgings | 1924-1928 |
| 26. | C.G. Crawford | 1928-1933 |
| 27. | C. Gemson | 1933-1946 |
| 28. | J.C.Higgings | 1946-1946 |
| 29. | G.P Stewart I.C.S | 1946-1947 |

# Apendix B2

## Chief Commissioner of Manipur under Indian Administration

| | | |
|---|---|---|
| 1. | Maj. General Rowal Amar Singh | 1949-1949 |
| 2. | Himat Singh | 1949-1951 |
| 3. | E.P. Menon | 1951-1952 |
| 4. | Rames Var Prasad Bhargava I.C.S. | 1952-1955 |
| 5. | P.C. Mathew I.C.S. | 1955-1858 |
| 6. | J.M. Raina I.C.S. | 1958-1963 |
| 7. | Balswar Prasad I.A.S. | 1963-1969 |

# Appendix C

## পাঙন খুম্থোকপা

খৃ: ১৬০৬ তা খাগেম্বগী মনাও নিপা শানোংবনা কাছারগী ময়াং লান্মী অমদি পাসা মুসলমাল্ লান্মী পুরক্তুনা থা নিপাল চুপ্না লাম্থেংনবদা মৈতৈনা ঙমদুনা খৃ: ১৬০৬ ইঙা থাগী ১৭নি পানবা নুমিত্তা লোইশিনখি। লানফম্ অদুদা য়াওরকপা খৃংশু খৃংলাই পুম্নমক লান্মী ১০০৭ শামু ৩০ নোংমৈ ১০০ পুম্না মৈতৈ নিংথৌদা চংজদুনা লোই হাজরগে হায়জরে। শানোংবা অমসুং মাগা লোইনরকপা মৈতৈশিংসু খাগেম্বদা চঙজরে। লান্দা লানফা ওইরবা মায়াং লান্মী, মুসমাল্ লানমীশিং অদুগী লৈফম্ শীন্দুনা ময়ূম মকৈ শাবীদুনা মথা মায়কৈদা পুম্না লৈমীন্নথীবা। মফমদুবু পাঙল সিঙ্কাই হায়না খঙনখি। মুসমাল্শিংবু মৈতৈনা পাঙল হায়রগা খঙনৈ।

# Appendix D1

## মণিপুরগী কবো তম্পাক

খৃ: ১৪৭১ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বা অমসুং পোং নিংথৌ খেখোম্বা অনী খুৎশয়দুনা নিংথৌ তুরেন্ মফৈদা লম্ চামা পাকপম্ থোং শাদুনা কবো ক্যাংপাতা পুম্না লান্দামীয়দুনা ক্যাং নিংথৌবু মায়থিবা পীদুনা কাবো খঙপাৎ লৌরগা মৈতৈগা পোংগা লমদু য়েন্নরে। মৈতৈনা কবো তম্পাক লৌরে। লেমহৌবা লম অদুবুনা পোং নিংথৌ লৌরে। মতম অদুদগী হৌনা কবো তম্পাক্কা মৈতৈ লৈবাক অমদি ঔব্রাগী (ম্যানমার) তাইনা ফম ওইখি।

# Appendix D2

খৃ: ১৮৩৪ গী পোইনু ১৪নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ঔব্রাদা কবো তম্পাক লু: ৫০০ ঔব্রানা মণিপুরদা ক্ষেতিপুরন ওইনা থীরগা পীবগী য়ানচে (সন্ধি) ঔব্রা অমদি মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ গম্ভীরসিং মহারাজ অনীনা তৌনখি। মসিগী মরুওইবা মরমদি কলিকতাদা লৈবা গভর্নর জেনেরেল ওইরিবা লর্ড উইলিয়ম বেনটিঙ্কতা ঔব্রা নিংথৌনা লৌউ-শীংউনবা লম মরাং কায়ব্রে হায়রকপদগী মৈতৈগী লম ওইরিবা কবো তম্পাক অসি ঔব্রাদা পীবিনবা হায়জরকপদগীনি।

মদুগীদমক বৃটিশ সরকারনা মেজর গ্রন্ট অমসুং কেপ্টেন পেম্বরট সাহেব অনীনা বৃটিশ সরকারগী অপাম্বদু গম্ভীরসিংদা হায়জনবা থারক্লম্মী। মখোয় অনীনা তুং কোইনা মরূপ মপাং ওইবগী অমদি অব্রানা কবো লমগী মীকাদুনা তত্তনা লান্দরকপদু ফগনি অমদি বৃটিশকা মণিপুরগা তুং কোইনা মরূপ মপাং ওইবগী নুংশিনবা হেনগৎকনি। অদুগা ঔব্রা নিংথৌনা মহারাজদা থা তরুক তরুক্কী ওইনা থাদা লুপা কোনশেং ৫০০ ক্ষেতিপূরন ওইনা কবো তম্পাক মাঙখিবগী পীগনি। বৃটিশ সরকারগী থোক্লা ব্রারেপ অদু মহারাজনা য়ানিংদ্রবসু তরেৎ-তরা থোক্লা থল্লবা মতুংদা গভর্নর জেনেরেলগী হুকুমগী মায়য়োক্তা থবক চৎপা ওমখিদে। মদুগী মহারাজ থম্মোইগী লাইনাসু ওইখি।

## Appendix D3

খৃ: ১৯৫৩ শজিবুগী ১৩নি পানবা (তাং ২৮/৩/৫৩) থাংজ নুমিত্তা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জৱাহরলাল নেহরুনা মচানুপী ইন্দিরা গান্ধীগা লোয়ননা ইম্ফালদা লাকখি মদুগী মতুং লোংমা কোমবদা ব্রহ্মাগী প্রধান মন্ত্রি ইউনুসু ইম্ফালদা থুংলে। মৈতৈ লৈবাক্তা উনদুনা লম লোমবা লৈবাক নুংশি চাম হিংমিন্নবা হীরম কয়াদা ৱারী শান্নখি অমসুং করো ভেলি ব্রহ্মাদা পীথোকখি।

---

## Appendix E1

### মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং :


১। **The Mind of Mahatama Gandhi**, R.K. Prabhu & U.R. Rao, 1996

২। **The Story of My Experiment with Truth**, M.K. Gandhi, 2001

৩। **All Religious are true,** M.K. Gandhi, 1962

৪। **The Gospel of Shri Ramkrishna,** Originally recorded in Bangali by M, a disciple of the Master Translated into English, 2002.

৫। **Vivekananda A Biography**, Swami Nikhilananda.

৬। **Sociology**, I.B. Bottomore, 1975, Third Edition.

৭। **A Simple Study of Sociology**, Vidhy Bhushon

৮। **Introduction to Constitution of India**, Durga Das Busu, 1995.

৯। **The Constitution of India,** P.M. Bakshi, 2001.

১০। **Social Problems,** James William Coleman Donald R. Cressey, 1987.

১১। **The Cambridge Paperback Encyclopedia**, David Cristal, 2000.

১২। **Public Administration**, Avasthi Maheshwari,1997.

১৩। **The United Nations**, R Umki Basu, 1997, 27th Edition.

১৪। **Personal Administration**, Om Sakthi Pathippagam 1997.

১৫। **Personal Administration**, Dr. V.N. Vishwanathan 1997.

১৬। **The Holly Bible New Testament**,

১৭। **Indian Economy**, Dr. Rajesh Chandra, Tata Macgraw Hill, 1996.

১৮। **Indian History**, Shubha Parmar, Tata Macgraw Hill, 1996.

১৯। **Physics**, Dr. Tarachand, Tata Macgraw Hill, 1996

২০। **General Knowlede**, Edgar Thorpe, Tata Macgraw Hill, 1996.

২১। **Zoology**, Dr. S.K. Ahuja, Tata Macgraw Hill, 1996.

## Appendix E2

২৩। থমুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া (অহমগুবা অমসুং মরিগুবা) মাংলেঃ মৈতৈ, ১৯৯৯

২৪। কংলৈপাক্তা রিভোলুসন্, পাউনম্ লবঙ্গো মঙাং, ১৯৯৭

২৫। ইরাবতকী পুন্সি অমসুং মহাক্কী সাহিত্যা, ঐ. কৃতমালা সিংহ ২০০১

২৬। সিভিক্স অমসুং ইকনোমিক্স বুক-১, শ্রী ও. ভোগেন্দ্র (সিভিক্স) শ্রী কেএইচ. ইবোপীশক ইকনোমীক্স, ১৯৯৯

২৭। মৈতৈ নিংথৌরোল, সারাংথেম বরমনি সিংহ, ২০০০

২৮। চৈথারোল কুম্বাবা, এন. খেলচন্দ্র অমসুং এল. ইবুংঙোহল, ১৯৮:

২৯। মতম মতমগী চেক্ফোংশিং

৩০। গীতা, হন্দোকপা লাইময়ুম রঘুমনি শর্ম্মা

৩১। শৈব দর্শন, শ্রীমনিস্না শর্ম্মা, ১৯৭২



